# শ্রীমদ্ভাগবতম

## একাদশ-স্কন্ধঃ

মনিপুরী অনুবাদ ( অনিশুবা শরুক )

—: (০) :—

ইথোকচবা —

১। শ্রীগুরুময়ুম অমুস্না শর্ম্মা।

২। শ্রীএ, লালকাহ্নাই দেব শর্ম্মা।

ভাগবতরত্ন জ্যোতিষী।

ফোংজবা :— লাইরিক ইবা।

অহানবা থুংনুম :— তাং ২৪। ১১। ৮৫ ইং শুক্লা দ্বাদশী।

কোপী মশিং — লীশিং অমা ( ১০০০ )।



লাইরিক ফংফম :—

১। শর্ম্মা বুক এজেন্সী :— পাওনা বাজার মথা দোকান।

২। ও, কে, ষ্টোর্স — পাওনা বাজার মথা দোকান

৩। লাইরিক ইবা মশাগী য়ুম্ — উরীপোক অহল্লেম লৈকাই

মমল — লুপা ২৫ ( কুনমঙা )।

মক্ষম্ — "ডি, এম, প্রেস" মনিপুর পিপলস ওফিস মনাক, মপাল কাংজেবুং।

খত পুস্তক লাইরিক ইবগীনি।

# করিগুম্বা অমত্তং

শ্রীমদ্ভাগবত একাদশ স্কন্ধঃ অসি কনাগী মতেং লৌদনা ইরম্মাইতা ওইনা ৱানা হোৎনজদ্রুনা মথং মথং ফোংজরকপসি উবদা, অমদি অৱাং অপাতগী মশক ওইবা সংসার অসিদা, ঐগী ভমখৈ লৈতনা ৱাবসি উবীদ্রুনা ঐগী ইয়াম্বা শ্রীহিদংময়ুম গৌরকৃষ্ণ শর্ম্মা ব্যাকরণ তীর্থ গোবিন্দ অধিকারী, অমদি ইতৈমা অহল শ্রীহিদংময়ুম ওংবী পেতো (ইবেমহল) দেবীনা ঐগী ৱারক-ৱারকপা মতমদা শেলগী মতেং পীনবীদ্রুনা, অমদি ঐগী চান্নবা মরুপ শ্রীলাইশ্রম ইন্দ্রজিৎ সিংহ প্রোপ্রাইটর ইষ্ট এণ্ড ফোটোগ্রাফিক ষ্টোর্স উরীপোক, শ্রীনারেংবম বীরমনি সিংহ প্রপ্রাইটর মোটর মেকানিকেল এণ্ড ৱার্কসোপ থ্বাই শিংজুবুং অসিনচিংবা ভদ্রলোক কয়াগী মতেংনা অনিঙবা চেফোং অসি ফোংজরি।

লোইননা ঐগী লাইরিক কয়া মথং মথং ওইনা ফোংনবা হোৎনরকপদা অৱাবা থীদনা থোদাং কয়া পুবীরিবা ঐগী ইনাও ডি, এম, প্রেসকী প্রোপ্রাইটর শ্রীএল, য়াইমা সিংহ কৈশামথোং লোংজম লৈরক অসিনচিংবা ভদ্রলোক ভদ্রমহিলাশিং অসিগী শিংবদা লোইঙমদ্রবা লম্মন কয়াশিং অসিবু, ভগবদ্ভক্ত অমা ওইনা মতম শাংনা ইবুংঙো মাগী নাম শোঞ্জবা ভমজবা শ্রীশ্রীগোবিন্দনা পীনবীশনু হায়না প্রার্থনা তৌজবা অসিমক্তা তোক্লবনা থ্বাইগী লম্মন শিংজবা হায়বত্থ ওইহনবীরশনু।

শ্রীএ, লালকাহ্নাই শর্ম্মা।

# মশক তাকপা

হীরম লমাই



N. B.:— মর্থাদি অহুমগুবা শরুক্তা ফংবিরগনি।

# শ্রীমদ্ভাগবতম্

## একাদশ স্কন্ধঃ

### দশমঅধ্যায়

শ্রীভগবাচ।

মযোদিতেষ্ববহিতং স্বধর্ম্মেষু মদাশ্রয়ঃ।

বর্ণাশ্রমকুলাচারমকামাত্মা সমাচরেৎ ॥১

অন্বীক্ষেত বিশুদ্ধাত্মা দেহিনাং বিষয়াত্মনাম্।

গুণেষু তত্ত্বধ্যানেন সর্ব্বারম্ভ বিপর্য্যয়ম্ ॥২

---

শ্রীভগবান্ উবাচ ( শ্রীভগবাননা হায়খি ) মদাশ্রয়ঃ ( ঐঙোনদা চংজহুনা ) অকামাত্মা ( অপাম্বা লৈত্রবা মীনা ) ময়া ( ঐনা ) উদিতেষু ( [ তাকথিবা ] হায়থিবা ) স্বধর্ম্মেষু ( মশা মশাগী ধর্ম্মদা ) অবহিতঃ সন্ ( পুক্লিং চংনা লৈহুনা ) বর্ণাশ্রমকুলাচারং ( বর্ণাশ্রমগী অমদি শাগেগী লমচৎ ব্যবহার অহুগী মতুং ইন্না ) সমাচরেৎ ( নিংথিনা চৎকনি ) ॥১

---

গুণেষু ( সত্ত্বনচিংবদা লৈরবা ) বিষয়াত্মনাং ( বিসয়দা পুক্লিং চংপ্রবা ) দেহিনাং ( জীবশিংগী ) সর্ব্বারম্ভ বিপর্য্যয়ং ( তৌরু তৌরুরিবা থবক অহুদগী ওন্না থোক্লক্লিবা মহৈশিং অসিবু ) বিশুদ্ধাত্মা ( অপাম্বা লৈত্রবা মীহুনা ) তত্ত্বধ্যানেন ( অচুম্বা মশক অহুবু হন্না থন্দুনা ) অন্বীক্ষেত ( মতম পুম্নক্কা য়েংগনি ) ॥২

---

শ্রীভগবানন্না হায়খি, ঐঙোন্দা চংজহুনা অপাম্বা লৈত্রবা মীনা, ঐনা তাকথিবা মশা মশাগী ধর্ম্মদা পুক্লিং চংনা লৈহুনা; ব্রাহ্মণ

সুপ্তস্যবিষয়ালোকো ধ্যায়তো বা মনোরথঃ।
নানাত্মকত্বাদ্ বিফলস্তথা ভেদাত্মধীগুণৈঃ।৩
নিবৃত্তং কর্ম্ম সেবেত প্রবৃত্তং মৎপরস্ত্যজেৎ।
জিজ্ঞাসায়াং সম্প্রবৃত্তো নাদ্রিয়েৎ কর্ম্মচোদনাম্।৪

ধ্যায়তঃ ( বিষয় চিন্তা তৌহুনা ) সুপ্তস্য ( তুম্লিবা মীহুগী ) তথা ( অহুম্না মংদা ) বিষয়ালোকঃ ( অপাম্বা বিষয়শিং উবহু ) বিফলঃ [ ভবতি ] ( কৈশু কায়দে ) গুণৈঃ ( ইন্দ্রিয়শিংনা মরম ওইহুনা ) ভেদাত্মধীঃ ( বুদ্ধি তোঙান তোঙাল্লবা ) বা মনোরথঃ ( পুক্লিংগী অপাম্বা অহুশু ) নানাত্মকত্বাৎ ( তোঙান তোঙানবা পোক্তা লৈবদগী ) যথা ( মংদা তৌবা অহুগুম্না ) বিফল [ ভবতি ] ( মহৈ য়ান্দে = পুম্নমক্কুগী অহেনবা মহৈ ওইদে ) ।৩

অতঃ ( মরম অসিদগী ) মৎপরঃ [ সন্ ] ঐঙোনদা লেংদনা পুক্লিং থমলগা ) নিবৃত্তং কর্ম্ম ( নিত্য নৈমিত্তিকী ওইবা কর্ম্ম অহুবু ) সেবেতঃ ( তৌগনি ) [ মৎপর ওইহুনা ] প্রবৃত্তং ( কাম্য কর্ম্মহুবু ) ত্যজেৎ ( থাদোক্কনি অমুম্না ঐঙোন্দা পুক্লিং থমলগা ) জিজ্ঞাসায়াং ( আত্মবিচারদা ) সংপ্রবৃত্তঃ ( নিংথিনা চংশিল্লক্লবা যোগারূঢ় ওইরবা ) তদা ( মতম অহুদদি ) কর্ম্মচোদনাং ( নিত্যনৈমিত্তিকনচিংবগী বিধি অহু ) নাদ্রিয়েত ( থোয়না থল্লরোই ) ।।৪

ক্ষত্রিয়নচিংবা বর্ণগী, ব্রহ্মচর্য্যনচিংবা আশ্রমগী চৎকদবা লমচৎকী মতুং ইল্লা নিংথিনা চৎকনি ।।১

সত্বনচিংবদা লৈরবা, সংসারগী বিষয়দা পুক্লিং চংথ্রবা জীবশিংগী; তৌক্ক তৌক্করিবা থবক থুদিংগী ওয়বা মহৈ থোক্কল্লিবা অসিবু পাপ পক্ত্রবা মীহুনা, মতম খুদিংদা য়েংগনি ( মহু বৈরাগ্যগীদমক নি ) ।।২

বিষয় চিন্তা তৌহুনা তুমলিবা মীহুগী মংদা অপাম্বা বিষয়শিং উবহু কৈশু কায়দে, ইন্দ্রিয়শিংনা মরম ওইহুনা বুদ্ধি তোঙান তোঙাল্লবা পুক্লিংগী অপাম্বা অহুসু তোঙান তোঙানবা পোক্তা লৈবদগী, মংদা তৌবা অহুগুম্না, পুম্নমক্কুগী অহেনবা মহৈ ওইদে, ( ফংদে ) ৩

যমানভীক্ষ্ণং সেবেত নিয়মান্ মৎপরঃক্বচিৎ।
মদভিজ্ঞং গুরুং শান্তং উপাসীত মদাত্মকম্ ॥৫
অমান্যমৎসরো দক্ষো নির্ম্মমো দৃঢ়সৌহৃদঃ।
অসত্বরোঽর্থজিজ্ঞাসুরনসূয়ুমোঘবাক্ ॥৬

---

মৎপর: ( ঐঙোনদা পুক্লিং থম্লবা ভক্ত অহুনা ) যমান্ ( পুক্লিং ৱাহৈ হকচাংনা হিংসা তৌদবা, অচুম্বদা লৈব্য, হুয়ানদবা, লৌশিনদবা, লাকশিনগদবশিং অসিবু ) আভীক্ষনং ( য়াম্না চেকশিন্না য়েংশিন্দুনা ) সেবেত ( লমচত্তা পুশিনগনি ) নিয়মান্ ( নিয়মশিং = পুক্লিং হকচাং শেংবা, অফংবা অহনা পেনবা, অখাংকনবা [ ঈশ্বর প্রনিধান ] ঈশ্বর কাওদবা ] অসি ) ক্বচিৎ ( অওম্বা ) সেবেত ( চৎকনি ) মদ্ অভিজ্ঞং ( ঐবু খংলবা ) মদাত্মকং ( ঐঙোন্দা লৈরবা ) শান্তং ( পুক্লিং তপ্লবা ) গুরুং ( গুরুবু ) উপাসীত ( সেবা তৌগনি )।৫

---

অমানী ( চাউথোক্তবা ) অমৎসর: ( য়েংথীদবা ) দক্ষ ( হৈ-শিংবা তন্দবা ) নির্ম্মম: ( ঐগী হায়বা লৈতবা ) দৃঢ়সৌহৃদং ( গুরুদা চেৎনা ভক্তি লৈবা ) অসত্বর: ( তহা তহাদবা ) অর্থজিজ্ঞসুঃ ( অচুম্ব খংনিংবা ) অনসূয়: = অসূয়া ( মীবুধিনা হায়দবা ) অমোঘবাক্ ( বারেম ভাংদবা ওইগনি ) ॥৬

---

কায়বা মহৈ য়ান্দবদগী ঐঙোন্দা পুক্লিং লেংদনা থমলগা চংঅহুনা নিত্য নৈমিত্তিক কর্ম্মশিংহু তৌগনি, ঐঙোনদা চংজহুনা অপায়গী মথা পোম্না তৌবা কর্ম্মবু থাদোকনি, ঐঙোনদা চংজহুনা আত্মবিচারদা নিংথিনা চংশিল্লবা মতম অহুদদি কর্ম্মগী বিধিশিং অহু থোয়না থল্লয়োই ॥৪

ঐঙোন্দা পুক্লিং থমলবা ভক্ত অহুনা লাকশিনগদবশিং অসিবু, য়াম্না চেকশিন্না য়েংশিন্দুনা আচারদা পুশিনগনি, নিয়মশিং আসি অওম্বমখৈ চৎকনি, অহুগা ঐবু খংলবা, ঐগী ইশক ওইবা পুক্লিং তপ্প গুরুবু সেবা তৌগনি ।।৫

ঐদি অহুনী আদানি হায়না চাউথোক্তবা [ অমৎসর ] অতোপ্পগী

জায়াপত্য গৃহক্ষেত্র স্বজন দ্রবিণাদিষু।
উদাসীনঃ সমং পশ্যন্ সর্ব্বেষ্বর্থমিবাত্মনঃ ॥৭
বিলক্ষণঃ স্থূল সূক্ষ্মাদ্ দেহাদাত্মেক্ষিতা স্বদৃক্।
যথাগ্নির্দারুণো দাহ্যাদ্দাহকোঽন্যঃপ্রকাশকঃ ॥৮

উদাসীন (পুকচেল চাউরবা মীহুনা) জায়া (মুপী) অপত্য (মচা) গৃহ (য়ুম) ক্ষেত্র (লৌ ইংখোন) স্বজন (মাগী ওইবা মী) দ্রবিনাদিষু (লননচিংবা) সর্ব্বেষু (পুম্নমক্তা) অ ত্মনঃ (মশাগী) অর্থং ইব (কাম্নবা অহুগুম্না) সমং (অতোপ্পশিংগীসু কান্নবনি হায়না) পশ্যন্ (উই) ॥৭

যথা (অমনা) স্থূলসূক্ষ্মাৎ (অপোব-অকুপ্পা) দেহাৎ (হকচাং অসিদগী) বিলক্ষণঃ (অমগ অমগা মান্নদবা [তোঙানবা]) আত্মা (আত্মানা) ইক্ষিতা (উবনি) স্বদৃক্ (মতোমতা ঙানবনি) অগ্নিঃ (মৈনা) দারুণঃ (অকিবা অবাবা) দাহ্যাৎ (চিতাগী শী দগী) অন্যঃ (তোঙাল্লি) দাহকঃ (চাকপা) প্রকাশকঃ (ফোংদোকপসু মৈনি হায়না) পশ্যন্ (উদাসীনপুরুষনা উই) ॥৮

চাওথৎপা অহুনা পুক্লিংগী অবাবা ওইদবা হৈশিংবা তন্দবা, ঐগী মীগী খাইদবা গুরুদা অচেৎপা ভক্তি লৈবা, তহা-তহা তৌদবা, অ-চুম্বা থংনিংবা, মীবু থিনা হায়দবা, ব'রেম ঙাংদবা ওইগনি ॥৬

পুকচেল চাউরবা মীহুনা মুপী মতু মচা, য়ুম-কৈ, লৌ-ইংখোন্, মাগী ওইবা মী লন্নচিংবদা পুম্নমক্তা, মশাগী কান্নবা অহুগুম্না, অ-তোপ্পশিংগীশু কান্নবনি হায়না উই ॥৭

অমনা অপোব হকচাং অকুপ্পা হকচাং অনি অসিদগী তোঙাবা আত্মানা, উবনি; মহাক মতোমক্তা ঙানজবনি। মৈনা অকিবা চিতাগী শীংদগী তোঙাল্লি, চাক্লিবসু ফোংদোকলিবসু মৈনি হায়না উদাসীন পুরুষ অহুনা থংডি ॥৮

উশিংদা চংশিন্দুনা লৈরবা মৈনা অহুম্না শিংগা পোকপা অপিক-পা অচৌবা তোঙান তোঙানবা, উশিংদা লৈরিবা গুণশিং অসি

নিরোধোৎপত্ত্যণুবৃহন্নানাত্বং তৎকৃতান্ গুণান্।
অন্তঃপ্রবিষ্ট আধত্তে এবং দেহগুণান্ পরঃ ॥৯
যোঽসৌ গুণৈর্বিরচিতো দেহোঽয়ং পুরুষস্য হি।
সংসারস্তন্নিবন্ধোঽয়ং পুংসো বিদ্যাচ্ছিদাত্মনঃ ॥১০

দারুষু প্রবিষ্টঃ অগ্নি যথা ( উশিংদা চংশিন্নুনা লৈয়বা মৈ অহুনা ) নিরোধ ( অমাংবা ) উৎপত্তি ( পোকপা ) অণু ( অপিকপা ) বৃহৎ ( অচৌবা ) নানাত্বং ( তেগান তোগানবা ) তৎ কৃতান্ ( উশিংদা লৈরিবা ) গুণান্ ( মুংখিবা, চাকথলকপা মাংবা উবনচিংবদু ) আধত্তে ( মৈনা লৌই [ তৌই ] ) তথা ( মৈনা তৌবা অহুম্না ) পরঃ ( পরমেশ্বরনা ) অন্তঃ ( জীবগী হৃদিদা ) প্রবিষ্টঃ ( চংশিল্লগা ) দেহ গুণান্ ( শরীরগী ধর্ম্মশিং অসিবু ) এবং ( অহুম্না ) আধত্তে ( লৌই ) ॥ ৯ ॥

পুরুষস্য ( ঈশ্বরগী ) গুণৈঃ ( মায়াগী সত্ত্বনচিংবা গুণনা ) যঃ অসৌ ( অকুপ্পা ) অয়ং চ ( মপোবা ) দেহঃ ( হকচাং অসিবু ) বিরচিতঃ ( শেমগ্রে ) পুংসঃ ( জীবগী ) অয়ং সংসার ( সংসার অসিন্য ) তৎনিবন্ধঃ ( পুন্নবগী মরম্নি ) হি ( মরম অসিদুগী ) তত্মনঃ বিদ্যা ( আত্মজ্ঞানা পুন্নিবদু ) ছিৎ ( ককথৎলবীনি ) ॥১০

লৌই, মৈনা তৌবা অহুম্না পরমেশ্বরনা জীবশিংগী থম্মোয়দা চংশিল্লগা হকচাংগী ধর্ম্মশিং অসিবু অহুম্না লৌই ।৯

পরমেশ্বরনা মায়াগী সত্ত্বনচিংবা গুণনা মরম ওইহনা, অকুপ্পা অমসুং অপোবনচিংবা হকচাংবু শেমগ্রে, সংসার অসিন্য জীবগী পুন্নবগী মরম্নি। মরম অসিদগী আত্মজ্ঞানা মহুবু ককথৎলিগনি ॥১০

মরম অসিদগী শ্রীগুরুনা তাকপিরকপদু হুম্না হুম্না নিংশিংবা অমসুং নিংথিনা বিচার তৌবা, অহুনা মরম ওইহনা, অনিত্যবা পুন্নমক্কগী অহেনবা হকচাং অসিনগু আত্মাবু অনুভব তৌবগা লোই-নবা হকচাংনচিংবদা ঐ ঐগী হায়না খংলবা ফসি মখং মথং অপ্পোবা অকুপ্পা নায়না থাদোকনি ॥১১

তস্মাজ্জিজ্ঞাসয়াত্মানমাত্মস্থং কেবলং পরম্।
সঙ্গম্য নিরসেদেতদ্ বস্তুবুদ্ধিং যথাক্রমম্ ॥১১
আচার্য্যোঽরণিরাদ্যঃ স্যাদন্তেবাস্যুত্তরারণিঃ।
তৎসন্ধানং প্রবচনং বিদ্যাসন্ধিঃ সুখাবহঃ ॥১২

তস্মাৎ ( মরম অসিদগী ) জিজ্ঞাসয়া গুরুনা তাকপিরকপহু হয়া হয়া নিংশিংবা অমদি বিচার তৌবনা মরম ওইদুনা ) কেবলং ( অ-বিশুদ্ধবা ) পরং ( পুম্নমক্কী অহেনবা ) আত্মস্থং ( হকচাং অসিদা লৈরবা ) আত্মানং ( আত্মাবু ) সঙ্গম্য ( অনুভব তৌবগা লোইননা / এতৎবস্তুবুদ্ধিং ( হকচাংনচিংবদা ঐ-ঐগী হায়না খংলমলিবা অসি ) যথাক্রমং ( মথং মথং অপোৎবা অকুপ্পা নাইনা ) নিরসেৎ ( থাদোক্কনি ) ॥ ১১ ॥

আচার্য্যঃ ( গুরুনা ) আদ্য ( মথক থংবা ) অরনি ( মৈ থোক্কবা চৈ ) অন্তেবাসী ( শিষ্যনা ) উত্তরারণিঃ ( মখাথংবা মৈ থোক্কবা উ ) স্যাৎ ( ওইগনি [ ওই ] ) প্রবচনং ( গুরুগী উপদেষ অতুনা ) তৎ-সন্ধানং ( মৈ থোক্কবনি ) বিদ্যাসন্ধিঃ ( আত্মদর্শননা ) সুখাবহঃ ( সু-ডায়বা পুম্নমক ফঙদি ) ॥১২

শ্রীগুরুদেবনা মথক থংবা অরনি অহনি, শিষ্যনা মখা থংবা অরনিনি, গুরুগী উপদেশ অতুনা মৈ থোক্কবনি, জ্ঞানগী মশক ওইব আত্মা থংবনা সুডায়বা পুম্নমক ফঙদি ॥১২

ভগবানগী ওইবী অসিংগুম্বী তক তরুরবী অধ্যাত্ম বিদ্যা অসিনা সত্ত্বনচিংবা গুণ মরাম পোক্লিবী অবিদ্যা মায়াবু মহাক্কী মশক ওইরিবা সংসার অসিবু অমদি অকুপ্পা অপোবগী মশক ওইবা অধ্যাসনগী পোকপা গুণশিং অহুবুগু নিংথিনা চাকথেক্তুনা শেংহল্লি জীব মশানা মক্কদা হল্লিল্লি মহু শীং লোইশ্রবা মৈনা তৌবগুম্বনি ॥১৩

জৈমিনীনা চিংবগী মতুংইন্না, থবক তৌরিবা জীবশিং অসিগী তৌরিবা থবক অহুগী মহৈ ওইরিবা হুংডায়বা অরাবা অনিসিবু ফং-লিবা জীবশিংগী অমনা স্বর্গনচিংবা লোক; ভোগ তৌনবগী মফম,

বৈশারদী সাতিবিশুদ্ধবুদ্ধি-
ধু'নোতি মায়াং গুণসম্প্রসূতাং। ''
গুণাংশ্চ সন্দহ্য যদাত্মমেতৎ
স্বয়ঞ্চ শাম্যত্যসমিদ্ যথাগ্নিঃ ॥১৩
অথৈষাং কর্ম্মকর্ত্তৃণাং ভোক্তৃণাং সুখদুঃখয়োঃ।
নানাত্বমথ নিত্যত্বম্ লোককালাগমাত্মনাম্ ॥১৪

বৈশারদী (ভগবানগী ওইবী) সা (অশিগুম্বী আত্মাগী ওইবী) অতিবিশুদ্ধবুদ্ধিঃ (শুদ্ধ তরুবরী অধ্যাত্মবিদ্যা অসিনা) গুণসংপ্রসূতাং (সত্ত্বনচিংবা গুণ পোক্লিবী) মায়াং (অবিদ্যা মায়াবু) যদাত্মম্ [যদাত্মকম্] (মহাক্কী মশক ওইরিবা সংসার অসি) এতৎ (অকুপ্পা অপোবগী মশক ওইবা) গুণাংশ্চ (অধ্যাসকী ওইবা গুণশিং অছুবুস্ত) সন্দহ্য (নিংথিনা চাকথেক্না) ধুনোতি (শেংহল্লি) চ (অদুগা) স্বয়ং (জীব মশাবুনা) শম্যতি (মকমদা হল্লি) অসমিৎ (শীং লোইপ্রবা) যথা অগ্নিঃ (মৈনা তৌবগুম্বনি) ॥১৩

[মতান্তরাবরোধেন] (জৈমিনীনাচিংবগী মতুংইন্না) এষাং কর্ম্ম-কর্ত্তৃনাং (থবক তৌরিবশিং অসিগী) সুখদুঃখয়োঃ (কর্ম্মগী মহৈ মু-ঙায়বা অবাবা অনিসিবু) ভোক্তৃণাং (ফংলিবা ভোগ তৌরিবা] জীবশিংগী) অথ চ (অমনা) লোককালাগমাত্মনাম্ (স্বর্গমচিংবা লোক ভোগ তৌনবা মতম, ভোগ তৌনবগী মফম অদুদা লাকপা, চৎপা অমদি আত্মা) এবং (মখোয় অসিগী) নানাত্বম্ (মহৈ মহৈ মায়দবা অসি পুম্বসি) নিত্যং (হোংবা নাইদবনি) অথ মন্যসে (নিংলবা) চেৎ (অদু ওইরবদি) দেহিনাং (জীবশিং অসিগী) অসকৃৎ জন্মাদয়ঃ (অমুক্ত নত্তবা মপোক কয়া) সন্তি এব (লৈ) ॥১৪

মতম্ ভোগ তৌনবা শরীর মপোয় অসিগী মহৈ মহৈ মায়দবা অসি-পুম্ববু হোংবা নাইদবনি নিংলবা অদু ওইরবদি জীবশিং অসিগী মপোক কয়া শোয়দনা লৈ ॥১৪

জৈমিনিনচিংবা মুনিনা লেপ্পমক শোয়দনা, অদুম্না ওইরক্লা

মন্যসে সর্ব্বভাবাণাং সংস্থা হ্যৌৎপত্তিকী যথা ।
তত্তদাকৃতিভেদেন জায়তে ভিদ্যতে চ ধীঃ ॥১৫
এবমপ্যঙ্গ সর্ব্বেষাং দেহিনাং দেহযোগতঃ ।
কালাবয়বতঃ সন্তি ভাবা জন্মাদয়োঽসকৃৎ ॥১৬

---

হি ( লেপ্পা ) যথা [ যথাবৎ ] ( অছুম্না ওহবা মচ্ছুম্না ) সর্ব্ব-ভাবানাং ( স্রক্ চন্দনূনচিংবা ভোগ তৌনবশিং অসিগী ) সংস্থা ( নিংথিনা লৈবসি ) ঔৎপত্তিকী ( ঈচেলগী মতৌগুম্না নিত্য ওইবনি ) অতঃ কদাচিৎ ঈদৃশং জগৎ নাস্তি, তথা তৎ কর্ত্তা কশ্চিদীশ্বরোঽপি নাস্তি ( মরম অসিদগী করিগুম্বা মক্ম অমদা অসিগুম্বা জগৎ অমা লৈতে, অসিগুম্না জগৎ অসিবু শেম্বা ইশ্বর অমত্তু লৈত্তে ) তৎ তৎ ( অছুম অছুম্না ) আকৃতি ( চকু-ফিনচিংবগী মওংসু ) ভেদেন ( তোঙাম তোঙান্না ) জায়তে ( পোকই লৈ ) চ ( মহুগুম্না ) ধীঃ ( জ্ঞান অসিত্ত ) ভিদ্যতে ( তোঙান তোঙাল্লি ) [ নতু আত্মস্বরূপভূতং জ্ঞানং অস্তি ] ( তৌইগুদস্তুং আত্মাগী মশক ওইবা স্বরূপজ্ঞান অমা লৈতে হায়না ) মন্যসে ( নিঙভি ) ॥১৫

---

হে অঙ্গ ( হে মুংশিরবা উদ্ধব ) এবং অপি ( মথোয়না হায়রিবা অছুম্না লৌবা তারবসু ) দেহযোগতঃ ( হকচাং কংলুবনা মরম ওইদুনা ) কালাবয়বতঃ ( মুঠিৎ থা চাহি অসিনচিংবগী মতমদা ) সর্ব্বেষাং দেহিনাং ( থবায় পানবা পুরুমক ) অসকৃৎ ( অমুক্ত নত্তনা হন্না হন্না ) জন্মাদয় ( পোকপা শিবা অরা মুভায়নচিংবগী ) ভাবা ( সত্তা অসি ) সন্তি ( ওইরি ) অতঃ ( মরম অসনা ) কঃমু ( কনানা ) অকপঃ ( মথুত্তা লৈতবা ) জন্মাদি ( হকচাং অমদি অরা মুভায়গী ভোগ অসিবু ) অর্থ. মন্যসে ( পুরুষার্থ মি হায়গনি ) ॥১৬

---

স্রক চন্দনূনচিংবা ভোগ তৌনবশিং অসিগী নিংথিমা লৈবসি ঈচেলগী মতৌগুম্না নিত্য ওইবনি, ( মরম অসিদগী করিগুম্বা মকম অমদা অসিগুম্বা জগৎ অমা লৈতে, মসীগুম্না জগৎ অসীবু শেম্বা ঈশ্বর অমসু লৈতে ) অছুম অছুম্নাং চকু ফীনচীংবগী মওং, তোঙান্ তোঙাল্লি

অত্রাপি কর্ম্মণাং কর্ত্তুরস্বাতন্ত্র্যঞ্চলক্ষ্যতে।
ভোক্তুশ্চ সুখদুঃখয়োঃ কোন্বর্থোবিবশংভজেৎ ॥১৭
ন দেহিনাং সুখং কিঞ্চিদ্ বিদ্যতে বিদুষামপি।
তথা চ দুঃখং মূঢ়ানাং বৃথাহংকরণংপরম্ ॥১৮

অত্রাপি ( অসুম্না লৌরবদসু ) কর্ম্মণাং ( কর্ম্মশিংগী ) কর্ত্তুঃ ( কর্ত্তা [ থবক তৌরিবা মী ] ) চ ( অমসুং ) সুখ দুঃখয়ো ( অবা সুঙায় অনিবু ) ভোক্তুঃ ( ভোগ তৌরিবা [ ফংলিবা ] জীবগী ) অস্বাতন্ত্র্যং ( মনিং তমদবা অদু ) লক্ষতে ( উবি ) [ হে উদ্ধব ] কঃ নু ( কনানা ) বিবশং [ জীবং ] ( থবকী অমসুং অবা সুঙায়গী মথা পোল্লবা জীববু ) অর্থঃ ( পুরুষার্থনি হায়না ) ভজেৎ ( থনগনি ) ॥১৭

দেহিনাং ( হকচাং অমা ফংদুনা লৈরিবা ) বিদুষাং ( হৈ-শিং-লবশিংগী ) অপি মূঢ়ানাং ( পংলবশিংগীদু ) কশ্চিৎ ( করিগুম্বদা ) সুখং ন বিদ্যতে ( সুঙায়দুনডা লৈতে ) তথা ( মতৌ অদুগুমনা ) দুঃখং চ ( অবাবদসু ) অহং করণং ( ঐনা মতমচানা লন ভালহৌদুনা অমসুং হৈ-শিংবদগী সুঙায়রিবনি, অসুম্না লিংবদু ) বৃথা পরং [ বৃথা-এব ] ( থংদদুনা হায়বনি ) ॥১৮

তোঙানা, পোকই লৈ, মহুগুমা জ্ঞান অসীগু তোঙান তোঙান্না তৌই-গুদসুং আত্মাগী মশক ওইবা স্বরূপজ্ঞান অমা লৈতে নীংঙৌ ॥১৫

হে মুংশিরবা উদ্ধব! মথোয়না হায়রিবা অদুমা লৌবা তাররদু হকচাং ফংলুবনা মবম ওইদুনা সুমিং থা চহি অসিনচিংবগী মহুংদা থরায় পানরম্ন পুরমকনা অমুক্তা নত্তনা হম্না হম্না পোকপা শিবা, অবাবা সুঙায়রুবা অসিগী মচেনদা তাদুনা লৈরি। মবম অসিনা জ্ঞান লৈবা কনানা পোকপা শিবা, অবা-সুঙায় অসিবু পুরুষার্থনি হায়বদা য়াপনি ॥১৬

জীবগী হৌনশা ওইনা লাক্লবনি মশিবু অমুক শেখা কনা অমা লৈতে, অসুম্না লৌরবদসু, থবক তৌরিবা মী অমসুং অবা-সুঙায় অনিবু ফংলিবা জীবগী ( মহুমা ) মনিং তমদবদু উরি। হে উদ্ধব

যদি প্রাপ্তিং বিঘাতঞ্চ জানন্তি সুখদুঃখয়োঃ।
তেঽপ্যদ্ধা ন বিদুর্যোগং মৃত্যুর্ন প্রভবেদ্ যথা ॥১৯
কো ন্বর্থঃ সুখয়ত্যেনং কামো বা মৃত্যুরন্তিকে।
আঘাতং নীয়মানস্য বধ্যস্যেব ন তুষ্টিদঃ ॥২০

যদি ( অসুম্না হৈ-শিংলবনি খল্লিবা মখোয়না ) সুখদুঃখয়োঃ ( সুঙায়রবা অৱাবা অনিংগী ) প্রাপ্তিং ( ফংনবা ) চ ( অমনা ) বিঘাতং মাংননবা, যোগং ( উপায় অদু ) জানন্তি ( খংভি ) যথা ( খংলিবা অদুগুম্না ) তে অপি ( এখোয় অদুনগু ) মৃত্যুং ন প্রভবেৎ ( অমুক হন্না শিররোইদৌবা ) যোগং ( উপায় অদুবুদি ) অদ্ধা ( তরু তরুনা ) ন বিদুঃ ( খংদে ) ॥ ১৯

আঘাতং ( হাৎকম তৌনা ) নীয়মানস্য ( পুৱিবা ) বধ্যস্য ( হাৎকদৌরিবা মী অদুগী ) অন্তিকে ( মকমদা ) মৃত্যুঃ ( য়ুমনা ) ন এব তুষ্টিদঃ ( মহাক্কী অপান্বদু পীদে ) [ হে উদ্ধব ] অর্থঃ ( লননা ) বা ( অমদি ) কামঃ ( কামনা ) কিং নু ( করম তৌনা ) সুখয়তি ( সুঙায়হনগনি ) ।২০

জ্ঞান লৈরবা কনানা থবক অমসুং অৱা-সুঙায়গী মথা পোল্লবা জীবদু পুরুষার্থনি খনগনি ॥১৭

হকচাং অমা পুদুনা লৈরিবা হৈশিংলবা মীশিংগী, পংলবশিংগীসু, করিগুম্বদা সুঙায়হনবা লৈতে; মতৌ অদুগুম্না অৱাবদসু ওই. ঐনা শিংদুনা মতমচানা লন ভাগহৌবদগী সুঙায়রিবনি নি.লি, মদু খ নদুনা নিংবনি ॥১৮

অসুম্না হৈ-শিংলবনি খল্লিবা মখোয়না সুঙায়বা অৱাবা অনিংগী ফংনবা অমনা মাংননবা উপায় অদু খংভি, অদুম্না খংলিবা মখোয় অদুনগু অমুক হন্না শিররোইদৌবা উপায় অদুবুদি তরু তরুনা খংদে ॥১৯

হাৎকম তান্না পুৱিবা হাৎকদৌরিবা মী অদুগী মকমদা য়ুমনা মহাক্কী অপান্বদু পীদে ( হে উদ্ধব ) লননা অমদি কামনা করম তৌনা সুঙায়হনগনি ॥২০

শ্রুতশ্চ দৃষ্টবদ্ দুষ্টং স্পর্দ্ধাসূয়াত্যয়ব্যয়ৈঃ।
বহ্বন্তরায়কামত্বাৎ কৃষিবচ্চাপি নিষ্ফলম্ ॥২১

অন্তরায়ৈরবহিতো যদি ধর্ম্মঃ স্বনুষ্ঠিতঃ।
তেনাপি নির্জ্জিতং স্থানং যথা গচ্ছতি তচ্ছৃণু ॥২২

শ্রুতং চ ( স্বর্গনচিংবগী সুডায়বা ফংলিবা অহুও দৃষ্টবৎ ( লোক অসিদা ঐখোয়না উরিবা অসিগুম্না ) স্পর্দ্ধা ( মীগী সুডায়বা উরগা খাংঙমদবা ) অসূয়া ( অফবা তৌরিবা অহুবু ফত্তবা ওইনা লৌবা ) অত্যয়ঃ ( হেন্না অমাংবা খোকপা ) ব্যয়ৈঃ ( ময়েং তায়কপা অসিনচিংবনা ) দুষ্টং ( দোষগী মশক ওইবা ) বহ্বন্তরায়কামত্বাৎ ( য়ৈথাই থিঙ্গায় য়াম্বা অপাম্বা ওইবদগী ) অপি ( স্বর্গগী সুডায়বা অহুও ) কৃষিবৎ ( লৌ উবগুম্বনি ) চ ( অমসুং ) নিষ্ফলং ( অরাবনা হেল্লি খল্লি ) ॥২১

স্বনুষ্ঠীতঃ ( নিংথিনা মপুং ফানা তৌরবা ) ধর্ম্মঃ ( ধর্ম্ম অহুবু ) অন্তরায়ৈঃ ( বিঘ্নশিংনা ) অবহিতঃ ( অপবপিদবা ) অপি ( ওইহুনও ) যদি ( মতম অহুদা ) [ নাশহেতুত্বং অপরিহার্য্যঃ ] ( মাঙ্গনি, মপুং ফাবে হায়বগী অকিবদি কোকপা য়াম্রবনি ) তেন ( নিংথিনা পাংথোক্লবা কর্ম্ম অহুনা ) নির্জ্জিতং ( ফংহল্লবা ) স্থানং ( মফম অহুদা ) যথা গচ্ছতি ( অহুম্না চৎপা ) তৎ ( মহুবু ) শৃণু [ বক্ষে ] ( হায়রগে তাবো ) ॥২১

স্বর্গনচিংবগী সুডায়বা ফংলিবা অহুও, লোক অসিদা ঐখোয়না উরিবা অসিগুম্না মীগী সুডায়বদু উরগা খাংঙমদবা, অফবা তৌরিবা অহুবু ফত্তবা ওইনা লৌবা, হেন্না অমাংবা খোকপা ময়েং তায়কপা অসিনচিংবনা দোষগী মশক ওইবা, য়ৈথাই থিঙ্গায় য়াম্বা অপাম্বা ওইবদগী স্বর্গগী সুডায়বা অহুও লৌ উবগুম্বনি ( বিঘ্ন য়াম্না লৈ ) অমসুং অরাবনা হেল্লি খল্লি ॥২১

নিংথিনা তৌরবা কর্ম্ম অহুবু বিঘ্নশিংনা অপবপিদবা ওইহুনও, মতম অহুদা মাঙ্গনি, মপুং ফাবে হায়বগী অকিবদি কোকপা য়াম্রবনি; অহুম্না পাংথোকপ্রবা কর্ম্ম অহুনা ফংহবা মফম অহুদা, অহুম্না চৎপা

ইষ্ট্বেহ দেবতা যজ্ঞৈঃ স্বর্লোকং যাতি যাজ্ঞিকঃ।
ভুঞ্জীত দেববত্তত্র ভোগান্ দিব্যান্ নিজার্জিতান্ ॥২৩
স্বপুণ্যোপচিতে শুভ্রে বিমান উপগীয়তে।
গন্ধর্বৈর্বিহরণ্ মধ্যে দেবীনাং হৃদ্যবেষধৃক্ ॥২৪

যাজ্ঞিকঃ ( যজ্ঞ তৌবা ব্রাহ্মণনা ) ইহ ( মর্ত্ত্যলোক অসিদা ) যজ্ঞৈঃ ( যজ্ঞনা মরম ওইহনা ) দেবতাঃ ( ইন্দ্রনচিংবা লাইশিংবু ) ইষ্ট্বা ( পুজা তৌরগা ) স্বর্লোকং ( স্বর্গ লোকপু ) যাতি ( ফংঙি ) তত্র ( স্বর্গদা ) দেববৎ ( দেবতাগুম্না ) নিজার্জিতান্ ( মশানা তঙগ্রবা ) দিব্যান্ ( স্বর্গগী ওইবা ) ভোগান ( ভোগ খিবিক অহুবু ) ভুঞ্জীত ( ভোগ তৌই চাই ) ॥২৩

হৃদ্যবেষধৃক্ ( নিংথিবা ফিরোন শেংলবা যাজ্ঞিক অদুনা ) স্বপুণ্যোপচিতে ( মশাগী পুন্যনা তানশিনগ্রবা ) শুভ্রে ( নিংথিবা লংলবা কঙ্গবা ) বিমানে ( দোলায়দা তোংহনা ) বিহরন্ ( কোয়না চংলা-চংলহনা ) দেবীনাং মধ্যে ( অপ্সরাশিংগী মরক্তা ) গন্ধর্বৈঃ ( গন্ধর্বশিংনা ) উপগীয়তে ( লৈশী লৈথোক্লি ) ॥২৪

মাপু ফায়রগে তারো ॥২২

যজ্ঞ তৌবা ব্রাহ্মণনা মর্ত্ত্যলোক অসিদা যজ্ঞনা মরম ওইহনা ইন্দ্রনচিংবা দেবতাশিংবু পুজা তৌরগা স্বর্গ লোক ফংঙি, মতুদা দেবতাশিংগুম্না মশানা তাঙগ্রবা স্বর্গগী ওইবা ভোগ অহুবু চাই ॥২৩

পুক্লিং হনা কঙবা ফিরোন শেংলবা যাজ্ঞিক অদুনা, মশাগী পুন্যনা তানশিনগ্রবা কঙ্গবা দোলাইদা তেংহনা কোয়না চংলগা অপ্সরাশিংগী মরক্তা গন্ধর্বশিংনা লৈশী লৈথোক্লি।২৪

যাজ্ঞিক অদুনা অপিক অপিকপা শরীক য়াম্লবা, পুক্লিংগী মতুংইন্না চংলিবা দোলাই তোংহনা সুন্দরীশিংগা লোইননা লাইশিংগী শাদকম নন্দন কানন্দা শান্নহনা মশাগী অমাংবা অহুদি খংখিদ্রে।২৫

মতম অদুক ফাওরদা অকবা মহৈ ( পুন্য ) অদুনা লোইবা অদু ফাওবা মহাক্না স্বর্গলোকতা চুথাইনা লৈ, পুন্য লৈত্রবা মহাক্না মতমগী

স্ত্রীভিঃ কামগযানেন কিঙ্কিনীজালমালিনা।
ক্রীড়ন্ ন বেদাত্মপাতং সুরাক্রীড়েষু নির্বৃতঃ ॥২৫
তাবৎ স মোদতে স্বর্গে যাবৎ পুণ্যং সমাপ্যতে।
ক্ষীণপুণ্যঃ পতত্যর্ব্বাগনিচ্ছন্ কালচালিতঃ ॥২৬
যদ্যধর্ম্মরতঃ সঙ্গাদসতাং বাজিতেন্দ্রিয়ঃ।
কামাত্মা কৃপণো লুব্ধঃ স্ত্রৈণো ভূতবিহিংসকঃ ॥২৭

( যাজ্ঞিক অদুনা ) কিঙ্কিনীজাল মালিনা ( ঙাপিক অপিকপা শরীকশিংনা লৈতেংলবা ) কামগযানেন ( অপাম্বগী মতুংইমা দোলাই তোংদুনা চৎলবা ) স্ত্রীভিঃ ( নুপীশিংগা লোইনবা ) নির্বৃতঃ ( পুক্কিং নুঙায়না ) সুরাক্রীড়েষু ( লাইশিংগী শান্নফম নন্দনচিংবা বন্দা ) ক্রীড়ন্ ( শান্নদুনা ) আত্মপাতং ( মশাগী অমাংবা অদুবু ) ন বেদ ( খংখিদে ) ॥ ২৫ ॥

যাবৎ ( মতম অদুক ফাওবদা ) পুন্যং ( অফবা মহৈ অদুনা ) সমাপ্যতে ( লোইবা ) তাবৎ ( মদু ফাওবা ) সঃ ( মহাক্না ) স্বর্গে ( স্বর্গলোক অদুদা ) মোদতে ( নুংঙায়বা ফংঙি ) ক্ষীণপুন্যঃ ( পুন্য লৈত্রবা মহাক্না ) কালচালিতঃ ( মতম্মা লেংহন্দুনা মতমগী মখা পোন্দুনা ) অর্ব্বাক্ ( মপাপা ) অনিচ্ছন্ ( পামদনা ) পততি ( তায় ) ॥২৬

যদি বা ( অতোপ্পা অমনা ) অজিতেন্দ্রিয়ঃ ( ইন্দ্রিয়গী মখা পোল্লবা ) অসতাং ( ফত্তবশিংগী ) সঙ্গাৎ ( সঙ্গদগী ) অধর্ম্মরতঃ ( ধর্ম্ম নত্তবা অদুবু পাম্লবা ) কামাত্মা ( অপাম্বগী মশক ওইরবা [ মরম অদুনা ] কৃপণঃ ( পিথোক্লিংত্রবা ) লুব্ধঃ ( লৌনিং চানিংলবা ) স্ত্রৈণঃ ( নুপীনা খুত্থম চল্লবা ) ভূতবিহিংসকঃ ( প্রানিশিংবু হাংলবা ) ॥২৭

মখা পোন্দুনা প্রামদনা মখাদা তায়=মপুক্লিংনদি পামত্রবসু মখাদা ( মমাগী গর্ত্তদা ) তাই ॥২৬

অতোপ্পা অমনা, ইন্দ্রিয়গী মখা পোল্লবা ফত্তবশিংগী সঙ্গদগী ধর্ম্ম নত্তবা অদুবু পাম্লবা, অপাম্বগী মশক ওইরবা, মীতোপ্পা পিথোকনিংত্রবা য়ামা লৌনিং চানিলবা, নুপীনা খুত্থম চল্লবা, জীব হিংসা তৌরবা, ॥২৭

পশূনবিধিনালভ্য প্রেতভূতগণান্ যজন্ ।
নরকানবশোজন্তুর্গত্বা যাত্যুল্বনং তমঃ ॥২৮
কর্ম্মাণি দুঃখোদর্কাণি কুর্ব্বন্ দেহেন তৈঃ পুনঃ ।
দেহমভিজতে তত্র কিংসুখং মর্ত্ত্যধর্ম্মিণঃ ॥২৯
লোকানাং লোকপালানাং মদ্ভয়ং কল্পজীবিণাম্
ব্রহ্মণোঽপি ভয়ং মত্তো দ্বিপরার্দ্ধ পরায়ুষঃ ৩০

অবিধিনা ( শাস্ত্রগী বিধি য়াওদনা ) পশূন্ ( শাশিংবু ) আলভ্য ( হাৎলগা ) প্রেতভূতগনান্ ( প্রেতনা ওইপ্রবা লাইশিংবু ) যজন্ ( পুজা তৌরীবা ) জন্তুঃ ( মহাক অহূনা ) অবশঃ ( নমহুনা ) নরকান্ ( নোরোক্তা ) গত্বা ( চৎলগা ) তমঃ উল্বনং ( জ্ঞান লৈতবা ম.পাক ) [ স্থাবরনচিংবগী মপোক্তা ] যাতি ( পোকই ) ॥২৮

দেহেন ( হকচাং অসিনা মরম ওইহূনা ) দুঃখোদর্কানি ( অরাবা পিরবা ) কর্ম্মানি ( কর্ম্মশিংবু ) কুর্ব্বন্ ( তৌরগা ) তৈঃ ( কর্ম্মশিং অহূনা মরম ওইহূনা ) পুনঃ ( অমুক হন্না দেহং ( হকচাং অমা ) অভিজায়তে ( পোকই ) তত্র ( মসিদা ) মর্ত্ত্যধর্ম্মিণঃ ( পোকপা শিবগী মথা পোল্লিবা জীবশিং অসিগী ) কিং সুখম্ ( করি সুওায়রবনো ) ॥২৯

লোকানাং ( লোক পুম্নমক অসিনা ) লোকপালানাং ( লোকশিং অসিবু ওাক্লিবশিংনা ) কল্পজীবিনাং ( কল্প অমা হিংলিবশিংনা ) মত্তয়ং ( ঐঙোনদগী অকিব ফংলি ) দ্বিপার্দ্ধপরায়ুষ ( পরার্দ্ধ অনি হিংলিব ) ব্রহ্মণঃ অপি ( ব্রহ্মা অসিমক্ত ) মত্ত ( ঐঙোন্দগী ) ভয়ং ( কিরি ) । ৩০

শাস্ত্রগী বিধি য়াওদনা শাশিংবু হাৎলগা, প্রেতনা ওইপ্রবা লাইশিংবু পুজা তৌরিবা জন্তু মহাক অহূনা, শিরবা তুংদা নবহূনা নরকতা চৎলগা জ্ঞান লৈতবা উ বানচিংবগী মপোক্তা পোকই ॥২৮

হকচাং অসিনা অরাবদা পীরবা কর্ম্ম করা তৌরগা, তৌরিবা কর্ম্ম অহূনা মরম ওইহূনা, অমুক হন্না অতোপ্পা হকচাং অমা ফঙি, হায়রবদি—পোক্লবা জীবশিংনা কর্ম্ম তৌদনা লৈবা ওম্বা নত্তে, তৌরুরিবা কর্ম্মশিং অহূগী অক-ফত্তগী মহৈ চারুনবগীদমক হকচাং অমা ফংলুই

গুণাঃ সৃজন্তি কর্ম্মানি গুণোঽনুসৃজতে গুণান্ ।
জীবস্তু গুণসংযুক্তো ভুঙ্‌ক্তে কর্ম্মফলান্যসৌ ।৩১
যাবৎ স্যাৎ গুণবৈষম্যং তাবন্নানাত্মমাত্মনঃ ।
নানাত্মমাত্মনো যাবৎ পারতন্ত্র্যং তদৈব হি ।।৩২

গুণাঃ ( ইন্দ্রিয়শিংনা ) কর্ম্মানি ( কর্ম্মশং অসিবু ) সৃজন্তি ( থোকহল্লি ) গুণঃ ( সত্ত্বনচিংবা গুণ্না ) গুণান্ ( ইন্দ্রিয়শিংবু ) অনুসৃজতে ( তুংইল্লি ) তু ( অদুগা ) গুণসংযুক্ত ( ইন্দ্রিয়শিং অসিনা নিংথিনা তিন্নবা ) অসৌ জীবঃ ( অসিগুম্বা জীবসিনা ) কর্ম্মফলানি ( কর্ম্মশিংগী মহৈবু ) ভুঙ্‌ক্তে ( ভোগ তৌই চায় ) ।৩১

যাবৎ ( অদুক্তাওবা ) গুণ বৈষম্যং ( গুণশিং অসিদা মান্নবা ভাব পোক্ত্রিবা ) তাবৎ [ পর্য্যন্তং ] ( মতু ফাউবা ) আত্মন ( আত্মাগী ) নানাত্ম ( ময়ামগী মতৌবু ) স্যাৎ ( ওইগনি ) যাবৎ ( অদুক ফাউবা ) আত্মনঃ ( আত্মাগী ) নানাত্বং [ স্যাৎ ] ( ময়ামগী মতৌ ওইরিবা ) তদা এব ( মতম অদু ফাউবা ) পারতন্ত্র্যং ( মথা পোনবগী মতৌ লৈ ) হি ( মশি শোয়দবনি ) ।।৩২

মসিদা পোকপা শিবগী মথা পোল্লবা জীবশিংগী করি মুত্তাইবনো।।২৯

লোক পুম্নমক্তা, লোকপাল ইন্দ্রনচিংবনা, কল্প অমা হিংলিবশিংনা ঐঙোন্দগী অকিবা লৈ, পরার্দ্ধ অনি হিংলিবা ব্রহ্মামকসু ঐঙোন্দগী অকিবা ফংলি ।।৩০

ইন্দ্রিয়শিংনা কর্ম্ম ময়াম অসি থোকহল্লি, সত্ত্বনচিংবা গুণ্না মথোয়গী মতুং ইল্লি, অদুগা ইন্দ্রিয়শিং অসিনা নিংথিনা তিন্নবা জীব অসিনা কর্ম্মদুগী মহৈবু ভোগ তৌই চায় ।।৩১

গুণ্শিং অসিগী মান্নবা ভাব পোক্ত্রিবা অদু ফাউবা আত্মনা ময়ামগী মতৌ ওইগনি, মতম অদুক ফাউবা আত্মানা ময়ামগী মতৌ ওইরিবা, মতম অদু ফাউবা মথা পোনবগী মতৌ লৈ, মসি শোয়দবা য়ানি ।।৩২

যাবদস্যাস্বতন্ত্রত্বং তাবদীশ্বরতো ভয়ম্।
য এতৎ সমুপাসীরংস্তে মুহ্যন্তি শুচাপিতাঃ ॥৩৩
কাল আত্মাগমো লোকঃ স্বভাবো ধর্ম্ম এব চ।
ইতি মাং বহুধা প্রাহুর্গুণব্যতিকরে সতি ॥৩৪

---

অস্য ( আত্মা অসিগী ) যাবৎ ( অদু ফাউবা ) অস্বতন্ত্রত্ব ( মনিং তম্বগী মতৌ লৈত্রিবা ) তাবৎ ( অদুক ফাউবা ) ঈশ্বরতঃ ( ইন্দ্র চন্দ্রন-চিংবদগী ) ভয়ং স্যাৎ ( অকিবা ফংঙি ) যে ( মখোয় অদুনা ) এতৎ ( অহঙ্কারনচিংবগী মশক ওইবা কর্ম্ম অসিবু ) সমুপাসীরন্ তৌরিবা তে ( মখোয়শিং অদুনা ) শুচাপিতাঃ [ প্রোতাঃ ] ( অবাবনা য়োম-শিন্দুনা ) মুহ্যন্তি ( ঙকই ) ॥৩৩

---

গুণব্যতিকরে সতি ( মায়াগী সত্ত্বনচিংবা গুণ শিংনা অমগা অমগা চাং হাম্নরকু বা অতমদা ) মাং এব ( ঐহাক অসিমক্তবু ) কাল ( কাল-নি ) আত্মা ( আত্মানি ) আগম ( পোকপনি ) লোকঃ ( স্বর্গনচি বনি ) স্বভাবঃ ( দেবতানি ) ধর্ম্ম ( ধর্ম্মনি ) ইতি ( অসুম্না ) বহুধা ( মখল য়াম্না ) চ ( অমসুং ) প্রাহুঃ [ মনিষীন ] মনিষীশিংনা হায়রি ৩৪

---

আত্মা অসিগী মনিং তম্বগী মতৌ লৈত্রিবা, মতম অদুক ফাউবা ইন্দ্র-চন্দ্রনচিংবদগী অকিবা ফংঙি। মখোয় অদুনা অহঙ্কারনচিংবগী মশক ওইবা কর্ম্ম অসিবু তৌরিবা মখোয়শিং অদুনা অবাবনা য়োমশিন্দুনা অমম্বদা লৈ, ঙকই ॥৩৩

( হে উদ্ধব ) মায়াগী সত্ত্বনচিংবা গুণ শিংনা অমগ অমগা চাং খেম্নরবা মতমদা, ঐহাক অসিমক্তবু কালনি আত্মনি, পোকপাগুনি. স্বর্গনচিংবা লোকনি, ইন্দ্রনচিংবা দেবতানি, অমসুং ধর্ম্মনি অসুম্না জ্ঞান লৈবশিংনা হায়রি, হায়বদি মতমখুদা পুন্নমক অসি ঐখনা ওই হায়রি ॥৩৪

হে সর্ব্বব্যাপিন্—পুন্নমক শিনথুংনা ওইবা, জীব অসিনা কর্ম্মদা, অবা-শুঙাইবনচিংবগী লৈবা ওইদুনংগুং, গুণ শিং অসিনা পুনশিন্দে করিগুম্ব অমনা খুমজিনবা ওমত্রবা জীববু কয়দৌনা পুনশিনগদগে ॥৩৫

উদ্ধব উবাচ।

গুণেষু বর্ত্তমানোঽপি দেহজেষ্বনপাবৃতঃ।
গুণৈর্ন বধ্যতে দেহী বধ্যতে বা কথং বিভো ॥৩৫
কথং বর্ত্তেত বিহরেৎ কৈর্বা জ্ঞায়েত লক্ষণৈঃ।
কিং ভুঞ্জীতোত বিসৃজেচ্ছয়ীতাসীত যাতি বা ॥৩৬
এতদচ্যুত মে ব্রূহি প্রশ্নং প্রশ্নবিদাং বর।
নিত্যবদ্ধো নিত্যমুক্ত এক এবেতি মে ভ্রমঃ ॥৩৭

ইতি শ্রীমদ্ভাগবতে মহাপুরাণে বৈয়াসিক্যাং একাদশ স্কন্ধে দশমোঽধ্যায়ঃ ॥১০

---

উদ্ধব উবাচ ( উদ্ধবনা হংকথি ) হে বিভো = হে সর্ব্বব্যাপিন্ ( পুরমক শিনধুংনা ওইবা ) দেহী ( জীব অসিনা ) দেহজেষু ( কর্ম্মদা ) গুণেষু ( অরা-মুঙাইবনচিংবদা ) বর্ত্তমান অপি ( লৈরুবনসু ) গুণৈঃ ( গুণশিং অসিনা ) ন বধ্যতে ( পুনশিন্দে ) অনপাবৃতঃ ( করিগুম্বা অমনা কুপ শিন-থুমজিন্দ্রবা জীবু ) কথং বা ( কমদৌনা ) বধ্যতে ( পুনশিল্লি ) ॥৩৫

---

কথং বা ( কমদৌনা ) বর্ত্তেত ( লৈ ) বিহরেৎ ( বিহার তৌই = শান্নি ) বা ( অমদি কৈঃ লক্ষণৈঃ ( করম্বা খুদম্না ) জ্ঞায়েত ( খংগদবা ওই ) কিং ভুঞ্জীত ( করম্না চায়-থকই ) উত বিসৃজেৎ ( করম্না থাদোকই ) শয়ীত ( তুম্মি ) আসীত ( লৈ ) বা ( অমদি ) যাতি ( চংলি ) ।৩৬

---

এক এব ( অমত্ত ওইবা জীব অসিবু ) নিত্যবদ্ধঃ ( মতম চুপ্পদা পুল্লি নিত্যমুক্তঃ ( অমদি মুক্তনি [ মায়ানা শোক্তে ] ) এতৎ ইতি ( অসি করম ওইবগো ) মে ভ্রমঃ ( ঐ লৌকম খংজদ্রে ) হে অচ্যুত প্রশ্নবিদাম্বর ( হে অচ্যুত প্রশ্ন খংবশিংগী অথোম্বা ) মে প্রশ্নং ( ঐনা হংজবসি ) ব্রূহি ( তাকপিয়ু ) ।।৩৭

---

কমদৌনা-লৈ, বিহার তৌই = শান্নি, অমদি করম্না খুদম্না খংগদবা ওই, করম্না চায়-থকই, অমসুং থাদোকই, তুম্মি, লৈ, অমদি চংলি ॥৩৬

অমত্ত ওইবা জীব অসিবু মতম চুপ্পদা পুল্লি অমসুং মুক্তনি হায়বা বা অস করম্না ওইবগো ? ঐ লৌকম খংজদ্রে হে অচ্যুত হে প্রশ্ন খংবশিংগী অথোম্বা ঐনা হংজবসি তাকপিয়ু ॥৩৭

মতাং অসিদা বেদব্যাসনা লেংবা শ্রীমদ্ভাগবতকি তরামাথোয়শুবা স্কন্দগী তরাশুবা অধ্যায় লোইরে ॥১০

# শ্রীমদ্ভাগবতম্

## একাদশ স্কন্ধঃ

### একাদশ অধ্যায়ঃ

শ্রীভগবানুবাচ।

বদ্ধো মুক্ত ইতি ব্যাখ্যা গুণতো ন মে বস্তুতঃ।
গুণস্য মায়ামূলত্বান্নমে মোক্ষো ন বন্ধনম্ ॥১
শোক মোহৌ সুখংদুঃখং দেহাপত্তিশ্চ মায়য়া।
স্বপ্নে যথাত্মনঃ খ্যাতি সংসৃতিঃ ন তু বাস্তবী ॥২

---

শ্রীভগবান্ উবাচ ( শ্রীভগবান্‌না হায়ৃথি ) বদ্ধঃ ( পুথা ) মুক্তঃ ( পুনদবা ) ইতি ( অম্বমা ) হায়বসি ) গুণতঃ ( সত্ত্বনচিংবা গুণনা মরম ওইদুনা ) মে ব্যাখ্যা ( ঐগী সৃষ্টীসি খংহনবনি ) ন বস্তুতঃ ( অচুম্বমুক্তি নত্তে ) চ ( অদুগা ) গুণস্য ( গুণ অসিগীসু মায়ামূলত্বাৎ ( মায়াদগী লাকপনা ) মে ( ঐগোম্বা ) ন বন্ধনং ( পুনবা হায়বদু লৈত্তে ) [ বন্ধনাভাবাৎ ] ( পুনবা হায়বদু লৈত্তবদগী ) ন মোক্ষঃ ( পুনদবা হায়বদুও লৈত্তে ) ॥১

---

শোক ( পুক্লিংগী অৱাবা ) মোহৌ ( ওমনা থংবা ) সুখং ( নু-ভায়বা ) দুঃখং ( অৱাবা ) দেহাপত্তিঃ ( হকচাং অমা ফংবা অমত্তুং শিবা পুন্নমক অসি ) মায়য়া ( মায়ানা মরম ওইবনি ) যথা ( খুদমদি ) স্বপ্নে ( মংদা ) আত্মনঃ ( বুদ্ধিনা ) খ্যাতি [ বিবর্ত ] ( ময়াদা চংহনা ) সংসৃতিঃ ( সংসার অমা উদ্দি ) ন বাস্তবী মদু ( অচুম্বা নত্তে ) [ তথা ] ( মদুগুম্বনী ) ॥২

---

শ্রীভগবান্‌না হায়ৃথি, পুনবা পুনদবা অম্বমা হায়বসি সত্ত্বনচিংবা

বিদ্যাবিদ্যে মম তনু বিদ্ধ্যুদ্ধব শরীরিণাম্ .
মোক্ষ বন্ধকরী আদ্যে মায়য়া মে বিনির্ম্মিতে ।।৩
একস্যৈব মমাংশস্য জীবস্যৈব মহামতে ।
বন্ধোঽস্যাবিদ্যয়ানাদির্বিদ্যয়া চ তথেতরঃ ।৪

( হে উদ্ধব ) বিদ্যাবিদ্যে ( বিদ্যা অমসুং অবিদ্যা কৌবী অনি অসিনা শরীরিণাং ( জীবশিং অসিগী ) বন্ধ মোক্ষকরী ( অবিদ্যানা সংসার অসিদা জীব অসিবু পুন্দুনা থম্বা, বিদ্যানা মসিদগী লাম্হোকপা অনি অসি থোকহল্লিবী ) মম ( ঐগী ) তনু ( শক্তিনি হায়না ) বিদ্ধি ( খংঙু ) আদ্যে ( অনাদী অনন্ত অব্যক্ত ওইবী ) মে মায়য়া ( ঐগী মায়ানা ) বিনির্ম্মিতে ( শেমগ্রবী'ন ) ।।৩

হে মহ মতে ( য়াম্না বুদ্ধি লৈরবা হে উদ্ধব ) একস্য এব ( অমত্তমক ওইরবা ) অনাদেঃ ( মতোন্দগী হানবা লৈত্রগা ) মম অংশস্য ( ঐগোন-দগী থায়দোকখিবা ) জীবস্য এব ( জীব অসিতগী ) অবিদ্যয়া ( অবি-দ্যানা মরম ওইদুনা ) বন্ধঃ ( পুনবা ) চ ( অমসুং ) বিদ্যয়া ( বিদ্যানা মরম ওইদুনা ) তথা ( অদুম্না ) ইতর. [ ভবতি ] ( পুনদবা ওই ) ।।৪

গুণ্‌না মরম ওইদুনা ঐগী সৃষ্টিসি খংহনবনি. অচুম্বমক্তি নত্তে. অদু-গা গুণ্‌ অসিগীসু মায়াদগী লাকপনা মরম ওইদুনা ঐগোন্দা, পুনবা হায়বদু লৈতে. পুনবা হায়বদু লৈতবনা মরম ওইদুনা পুনদবা হায়-বদুসু লৈতে ।।১

পুক্লিং ম্বাবা, ওম্বনা খংবা উবা, অম্বাবা মুঙায়বা. পোকপা শিবা. পুম্নমক অসি মায়ানা মরম ওইবনি অরেপ্পা নত্তে, থুদমদি তুমলিঙৈদা মংদা বুদ্ধিনা মায়াদা চংলগা সংসার অমা উরি. মহ অচুম্বা নত্তে ( পুম্নমক্কা খংনবনি ) অদুগুম্বনি ।২

হে উদ্ধব ! অবিদ্যা অমসুং বিদ্যা কৌবী অনি অসিনা জীবশিং অসিগী, অবিদ্যানা সংসার অসিদা জীব অসিবু পুন্দুনা থম্বা, বিদ্যানা মসিদগী লাম্হোকপা থোকহল্লিবী. ঐগী শক্তিনি হায়না খংঙু ? অনা-দী অনন্ত-অব্যক্ত ওইবী মাঙোন্দগী হানবা লৈত্রবী, মাগী অরোইবা

আত্মানমন্যঞ্চ স বেদ বিদ্বা—
নপিপ্পলাদো ন তু পিপ্পলাদঃ
যোঽবিদ্যয়া যুক্ স তু নিত্যবদ্ধো
বিদ্যাময়ো যঃ স তু নিত্যমুক্তঃ ।।৭

অপিপ্পলাদঃ ( কর্ম্মফল চাদবা ) বিদ্বান্ ( অন্তরঙ্গ জ্ঞান শক্তিনা তিনবা ) সঃ ( পরমাত্মানা ) আত্মানং ( মশাবু ) অন্যঞ্চ ( অতোপ্পা জীববুশু ) বেদ ( খংডি ) তু ' ভৌইশুম্বসুং ) ন পিপ্পলাদঃ ( কর্ম্মগী মহৈ চারিবা জীব অহুনদি মশাবু খংজদে অতোপ্পবুশু খংদে ) অবিদ্যয়া যুক্ ( অবিদ্যা মায়ানা তিনবা ) সঃ তু ( মহাক্তুনা ) নিত্যবদ্ধঃ ( অনাদি বদ্ধনি ) বিদ্যাময়ঃ ( জ্ঞান স্বরূপ ওইবা ) সঃ তু ( মহাক্তুনা ) নিত্যমুক্ত ( অনাদি কালদগী মুক্তনি ) ।।৭

মায়রবা, থাদোক্লবসু লৈত্রবা জীব অনি অসি, অথোয়বা মশা পাল্লি, কর্ম্মগী মথা পোনহুনা অরেপ্পা লৈত্রবা শরীর অসিদা লৈফম শেম্বলবা মথোয় অনিগী মমুংদা অবনা, কনা অমত্তনশু হুয়েং ফাউবা শোয়দনা লৈগনি হায়বসি অরেপ্পা হায়রবা ওমত্রবা হকচাংগী কর্ম্মফল অহুবু চাহুনা লৈ, অনিশুবা অহুনা করিমতা চাদে, চাত্রবসু জ্ঞানচিংবগী শক্তিনা লেপ্লি । ৬

কর্ম্মগী মহৈ চাদবা, অন্তরঙ্গ জ্ঞান শক্তিনা তিনবা পরমাত্মানা মশাবু অতোপ্পা জীববুশু খংডি, ভৌইশুম্বসুং কর্ম্মগী মহৈ চারিবা জীব অহুনদি মশাবু খংজদে অতোপ্পবুশু খংদে, অবিদ্যা মায়ানা তিনবা মহাক্তুনা হায়ওমদবা মতমদগী পুন্দুনা লৈ, জ্ঞানস্বরূপ মহাক্তুনা অনাদি কালদগী মুক্তনি ।।৭

মসিগী থুদমদি, আত্মাবু খংলবা উরবা মী অহুনা, প্রারব্ধ ( মহৈ চাবা হৌরবা ) কর্ম্মগী মথা পোন্দুনা শরীর অমা লৌহুনা লৈবহু ওইহুনশু শরীর অহুনা পুনশিন্দে, মরম অহুনা শরীর অহুনা লৈজে হায়রবনি; তুম্বদগী হৌগংলবা মী অহুনা, তুম্লিওদা ফংলম্বা অবা মুঙায়না চিংবহু নিংশিংবা মতমদা অমুক হন্না ফংদে, অহুঙমা, করিস্নু খংত্রবা মী অহুনা, জীব অসি হকচাং অসিগা করিস্নু মরী লৈনদবনি

দেহস্থোঽপি ন দেহস্থো বিদ্বান্ স্বপ্নাদ্ যথোত্থিতঃ।
অদেহস্থোঽপি দেহস্থঃ কুমতিঃ স্বপ্নদৃগ্ যথা ॥৮
ইন্দ্রিয়ৈরিন্দ্রিয়ার্থেষু গুণৈরপি গুণেষু চ।
গৃহ্যমাণেষ্বহং কুর্য্যান্ন বিদ্বান্ যস্ত্ববিক্রিয়ঃ ॥৯

যথা ( মসিগী থুদমদি ) বিদ্বান্ [ মুক্ত ] আত্মাবু খংলবা অপুম্বা লৈত্রবা পুরুষ অদুনা ) দেহস্থঃ অপি ( প্রারব্ধ [ ফংবা হৌগ্রবা ] কর্ম্মগী মথা পোন্দুনা ) দেহস্থঃ ( শরীর অমা লৌদুনা লৈবদু ওইদুনসু ) ন দেহস্থঃ ( শরীর অদুদা লৈতে ) [ মদুদি ] স্বপ্নৎ উত্থিতঃ তুম্বদগী হৌগৎলবা মী অদুনা ) তথা ( তুম্নিংউদা ফংলম্বা অবা মুভায়নচিং-বদু ) [ অর্থামানে ] ( নিংশিংবা মতমদা ) যথা ( অবাবনা চিংবদু ওইদবা অদুগুম্না ) কুমতিঃ [ অবিদ্বান ] ( করিসু খংদ্রবা মী অদুনা ) অদেহস্থঃ অপি ( জীব অসি হকচাং অসিগা করিসু মরি লৈনলবনি অদু ওইদুনসুং ) স্বপ্নদৃক্ [ যথা ] ( মংদা বারম্বা উরম্বা অদুগুম্না ) দেহস্থঃ ( শরীর অসিদা লৈরি ) ॥৮

তু ( তৌইগুম্বগুং ) অবিক্রিয়ঃ ( অপাম্বা য়েংথিবা অসিনচিংবনা বিকার পোক্ত্রবা ) যঃ বিদ্বান্ ( খংলবা মুক্ত পুরুষ অদুনা ) ইন্দ্রিয়ৈঃ ( মিৎ নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংনা ) ইন্দ্রিয়ার্থেষু ( রূপ রসনচিংবা ই-ন্দ্রিয়গী বিষয়থিবিক অসিবু ) গৃহ্যমাণেষু অপি ( লৌবা চাবা ওইদুনসু ) গুণৈঃ ( ইন্দ্রিয়শিং অসিনা ) গুণেষু চ ( বিষয়শিং অসিদা ) বর্ত্তেতঃ ( লৈলবনি ) অহং ( মশি খংদুনা অহং ন কুর্য্যাৎ ( অহঙ্কার তৌদে ) ॥৯

খংদ্রবা মী অদুনা, জীব অসি হকচাং অসিগা করিসু মরি লৈনদবনি, অদু ওইদুনসু মংদা বারম্বা উরম্বা অদুগুম্না শরীর অসিদা লৈরি ॥৮

তৌইগুম্বগুং অপাম্ব য়েংথিবনচিংবা অসিনা মরম ওইদুনা বিকার পোক্ত্রবা খংলবা মুক্ত পুরুষ অদুনা, মিৎ নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংনা রূপ রসনচিংবা ইন্দ্রিয়গী বিষয় থিবিক অসিবু লৌব-চাবা ওইদুনসু ইন্দ্রিয়শিং অসিনা বিষয়শিং অসিদা লৈবনি খংদুনা অহঙ্কার তৌদে ॥৯

মুক্তা তৌথিবা কর্ম্মগী মথা পোল্লবা হকচাং অসিদা লৈরবা

দৈবাধিনে শরীরেঽস্মিন্ গুণভাব্যেন কর্ম্মণা ।
বর্ত্তমানোঽবুধস্তত্র কর্ত্তাস্মীতি নিবদ্ধ্যতে ।।১০
এবং বিরক্তঃ শয়নে অসনাটনমজ্জনে ।
দর্শন স্পর্শনঘ্রাণ ভোজন শ্রবণাদিষু ।।১১
ন তথা বদ্ধ্যতে বিদ্বাংস্তত্র তত্রাদয়ন্ গুণান্
প্রকৃতিস্থোঽপ্যসংসক্তো যথা খং সবিত্তানিলঃ ।।১২

দৈবাধিনে (মথক্তা তৌথিবা কম্মগী মখা পোল্লবা) অস্মিন্ শরীরে (হকচাং অসিদা) বর্ত্তমান (লৈরবা) অবুধ (শাস্ত্রগী জ্ঞান লৈত্রবা) [ স ] (মী অদুনা) গুণভাব্যেন (ইন্দ্রিয় অসিদগী পোল্লবা) কর্ম্মনা (কর্ম্মনা মরম ওইদুনা) কর্ত্তা (থবক তৌবা) [ অহং ] অস্মি (ঐনি) ইতি অসুম্না খনবদগী) তত্র (মদুদা) নিবদ্ধ্যতে [কর্ম্মভি] (কর্ম্মনা নিংথিনা পুল্লি) ।।১০

এবং (অসুম্না) প্রকৃতিস্থঃ অপি (হকচাংদা লৈদুনশু) বিদ্বান্ (মুক্ত পুরুষ অদুনা) শয়নে (তুম্বদা) আসনে (ফম্বদা) অটনে (চৎপদা) মজ্জনে (ঈরুজবদা) তথা (অমদি) অন্যেষু (অতোপ্পা) দর্শন (উবা) স্পর্শন (শোক্নবা) ঘ্রান (মনম নম্বা) ভোজন (চাবা) শ্রবনাদিষু (তাবনচিংবদা) বিরক্তঃ [ সন্ ] (পামদরা ওইদুনা) তত্র তত্র (রূপ রসনচিংবা বিষয়শিং অদু অদুবু) গুণান্ (ইন্দ্রিয়শিং অসিবু) আদয়ন্ (লৌহন্দুনা) তথা [ অবুধ ] (খংদবম্না তৌবগুম) ন বদ্ধ্যতে (মদুদা পুনশিন্দে) অসংসক্তঃ (করিগুম্বা অমত্তা তোংশিন্ তিনুশিনবা তমত্রবা) খং (আকাশ) সবিতা (সুর্য্য অমসুং) অনিল (নুংশিৎনা) যথা (তৌবগুমই) ।।১১।।১২

শাস্ত্রগী জ্ঞান লৈত্রবা মী অদুনা, ইন্দ্রিয় অসিদগী পোল্লবা কর্ম্মনা মরম ওইদুনা থবক তৌরিবা ঐনি অসুম্না খনবদগী, মদুদা কর্ম্ম অদুনা মী অদুবু নিংথিনা পুল্লি ।।১০

অসুম্না মুক্ত পুরুষ অদুনা হকচাংদা লৈদুনশু, তুম্বা, ফম্বা, চৎপা ঈরুজবা অমিনচিংবদা অমদি অতোপ্পদা, শোক্নবা, মনম নম্বা, চাবা,

বৈশারদ্যেক্ষয়াসঙ্গ শিতয়া ছিন্নসংশয়ঃ ।
প্রতিবুদ্ধ ইব স্বপ্নান্নানাত্বাদ্ বিনিবর্ত্ততে । ১৩
যস্য স্যুর্বিত সংকল্পাঃ প্রাণেন্দ্রিয়মনোধিয়াম্
বৃত্তয়ঃ স বিনির্মুক্তো দেহস্থোঽপি হি তৎগুণৈঃ ।১৪।

অসঙ্গশিতয়া ( অপাম্বা লৈত্তবনা মরম ওইহুনা নিংথিনা থো·হল্লবা ) বৈশারদ্যা ( য়াম্না হৈ-শিংলবা বুদ্ধি অহুনা ) ঈক্ষয়া ( য়েংবা থিবনা মরম ওইহনা ) ছিন্নসংশয়ঃ ( চিংনবা পুম্নমক ককথংলবা বিদ্বান্ অহুনা ) স্বপ্নাৎ ( তুমথোক্লুরবদগী ) প্রতিবুদ্ধ ইব ( মিৎ-না তশিং তশংলবা অহুগুম্না ) নানাত্বাৎ ( শরীরনা চিংবা ফোংদোক্লিবা জগৎ অসিদগী ) বিনিবর্ত্ততে ( অমুক হল্লকলোইদোবা থোংচত্তা হঞ্জিনখি ) ।১৩

যস্য ( মী অহুগী ) প্রানেন্দ্রিয় মনোধিয়াং ( প্রান মঙা, ইন্দ্রিয়শিং খোং খুৎনচিংবা থবক তৌনবা মঙা, মিৎ নাকোংনচিংবা থ নবা ইন্দ্রিয় মঙা, মন অমসুং বুদ্ধি, মখোয় অশিগী । বৃত্তয়ঃ ( মথৌ তৌরিবা থবক অহুনা ) বিতসংকল্পা ( অপাম্বগী মথা পোল্লবা ) স্যুঃ ( ওইরবা ) সঃ ( মী অহু ) দেহস্থঃ অপি ( হকচাং অসিদা লৈহুনগু ) তৎ গুণৈঃ ( দেহগী ধর্ম্মশিংনা ) বিনির্মুক্তঃ ( তক্ত তক্তনা থাদোকপিরে ) ।।১৪

ভাবনচিংবদা পাংমদবা ওইহুনা, রূপ রসনচি বা বিষয় অহু অহুদা, ইন্দ্রিয়শিংবু লৌহন্নুনা, খংদবনা তৌবগুম্না মহুদা পুনশিন্দে, কবিগুম্বা অমমা পকশিল্লুবা ওমত্রবা আকাশ, মুনিৎ, মুংশিৎনা তৌবগুমই ।।১১।১২

অপাম্বা লৈতবনা মরম ওইহুনা নিংথিনা থোহল্লবা, য়াম্না হৈ-শিংলবা বুদ্ধি অহুনা য়েংবা থিবনা মরম ওইহুনা চিংনবা পুম্নমক কক-থংলবা বিদ্বান্ অহুনা তুমথোকলুরবদগী মিৎ-না তশিং তশিংলবা অহুগুম্না শরীরনচিংবা ফোংদোক্লিবা জগৎ অসিদগী হল্লক্লুবা থোংচত্তা হঞ্জিনখি ।।১৩

মী অহুগী প্রান মঙা, ইন্দ্রিয় তরা অমসুং মন, বুদ্ধি, মখোয় অসিগী তৌরিবা থবক অহুনা অপাম্বগী মথা পোল্লা থবক তৌবা ওইদবা মী অহুনা হকচাং মপদা লৈহুনসু দেহগী ধর্ম্মশিংনা থাকহৌদনা থাদোকপিরে । ১৪

যস্যাত্মা হিংস্যতে হিংস্রৈর্যেন কিঞ্চিদ্‌ যদৃচ্ছয়া।
অর্চ্চ্যতে বা ক্বচিত্তত্র ন ব্যতিক্রিয়তে বুধঃ। ১৫।
ন স্তুবীত ন নিন্দেত কুর্ব্বতঃ সাধ্বসাধু বা।
বদতো গুণ দোষাভ্যাং বর্জ্জিতঃ সমদৃক্‌মুনিঃ। ১৬।
ন কুর্য্যাৎ ন বদেৎ কিঞ্চিৎ ন ধ্যায়েৎ সাধ্বসাধু বা।
আত্মারামোঽনয়া বৃত্ত্যা বিচরেজ্জড়বন্মুনিঃ। ১৭।

যস্য ( মহাক্কী ) আত্মা (শরীর অহুবু ) হিংস্রৈঃ ( ফত্তবা মীশিংনা ) হিংস্যতে ( অৱাবা পি ) যেন ( কনাগুম্বা অমনা ) যদৃচ্ছয়া ( অপাম্বগী মতুং ইন্না ) কিঞ্চিৎ ( থরদং ) অর্চ্চ্যতে ( পুজা তৌই ) তত্র ( মহুদা ) ক্বচিৎবা ( করিগুম্বা অমদগু ) ন ব্যতিক্রিয়তে ( বিকার পোক্কে থদ্রুদে ) [সঃ] বুধঃ ( মহাক বুধি লৈবনি, মহাক অহু অথংবনি )। ১৫ ॥

গুণদোষাভ্যাং ( গুণ অমসুং দোষ অনি অসিনা ) বর্জ্জিতং ( লৈ-ত্রবা ) সমদৃক্‌ [ সম] ( মান্নবা অহুবু উরিবা ) মুনি ( মুনি অহুনা ) সাধু ( অফবা ) অসাধু ( ফত্তবা ) কুর্ব্বতঃ ( তৌরিবা ) বা ( অমদি ) বদতঃ ( থাগৎলিবা অমসুং নিন্দা তৌরিবা মথোয় অহুবু ) ন স্তুবীতঃ ( থাগত্তে ) ন নিন্দেতঃ ( নিন্দা তৌরুদে )॥ ১৬ ॥

আত্মারামঃ ( আত্মাগী মুগায়বা অহুনা মশাবু কাউথোক্লবা ) মুনিঃ ( মুনিনা ) কিঞ্চিৎ ( করিগুম্বা ) সাধু ( অফবা ) অসাধু ( ফত্তবা ) ন-কুর্য্যাৎ) তৌরোয়দৌবনি ) ন বদেৎ ( অফবা ফত্তবা অমত্তা হায়রোই-দবনি ) বা ( অমদি ) ন ধ্যায়েৎ ( নিংসু নিংলোয়দবনি ) অনয় বৃত্ত্যা ( অসুম্না লৈহুনা ) জড়বৎ ( লোন থোক্তবগুম্না অফকপগুম্না ) বিচরেৎ চত্তুনা লৈগনি )॥ ১৭।

মহাক্কী শরীর অহুবু ফত্তবা মীশিংনা অৱাবা পী অহুপা কনাগুম্বা অমনা লৈ চন্দনচিংবনা পুজা তৌই, মহুদা মী অহুনা করিগুম্বা অম-গুম্ব পুরিংগী বিকার অমত্তা পোক্কে, থদ্রুদে, মহাক অথংবনি পণ্ডিতনি। ১৫।

গুণ অমসুং দোষ অনিনা লাওত্রবা আত্মাবু উরিবা মুনি অহুনা মহাকপু ইকায় খুম্নবা অমদি থাগৎলিবা, কু-চৈরিবা অমসুং নিন্দা

শব্দব্রহ্মণি নিষ্ণাতো ন নিষ্ণায়াৎ পরে যদি।
শ্রমস্তস্য শ্রমফলো হ্যধেনুমিব রক্ষতঃ। ১৮।
গাং দুগ্ধদোহামসতীঞ্চভার্য্যাং
দেহং পরাধীনমসৎপ্রজাঞ্চ।
বিত্তং ত্বতীর্থীকৃতমঙ্গ বাচং
হীনাং ময়া রক্ষতি দুঃখ দুঃখী। ১৯।

শব্দব্রহ্মণি (বেদদি) নিষ্ণাতঃ (নিংখিনা খংলগা) পরে (পরব্রহ্মদদি) ন নিষ্ণায়াৎ [খংজ্রবা] ধ্যান-নচিংবনা খংনমবা হোৎনজ্রবা) মুনিঃ (জ্ঞানী পুরুষ অদুনা) হি (কেপ্পা) অধেনুং (লমষণ, মতম্ কুইনা মচা পোক্তবী (অথুংবী) ষণবীবু) রক্ষকঃ (লোইরিবা মী) ইব (অদুগী মতৌগুম) তস্য (জ্ঞানী অদুগী) শ্রমঃ (বেদ তম্বগী অরাবা অদু) শ্রমঃ এব (অবাবা অদুতনা) ফল ফগনি [মহৈনি])। ১৮।

দুগ্ধদোহাং (মথোম্ দুনদোকপ্রবী) গাং (ষণবী) চ (অমসুং) অসতীং (পাম্নিংঙায় য়াউদ্রবী) ভার্য্যাং (মুপী) পরাধীনং (ইন্দ্রিয়গী মথা পোল্লবা) দেহং (শরীর) চ (অমদি) অসৎ (অফ-ফত্তগী বিচার লৈতব্রবা) প্রজাং (মচা) অতীর্থীকৃতং (মতীকচাবা পাত্র কংলবদসু, দান তৌত্রবা) বিত্তং (লন) তু (তৌইগুম্বসুং) হে অঙ্গ (দুংশিরবা উদ্ধব) ময়াহীনাং (ঐগী লিলানচিংবা য় উত্রবা) বাচং (ৱ রীব ত ত্রবা) [তে] মথোম্ অনিহু) দুঃখ দুঃখী (অযাবগী তুংদা অযাবতা চংনবা,) রক্ষতি (চাকুশেন্নুনা থম্মবনি)। ১৯।

তৌরিবা, মী অদুবু থাগৎকে রিল্বা য়োদে ॥ ১৬॥

আত্মাগী মুত্তায়বা অদুনা মশাবু কাউথোক্লবা মুনি অদুনা অকৃষ্ণ কৃষ্ণা করিগুম্বা অমত্তা তৌথোক্লইদৌবনি, কুরু-কুত হায়রোইদৌবনি অমদি বিষয় অসিদা নিংষুরিলোইদ্রৌবমি, লোর খোক্লবা অরুক প্ৰগুন্না কোমনা চত্না লৈগদৌবনি ॥ হায়রিবা পুরুষ অসি মুক্তি পামিরা মীগী সাধন (উপায়) নি হায়রনু থময়রি (শিরুঃ) ॥ ১৭ ॥

বেদশিং লিংখিনা খংলগা, পরমাত্মাবুদি ধ্যানচিংনা খংভনবা

যদ্যণীশো ধারয়িতুং মনো ব্রহ্মণি নিশ্চলম্।
ময়ি সর্ব্বাণি কর্ম্মানি নিরপেক্ষঃ সমাচর ॥ ২২ ॥
শ্রদ্ধালুর্মৎকথাঃ শৃণ্বন্ সুভদ্রা লোকপাবনীঃ।
গায়ন্নন্স্মরন্ কর্ম্ম জন্ম চাভিনয়ন্ মুহুঃ ॥ ২৩ ॥

যদি ( নতম অহুদা ) ব্রহ্মনি ( পরমাত্মাব্রহ্মদা ) মনঃ (পুক্নিং অহু ) নিশ্চলং ( লেংদনা ) ধারয়িতুং ( হাপচিনগে হোৎনবদা ) অণীশঃ ( ঙম-ঙবা ) [তদা] অহুওইরবদি, ময়ি ( বাসুদেবে কৃষ্ণ ঐঙোন্দা ) নিরপেক্ষ [সিন্] ( অপাম্বা থাদোক্লুনা ) সর্ব্বানি কর্ম্মনি ( কর্ম্ম পুম্নমক ) সমাচর ( নিংথিনা ভৌরো ) [কংলো] । ২২ ।

শ্রদ্ধালুঃ ( থাজবগা লোইননা ) লোকপাবনীঃ ( সংসার অসিবু শেংহল্লিবী ) সুভদ্রাঃ ( অয়েপ্পা মঙ্গল পীনরিবী ) মৎকথাঃ (ঐগী ৱারীবু) শৃণ্বন্ ( তারগা ) [মৎ] কর্ম্ম ( ঐগী কর্ম্ম ) চ ( অমসুং ) জন্ম ( জন্ম অসি পুম্নমক ) মুহুঃ ( হন্না হন্না ) গায়ন্ ( শক-শোন্দুনা ) অভিনয়ন্ ( মচু দা লৈগনি । ২৩ ।

হুংশিরবা উদ্ধব! অহুগুম্বা ৱারী অহুদা জগৎ অসিগী সৃষ্টি স্থিতি প্রলয়গী ওইবা তাবদা-পাপ কোক্লবা ঐগী কর্ম্ম অমদি লীলা অবতারগী মহুংদা জগৎ অসিবু মঙ্গল পীনরবা ঐগী জন্ম, বাল্য লীলানচিংবা চরিত্র অহু য়াউজরবা, ৱারী অহু মহৈ য়ানত্রবনি, জ্ঞান লৈবশিংনা মহু লৌ-রোইদবনি । ২০ ।

কারত্রবা ৱারী ৱাতাই থাদোক্লগা গুরুদা হংজহুনা আত্মাগী মরমদা ওয়না থংলিবা পুম্নমকচু য়াংহন্নবা শেংলবা পুক্নিং অহুবু ঐঙোন্দা কংলবা অহুগী তুংদা হঞ্জিনখিগনি । ২১ ।

মতম অহুদা ব্রহ্মদা পুক্নিং অহু নিংথিনা লেংদনা থম্বা ঙমত্রবা অহু ওইরবদি, বাসুদেব কৃষ্ণ ঐঙোন্দা অপাম্বা য়াউদনা নিত্যকর্ম্ম অমসুং নৈমিত্তিক কর্ম্মনচিংবা লোইনরক্লবা কর্ম্ম পুম্নমক নিংথিনা কংলো ॥ ২২ ॥

হে উদ্ধব য়ায়া থাজবগা লোইননা, সংসার অসিবু শেংহল্লিবী

মদর্থে ধর্ম্মকামার্থানাচরন্ মদপাশ্রয়ঃ।
লভতে নিশ্চলাং ভক্তিং ময্যুদ্ধব সনাতনে। ২৪।
সৎসঙ্গলব্ধয়া ভক্ত্যা ময়ি মাং স উপাসিতা।
স বৈ মে দর্শিতং সদ্ভিরঞ্জসা বিন্দতে পদম্ । ২৫।
উদ্ধব উবাচ।
সাধুস্তবোত্তমশ্লোক মতঃ কীদৃগ্ বিধঃ প্রভো।
ভক্তিস্ত্বয্যুপযুজ্যেত কীদৃশী সদ্ভিরাদৃতাঃ। ২৬।

---

উদ্ধব ( হে উদ্ধব ) মদপাশ্রয়ঃ ( ঐভোম্ব চংজহুনা ) মদর্থে ( ঐগী-দমক্তা) ধর্ম্ম কামার্থান্ ( ধর্ম্ম কাম অর্থ পুম্নমক ) আচরন্ (তানশিল্লবা ) [সঃ) ( মহাত্মা ) সনাতনে ( অমুম লেংদনা লৈরবা ) ময়ি ( কৃষ্ণ ঐভোম্বা ) নিশ্চলাং ( লেংত্রবা ) ভক্তিং ( ভক্তিবু ) লভতে ( ফংঙি ) ।২৪ |

---

ময়ি ( ঐভোম্বা ) সৎসঙ্গলব্ধয়া ( সাধুসঙ্গদগী ফংলল্লবা ( ভক্ত্যা ( ভক্তিনা মরম ওইহুনা ) সঃ ( ভক্ত অহুনা ) মাং ( ঐবু ) উপাসিতা ) ( উপাসনা তৌরি ) সঃ ( মহাত্মা ) সদ্ভিঃ ( সাধুশিং অহুবা ) দর্শিতং ( উহল্লবা ) মে ( ঐগী ) পদম্ ( মফম অহু ) অঞ্জস্যা ( লায়না ) বিন্দতে ( ফংঙি ) । ২৫ ।

---

উদ্ধব উবাচ ( উদ্ধবনা হংজখি ) হে উত্তমশ্লোক ( পুম্নমক্কগী অথেয়বনি হায়না খংনম্নিবা হে কৃষ্ণ ) কীদৃগ্বিধ ( করম্বা মখলগী ) সাধু ( সাধুনা ) তব মতঃ ( ইবুংঙোগী অপাম্বনো ) প্রভো ( হেপ্রভো ) সদ্ভি ( নাম্বনচিংবনা ) আদৃতা ( সেবা তৌরবী ) কীদৃশী ভক্তি ( করম্বা ভক্তিনা ) ত্বয়ি ( নহাকী নফমদা ) উপপদ্যতে ( মন্তিক চাবনো )

---

অরেপ্পা মঙ্গল পীরিবী ঐগী বারী পুম্নমক তাবগা ঐগীদম্ন কর্ম্মনচিংবা অহু হম্না হম্না নিংশিংহুনা মহুদা লৈজহুনা, ঐভোম্বা চংজহুনা ঐগীদমক্তা ধর্ম্ম কাম অর্থ পুম্নমক তানশিল্লবা মহাত্মা, অমুম লেংদনা লৈরবা কৃষ্ণ ঐভোম্বা লেংত্রবা ভক্তিবু ফংঙি। ২৩। ২৪।

ঐভোম্বা সাধু সঙ্গদগী ফংলল্লবা ভক্তিনা মরম ওইহুনা ভক্ত অহুনা ঐবু উপাসনা তৌরি, মহাত্মা সাধুশিংনা খংহল্লবা উহল্লবা ঐগী

এতন্মে পুরুষাধ্যক্ষ-লোকাধ্যক্ষ জগৎপ্রভো।
প্রণতায়ানুরক্তায় প্রপন্নায় চ কথ্যতাম্ । ২৭।
ত্বং ব্রহ্ম পরমং ব্যোম পুরুষঃ প্রকৃতেঃ পরঃ।
অবতীর্ণোঽসি ভগবন্ স্বেচ্ছোপাত্ত পৃথগ্বপুঃ । ২৮ ।

---

পুরুষাধ্যক্ষ ( হে ব্রহ্মানাচিংববু নিয়ম তৌরিবা ) হে লোকাধ্যক্ষ হে লোক পুম্নমক অসিবু সাশন তৌরিবা ) জগৎপ্রভো ( হে জগৎকী মপু ) প্রণতায় ( নহাকপু খুরুমজরিবা ) অনুরক্তায় ( নহাকপু নুংশিজরবা ) চ ( অমসুং ) প্রপন্নায় ( চংজরিবা ) মে ( ঐঙোন্দা ) এতৎ [ সর্ব্বং ] ( পুম্নমক অসিবু ) কথ্যতাম্ ( হায়বীয়ু ) । ২৬ । ২৭ ।

---

হে ভগবন্ ( ঐশ্বর্য্যানা চিংবা গুণ পুম্নমক্না তিল্লবা হে কৃষ্ণ ) ত্বং ( নহাকসি ), পরমং ( পুম্নমক্কগী অহেনবা ) ব্রহ্ম ( ব্রহ্মনি ) ব্যোম ( উরিবা আকাশকুম্না করিগুম্বা অমত্তনা শোক্তবনি ) প্রকৃতে ( প্রকৃতিদগী ) পরঃ ( তোঙানবনি ) পুরুষ ( জীবনি ) স্বেচ্ছোপাত্তপৃথগ্বপু ( ভক্তশিংগী অপাম্বা অহ্নুনা মরম ওইহনা তোঙান তোঙানবা সরীর লৌবিহনা ) অবতীর্ণঃ অসি ( অবতার তৌবিরি ) । ২৮ ।

---

মকম অহুম যাম্না লায়না মংঙি। ২৫।

( উদ্ধবন্না হংজখি। পুম্নমক্না অখোয়বনি হায়না খংনরিবা হে কৃষ্ণ ! করম্বা মমল্গী সাধুনা ইবুংঙোগী অপাম্বনো ! হে প্রভো ! নারদনচিংবনা ... তৌরবী করম্বী ভক্তিনা নহাকী নফমদা মতিক চাবগে ? ব্রহ্মনচিংববু য়েংবিরিবা ! লোক পুম্নমক অসিবু ঙাক্লিবা ! হে জগৎকী মপু ! খুরুমজরিবা, নহাকপু নুংশিজরবা অমসুং চংজরিবা ঐঙোন্দা পুম্নমক অসি হায়বিয়ু । ২৬ । ২৭ ।

ঐশ্বর্য্যানা চিংবা গুণ পুম্নমক্না লৈতেংলবা হে কৃষ্ণ ! নহাকসি পুম্নমক্কগী অখোযবা ব্রহ্ম হায়বহুনি আকাশকুম্না করিগুম্বা অমত্তনা পক্লিজবনি, প্রকৃতিদগী তোঙানবনি, অমসুং জীবনি, ভক্তশিংগী অপাম্বা অহ্নুনা, মরম ওইহনা তোঙান তোঙানবা শরীর লৌবীহনা অবতার তৌরি । ২৮ ।

শ্রীভগবানুবাচ।
কৃপালুরকৃত দ্রোহ স্তিতিক্ষুঃ সর্ব্বদেহিনাম্।
সত্যসারোঽনবদ্যাত্মা সমঃ সর্ব্বোপকারকঃ।।২৯।
কামৈরহতধীর্দান্তো মৃদুঃ শুচিরকিঞ্চনঃ।
অনীহো মিতভুক্ শান্তঃ স্থিরো মচ্ছরণো মুনিঃ।৩০।

শ্রীভগবান্ উবাচ ( শ্রীভগবান্না হায়খি। কৃপালুঃ ( মীগী অবাবা উরগা খাংঙমদবা অকৃতদ্রোহঃ ( কারিগুম্বদসু খবাই পানবগী মুকমদা য়েক্রুবা থমত্রবা ) তিতিক্ষু ( মরান ঙাকশিবা ) সর্ব্বদেহিনাং ( জীব পুম্নমক্কী ) সত্যসারঃ ( সত্যদা অচুম্বদা চংজবা ) অনবদ্যাত্মা ( মীবু নিন্দা তৌদবা ) সমঃ ( অবা নুংঙাইবনচিংবদা চপ মান্নবা ) সর্ব্বোপকারক ( পুন্নমক্কা অঙম্বা মতেং পাংবা ) কামৈ ( অপাম্বনা মরম ওইহনা ) অহতধী ( পুক্নিং লাংদবা ) দান্ত ( মপানগী ইন্দ্রিয় লাকশিনবা ) মৃদুঃ ( স্বভাব মুংশিবা ) শুচি ( অশেংবা লমচৎ চৎপা ) অকিঞ্চন ( দান লৌদবা ) অনীহ ( চৎনবীগী মথা পোন্দবা ) মিতভুক্ ( চাং তম্না চাবা ) শান্ত ( পুক্নিং লাকশিনবা ) স্থিরঃ ( তৌরিবা থবক অহু মহৈ য়াম্রিকাউবা তোক্তবা ) মংশরণ ( কৃষ্ণ ঐঙোন্দতা চংজবা ) মুনি ( অকফত্ত বিচার তৌবা )।২৯ ৩০

শ্রীভগবান্না হায়খি। মীগী অবাবা উরগা খাংঙমদবা কনাগুম্ব প্রানি অমগী মকমদসু য়েংথিবা থমদবা, অতোপ্পগী মরান্ ঙাকপিবা সত্যদা লৈবা, মীবু নিন্দা তৌদবা, অবা-নুংঙাইদা, মান-অপমানদা মান্নবা থবা, পুন্নমক্কা অঙম্বা মতেং পিবা, অপাম্বনা মরম ওইহনা পুক্নিং লাংদবা, মপানগী ইন্দ্রিয়শিং লাকশিনবা, স্বভাব মুংশিবা, অশেংবা লমচৎ চৎপা, দান লৌদবা চৎনবীগী মথা পোন্দবা, চাংতম্না চাবা, পুক্নিং লাকশিনবা, তৌরিবা থবক অহু মহৈ য়াম্রিকাউবা তোক্তবা, কৃষ্ণ ঐঙোন্দা চংজবা, অকফত্ত বিচার তৌবা।২৯।৩০।

য়াম্না পুক্নিং ঙম্বা, অতোপ্পবা মাগী পুক্নিং খংবদা নুংঙ, পুদোং খিবদা ভারবসু পুক্নিং চোয়দবা, অরাম-খৌরাংথনচিংবা থিবিক তৌবা,

অপ্রমত্তো গভীরাত্মা ধৃতিমান্ জিতষড়্গুণঃ
অমানী মানদঃ কল্পো মৈত্রঃ কারুণিকঃ কবিঃ। ৩১।
আজ্ঞায়ৈবং গুণান্ দোষান্ ময়াদিষ্টানপি স্বকান্।
ধর্ম্মান্ সন্ত্যজ্য যঃ সর্ব্বান্ মাং ভজেৎ সতু সত্তমঃ।৩২।

অপ্রমত্তঃ (পুক্লিং য়াম্না তপ্পা) গভীরাত্মা (অতোপ্পনা মাগী পুক্লিং থংবদা লুবা) ধৃতিমান্ (থুদোংথিবদা তারবস্থ পুক্লিং চোয়দবা, বিকার পোক্তবা) ধৃতিমান্ জিতষড়্গুণঃ (অরাম থৌরাংবনচিংবা জয় তৌবা) অমানী (মীনা ইকায় খুম্নবা পামদবা) মানদঃ (মহাক্লদি মীবু ইকায় খুম্নবা) কল্প মীগী পুক্লিং থংবা) মৈত্র (মরুপকুম্না লোইনবা, লৌনম তৌদবা) কারুণিক (থুংশি হৈবা, অমদি শুইজবা থিদবা) কবি (নিংথিবা জ্ঞান লৈবা) এবং (অমুম্না) স্বকান্ (মশাগী) গুণান্ (গুণ থিবিক) দোষান্ (দোষ থিবিক) আজ্ঞায় (থংলগা) ময়া (ঐনা) আদিষ্টান্ (তাকথিবা) অপি (যেদগীসু) সর্ব্বান্ ধর্ম্মান্ (ধর্ম্ম পুম্নমকসু) সন্ত্যজ্য (থাদোক্লগা) যঃ মাং (ঐবু) ভজেৎ (নিংগনি নিংলি) সঃ তু (মহাক অত্তুমক) সত্তমঃ (অথোইবা ভক্তনি)। ৩১ ৩২।

ইকায় খুম্নবা পামদবা, মহাক্লদি মীবু ইকায় খুম্নবা, মীগী পুক্লিং থংবা, মরুপ কুম্না লোয়নবা, লৌনম তৌদবা, শুইজবা থিদনা থুংশিহৈবা, নিংথিব জ্ঞান লৈবা, অমুম্না মশাগী গুণ অমসুং দোষ থিবিক নিংথিবা থংলগা ঐনা তাকথিবা যেদগী শুইরবসু ধর্ম্ম পুম্নমক নিংথিনা থাদোক্লগা, মী অমুনা ঐবু নিংগনি; মহাক অত্তুমক অথোইবা ভক্তনি। ৩১। ৩২।

অমুম্না গুণশিং অসি কংননবা হোৎনরবগী মতুংদা দেশ অমসু কালনা শুমথৈ তাকপা য়াম্নবা, ভক্তশিংগী অপাম্বগী মখা পোন্দুনা শুমথৈগী (মশক) নাইরবা ওইনা, সাক্ষাৎ পরংব্রহ্ম ওইবা, শংবানন কজরবা বাসুদেবা ওইবা, ইথক্তা অত্তুম থুংডায়হনা লৈবা, অপাম্বা পুম্নমক কংহনা লৈরবা, অত্তুম ওইহনসু ইশা ইভোমত্তা থুংডায়জবা শুমদবা অপাম্বা কংজিবা মী থুমগুরা, কৃষ্ণ ঐবু সচ্চিদানন্দগী স্বরূপা ওইরবসু, থংদনা গুপনগী শ্রীব্রজরাজ নন্দগী মচানি হায়না ওইরবং

জ্ঞাত্বাজ্ঞাত্বাথ যে বৈ মাং যাবান্ যশ্চাস্মি যাদৃশঃ।
ভজন্ত্যনন্যভাবেন তে মে ভক্ততমা মতাঃ ।৩৩।
মল্লিঙ্গ-মদ্ভক্তজন-দর্শন-স্পর্শনার্চ্চনম্।
পরিচর্য্যা স্তুতিপ্রহ্ব গুণকর্ম্মানুকীর্ত্তনম্ ।৩৪।

---

অথ (অসুম্না গুণশিং অসি ফংননবা হোৎনরবগী মতুংদা) যাবান্ (দেশ অমসুং কালনা ঙমখৈ তাকপা য়াত্রবা, অদু ওইদুনসু ভক্তশিংগী অপাম্বগী মথা পোন্দুনা ঙমখৈ (মশক) নাইরবা ওইনা) যশ্চাস্মি (সাক্ষাৎ পরংব্রহ্ম ওইবা অদু ওইদুনসু শংবানরবা কজরম্ম বাসুদেব ওইনা) যাদৃশঃ (ইশাদা অদুম মুংঙাযদুনা লৈবা পাম্বা, পুন্নমক ফংদুনা লৈরবা, মদু ওইদুনসু ইশা ইতোমতা মুংঙায়জবা ঙমদবা অপাম্বা ফংজিবা মী অমগুম্না) মাং (কৃষ্ণ ঐবু) জ্ঞাত্বা (সচ্চিদানন্দ স্বরূপনি খংনা ওইরবসু) আজ্ঞাত্বা (খংদনা শুপ্নগী শ্রীব্রজরাজ নন্দগী মচানি হায়বা ওইরবসু) যে (মখোয় অদুনা) অনন্যভাবেন (পুক্নিং অনি লোংদনা, মশানা পামজবা 'দান' নচিংবা অমনা ওইরবসু) বৈ (লেপ্পা) ভজন্তি (ভজনা তৌরি নিংলি) তে (মখোয় অদু) মে (কৃষ্ণ ঐগী) ভক্ততমাঃ (অখোইবা ভক্তনি হায়বনি) মতাঃ (ঐনা খংবনি) ।৩৩।

---

মাল্লঙ্গ (ঐগী মূর্ত্তিগী) মদ্ভক্তজন (ঐগী ভক্তশিংগী) দর্শনং (উনবা) স্পর্শনং (কোম্নবা) অর্চ্চনং (পুজা তৌবা) পরিচর্য্যাং (সেবা তৌবা) স্তুতিং (মগুণ থাবা) প্রহ্বং (খুরম্বা) গুণ কর্ম্মানুকীর্ত্তণম্ (গুণ অমসুং কর্ম্মনচিংবা শক-শোনবা অসিনা মরম ওইদুনা) তে (মখোয় অদুনা) ভজন্তি (ঐবু নিংলি) ।৩৪।

---

মখোয় অদুনা পুক্নিং অনি লোদনা, মশানা পামজবা 'দান' নচিংবা অমনা ওইরবসু লেপনা ভজনা তৌরি, মখোয় অদু কৃষ্ণ ঐগী অখোয়বা ভক্তনি হায়বসি ঐনা খংবনি। ৩৩।

ঐগী মূর্ত্তিগী, ঐগী ভক্তশিংগী উনবা, কোম্নবা, পুজা তৌবা, সেবা তৌবা মগুণ থাবা, খুরম্বা, গুণ অমসুং কর্ম্মনচিংবা শক শোনবা

মৎকথাশ্রবণে শ্রদ্ধা মদনুধ্যানমুদ্ধব।
সর্ব্বলাভোপহরণং দাস্যেনাত্ম নিবেদনম্। ৩৫।
মজ্জন্ম কর্ম্মকথনং মম পর্ব্বানুমোদনম্।
গীত তাণ্ডব বাদিত্র গোষ্ঠীভির্মদ্‌গৃহোৎসবঃ। ৩৬।
যাত্রাবলিবিধানঞ্চ সর্ব্ববার্ষিকপর্ব্বসু।
বৈদিকী তান্ত্রিকী দীক্ষা মদীয়ব্রতধারণম্। ৩৭।

উদ্ধব ( হে উদ্ধব ) মৎকথাশ্রবণে ( ঐগী বারী তাবদা ) শ্রদ্ধা ( পুক্নিং চংবা থাজবা ) মদনুধ্যানং ( ঐগী ধ্যান তৌবা ) সর্ব্বলাভো-পহরনং ( অকংবা পোৎ পুম্নমক ঐঙোন্দা সমর্পন্ তৌব, কৎপা ) দাস্যেন ( ননাইবি ছায়না থজহনা ) আত্মনিবেদনম্ (মশাবু কচ্চবা ) ৩৫ |

মজ্জন্ম কর্ম্মকথনং ( ঐগী জন্ম কর্ম্মনচিংবা লীলাশিং অহু শকপা শোনবা ) মম ( ঐগী ) পর্ব্বানুমোদনং ( জন্মাষ্টমীনচিংবদা পুক্নিং হরাও ওয়াম্না লৈরহনা গীত তাণ্ডব বাদিত্রগোষ্টিভি: ( মহাক, মহাকী পরি-বারগা লোইনমা ঈশৈ শকপা, জগোই শাবা, পুংসেন যন্ত্র য়েবা ) মৎগৃহোৎসব ( ঐগী মন্দিরদা উসব তৌবা ) । ৩৬।

সর্ব্ববার্ষিক পর্ব্বসু ( দোল যাত্রা, গোষ্টনচিংবা ঐগী পর্ব্বশিং অসিদা, বিশেষ ওইবা চাতুর্মাস্য, একাদশীনচিংবদা ) যাত্রাবলিবিধানং লৈ চন্দন, চানবা অথুম অহাউমচিংবা কৎতুনা ) বৈদিকী ( বৈদিকী ওইবা ) তান্ত্রিকী ( তান্ত্রিকী ওইবা কর্ম্ম ) দীক্ষা-উপদেশ ( থবকী নিয়ম ) মদীয়ব্রতধারণম্ ঐগী ব্রত তৌবা ) । ৩৭।

অসিনা, মরম ওইহনা মথোয় অহনা ঐবু ভজনা তৌরি-নিংলি । ৩৪

হে উদ্ধব ঐগী বা তাবদা থাজবা পোকপা, ঐগী ধ্যান তৌবা, হেক কংলিবা পোৎ পুম্নমক ঐঙোন্দা সমর্পণ তৌবা কচ্চবা, ননাইবি ছায়না থজহনা আত্ম সমর্পণ তৌবা মশা কথোকচবা। ৩৫।

ঐগী জন্ম কর্ম্মগী লীলাশিং অহু শকপা শোনবা, ঐগী পর্ব্ব জন্মা-ষ্টমীনচিংবদা পুক্নিং হরাউনা ঈশৈ শকপা, জগোই শাবা, পুংসেন যন্ত্র য়েহনা, ঐগী মন্দিরদা মহাক মহাকী পরিবারগা লোইননা উৎসব

মমার্চ্চাস্থাপনে শ্রদ্ধা স্বতঃ সংহত্য চোদ্যমঃ।
উদ্যানোপবনাক্রীড় পুর মন্দির কর্ম্মনি । ৩৮।
সম্মার্জ্জনোপলেপাভ্যাং সেকমণ্ডলবর্ত্তনৈঃ ।
শুশ্রুগৃহ্‌ষণং মহ্যং দাসবদ্ যদমায়য়া । ৩৯।
অমানিত্বমদম্ভিত্বং কৃতস্যাপরিকীর্ত্তনম্।
অপি দীপাবলোকং মে নোপযুঞ্জ্যান্নিবেদিতম্। ৪০।

মম ( ঐগী ) অর্চ্চাস্থাপনে ( পূজাদা মুর্ত্তি থম্বদা ) শ্রদ্ধা ( পুক্নিং চংবা ) উদ্যানোপবনাক্রীড় পুর মন্দির কর্ম্মনি ( লৈকোল, হৈকোন, রাসমণ্ডল, পুর, মন্দির, অসিনচিংবা শেম্বদা ) স্বতঃ ( মতোমতনা ) চ ( ঙমত্রগা ) সংহত্য ( ময়াম পুন্দুনা ) উদ্যমঃ ( হোৎনবা ) । ৩৮ ।

সম্মার্জ্জনোপলেপভ্যাং ( সিংথিনা শিংতোক শেংদোকপা, খুঙ্গিমচিংবা হাপতুনা নিংথিনা তৈথোকপা ) সেকমণ্ডলবর্ত্তনৈঃ ( ঈশিং অশেংবনা থিক্তোকপা সর্ব্বতোভদ্রমণ্ডল য়েকপা অসিনা চিংবনা মরম ওইদুনা ) অমায়য়া ( অপাম্বা য়াওদনা ) বৎ ( অদুগা ) মহ্যং ( ঐগোন্দা ) দাসবৎ ( খুরুম্ খাজুংবা ) গৃহশুশ্রূষণং ( মন্দির সেবা তৌবা ) । ৩৯।

অমানিত্বং ( ঐ হায়না নাপল তৌদবা ) অদম্ভিত্বং ( চাউথোক্তবা ) কৃতস্য ( মশান তৌরিবা থর্ম্ম অদুগী ) অপরিকীর্ত্তনং ( মশানা হায়দবা মীনা খাগংলবদসু লৌদবা ) মে [ মহ্যং ] ( ঐগোন্দা ) নিবেদিতং ( কৎলবা ) দীপাবলোকং ( মে [ বর্ত্তি ] অদু ) অপি [ অন্নাদেঃ ] অন্নচিংবা অদুগু [ বৈষ্ণবেভ্যোঽদত্বা ] ঐগী ভক্তশিংদা পিরমদনা ) [ স্বয়ং ] ন উপযুঞ্জ্যাৎ ( মশানা চারোই ) । ৪০ ।

মেলা তৌবা । ৩৬।

দোলযাত্র, রাস যাত্রা, গোষ্টনচিংবা ঐগী পুর্ব্বশিং অসিদা, বিশেষ ওইনা চাতুর্ম্মাস্য, একাদশীনচিংবদা, লৈ চন্দন, অথুম অহাউনচিংবা কৎপা, বৈদিক নত্রগা তান্ত্রিক দীক্ষা তৌবা, ঐগী ব্রত তৌবা । ৩৭।

ঐগী পুজাদা, মুর্ত্তি থম্বদা পুক্নিং চংবা, লৈকোন, হৈকোন, রাসমণ্ডল, পুর, মন্দিরনচিংবা শেম্বদা, মতোমতুনা ঙমত্রগা ময়াম পুন্দুনা

যদ্ যদিষ্টতমং লোকে যচ্চাতিপ্রিয়মাত্মনঃ।
তত্তন্নিবেদয়েৎ মহ্যং তদানন্ত্যায় কল্পতে। ৪১।
সূর্য্যোঽগ্নির্ব্রাহ্মণো গাবো বৈষ্ণবঃ খং মরুজ্জলম্।
ভূরাত্মা সর্ব্বভূতানি ভদ্রপূজাপদানি মে। ৪২
সূর্য্যে তু বিদ্যয়া ত্রয্যা হবিষাগ্নৌ যজেতমাম্।
আতিথ্যেন তু বিপ্রাগ্রে গোষঙ্গ যবসাদিনা। ৪৩।

লোকে ( সংসার অসিদা অমদি শাস্ত্রদা ) যৎ-যৎ অত্ত;অত্তুগুম্বা ) ইষ্টতমং ( থোয়দোক্না পাম্বা ) যচ্চ ( অমদি ) আত্মনঃ ( মশাগী ) অতিপ্রিয়ং ( য়াম্না পামজবা ) তৎ-তৎ ( মত্থু মত্থুবু ) মহ্যং ( ঐঙোমদা ) নিবেদয়েৎ ( কচ্চগম্নি ) তদা ( অত্থুম্না কৎলবা মতম অত্থুদা ) অনন্তায় ( লোইবা নায়দ্রবা মহৈনা ) কল্পতে ( ওই )" । ৪১

হে ভদ্র ( হে পুকচেল ফরবা উদ্ধব ) সূর্য্য ( নুমিৎ ) অগ্নি ( মৈ ) ব্রাহ্মণা ( ব্রাহ্মণ খিবিক ) গাব ( ষণ খিবিক ) বৈষ্ণবঃ ( বৈষ্ণব খিবিক ) খং ( আকশ ) মরুৎ ( নুংশিৎ ) জলং ( ঈশিং ) ভূঃ পৃথিবী ) আত্মা ( আত্মা ) [ অমসুং ] সর্ব্বভূতানি ( জীব খুদিংমক ) মে ( ঐগী ) পুজা-পদানি ( পূজা তৌনবগী মফম্নি। ৪২।

হে অঙ্গ ( হে নুংশিরবা উদ্ধব ) তু ( পুঙ্গা অত্থুদি ) সূর্য্যে ( নুমিত্তনা ) ত্রব্যা বিদ্যয়া ( বেদনা ভাকপা সূক্ত অমদি উপস্থাপনচিংবা বিদ্যানা ) অগ্নৌ ( মৈদনা ) হবিষা ( ঘিনা মরম ওইহুনা ) বিপ্রাগ্রে ( অখোয়বনা ব্রহ্মণদা ) আতিথ্যেন ( অতিথিগী বিধান মতুংইন্না ) গোষু ( ষণবীশিংদা ) যবসাদিনা ( শতিক্লচিংবনা পূজা তৌগনি ) ৪৩।

হোৎনগনি। ৩৮।

ঐগী মন্দির শিৎপা, শেংবা, শম্বি হাপনা নিংথিনা তৈবা, ঈশিং অশেংবনা থিত্তোকপা, সর্ব্বতোভদ্রমণ্ডলবু য়েকপা অসিনচিংবনা মরম ওইহুনা, মহৈ পাকা য়াত্তদনা অহুম্না ঐত্তোন্দা থুরুপ খাজুংবা মন্দির সেবা তৌবা। ৩৯।

'ঐ' হাকলা অপুন্ন তৌদনা চাউখোকলা, মপাগ তৌক্নিবা বন্ধ'

বৈষ্ণবে বন্ধুসংকৃত্যা হৃদি খে ধ্যাননিষ্ঠয়া।
বায়ৌ মুখ্যধিয়া তোয়ে দ্রব্যৈস্তোয়পুরস্কৃতৈঃ। ৪৪।
স্থণ্ডিলে মন্ত্রহৃদয়ৈর্ভোগৈরাত্মানমাত্মনি।
ক্ষেত্রজ্ঞং সর্ব্বভূতেষু সমত্বেন যজেতমাম্। ৪৫।

---

বৈষ্ণবে (বৈষ্ণবতা) সংকৃত্যা (মঙ্গপকুম্না সম্মান্না মরূপ ওইদুনা) হৃদি খে (হৃদয় আকাশদা) ধ্যান নিষ্ঠয়া (পূক্নিং চংনা নিংবনা মরূম ওইদুনা) বায়ৌ (মুংশিংতা) মুখ্যধিয়া) মসি অথোয়বা প্রাণনি হায়বা বুদ্ধি আসনা) তোয়ে (ঈশি দা) তোয়পুরস্কৃতৈঃ (ঈশিংনা মাংওইননা) দ্রব্যৈ (তুলসী চন্দননচিংবনা) মাং (ঐবু) যজেত (পূজা তৌগনি)। ৪৪

---

স্থণ্ডিলে (নিংথিনা তৈথাক্লবা সংস্কারস্থ তৌরবা লৈপাক্তা) মন্ত্র-হৃদয়ৈ (স্থণ্ডিলনা লৈরিবদুগী মন্ত্রনা ন্যাস তৌদুনা) আত্মনি (মহাকী মশাদনা) ভোগৈ (শাস্ত্রনা য়াবা অম্ন-না) সর্ব্বভূতেষু (জীব পুম্ন-দনা) ক্ষেত্রজ্ঞং আত্মানং (ক্ষেত্রজ্ঞ পুরুষ অদুবু) সমত্বেন (অমত্তা ওইবা খাখলনা) মা (ঐবু) যজেত (পূজা তৌগনি)। ৪৫।

---

অদুগী মরমদা মশানা হায়দবা, মীনা থাগৎলবদস্থ লোদবা, ঐঙোন্দা কৎলবা মৈ-বর্ত্তি অমনচি বৃদু, ঐগী ভক্তশিংদা পিরমদনা মত্তোমতনা চারোইদবনি। ৪০।

সংসার অসিদা; অমদি শাস্ত্রদা অদু অদুগুম্বা থোয়দোক্ল পাম্বা অম্রদি মশাগী য়াম্না পামজবা মদু মদুবু ঐঙোনদা কচ্চগনি, অসুম্না কৎলবা মতম অদুদা লোইব নায়দ্রবা মহৈ ওই। ৪১।

পুকচেল যবব উদ্ধব! সুমিৎ, মৈ, ব্রাহ্মণ খিবিক, ষণ খিবিক, বৈষ্ণব খিবিক, আকাশ, মুংশিং, ঈশিং, পৃথিবী, আত্মা, জীব পুম্নমক (মফম ১১ অসি) ঐগী পূজা তৌফমম্নি। ৭২।

মুংশিরবা হে উদ্ধব! পূজা অদুদি সূর্য্য সুমিৎতুনা = বেদনা হায়-বা পূক্তগী মন্ত্র উপস্থাপন্নচিংবনা, মৈদা = ঘিনা, অথোয়বা ব্রাহ্মণদা = অতিথিগী নিয়ম মতুংইন্না, ষণবীশিংদা = মশা নোয়হম্নবা শক্তিকনচিংবনা। ৪৩।

ধিষ্ণ্যেষ্বিত্যেষু মদ্রুপং শঙ্খ-চক্রগদাম্বুজৈঃ।
যুক্তং চতুর্ভুজং শান্তং ধ্যায়ন্নর্চেৎ সমাহিতঃ ৪৬।
ইষ্টাপূর্ত্তেন মামেবং যোযজেত সমাহিতঃ
লভতে ময়ি সদ্ভক্তিং মৎস্মৃতিঃ সাধু সেবয়া। ৪৭।

ধিষ্ণ্যেষু (এষু) (পূজাগী মফমশিং অসি) ইত্যেষু (ফংলবা মতমদা) শঙ্খচক্রগদাম্বুজৈ (শঙ্খচক্রগদাপদ্ম অসিনা) যুক্তং (তিল্লিবা) শান্তং (উবদা অয়াবা কোক্লবা) চতুর্ভুজং (পাম্বোম মরি পান্‌বা ঐগী রূপ অসিবু; সমাহিত (য়ায়া চোকশিন্না) ধ্যায়ন্ (নিংলগা) অর্চ্চয়েৎ (পূজা তৌগনি)। ৪৬।

ইষ্টাপূর্ত্তেন [উপলক্ষনে] (পূজা, যজ্ঞ, মন্দির প্রতিষ্ঠা, অন্ন দাননচিংবনা) সমাহিত (য়ায়া পুক্লিং চংনা) যঃ (মহাক্না) মাং যজেত (ঐবু পূজা তৌরিবা) [সঃ] (মহাক অহুনা) ময়ি (ঐঙোন্দা) সদ্ভক্তিং (লেংত্রবা ভক্তিবু) লভতে (ফংভি) এবং (অমসুং) সাধুসেবয়া (সাধুসেবানা মরম ওইহুনা) মৎস্মৃতি (ঐবু খংবা) লভতে (ভন্মি) । ৪৭।

বৈষ্ণবতা মরূপকুয়া সম্মানতৌনা, হৃদয় আকাশদা = পুক্লিং চংনা নিংশিংবনা, সুংশিত্তা—মসি অথোয়বা প্রাণনি হায়বা বুদ্ধিনা, ঈশংদা— ঈশিংনা মাংওইননা তুলসী চন্দননাচিংবনা কৃষ্ণ ঐবু পূজা তৌগনি ৪৪।

নিংথিনা কৈতথোক্লবা সংস্কারস্থ তৌরবা লৈপাক্লা = লৈপাক্লা লৈরিবা অহুগী মন্ত্রন্যাস তৌবনা, আমা মহাকী মশাদন)—শাস্ত্র। য়াবা অন্ননচিংবনা; জীব পুয়মক্তনা — ক্ষেত্রজ্ঞ পুরুষ ঐনা লৈবনা অমত্তা ওইবা বাখলনা ঐবু পূজা তৌগনি। ৪৫।

পূজাগী মফমশিং অসি ফংলবা মতমদা শঙ্খ চক্র গদাপদ্ম অসি-নচিংবনা লৈতেংবা, দর্শন ফংবদা অয়াবা কোক্লবা ওইবা, পাম্বোম মরি পান্না ঐগী রূপ অসিবু, য়ায়া চোকশিন্না ধ্যান তৌরগা পূজা তৌগনি। ৪৬।

পূজা, যজ্ঞ মন্দির প্রতিষ্ঠা, অন্ননচিংবা মথোর অসিগী অংনা মরম ওইহুনা য়ায়া পুক্লিং চংনা ঐবু পূজা তৌরিবা মহাক অহুনা

প্রায়েন ভক্তিযোগেন সৎসঙ্গেন বিনোদ্ধব।
নোপায়োবিদ্যতে সম্যক্ প্রায়ণংহি সতামহম্। ৪৮।
অথৈতৎ পরমং গুহ্যং শৃণ্বতো যদুনন্দন।
সুগোপ্যমপি বক্ষ্যামি ত্বংমে ভৃত্যঃ সুহৃৎ সখা। ৪৯।
ইতি শ্রীমদ্ভাগবতে মহাপুরাণে পারমহংস্যাং সাহিতায়াং
বৈয়াসিক্যাং একাদশ স্কন্ধে একাদশোহধ্যায়ঃ। ১১

---

উদ্ধব (হে উদ্ধব) প্রায়েন (অয়াম্বদা) সৎসঙ্গেন (সৎসঙ্গদগী পোক্লবা) ভক্তিযোগেন বিনা (ভক্তিযোগ নত্তনা) [ভিতির্নাং] সংসারদগী লাপ্থোক্লিংলিবাশিংগী) [অন্য] উপায়ঃ (অতোপ্পা পাম্বে অমা) ন বিদ্যতে (লৈতে) হি (মরমদি) অহং (ঐনা) সতাং (সাধুশিংগী) সম্যক্ (মপুংফাবা) প্রায়নম্ (চংজফম্নি) [সৎসঙ্গোহি সর্ব্বোৎকৃষ্টং দর্শয়তি]। ৪৮।

---

হে যদুনন্দন (হে যদু শাগৈদ পোক্লবা) অথ (মহাক্লা হংখিবা পুম্নমক হায়রবা অসিগী তুংদা) এতৎ (মসি) পরমং গুহ্যং (য়াম্না থুপ্পা বানি) অপিসুগোপ্যং (য়াম্না থুপ্পা ওইহুনম্ব) শৃণু (তাবো) অতঃ (মরমদি) ত্বং (নহাকসি) মে (ঐগী) ভৃত্যঃ (ইনায়নি) সুহৃৎ (ঐগী ফনবা তৌবনি) সখা (মরূপনি) অতঃ বক্ষ্যামি (মরম অসিনা মহু পুম্নমক হায়রগে। ৪৯।

---

ঐগোম্বা লেংত্রবা ভক্তি কংতি অমম্থং সাধু সেবানা মরম ওইহুনা ঐবু থংবা ওদ্মি। ৪৭।

হে উদ্ধব অয়াম্বা মাইকৈদা য়েংলবদা সৎসঙ্গ—অকবা মীপাতিংবা সাধুসঙ্গ হায়বসিদগী পোক্লকপা ভক্তিযোগ হায়বসি নত্তনা, সংসারদগী লাপথোকনিংলিবশিংগী অতোপ্পা পাম্বে অমা লৈতে, মরমদী ঐ অসিমক সাধুশিংগী মপুংফাবা চংজফমনী। ৪৮।

যদু শাগৈদা পোক্লবা হে উদ্ধব! মহাক্লা হংখিবা পুম্নমক হায়রবা অসিগী তুংদা মসি য়াম্না থুপ্পা বা ওইহুনম্ব নহাকসি ঐগী ইনায়নি, ঐগী ফনবা তৌরিবনি অমম্থং মরূপনি, মরম অসিনা মহু পুম্নমক ঐ হায়রগে নং তাবো। ৪৯।

মতাং অসিদা শ্রীমদ্ভাগবতকি একাদশ স্কন্দগী একাদশ অধ্যায় লোইরে॥

# শ্রীমদ্ভাগবতম্

## একাদশ স্কন্ধে

### দ্বাদশোঽধ্যায়ঃ।

শ্রীভগবানুবাচ।

ন রোধয়তি মাং যোগো ন সাঙ্খ্যং ধর্ম্ম এব চ।
ন স্বাধ্যায়স্তপস্ত্যাগো নেষ্টাপূর্ত্তং ন দক্ষিণা। ১।
ব্রতানি যজ্ঞশ্ছন্দাংসি তীর্থানি নিয়মা যমাঃ।
যথাবরুন্ধে সৎসঙ্গঃ সর্ব্বসঙ্গাপহো হি মাম্। ২।

---

যোগঃ (রাজযোগনচিংবনা) সাঙ্খ্যং (তত্ত্ব বিচারনা) ধর্ম্মঃ (অহিংসানচিংবা ধর্ম্মনা) স্বাধ্যায়ঃ (বেদ পাঠনা) তপঃ (তপস্যানা) ত্যাগঃ (সন্ন্যাসনা) ইষ্টং (অগ্নিহোত্রনচিংবনা) পূর্ত্তং (পুখ্রি তৌবা পোথাফম শাবনা চিংবনা) চ (অমসুং) দক্ষিণা (দান (তৌবনা) মাং এব (কৃষ্ণ ঐহাক অসিবু) ন রোধয়তি (পুনবা ঙমদে)। ১।

---

সর্ব্বসঙ্গাপহঃ (পাপ পুন্নমকপু মাংহন্নবা) সৎসঙ্গোহি (সৎসঙ্গনা) মাং (কৃষ্ণ ঐবু) অবরুন্ধে (খুহুম চল্লি) যথা (অসিগুম্না) ব্রতানি (একাদশীনচিংবা ব্রতশিংনা) যজ্ঞ (দেব পুজানা) ছন্দাংসি (খুল্লবা মন্ত্রশিংনা) তীর্থানি (তীর্থশিংনা (নিয়মা (অশেং অমাংগী বিচারনা) যমাঃ (সংযমনচিংবনা) [ন বশীকরোতি] (খুহুম চনবা ঙমদে)। ২।

---

রাজযোগনচিংবনা, তত্ত্ব বিচার তৌবনা, অহিংসানচিংবা ধর্ম্মনা বেদ পাঠনা, তপস্যানা, সন্ন্যাসনা অগ্নিহোত্রনচিংবনা পুখ্রি তৌবা, পোথাফম শাবনচিংবনা অমসুং দান তৌবনা কৃষ্ণ ঐহাক অসিবু পুনবা ঙমদে। ১।

সৎসঙ্গেন হি দৈতেয়া যাতুধানা মৃগাঃ খগাঃ।
গন্ধর্ব্বাপ্সরসো নাগাঃ সিদ্ধাশ্চারণ-গুহ্যকাঃ।৩।
বিদ্যাধরা মনুষ্যেষু বৈশ্যা, শূদ্রা. স্ত্রিয়োঽন্ত্যজা.।
রজস্তমঃ প্রকৃতয়স্তস্মিংস্তস্মিন্ যুগেঽনঘ ।৪।
বহবো মৎপদংপ্রাপ্তাস্ত্বাষ্ট্রকায়াধবাদয়।
বৃষপর্ব্বা বলির্বাণো ময়শ্চাথ বিভীষণঃ।৫।

---

হে অনঘ হে পাপ লৈত্রবা উদ্ধব ) দৈতেয়াঃ ( দৈত্যশিং ) যাতুধানা ( রাক্ষসশিং ) মৃগাঃ ( পশুশিং ) খগাঃ ( উচেকশিং ) গন্ধর্ব্বা ( গন্ধর্ব্বশিং ) অপ্সরস ( অপ্সরাশিং, জগোইশাবীশিং ) নাগা ( নাগশিং) সিদ্ধা ( সিদ্ধশিং ) চারণগুহ্যকাঃ ( চারণ গুহ্যকশিং ) বিদ্যাধরাঃ ( বিদ্যাধরশিং ) মনুষ্যেষু ( মীশিংগী মনুংদা ) বৈশ্যা ( বৈশ্যশিং ) স্ত্রিয়ঃ ( নুপীশিং ) অন্ত্যজাঃ ( অন্ত্যজশিং, শাদানবা, শা য়োনবনচিংবা অতোনবা জাতিশিং ) [ তে ] ( মখোয়শিং অতুনা ) (১) তস্মিন্ তস্মিন্ যুগে ( অতু অতুগুম্বা যুগশিংদা ) সৎ সঙ্গেন হি ( সৎসঙ্গতনা ) প্রাপ্তা ঐবু ফংগ্রবনি ।৩।৪।

---

ত্বাষ্ট্রকায়াধবাদয়ঃ ( বৃত্রাসুর প্রহ্লাদনচিংবা ) বৃষপর্ব্বা ( বৃষপর্ব্ব কৌবা হিংচাবগী নিংথৌ ) বলি ( বলি ) ময়ঃ ( ময়দানব ) অথ ( অমদি ) বিভীষণ ( বিভীষণ ) সুগ্রীব ( সুগ্রীব ) হনুমান্ ( হনুমান্ ) ঋক্ষ জম্বুবান্ গজ (গজেন্দ্র) গৃধ্রা (জটায়ু) বণিক্পথ (তুলাধার-শায়োগ্বা )

---

হে পাপ পুম্নমকপু মাংহল্লব , সৎসঙ্গতনা কৃষ্ণ ঐবু থুদ্রম চম্বা ওস্মি, অসিগুম্বা একাদশীনচিংবা ব্রতশিংনা, দেবপুজানা, থুপ্লবা মন্ত্রশিংনা, তীর্থশিংনা, অশেং অমাংগী বিচারনা. সংযমনচিংবনা থুদ্রম চনবা ওমদে ।২।

হে পাপ চেন্দ্রবা উদ্ধব ! দৈত্যশিং. রাক্ষসশিং, উচেকশিং, পশুশিং, গন্ধর্ব্বশিং, অপ্সরাশিং, নাগশিং, সিদ্ধশিং, চারণ গুহ্যকশিং, বিদ্যাধরশিং মীশিংগী মনুংদসু, বৈশ্য, শূদ্র নুপী অন্ত্যজশিং শাদানবা, শা য়োনবনচিংবা অতোনবা জাতিশিং মখোয় অসি সৎ-সঙ্গতনা ঐবু ফংগ্রবনি ।৩।৪।

সুগ্রীবো হনুমানৃক্ষো গজোগৃধ্রো বনিকৃপথঃ।
ব্যাধঃ কুব্জা ব্রজেগোপ্যো যজ্ঞপত্ন্যস্তথাধ্বরে। ৬।
তে নাধীতশ্রুতিগণা নোপাসিতমহত্তমাঃ।
অব্রতাতপ্ততপসঃ সৎসঙ্গান্মামুপাগতাঃ। ৭।
কেবলেন হি ভাবেন গোপ্যোগাবো নগা মৃগাঃ।
যেঽন্যে মূঢ়ধিয়ো নাগাঃ সিদ্ধা মামীয়ুরঞ্জসা। ৮।

---

ব্যাধ ( ধর্ম্ম ব্যাধ ) কুব্জা ( কুবুজা ) ব্রজে ( ব্রজদা ) গোপ্য ( গোপীশিং ) তথা ( অমদি ) অধ্বরে ( যজ্ঞদা ) যজ্ঞপত্ন্য ( ব্রাহ্মণপত্নী-শিং ) [তে] বহব ( মখোয় ময়াম অসি ) মৎপদং ( অথোয়বা থুবম [ বৈকুণ্ঠবু] প্রাপ্তা ( ফংঙ্খবা ঙক্কনি )। ৫। ৬।

---

তে ( মখোয়না ) নাধীতশ্রুতিগনা [ বেদ মায় তমখিদে ) নঃ উপাসিতমহত্তমা ( মহাপুরুষশিংগী সেবা তৌখিদে ) অব্রতাতপ্ত-তপস ( ব্রত তপস্যানচিংবা অমত্ত তৌখিদে ) সৎসঙ্গাৎ {এব] ( সংসঙ্গতদগী ) মাং -উপাগতাঃ ( ঐবু ফংখি )। ৭।

---

গোপ্যঃ ( গোপীশিংনা ) কেবলেন হি ( শুপ্নতগী ) ভাবেন ( অনিং-বা প্রেমনা ) গাব ( ষণশিংনা ) নগা ( যমলার্জ্জুনচিংবনা ) মৃগাঃ ( শজিশিংনা ) যে অন্যে ( মখোয়শি নত্তবা ) মূঢ়ধিয় ( পংলবা ) নাগা ( কালিয়নচিংবা নাগশিংনা ) সিদ্ধা ( তৌফম থোকপা থবক তৌরবা হায়বত্থ ওইহুনা ) মাং ( ঐবু ) অঞ্জসা ( রাদনা ) ঈয়ু ( ফংখ্রে ৮।

---

বৃত্রাসুর, বৃষপর্ব্বা, বলি, ময়দানব, বিভিষণ, সুগ্রীব, হনুমান্, জম্বুবান্, গজেন্দ্র, জটায়ু, শাথোনবা তুলাধার, ধর্ম্মব্যাধ, কুবুজা, গোপীশিং, ব্রাহ্মণবীশিং পুম্নমক অসিনা ঐগীপদ (বৈকুণ্ঠ) ফংখবনি।৫।৬।

মখোয়না বেদ তমখিদে, মহাপুরুষগী সেবা তৌখিদে, ব্রত তপস্যা তৌদে, সংসঙ্গতনা মরম ওইহনা ঐবু ফংখি। ৭।

গোপীশিংনা শুপ্নতগী প্রেমনা, ষণশিংনা, যমলার্জ্জুনচিংবা উশিংনা শজিশিংনা, মখোয়সি নত্তবা পংলবা কালিয়নচিংবা নাগশিংনা, তৌ-ফম থোকপা থবক, তৌরবা হায়বহ ওইহনা রাদনা ঐবু ফংখ্রে। ৮।

যং ন যোগেন সাঙ্খ্যেন দান ব্রততপোঽধ্বরৈঃ
ব্যাখ্যা স্বাধ্যায় সন্ন্যাসৈঃ প্রাপ্নুয়াদ্ যত্নবানপি। ৯।
রামেন সার্দ্ধং মথুরাং প্রণীতে
শ্বাফল্কিনা ময্যনুরক্তচিত্তাঃ।
বিগাঢ়ভাবেন ন মে বিয়োগ
তীব্রাধয়োঽন্যং দদৃশুঃ সুখায় ১০।

---

যং [মাং] ( ঐবু ) যোগেন ( অষ্টাঙ্গ যোগনচিংবনা ) সাঙ্খ্যেন ( তত্ত্ববিচার তৌবনা ) দানব্রত তপোঽধ্বরৈঃ ( দান,-একাদশীনচিংবা ব্রত, তপস্যা, যজ্ঞ [পূজা] অসিনা মরম ওইদুনা ) ব্যাখ্যা স্বাধ্যায়-সন্ন্যাসৈ ( শাস্ত্রব্যাখ্যা তৌবা,-বেদ পাঠ তৌবা, অমসুং সন্ন্যাস মখোয় অসিনা মরম ওইদুনা ) যত্নবান্ অপি ( যত্নতৌনা হোৎনদুনসু ) ন আপ্নুয়াৎ- ( ফংবা ওইদে ) । ৯।

---

শ্বাফল্কিনা ( অক্রূরনা ) রামেন সার্দ্ধং ( বলরামগা লোইননা মথুরাং ( মথুরাদা ) প্রনীতে ( ঐবু পুথ্রবা মতমদা ) ময়ি অনুরক্তচিত্তা ( ঐঙোন্দা পুক্নিং হাপথ্রবা ) বিয়োগতীব্রাধয় ( থায়নবা অদুনা মরম ওইদুনা থাংবদা ৱারবী গোপীশিংনা ) মে অন্যং ( ঐঙোন্দগী অতোপ্পা অমদা ) সুখায় ( নুংঙাইনবগী মরম অমবু ) ন দদৃশু ( উবা ফংখিদে ) । ১০।

---

অষ্টাঙ্গ যোগনা, তত্ত্ববিচার তৌবনা, দান, একাদশীনচিংবা ব্রত, তপস্যা, পূজা, শাস্ত্র ব্যাখ্যা, বেদপাঠ অমসুং সন্ন্যাস, মখোয় অসিনা মরম ওইদুনা যত্ন তৌনা হোৎনদুনসু ঐবু ফংবা ঙমদে । ৯।

অক্রূরনা বলরামগা লোইননা মথুরাদা ঐবু পুথ্রবা মতমদা ঐঙোন্দা মপুক্নিং হাপথ্রবা, থায়নবা অদুনা মরম ওইদুনা থাংবদা ৱারবী গোপীশিংনা ঐঙোন্দগী অতোপ্পা অমদা নুংঙায়নবগী মরম অম উবা ফংখিদে । ১০।

হে নুংশিরবা উদ্ধবঃ গোপীশিং অদুনা পুন্নমক্নগী হেন্না নুংশিজরবা ঐগা লোইনরবা অদু-অদুগুম্বা ব্রহ্মরাত্রশিং অদুবু মিংকুপ তঙ্খায় অমগুম্

তাস্তাঃ ক্ষপাঃ প্রেষ্ঠতমেন নীতা
মযৈব বৃন্দাবনগোচরেণ।
ক্ষণার্দ্ধবৎতাঃ পুনরঙ্গ তাসাং।
হীনা ময়া কল্পসমা বভূবু। ১১।
তা নাবিদন্ ময্যনুষঙ্গবদ্ধ
ধিয়ঃ স্বমাত্মানমদস্তথেদম্।
যথা সমাধৌ মুনয়োঽব্ধিতোয়ে
নদ্যঃ প্রবিষ্টা ইব নামরূপে। ১২।

হে অঙ্গ ( হে নুংশিরবা উদ্ধব ) তাঃ ( গোপীশিং অদুনা ) প্রেষ্ঠ-তমেন ( পুন্নমক্তগী হেন্না নুংশিজরবা ) ময়া ( ঐগা [সহ] লোইনরবা ) তাঃ এব ক্ষপাঃ ( অদু-তুগুম্বা ব্রহ্মরাত্রশিং = ব্রহ্মাগী অহিংশিং অদুবু ) ক্ষণার্দ্ধবৎ ( মিৎকুপ তঙ্খায় অমগুম ) নীতাঃ ( চৌখি ) পুনঃ ( অদুগা ) বৃন্দাবনগোচরেন ( বৃন্দাবনগী বনশিংদা যণশিংনা চৎখিবা ) ময়া হীনা ( ঐ য়াউদ্রবা ) তাঃ ক্ষপঃ ( অদুগুম্বা নুংথিল = মূহুর্ত্ত মরিগী মতম্ম ) তাশাং ( গোপীশিং অদুগী মফমদা ) কল্পসমাঃ ( ব্রহ্মাগী কল্প অমগা মান্নবা ) বভূবুঃ ( ওইখি ) ।১১।

তথা ( অদুগুম্না ) ময়ি ( ঐঙোন্দা ) অনুষঙ্গবদ্ধধিয় ( হেন্না নুংশি-ক্লবা অদুনা মরম ওইদুনা পুনশিনগ্রবা পুক্লিংনা মথোয়গী ওইবা ) তাঃ ( গোপীশিং অদুমা ) স্বং ( মহাক্কী মপুরোইবা অমসুং মচানচিংববু ) আত্মানং ( মশাবু ) অদঃ ( পরলোকপু ) ইদং ( লোক অসিবুশু ) ন অবিদন্ ( খংখিদ্রে ) যথা ( খুদমদি ) সমাধৌ [স্থিতা] ( সমাধিদ লৈরবা ) মুণয়ঃ ( মুণিশিংনা ) অব্ধিতোয়ে ( সমুদ্রগী ঈশিংদা ) প্রবি-ষ্টা ( চংগ্রবা ) নদ্যঃ ইব ( তুরেলগী ঈশিংনা তৌবগুম ) নাম রূপে ( মশক অমদি মমিংনা খংনরিবা সংসার অসিবু ( নাবিদন্ ( খংদে-উদ্রে ) ।১২।

হৌখি. অদুগা বৃন্দাবনগী বোন-শিংদা যণশিংগা লোইননা চৎখিবা, ঐ য়াউদ্রবা অদুগুম্বা নুংথিল, মুহুর্ত্ত মরিগী মতম্মা গোপীশিং অদুগী মফমদা ব্রহ্মাগী কল্প অমগা মান্নবা ওইখি ।১১।

মৎকামা রমণং জারমস্বরূপবিদোঽবলাঃ।
ব্রহ্ম মাংপরমং প্রাপুঃ সঙ্গাচ্ছতসহস্রশঃ ।১৩।
তস্মাৎ ত্বমুদ্ধবোৎসৃজ্য চোদনাং প্রতিচোদনাম্।
প্রবৃত্তিঞ্চ নিবৃত্তিঞ্চ শ্রোতব্যং শ্রুতমেব চ ।১৪।
মামেকমেব শরণমাত্মানং সর্ব্বদেহিনাম্।
যাহি সর্ব্বাত্মভাবেন ময়া স্যাৎ হ্যকুতোভয়ঃ ।১৫।

---

সঙ্গাৎ শতসহস্রশ: ( লিশিং চাম চামরক সৎসঙ্গ তৌবহুনা মরম ওইহুনা ) রমনং ( ঐগা লোইননা শান্নরবী ) মৎকামা: ( ঐবুতা পাম-জরবী ) অস্বরূপবিদ ( ঐগী ইশক্তি থংদবী ) অবলা ( পাঙ্গল শোল্লবী ) তা: ( গোপীশিং অহুনা ) জারং অপি ( জারবুদ্ধি ওইহুনস্থ — লোম্না চান্নবা থম্বগুম্নস্থ) পরমং (ব্রহ্ম ওইবা ) মাং ( ঐবু ) প্রাপু: ( ফংখি ) ।১৩।

---

তস্মাৎ ( মরম অসিদগী ) উদ্ধব ( হে উদ্ধব ) চোদনাং ( শ্রুতি [ বিধি ]) প্রতি চোদনাং ( স্মৃতি নিষেধ ) প্রবৃত্তং (প্রবৃত্তি কর্ম্ম ) নিবৃত্তং ( নিবৃত্তিকর্ম্ম ) চ ( অমস্তুং ) শ্রোতব্যং ( তাখিগদৌবা ) শ্রুতং এব ( তাগ্রবা ) উৎসৃজ্য [ সর্ব্বং ] ( পুম্নমক তাসি থাদোক্লগা ) সর্ব্বাত্মভাবেন ( পুম্নমক্কী উপায় ওইবা দাসানচিংবা ভাব অমনা মরম ওইহুনা ) সর্ব্বদে-হিনাং ( থবাই পানবা পুম্নমক্কী ) আত্মানং ( আত্মা ওইবা ) মাং (ঐবু) একং এব ( অমত্তা ওইনা ) শরণং যাহি ( চংজো ) ময়া ( ঐনা মরম ওইহুনা ) হি ( শোয়দনা ) অকুতোভয় (করিগুম্বা অমদগী কিবা লৈতবা, স্যাৎ ( ওইয়ু কিরুম্ন ) ১৪ । ১৫ ।

---

অহুগুম্না, ঐঙোন্দা হেন্না মুংশিকবা অহুনা মরম ওইহুনা পুন-শিনগ্রবা পুক্নিংনা মখোয়গী ওইরবী গোপীশিং অহুনা, মহাক্কী মপুরোইবা অমস্তুং মচানা চিংববু, মশাবু, পরলোকপু, লোক অসিবুস্থ থংখিজে; খুদমদি সমাধিদা লৈরবা মুনিশিংনা, সমুদ্রগী ঈশিংদা চংগ্রবা তুরেনগী ঈশিংনা তৌবগুম মশক অমস্তুং মমিংনা থংনরিবা সংসার অসিবু অমুক উন্দে । ১২ ।

লিশিং চাম-চামরক সৎসঙ্গ তৌবহুনা মরম ওইহুনা ঐগা লোইননা

উদ্ধব উবাচ।
সংশয়ঃ শৃণ্বতো বাচং তব যোগেশ্বরেশ্বর।
ন নিবর্ত্তত আত্মস্থো যেন ভ্রাম্যতি মে মনঃ ।১৬।

---

উদ্ধবঃ উবাচ ( উদ্ধবনা হায়জখি ) হে যোগেশ্বরেশ্বর ( হে যোগেশ্বরশিংগী মপু ) তব ( নহাক্কী ) বাচং ( ৱাবু ) শৃণ্বত ( তারবা ঐনা ) আত্মস্থ ( পুক্লিংদা লৈরিবা ) সংশয় ( চিংনবা অসি ) ন নিবর্ত্ততে ( কোক্তে ) যেন ( মরম অসিনা ) মে মনঃ ( ঐগী পুক্লিংসি ) ভ্রাম্যতি ( চোয়রে ) ।১৬।

---

শায়রব ঐবুতা পামজরবী, ঐগী ইশক্তি খংত্রবী পাঙ্গল শোল্লবী গোপীশিং অহুনা, তারবুদ্ধি—লোম্না চায়বা থম্বা ওইহুনম্নু পরংব্রহ্ম ঐবু ফংখি।১৩।

মরম অসিদগী হে উদ্ধব! নহাকনা বিধি ( তৌগদবা ) নৈষেধ ( তৌরোইদবা ) সংসারদা হন্না হন্না লৈনবা অমদি লৈতনবা, তাখিগদোব অমস্তুং তাপ্রবা, পুন্নমক অসি থাদোক্লগা পুন্নমক্কী উপায় ওইবা দাস্যনচিংবা ভাব অমনা মরম ওইহুনা, থবাই পানবা পুন্নমক্কী আত্মা ওইরিবা ঐবু অমত্তা ওইনা ( ঐঙোন্দা অমত্তা ওইনা ) চংজো, ঐনা মরম ওইহুনা করিগুম্বা অমদগী অকিবা লৈতবা শোয়দনা ওইগনি ।১৪।১৫।

উদ্ধবনা হায়জখি— হে যোগেশ্বরশিংগী মপু, নহাক্কী ৱাসি তারব ঐনা পুক্লিংদা লৈরিবা চিংনবা অসি কোক্তে, মরম অসিনা ঐগী পুক্লিংসি ইচোম চোয়রে।১৬।

মিংনা উবা ফংত্রবা, পুন্নমক অসিবু হিংহল্লিবা, ময়াম্না খংনরিবা জীব অসিনা, ব্রহ্মাগী হকচাংদা লৈবা আধারনচিংবা চক্রশিংদগী পোকপওম্না ফোংদোক্লকপা, প্রাণগী মশক ওইবা পরাখ্য কৌবহুগা লোইননা আধারচক্রদা চংপ্রগা, মনঃগী মশক ওইবা খোয়দোদা লৈবা য়াম্না কুপ্পবা মওংদা পশ্যন্তাখ্য মধ্যমাখ্য কৌবা মনিপুর চক্র বিশুদ্ধ চক্র হায়নম্নু খংনরবা মফম অহুদা য়োরগা, চিমগী অহোবদা হ্রস্বনচিংবা মাত্রা, উদাত্তনচিংবা স্বর; অকারনচিংবা বর্ন অসিনা, বৈখরীমা মরম

শ্রীভগবানুবাচ
স এষ জীবো বিবরপ্রসূতিঃ
প্রাণেন ঘোষেণ গুহাং প্রবিষ্টঃ ।
মনোময়ং সূক্ষ্মমুপেত্য রূপং
মাত্রা স্বরো বর্ণ ইতি স্থবিষ্ঠঃ । ১৭ ।
যথানলঃ খেঽনিলবন্ধুরূষ্মা
বলেন দারুণ্যধিমথ্যমানঃ ।
অণুঃ প্রজাতো হবিষা সমিধ্যতে
তথৈব মে ব্যক্তিরিয়ং হি বাণী । ১৮ ।

---

সঃ এষঃ [পরোক্ষ] ( মিংনা ঊবা ফংদ্রবা ) জীব ( পুন্নমক অসিবু হিংহল্লিবা [প্রসিদ্ধ] ( ময়াম্না খংনরবা জীব অসিনা ) বিবর প্রসূতি ( পোকপগুম্না ফোংদোক্লকপা ) প্রাণেন [সহ] ( প্রাণগী মশক ওইবা খোয়দোঙা লৈবা ) সূক্ষ্ম রূপং ( য়াম্না কুপ্পবা মওংদা ) পশ্যন্ত্যাখ্য, মধ্যমাখ্য কৌবা মনিপুর চক্র বিশুদ্ধচক্র হায়নস্সু খংনরবা মফমহুদা) উপেত্য য়োম্নগা [বক্ত্রে] চিনগী অহোবদা ) মাত্রা ( হ্রস্বনচিংবা ) স্বর ( উদাত্ত-নচিংবা ) বর্ণা ( অকারনচিংবা ওইহুনা ) ঘোষেন ( বৈখরীনা মরম ওইহুনা ) স্থবিষ্ঠ ( য়াম্না অপোবা মওংদা ) ইতি ( অসুম্না মখল মথা য়াম্না বেদ শাখাগী মশক্না [ভবতি] ওই ) । ১৭ ।

---

যথা ( অহুম্না ) অনলঃ ( মৈনা ) খেঃ ( উদা লৈপ্রবা আকাশদা) উষ্মা ( অহানবা মৈ থোক্লবা হোংনবদা মিংনা ঊদবা অশাবগী মশক ওই ) ([ততঃ] অহুগী তুংদা ) দারুনি ( উদা ) বলেন ( কন্না ) অভি-মথ্যমান ( তরুরকপা মতমদা ) অনিলবন্ধু [সন্] ( নুংশিংনা মত্তেং পাংহুনা ) অণুঃ ( কুপ্প কুপ্পবা মৈরিক কয়ামুক ওইরকই ) [পুন] (অমুক) প্রজাতঃ ( অচৌবা ওইরকই ) হবিষা ( ঘীনা মরম ওইহুনা ) সমিধত্য ( চাওখংলি ) তথৈব ( অহুগুম্না ) মে ব্যক্তি ( ঐনা ফোংদোকপগী মশক ওইবা ) ইয়ং ( বেদগী মশক ওইবী ) বাণী ( খোম্মোক্লি ) হি ( মশামক অরেপ্পনি) । ১৮ ।

এবং গদিঃ কর্ম্মগতির্বিসর্গো
ঘ্রাণো রসো দৃক্ স্পর্শঃ শ্রুতিশ্চ।
সঙ্কল্পবিজ্ঞানমথাভিমানঃ
সূত্রং রজঃ সত্ত্ব তমোবিকারঃ। ১৯।

এবং ( অসুম্না ) গদি ( লৈয়েংনা [রা] ঙাংবা ) কর্ম্ম ( খুৎ অনিনা লৌবা পিবা ) গতি ( খোং অনিগী চৎপা ) বিসর্গ ( খাগী খোং অসিগী অমোৎপা থাদোকপা ) ঘ্রাণঃ ( নাতোনগী মনম লৌবা ) রস ( লৈয়েংগী মহাও লৌবা ) স্পর্শ ( উনশাগী শোক্লগা খংবা ) শ্রুতি ( নাকোং অনিগী খোঞ্জেন তাবা ) সঙ্কল্প ( মনগী মসি তৌগে নিংবা ) বিজ্ঞানম্ ( বুদ্ধি-চিত্তগী নিংথিনা খংবা ) অভিমান ( অহঙ্কারগী অভিমান ) সূত্রং ( প্রধান প্রকৃতিগী সত্ত্বঃ রজঃ তমঃ বিকারশিং অসি ) মে ব্যক্তি ( ঐনা ফোংদোকপনি ) ।১৯।

ওইত্তুনা য়াম্না অপোৌবা মওংদা মখল মখা য়াম্না বেদ-শাখাগী মশক ওই । ১৭।

অত্তুম্না মৈনা উদা লৈপ্রবা আকাশদা অহাম্বা মৈ থোক্লবা হোৎ-নবদা মিংনা উদবা অশাবগী মশক ওই, অত্তুগী তুংদা উদ' বম্না তক্ল-রকপা মতমদা মুংশিংনা মত্তেং পাংত্তুনা কুপ্ল কুপ্লবা মৈরিক কয়ামুক ওইরকই, অমুক অচৌবা ওইরকই, মীনা মরম ওইত্তুনা চাউখংলি, অত্তগুম্না ঐনা ফোংদোকপগী মশক ওইবা বেদগী মশক ওইবী থোক্লোক্লি, মশি অরেপ্পা শোয়দবা বানি । ১৮।

অসুম্না লৈয়েংনা ঘা ঙাংবা, খুৎনা-লৌবা পিবা, খোংনা চৎপা, খাগী খোং অনিনা অমোৎপা থাদোকপা, নাতোম্না মনম নম্বা, লৈ-য়েংনা মহাও খংবা, উনশানা শোক্লগা খংবা, নাকোংনা তাবা, মিংনা উবা, পুক্লিংনা নিংবা, বুদ্ধি অমসুং চিত্তনা নিংথিনা খংবা, প্রধান প্রকৃতিগী রজঃ সত্ত্বঃ তমঃ বিকারশিং অসি ঐনা ফোংদোকপনি। ১৯।

ত্রিগুণ মায়াগী লৈফম ওইবা সংসার থম্বালগী হৌরককম সৃষ্টীগী মথাংদদি ফোংদোকনা লৈরম্বা ঈশ্বর অসিমক্তা মতমনা মরম ওইত্তুনা

অয়ং হি জীবস্ত্রিবৃদব্জযোনি-
রব্যক্ত একো বয়সা স আদ্যঃ।
বিশ্লিষ্ট শক্তির্বহুধেব ভাতি
বীজানি যোনিং প্রতিপদ্য যদ্বৎ ।২০।

যস্মিন্নিদং প্রোতমশেষমোতং
পটো যথা তন্তুবিতানসংস্থঃ।
য এষ সংসারতরুং পুরাণঃ
কর্ম্মাত্মকঃ পুষ্পফলে প্রসূতে ।২১।

---

ত্রিবৃৎ ( ত্রিগুণ মায়াগী লৈফম ওইবা ) অব্জযোনি ( সংসাবগী মশক থম্বালগী হৌরকফম ওইবা ) আদ্যঃ অব্যক্তঃ ( সৃষ্টিগী মমাংদা ফোংদোক্তনা লৈরম্বা ) অয়ং হি জীব ( ঈশ্বর অসিগুম্বা ) বয়সা ( মতম্না মরম ওইত্তনা ) বিশ্লিষ্টশক্তি ( নিংথিনা তোঙান তোঙান্না থায়দোক্না থম্লবা বাগ্ ইন্দ্রিয়নচিংবগী শক্তিনা তিল্লবা ) সঃ এক [এব] ( জীব অসিমতনা ) বহুধা ( মী সাই হিংচাবা অসিনচিংবা ওইনা ) ভাতি ( ফোংদোক্লি ) যোনিং প্রতিপদ্য ( হৌফম ফংলবা ) বীজানি ( বীজ [মরূ] শিংনা ) যদ্বৎ ( তৌবা অত্তগুম্বনি ) ।২০।

---

তন্তুবিতানসংস্থ ( লংশিংগী মহৈ মহৈ লৌশিন্নবদা লৈরবা ) পটঃ যথা ( ফিনা তৌবগুম ) যস্মিন [যেন] ( ঈশ্বর মহাক্না ) ইদং ( সংসার অসিবু ) অশেষং ( থাকহৌবা লৈতনা ) ওতং প্রোতং ( মুং-পান অনি-দা শিন্দুনা লৈ ) যঃ এষ ( অসিগুম্বা মহাক অসিনা ) কর্ম্মাত্মকঃ ( কর্ম্মনা মত্ত ওইরবা ) পুরাণ ( মমাংঙৈদগীসু অসুম নৌহুনতা লাক্লবা ) সংসারতরু ( সংসারগী মশক ওইবা উপান অসিব পুষ্পফলে ( চানবগী মশক পুষ্প, অপবর্গগী মশক ফল, অনি অসিবু ) প্রসূতে (পানহল্লি )। ১১।

---

নিংথিনা তোঙান তোঙান্না থায়দোক্না থম্লবা বা ঙাংনবা ইন্দ্রিয়নচিংবগী শক্তিনা তিল্লবা জীব অসিমতনা মী-সাই হিংচাবা অসিনচিংবা ওইনা ফোংদোক্লি মতু হৌফম ফংলবা মরুনা তৌবগুম্বনি ।২০।

লংশিংগী মহৈ-মহৈ লৌশিন্নবদা লৈরবা ফিগুম্না ঈশ্বর মহাক্না সংসার

দ্বে অস্য বীজে শতমূলস্ত্রিনালঃ
পঞ্চস্কন্ধঃ পঞ্চরস প্রসূতিঃ।
দশৈকশাখো দ্বি সুপর্ণনীড়—
স্ত্রিবল্কলো দ্বিফলোহর্কং প্রবিষ্টঃ ।২২।
অদন্তি চৈকং ফলমস্য গৃধ্রা
গ্রামেচরা একমরণ্যবাসাঃ।
হংসা য একং বহুরূপমিজ্যৈ—
র্মায়াময়ং বেদ স বেদবেদম্ ।২৩।

---

দ্বে (পুন্য পাপ অনিনা) অস্য (উপাল অসিগী) বীজে (মরূদা লৈ) সঃ চ (বীজ অদুসু) শতমূলঃ (চাং ককৃপা ঙমদ্রবা পুক্লিংগী অপাম্বনি) ত্রিনাল (সত্ত্বনচিংবা গুণ অহুম্বা খোয়দৌগী অচৌব শিংলী অহুম্নি) পঞ্চাকন্ধ (পঞ্চভূতনা অচৌবমশা মঙানি) পঞ্চরসপ্রসূতি শব্দনচিংবা রস মঙা অসি মঙোন্দগী পোকপনি) দশৈকশাখঃ (ইন্দ্রিয় তরামাথোয়না মশানি) দ্বিসুপর্ণনীড় (জীবাত্মা পরমাত্মাগী মশক উচেক অনিগী লৈফম্নি) সঃ (উপাল অসিনা) অর্কং প্রবিষ্ট (সূর্য্য মণ্ডল য়োনা লৈখি) ।২২।

---

অস্য (উপাল অসিগী) একং ফলং (উতৈ অমনা) গৃধ্রা (সংসারগী বিষয় পাম্লিবা) গ্রামেচরা (গৃহস্থিশিংনা) অদন্তি (চারি) হংসা (রাখল লৈরবা পরমহংসশিংনা) অরণ্যবাসা (বন্দা লৈবা সন্ন্যাসী-শিংনা) একং (অমা) অদন্তি (চারি) যঃ (মহাক্না) ইজ্যৈঃ (গুরুগী কৃপানা মরম ওইদুনা) একং (অমত্ত ওইবা) বহুরূপং (মশক মমিংদি য়াম্না য়াম্বা) মায়াময়ং (মায়াগী মশক সংসার অসিবু) বেদ (খংলবা) সঃ (মহাক্না) বেদং [বেদতত্ত্বার্থঃ] (বেদগী অরেপ্পা অর্থবু) বেদ (খংলবনি) ।২৩।

---

অসিবু খাকহৌবা লৈতনা মুংপান আনদা শিন্দুনা লৈ। অসিগুম্বা মহাক অসিনা, কর্ম্মনা মঙ ওইরবা মমাংঙৈদগীসু অমুম নৌতুনতা লাক্লবা সংসারগী মশক উপান অসিবু চানবগী মশক লৈ, অপবর্গগীমশক মহৈ

এবং গুরূপসনয়ৈক ভক্ত্যা
বিদ্যাকুঠারেণ শিতেন ধীরঃ।
বিবৃশ্চ্য জীবাশয়মপ্রমত্তঃ
সম্পাদ্য চাত্মানমথ ত্যজাস্ত্রম্ ।২৪।

ইতি শ্রীমদ্ভ'গবতে মহাপুরাণে পারমহংস্যাং সংহিতায়াং বৈয়াশিক্যাম্ একাদশস্কন্ধে দ্বাদশোঽধ্যায়ঃ।

---

এবং ( অসুম্ন থংলগা ) অপ্রমত্তঃ ময়াই কাদ্রবা ) ধীরঃ ( পুক্লিং লৈতারবা ) [ত্বং] ( নহাক্লা ) একভক্ত্যা ( অনিলোংদ্রবা ভক্তিনা ) [বা] ( অমদি ) গুরূপাসনয়া ( গুরু সেবাদগী ফংলক্লবা ) বিদ্যাকুঠারেণ ( বিদ্যাগী মশক ওইবা শিংজং [ আত্মাবিদ্যা ]না ) জীবাশয়ং ( জীবগী উপাধি ওইরিবা লিঙ্গশরীর অসিবু ) বিবৃশ্চ্য ( নিংথিনা ককথংলগা ) আত্মানং চ ( পরমাত্মাবুসু ) সম্পদ্য ( থংলগা ) অথ ( অতুগী তুংদা ) অস্ত্রং ( থংলাই [ পাম্বৈ ] অসিব ) ত্যজ ( থাদোকউ ) ।২৪।

---

পোকহল্লি ২১।

পুন্য পাপ অনিবা উপাল অসিগী মরুনি, মরু অতুগু চাংককপা গুমদ্রবা পুক্লিংগী অপাম্বনি, সত্বনচিংবা গুণ অহুম্না খোয়দোগী শিংলী অচৌবা অকুম্নি, লৈপাকচিংবা পঞ্চভুতনা অচৌবা মশা মণ্ডানি, শব্দনচিংবা রস মণ্ডাসি মণ্ডোল্দগী পোকপনি. পুক্লিংগা থানা মিৎনচিংবা ইন্দ্রিয় তরামাথোইনা মশা মচানি, জীবাত্মা পরমাত্মাগী মশক উচেক অনিগী লৈঙ্কম্নি, উপাল অসিনা সূর্য্যমণ্ডল য়োৌনা লৈথি ।২২।

উপাল অসিগী মহৈ অমনা সংসারগী বিষয় পাল্লিবা গৃহস্থিশিংনা চারি, বাথল লৈরবা পরমহংসশিংনা অমদি বন্দা লৈরবা সন্ন্যাসীশিংনা মহৈ অমা চারি, গুরুগী কৃপানা মরম ওইথুনা অমত্তা ওইবা মশক মমিংদি য়াম্না য়াম্বা মায়াগী মশক সংসার অসিবু থংলবা, মহাক্লা বেদগী অরেপ্পা অর্থ থংলবনি ।২৩।

অসুম্না থংলগা, ময়াই কাদ্রবা পুক্লিং লৈতারবা নহাক্লা অনিলোংদ্রবা ভক্তিনা, অমদি গুরু সেবাদগী ফংলক্লবা বিদ্যাগী মশক ওইবা শিংজং [ আত্মাবিদ্যা ]না জীবগী উপাধি ওইরিবা লিঙ্গশরীর অসিবু নিংথিনা ককথংলগা, পরমাত্মাবুসু থংলগা, অতুগী তুংদা থুংলাই [পাম্বৈ] অসিবু থাদোকউ ।২৪।

মতাং অসিদা শ্রীব্যাস দেবনা ইবা শ্রীমদ্ভাগবতকী একাদশ স্কন্ধংগী তরানিথোইশুবা অধ্যায় লোইরে।

# শ্রীমদ্ভাগবতম

## একাদশ স্কন্ধঃ

### ত্রয়োদশ অধ্যায়ঃ

——:(O):——

শ্রীভগবানুবাচ
সত্ত্বং রজস্তম ইতি গুণা বুদ্ধের্নচাত্মনঃ।
সত্ত্বেনান্যতমৌ হন্যাৎ সত্ত্বং সত্ত্বেন চৈব হি ।১।

---

শ্রীভগবান্ উবাচ (শ্রীভগবান্না হায়খি) সত্ত্বং (সত্ত্ব) রজঃ (রজ) তমঃ (তম) ইতিগুণঃ (গুণ অহুম অসি) বুদ্ধেঃ (প্রকৃতিগী গুণনি) ন আত্মনঃ (আত্মাগী গুণ নত্তে) সত্ত্বেন (সত্ত্ব গুণ্না মরম ওইদুনা মাঙোন্দা লৈরগা) অন্যতমৌ (রজ-তমঃ গুণ অনি অসিবু) হন্যাৎ (জয় তৌগনি) চ (অদুগী তুংদা) সত্ত্বং (সত্ত্বগুণবু) সত্ত্বেন (সত্যদয়ানচিংবগী মশক উপশম (শান্তি) না, হন্যাৎ (জয় তৌগনি) ।১।

---

শ্রীভগবান্না হায়খি। সত্ত্ব-রজঃ-তমঃ হায়রিবা গুণ অহুম অসি প্রকৃতিগী গুণনি, আত্মাগী নত্তে। মরম অসিনা, সত্ত্ব গুণনা মরম ওইদুনা মাঙোন্দা লৈরগা রজ-তমঃ গুণ অনি অসিবু জয় তৌগনি, অদুগী তুংদা সত্ত্ব গুণবু সত্য দয়ানচিংবগী মশক উপশম =(শান্তি) না জয় তৌগনি ।১।

সত্ত্বাদ্ধর্ম্মো ভবেৎ বৃদ্ধাৎ পুংসো মদ্ভক্তিলক্ষণঃ।
সাত্ত্বিকোপাসয়া সত্ত্বং ততোধর্ম্মঃ প্রবর্ত্ততে।২।
ধর্ম্মো রজস্তমো হন্যাৎ সত্ত্ববৃদ্ধিরনুত্তমঃ।
আশু নশ্যতি তন্মূলোহ্যধর্ম্ম উভয়ে হতে ।৩।

---

বৃদ্ধাৎ (হেনগংলক্লবা) সত্ত্বাৎ (সত্ত্বগুণ অতুদগী) পুংসঃ (পুরুষ অতুগী মফমদা) মদ্ভক্তিলক্ষণঃ (ঐগী ভক্তিগী মশক ওইবা) ধর্ম্ম ভবেৎ (ধর্ম্ম পোকই) সাত্ত্বিকোপাশনয়া (সাত্ত্বিকী ওইবা পোৎসেবা তৌবা [চাবনা]) সত্ত্বং [বর্দ্ধতে] (সত্ত্ব হেনগংলি) ততঃ (অতুগী তুংদদি) ধর্ম্ম (ধর্ম্ম অতু) প্রবর্ত্ততে (নিংথিনা মপুং ফারকই) ।২।

---

অনুত্তমঃ (মভোন্দগী অহেৎবা অমা লৈত্রবা) সত্ত্ববৃদ্ধি (সত্ত্বগুণ হেল্লকপা) অতুদগী পোক্লকপা) ধর্ম্ম (ধর্ম্ম অতুনা) রজস্তমঃ (রজ অমসুং তমঃ গুণ অনিবু) হন্যাৎ (মাংহনগনি) উভয়ে হতে (অনিসি মাংগ্রবদা) তৎমূলঃ (রজঃ তমদগী পোকপা) অধর্ম্মঃ (অধর্ম্মনা) আশু হি (থুনমক) নশ্যতি (মাংঙি) ।৩।

---

রজঃ অমসুং তমঃ গুণ অনি অসদগী সত্ত্ব গুণনা হেন্না লৈরবা মতমদা পুরুষ অতুগী মফমদা ঐগী ভক্তিগী মশক ওইবা ধর্ম্ম পোকই, সত্ত্বিককী ওইবা চিঙ্গাক চারগা সত্ত্বগুণ হেনগৎলি. অতুগী তুংদদি ধর্ম্ম অতু নিংথিনা মপুং ফারকই ।২।

মাঙোন্দগী অহেনবা অমা লৈত্রবা সত্ত্ব গুণদগী পোকপা ধর্ম্মনা রজ তম গুণ অনি অসিবু মাংহনগনি, অনি অসি মাংগ্রবদা রজ তমদগী পোকপা অধর্ম্মনা থুনমক মাংঙি ।৩।

আগম শাস্ত্র, ঈশিং, মচামগু, অশেংবা মফম, ব্রাহ্মমুহূর্ত্তনচিংবা মতম, নিত্যকর্ম্ম, বৈষ্ণবনচিংবগী দীক্ষা, ধ্যান (ঈশ্বরগী মশক নিংশিংবা) ওঁনচিংবা মন্ত্র, অমদি গর্ভাধানচিংবা সংস্কার, মখোয় তরা অসি গুণশিং অসিগী পোক্লবগী মরম্নি ।৪।

মখোয় তরা অসিগী মনুংদা জ্ঞাণীশিংনা অতু অতুবু থাগৎলি, মতু

আগমোঽপঃ প্রজা দেশঃ কালঃ কর্ম্ম চ জন্ম চ।
ধ্যানং মন্ত্রোঽথ সংস্কারো দশৈতে গুণহেতবঃ ।৪।
তত্তৎ সাত্ত্বিকমেবৈষাং যৎ যৎ বৃদ্ধাঃ প্রচক্ষতে।
নিন্দন্তি তামসং তৎ তৎ রাজসং তৎ উপেক্ষিতম্।৫।

আগম (আগম শাস্ত্র) অপ (ঈশিং) প্রজা (মচা মশু) দেশ (অশেংবা মফম) কাল (ব্রাহ্মমুহূর্ত্তনচিংবা মতম) কর্ম্ম (নিত্য-কর্ম্ম) জন্ম (বৈষ্ণবনচিংবগী দীক্ষা) ধ্যান [ঈশ্বর] (শ্রীমূর্ত্তিবু অমনা মরক খন্দনা নিংবা) মন্ত্রঃ (ওঁকারনচিংবা মন্ত্র) অথ (অমদি) সংস্কার (গর্ভা-ধান্নচিংবা) এতে দশ (মখোয় তরাসি) গুণহেতব (গুণশিং অসি পোক্লবগী মরম্মি) ।৪।

এষাং এব (মখোয় তরা অসিগী মনুংদা) বৃদ্ধা (জ্ঞনীশিংনা) যৎ-যৎ (অদু অদুবু) প্রচক্ষতে (প্রশংসা তৌরি [খাগংলি]) তৎতৎ (মদু মদুবু) সাত্ত্বিকং [বিদ্ধি] সত্ত্বগুণগীনি খংঙু) নিন্দন্তি (নিন্দা তৌ-রি ফত্তবনি হায়রিবা) তৎতৎ (মদু মদুবু) তামসং (তমগুণগীনি খংঙু) তৎউপেক্ষিতং (পণ্ডিতশিংনা প্রশংসা তৌদবা) [অপি] অমসুং নিন্দা তৌদবা মদু মদুবু) রাজশং [বিদ্ধি] (রজগুণগীনি খংঙু) ।৫।

মদুবু সত্ত্ব-গুণগীনি খংঙু, ফত্তবনি হায়রিবা মদু মদুবুনা তমগুণগীনি খংঙু, জ্ঞানীশিংনা অদু অদুবু প্রশংশা তৌদবা অমসুং নিন্দা তৌদবা মদু মদুবু রজগুণগীনি খংঙু ।৫।

হৌজিক হায়রিবা সত্ত্বগুণগী ওইবা অসিতমক, পুরুষ অদুনা, সত্ত্বগুণ হেনগৎনবগীদমক লমচত্তা পুশিনগনি, সত্ত্বগুণ অদুদগী ধর্ম্ম লৈরকই, ধর্ম্মদগী পরোক্ষজ্ঞান (ঈশ্বরগী লৈফম খংবা) ওই, অদুদগী দি আত্মাদর্শন ফাউবা যত্ন তৌগনি, আত্মদর্শনগী তুংদদি শরীর অনি অসিগী কারণ ওইরম্বা পঞ্চভূতকী গুণশিং অসিনা মাংখিগনি ।৬।

বা তক্লবদগী পোক্লকপা মৈ অদুনা, বন অদুবু চাকখোকল্লগা মতোমতা মুচ্ছখিবা মতৌ অদুগুম্না, গুণময়াম য়ানশিন্নদুনা শারবা (স্থূল সূক্ষ্ম) অপোবা অমসুং উদবা শরীর অনি অসিবু, মহাকী থবক

সাত্ত্বিকান্যেব সেবেত পুমান্ সত্ত্ববিবৃদ্ধয়ে।
ততো ধর্ম্মস্ততোজ্ঞানং যাবৎ স্মৃতিরপোহনম্ ।৬।
বেনু সংঘর্ষজো বহ্নির্দগ্ধ্বা শাম্যতি তৎবনম্ ।
এবং গুণব্যত্যয়জো দেহঃ শাম্যতি তৎক্রিয়ঃ ।৭।

(১) সাত্ত্বিকানি [ এতানি ] এব ( হৌজিক হায়রিবা সত্ত্বগুনগী ওইবা অসিতমক ) পুমান, ( পুরুষ অহুনা ) সত্ত্ববৃদ্ধয়ে ( সত্ত্বগুণ হেনগৎনবগীদমক ) সেবেত ( সেবা তৌগনি [ লমচত্তা পুশিনগনি ]। ততঃ ( সত্ত্বগুণ অদুদগী ) ধর্ম্ম [ ভবতি ] ( ধর্ম্ম লৈরকই ) [ ধর্ম্মদগী ] জ্ঞানং ( পরোক্ষ জ্ঞান ওই ) ততঃ ( পরোক্ষ জ্ঞান অদুদগী ) যাবৎ-স্মৃতি ( আত্মদর্শন্ কাউবা [ যত্নৈত ] যত্ন তৌগনি ) [ তত ] ( অদুগী তুংদদি ) অপোহনং [ ভবতি ] ( শরীর অনি অসিগী কারণ ওইরম্বা পঞ্চভূতগী গুণশিং অসিনা মাংখিগনি ) ।৬।

বেনুসংঘর্ষজঃ ( রা তরুবদগী পোক্লকপা ) অগ্নিঃ ( মৈনা ) তৎবনং ( বন [ উমং ] অদুবু ) দগ্ধ্বা ( চাক্লগা ) শাম্যতি ( মতোমতা মুচ্চখি ) এবং ( মতৌ অসুম্না ) গুণব্যত্যয়জ ( গুণময়াম য়ানশিন্দুনা শারবা [ ওইরবা ]) দেহ [ অপি ] ( অপোবা অমসুং উদবা [ স্থূল সূক্ষ্ম ] হকচাং অনি অসিবু ) তৎক্রিয় ( মহাক্তৌ থবক অদুদগী পোক্লবা জ্ঞানগী মৈ অদুনা ) [ অপোহ্য ] ( করিগুম্বা অমত্তা তৌহন্দনা চাক্থেক্লুনা ) [ স্বয়ং ] উপশাম্যতি ( মশা মতোমত্তা হঞ্জিনখি ) ।৭।

অদুদগী পোক্লবা জ্ঞানগী মৈ অদুনা চাকথেক্লুনা করিগুম্বা অমত্তা তৌহন্দনা মশা মতোমতা হঞ্জিনখি ।৭।

উদ্ধবনা হংজখি ! হে কৃষ্ণ ! মীওইবশিং অসিনা অয়াম্বনা, বিষয়শিং অসিবু অরাবা কংনবগী মরম্নি হায়বসি খংনৈ। অসুম্না ওইদুনগু হুই গাধা হামেংগুম্না করিগীদমক বিষয়শিং অসিবু ভোগ তৌরিবনো ।৮।

শ্রীভগবান্না হায়খি। রাখল বিচার লৈত্রবা মী অদুগী থম্মোয়দা অদুম্না, 'ঐ' অসুম্না হকচাংনচিংবদা নত্তবা বুদ্ধি অসিনা মপুংকানা চংলকই, অদুগী তুংদা ফোংদোকপনা হৌনশা ওইরবা পুক্লিং অসিবু

উদ্ধব উবাচ ।
বিদন্তি মর্ত্ত্যাঃ প্রায়েণ বিষয়ান্ পদমাপদাম্ ।
তথাপি ভুঞ্জতে কৃষ্ণ তৎ কথং শ্ব-খরাজবৎ । ৮ ।
শ্রীভাগবানুবাচ ।
অহমিত্যন্যথাবুদ্ধিঃ প্রমত্তস্য যথা হৃদি ।
উৎসর্পতি রজো ঘোরং ততোঃ বৈকারিকং মনঃ । ৯ ।
রজোযুক্তস্য মনসঃ সংকল্পঃ সবিকল্পক: ।
ততঃ কামো গুণধ্যানাদ্ দু: সহঃ স্যাদ্ধি দুর্ম্মতে: । ১০ ।

---

উদ্ধবঃ উবাচ ( উদ্ধবনা হংজখি ) কৃষ্ণ ( হে কৃষ্ণ ) মর্ত্ত্যা: ( মী ওইবশিং অসিনা ) প্রায়েন ( অয়াম্বনা ) বিষয়ান্ ( বিষয়শিং অসিবু ) আপদাম্ ( অৱাবা ফংনবগী ) পদং [ কারণ ] ( মরমনি হায়বসি ) বিদন্তি ( খংনরি ) তথাপি ( অদুম্না খংদুনসু চাং খরদং ) অজবং ( হুই গাধা হামেংগুম্না ) কথং ( করিগীদমক ) তৎ ( বিষয়শিং অদুবু ) ভুঞ্জতে ( চারিবনো ) । ৮ ।

---

শ্রীভগবান্ উবাচ ( শ্রীভগবান্‌না হায়খি ) প্রমত্তস্য ( বাখল বিচার লৈত্রবা মী অদুগী ) হৃদি যথা ( থম্মোয়দা অদুম্না ) অহং ইতি ( ঐ অসুম্না ) দেহাদৌ ( হকচাংনচিংবদা ) অন্যথাবুদ্ধি ( নত্তবা বুদ্ধি অসি ) উৎসর্পতি ( নিংথিনা চংলকই ) তত: ( অদুগী তুংদা ) বৈকারিকং ( হোংদোকপনা মহাক্কী ওইরবা ) মন: ( পুক্নিং অসিবু ) ঘোরং রজঃ ( অকিবফংলবা রজগুণনা ) [ ব্যাপ্নোতি ] ( শিন্বা থুংভি ) । ৯ ।

---

রজোযুক্তস্য ( রজগুণনা তিল্লবা ) মনস: ( পুক্নিংগী ) হি ( শোয়দনা ) সবিকল্পক ( লোইবা নায়দবা ) সংকল্প ( তৌগে নিংবনা ) স্যাৎ ( ওই ) তত: ( অদুগী তুংদা ) গুণধ্যানাৎ ( গুণশিং অসি নিংশিংবনা মরম ওইদুনা ) দুর্ম্মতেঃ ( পুক্নিং শেংদ্রবা মীদুগী ) দু: সহ ( খাংডমদ্রবা ) কামঃ স্যাৎ ( অপাম্বা ওই ) । ১০ ।

---

অকিবা ফংলবা রজ গুণনা থুদুম চল্লি । ৯ ।

রজগুণনা তিল্লবা পুক্নিংগী শোয়দনা লোইবা নায়দবা তৌগে

করোতি কামবশগঃ কর্ম্মান্যবিজিতেন্দ্রিয়ঃ।
দুঃখোদর্কানি সম্পশ্যন্ রজোবেগ বিমোহিতঃ ।১১।
রজস্তমোভ্যাং যদপি বিদ্বান্ বিক্ষিপ্তধীঃ পুনঃ।
অতন্দ্রিতো মনোযুঞ্জন্ দোষদৃষ্টীর্ন সজ্জতে ১২।

---

রজোবেগ বিমোহিত ( রজ গুণগী ঈহৌনা পুক্লিং লাংতক্লববা ) অজিতেন্দ্রিয় ( ইন্দ্রিয়শিংগী মথাপোল্লবা, [ মরম অদুদগী ) কামবশগঃ ( অপাম্বনা খুদুম চনগ্রবা মী অদুনা ) দুঃখোদর্কানি ( অবাব। কয়া থেং-নগদৌরিবদু ) সম্পশ্যন্ [ অপি ] ( ভাবা থংবা ওইদুনশু বিষয়শিং ভোগ তৌনবগীদমক ) কর্ম্মানি ( থবক ময়াম অদু ) করোতি ( তৌরি ) ।১১।

---

যৎ ( অদুম্না ) রজস্তমোভ্যাং ( রজ-তম গুণ অনি অসিনা মরম ওইদুনা ) বিক্ষিপ্তধী অপি ( পুক্লিং চোয়বা ওইদুনশু ) বিদ্বান্ ( জ্ঞান লৈরবা মীনা ) পুন ( অমুক হন্না ) অতন্দ্রিত [ সন্ ] ( ইন্দ্রিয়গী মথা পোলহন্দনা ) মন যুঞ্জন্ ( পুক্লিং লাকশিন্নগা ) দোষদৃষ্টী ( দোষদু উবনা ) ন সজ্জতে ( মন্দুদা চংশিন্দে ) ।১২।

---

নিংবা ওই, অদুগী তুংদা গুণশিং অসি নিংশিংবনা মরম ওইদুনা পুক্লিং শেংজবা মীদুগী থাংওমজবা অপাম্বা ওইরকই ।১৩।

রজ গুণগী ঈহৌনা লাংলবা, ইন্দ্রিয়শিংগীদু মথা পোল্লবা, মরম অদুদগী অপাম্বনা খুদুম চনগ্রবা মী অদুনা, অবাবা ময়াম থেংনগদৌ-রিবদু ভাবা থংবা ওইদুনসু, বিষয়শিং অদু ভোগ তৌনবগীদমক থবকশিং অদু তৌরি ।১১।

অদুম্না রজ তম গুণ অনি অসিনা মরম ওইদুনা পুক্লিং চোইক্লবা ওইদুনসু, জ্ঞান লৈবা মীনা অমুক হন্না ইন্দ্রিয়গী মথা পোলহন্দনা পুক্লিং লাকশিন্নগা দোষদু উদুনা, মন্দুদা চংশিন্দে।১২।

পুক্লিং লৈত্তানা, অবাবা য়াউদনা, শ্বর খুদুম চন্দুনা, আসন জয় তৌরগা, সন্ধ্যা অহমদা মতম চানা ঐভোন্দা পুক্লিং কংলগা তপ্না তপ্না সমাধিদা চংগনি।১৩।

অপ্রমত্তোঽনুযুঞ্জীতমনো ময্যর্পয়ন্ শনৈঃ।
অনির্বিণ্ণো যথাকালং জিতশ্বাসো জিতাসনঃ। ১৩।
এতাবান্ যোগ আদিষ্টো মচ্ছিষ্যৈঃ সনকাদিভিঃ।
সর্ব্বতো মন আকৃষ্য ময্যদ্ধাবেশ্যতে যথা। ১৪।

যদা ত্বং সনকাদিভ্যো যেন রূপেন কেশব।
যোগমাদিষ্টবানেতৎ রূপমিচ্ছামি বেদিতুম্। ১৫।

---

অপ্রমত্তঃ ( পুক্লিং লৈতানা ) আনর্বিণ্ণ ( অৱাবা য়াউদনা ) জিত-শ্বাস ( শ্বর লাকশিন্দুনা [ খুহুম চন্দুনা ]) জিতাসন ( আসন জয় তৌহুনা ) যথাকালং ( মতম চানা [ ত্রি সন্ধ্যাদা ]) ময়ি ( কৃষ্ণ ঐঙোন্দা ) মন অর্পয়ন, ( পুক্লিং কৎলগা ) শনৈ ( তপ্না ) যুঞ্জীত ( সমাধিদা চংগনি ) । ১৩।

---

এতাবান্ যোগ( অসিগুম্বা যোগ অসিবু ) আদিষ্ট ( তাকপিরবা ) যদা ( মতম অদুদা ) মৎ শিষ্যৈ ( ঐগী শিষ্য ) সনকাদিভি ( সনক-নচিংবনা ) সর্ব্বত ( পুম্নমক্তগী ) মন আকৃষ্য ( পুক্লিং চিংশিল্লগা ) অদ্ধা— যথার্থ ( অদুমক ওইনা ) ময়ি ( ঐঙোন্দা ) আবেশ্যতে ( চংশিল্লি ) । ১৪।

---

হে কেশব ( হে কৃষ্ণ ) যদা ( মতম অদুদা ) সনকাদিভ্য ( সনক-নচিংবগী মফমদা ) যেনরূপেন ( অদুগুম্বা রূপ অদুনা ) এতৎ রূপং [বা] ( অমদি রূপ অসিমক্না ) যোগম্ ( ভগবৎ কংনবগী উপায়দু ) আদিষ্টবান্ ( তাকপিখিবা) তৎ ( মদুবু) বেদিতুম্ ইচ্ছামি (ননাই ঐ খংজনিংঙি) । ১৫।

---

অসিগুম্বা যোগ অসি তাকপিরবা মতমদা ঐগী শিষ্য সনকনচিংবনা পুম্নমক্তগী পুক্লিং চিংশিল্লগা অদুমক ওইনা ঐঙোন্দা চংশিল্লি। ১৪।

হে কৃষ্ণ! মতম অদুদা সনকনচিংবগী মফমদা অদুগুম্ব রূপ অদুনা অমদি রূপ অসিমক্না ভগবৎ কংনবগী উপায়দু তাকপিখিবা, মদু ননাই ঐ খংজনিংঙি । ১৫

শ্রীভগবানুনা হায়খি। হিরন্যগর্ভ ব্রহ্মাগী পুক্নিংদগী ওইরবা সনকনচিংবা

শ্রীভগবানুবাচ ।
পুত্রা হিরণ্যগর্ভস্য মানসাঃ সনকাদয়ঃ ।
পপ্রচ্ছুঃ পিতরং সূক্ষ্মাং যোগস্যৈকান্তিকীং গতিম্ ।১৬।
সনকাদয় ঊচুঃ ।
গুণেষ্বাবিশতে চেতো গুণাশ্চেতসি চ প্রভো ।
কথমন্যোন্যসন্ত্যাগো মুমুক্ষোরতিতিতীর্ষোঃ ।১৭।

---

শ্রীভগবান্ উবাচ ( ভগবান্না হায়রি ) হিরণ্যগর্ভস্য ( ব্রহ্মাগী ) মানসা ( পুক্কিংদগী ওইরবা ) সনকাদয় ( সনকনচিংবা ) পুত্রা ( মচাশিংনা) পিতরং [ প্রতি ] ( মপা ব্রহ্মাগী মফমদা ) যোগস্য ( যোগগী ভগবৎ ফংনব উপাযগী ) ঐকান্তিকীং ( অরেপ্পা অনিলোংত্রবা ) সূক্ষ্মং ( লুরবা ) গতিং ( লম্বী অদুবু ) পপ্রচ্ছু ( হংজখি ) ।১৬।

---

সনকাদয় ঊচু ( সনকনচিংবনা হায়জখি ) প্রভো ( হে প্রভো ) গুণেষু ( গুণ শং অসিদা ) চেতঃ ( পুক্কং অসিনা ) আবিশতে ( চংশিল্লি ) চ ( অমসুং ) চেতসি ( পুক্কিং অসিদা ) গুণা ( গুণশিং অসিনা বাসনাগী মশক ওইনা ) আবিশন্তে ( চংশিল্লি ) [ অতঃ ] ( মরম অসিদগী ) অতিতীর্ষোঃ ( বিষয়শিং অসিবু লাম্থোক্লিংলিবা ) মুমুক্ষো ( মুক্তি পাম্বশিংনা ) অন্যোন্যসন্ত্যাগ ( অমনা অমবু থাদোক্নবা হায়বসি ) কথং ভবেৎ ( করম্না ওইগনি ) ।১৭।

---

মচাশিংনা মপা ব্রহ্মাগী মফমদা ভগবৎ ফংনবা উপায়গী অরেপ্পা অনিলোংত্রবা লম্বী অদুবু হংজখি ।১৬।

সনকনচিংবনা হায়জখি। হে প্রভো! গুণশিং অসিদা পুক্কিং অসিনা চংশিল্লি, অদুগা পুক্কিং অসিদসু গুণশিং অসিনা বাসনাগী মশক ওইনা চংশিল্লি, মরম অসিদগী বিষয়শিং অসিবু লাম্থোক্লিংলিবা মুক্তি পাম্বশিংনা অমনা অমবু থাদোক্নবা হায়বসি করম্না ওইগনি ।১৭।

শ্রীভগবানা হায়রি । অদুম্না, সনকনচিংবনা হংজরবদা, জগৎ অসিবু শেম্লিবা দেবতাশিংগীসু অথোয়বা ব্রহ্মান', কর্ম্মগী বুদ্ধি ওইবনা প্রশ্নগী ( বাহংগী ) অর্থদু, ( পাওখুমদুবু ) কনা থন্দুনসু থংখিদ্রে ।১৮।

শ্রীভগবানুবাচ।
এবং পৃষ্টো মহাদেবঃ স্বয়ম্ভুর্ভূতভাবনঃ।
ধ্যায়মানঃ প্রশ্নবীজং নাভ্যপদ্যত কর্ম্মধীঃ ।১৮।
সঃ মামচিন্তয়দ্দেবঃ প্রশ্নপারতিতীর্ষয়া।
তস্যাহং হংসরূপেন সকাশমগমং তদা।১৯।
দৃষ্ট্বা মাং তে উপব্রজ্য কৃত্বা পাদাভিবন্দনম্।
ব্রহ্মাণমগ্রতঃ কৃত্বা পপ্রচ্ছুঃ কো ভবানিতি ।২০।

শ্রীভগবান্ উবাচ ( শ্রীভাগবান্না হায়খি ) এবং ( অসুম্না সনকনচিংবনা ) পৃষ্ট [ সন ] ( হংজরবদা ) ভূতভাবন ( জগৎ অসিবু শেম্লিবা ) মহাদেব (দেবতাশিংগী অথোইবা ) স্বয়ম্ভূ ( ব্রহ্মানা ) কর্ম্মধীঃ ( থবক্কী বুদ্ধি ওইবনা ) প্রশ্নবীজং ( প্রশ্নগী অশেংবা অর্থতুবু ) ধ্যায়মান [ অপি ] ( ফমা খন্দুনশু ) ন অভ্যপদ্যত ( ফংখিদ্রে ) ।১৮।

সঃ দেব ( ব্রহ্মা অহুনা ) প্রশ্নপারতিতীর্ষয়া ( হংলক্লিবা বাহং অতুগী অশেংবা পাওথুম খংনিংহুনা ) তদা ( মতম অদুদা ) মাং ( ঐবু ) অচিন্তয়ৎ ( নিংখি ) অহং ( ঐনা ) তস্য ( ব্রহ্মাগী ) সকাশং ( মফমদা ) হংস রূপেন ( কাওওগী মশক ওইনা ) অগমং ( ফংখি ) মখোইগী মনাক্তা চংখি ।১৯।

তে ( সনকনচিংবনা ) মাং দৃষ্ট্বা ( ঐবু উরগা ) ব্রহ্মাণং ( ব্রহ্মাবু ) অগ্রতঃ কৃত্বা ( মাং থাহল্লগা ) উপব্রজ্য ( ঐগী নাক্তা লাক্লগা ) পাদাভিবন্দনং কৃত্বা ( ঐগী খোংদা খুরম্লগা ) কঃ ভবান্ ( নহাক কনানো ? ) ইতি ( অসুম্না ) পপ্রচ্ছু ( হংখি ) ।২০।

ব্রহ্মা অহুনা হংলক্লিবা বাহং অতুগী অশেংবা পাওথুম খংনিংহুনা মতম অদুদা ঐবু নিংখি, ঐনা মহাক্কী মফমদা কাওওগী মশক ওইনা উহনখি—মখোইগী মনাক্তা কাওওগী মশক ওইনা চত্তুল্লা উহনখি। ১৯।

সনকনচিংবনা ঐবু উরগা ব্রহ্মানা মাংথানা ঐগী নাক্তা লাক্লগা ঐবু খুরম্লগা নহাক কনানো ? অসুম্না হংখি। ২০।

মতম অদুদা মুক্তি ফংনবগী অশেংবা পাম্বৈ খংনিংলবা সনকনচিংবা

ইত্যহং মুনিভিঃ পৃষ্টস্তত্ত্বজিজ্ঞাসুভিস্তদা।
যদবোচমহং তেভ্যস্তদুদ্ধব নিবোধ মে ।২১।
বস্তুনো যদ্যনানাত্বমাত্মন প্রশ্ন ঈদৃশঃ।
কথং ঘটেত বো বিপ্রা বক্তু র্বা মে ক আশ্রয়ঃ।২২।

তদা ( মতম অতুদা ) তত্ত্বজিজ্ঞাসুভি ( মুক্তি কংনবগী তশেংবা পাম্বে খংনিংলবা সনকনচিংবা ) মুনিভি ( মুনিশিংনা ) অহং [ মাং ] ( ঐবু ) ইতি ( অসুম্না ) পৃষ্ট ( হংথি ) অহং ( ঐনা ) তেভ্য ( মখোয়গী মফমদা ) যৎ অবোচমহং ( অতুম্না হায়খিবা ) তৎ ( মতু ) উদ্ধব ( হে উদ্ধব) মে ( ঐগী ইফমদগী ) নিবোধ ( নিংখিনা খংলে ) ।২১।

হে বিপ্রাঃ (হে ব্রাহ্মণ পুম্নমক ) বঃ ( নখোয়গী ) কো ভবান্ ( অসুম্না হায়রিবা ) ঈদৃশঃ ( অসিগুম্বা ) প্রশ্নঃ ( বাহং অসিনা ) যদি আত্মনঃ ( আত্মাগী মরমদা ওইরবা ) [ তর্হি ] ( মতু ওইরবদি ) বস্তুন ( তশেংনা ) অনানাত্বে ( তোঙান তোঙানবগী মতৌ লৈত্রবা আত্মাদা ) কথং ( মতৌ করম্না প্রশ্ন অাস ) ঘটেত ( ওইগনি ) বা ( অমনা ) বক্তুঃ ( পাউখুম পীগদৌরিবা ) মে ( ঐনা ) কঃ আশ্রয়ঃ ( কনাগী মতেং লৌতুনা ) [ উত্তরং বক্ষ্যামি ] ( পাউখুমসি পীগনি আত্মাদি জাতি গুণনচিংবা লৈতে ।

মুনিশিংনা ঐবু অসুম্না হংখি। ঐগাক্তা মখোয়গী মফমদা অতুম্না হায়খিবা, মতুবু হে উদ্ধব ! ঐগী ইফমদগী মহাক নিংখিনা খংলে।২১।

হে ব্রাহ্মণ পুম্নমক ! নখোয়গী ( কো ভবান্ ) অসুম্না হায়রিবা অসিগুম্বা প্রশ্ন অসিনা, আত্মাগী মরমদা ওইরবা মতু ওইরবদি, তশেং-না তোঙান তোঙাণগী মতৌ লৈত্রবা আত্মাদা মতৌ করম্না প্রশ্ন অসি ওইগনি, অমনা—খুমগদৌরিবা ঐনা, কনাগী মতেং লৌতুনা পাউখুম অসি পীগনি আত্মাদি জাতি গুণচিংবা লৈতে।২২।

অমনা,—অচুম্বা বিচারদদি মান্নবা ওইতুনশু তোঙান তোঙান্না লৈরবা পঞ্চভূতকী ওইবা মী লাইনচিংবগী হকচাং পুম্নমক্তা 'নহাক কনানো' অসিগুম্বা নখোয়গী প্রশ্ন অসিমক্ বা অমা ভাংবতনি, মরম

পঞ্চাত্মকেষু ভূতেষু সমানেষু চ বস্তুতঃ।
কো ভবানিতি বঃ প্রশ্নো বাচারম্ভো হ্যনর্থকঃ। ২৩।
মনসা বচসা দৃষ্ট্যা গৃহ্যতেঽন্যৈরপীন্দ্রিয়ৈঃ।
অহমেব ন মত্তোঽন্যদিতি বুধ্যধ্বমঞ্জসা। ২৪।
গুণেষ্বা বশতে চেতো গুণাশ্চেতসি চ প্রজাঃ।
জীবস্য দেহ উভয়ং গুণাশ্চেতো মদাত্মনঃ। ২৫।

---

চ ( অমনা ) বাস্তুতঃ ( অচুম্বা বিচারদদি ) সমানেষু ( মান্নবা ওইহ্নবা তোঙান তোঙান লৈরবা ) পঞ্চাত্মকেষু ( পঞ্চভূতকী ওইবা ) ভূতেষু (মী লাইনচিংবগী হকচাং পুম্নমক্তা) কো ভবান্ (নহাক কনানো) ইতি ( অসিগুম্বা ) বঃ ( নখোয়গী ) প্রশ্নঃ ( প্রশ্ন অসি ) বাচারম্ভে (ব্রা ঙাংবতনি ) হি মরম অহুনা ) অনর্থক ( অর্থ লৈতবনি )। ২৩।

---

মনসা ( পুক্লিংনা ) বচসা ( ৱাহৈনা ) দৃষ্ট্যা ( উৱিবা অসিনা ) অন্যৈ অপি ( হায়ৱিবা অসিদগী তোঙান্না ) ইন্দ্রিয়ৈ ( ইন্দ্রিয়শিংনা মরম ওইহ্নুনা ) গৃহ্যতে ( লৌরি খংলি ) [ তৎ ] ( মদো ) অহং এব ( ঐতবুনি, ) মত্তঃ ( ঐঙোন্দগী ) ন অন্যৎ ( অতোপ্পা অমা নত্তে ) ইতি ( অসুম্না ) অঞ্জসা ( চিংনবা লৈতনা ) বুধ্যধ্বাম্ ( খংগদবনি )। ২৪।

---

হে প্রজা ( হে পুত্রকা হে ইচাশা ) চেতঃ ( পুক্লিংনা) গুণেষু বিষয়শিংদা ) আবিশতে ( চংশিল্লি ) গুণা ( গুণশিং অসিনসু ) চেতসি ( পুক্লিংদা ) চ ( অহুম্না চংশিল্লি ) গুণা ( গুণশিংশু ) চেতশ্চ ( চেতনাসু ) উভয়ং [ গ্রথিতং ] ( অনি হাপচিন্নবনি ) মদাত্মন ( ঐগী ইশক ওইবা ) জীবাস্য (জীবগী ) [ অয়ং ] দেহঃ ( হকচাং অসি ) অধ্যাস্তঃ ( মমিংতনি) । ২৫।

---

অহুনা অর্থ লৈতবনি। ২৩।

পুক্লিংনা, ৱাহৈনা, উৱিবা অসিবা, হাম্নৱিবা অসিদগী তোঙানবা ইন্দ্রিয়শিংনা মরম ওইহ্নুনা লৌরি-খংলি, মহু পুম্নমক ঐতবুনি, ঐঙোন্দগী অতোপ্পা অম নত্তে অসুম্না চিংনবা লৈতনা নখোয়না খংগদবনি। ২৪

গুণেষু চাবিশচ্চিত্তমভীক্ষ্ণং গুণসেবয়া।
গুণাশ্চ চিত্তপ্রভবা মদ্রূপ উভয়ং ত্যজেৎ। ২৬।
জাগ্রৎ স্বপ্নঃ সুষুপ্তঞ্চ গুণতো বুদ্ধিবৃত্তয়ঃ।
তাসাং বিলক্ষণো জীবঃ সাক্ষিত্বেন বিনিশ্চিতঃ। ২৭।

---

অভীক্ষ্ণং ( হন্না হন্না ) গুণসেবয়া ( বিষয়শিং অসি ভোগ তৌবনা মরম ওইদুনা ) গুণেষু [ গুণশিং ] বিষয়শিং অসিদা ) আবিশচ্চিত্তং ( চংশিনথ্রবা পুক্লিং অসিবু ) চ ( অমসুং ), চিত্তপ্রভবাঃ ( পুক্লিংদগী পোক্লবা ) গুণা চ ( গুণশিং অসিশু ) মৎরূপ ( থেন্নবা লৈতবা ভাবনা অমদি ঐগী সেবানা ) উভয়ং ত্যজেৎ ( অনিমক থাদোক্কনি। ২৬।

---

জাগ্রৎ (তুমদনা লৈবা) স্বপ্নঃ ( মং মংনা তুম্বা ) চ (অমসুং ) সুষুপ্তং ( মং মংদনা তুম্বা ফিরেপ অহুম ) বুদ্ধিবৃত্তয় (বুদ্ধিদা লৈবনি) গুণতো ( সত্ত্বনচিংবা গুণদগী পোকপনি ) যথা তাসাং [ সত্ত্বাজ্জাগরণং বিদ্যাদ্রজসা স্বপ্নমাবিশেৎ। প্রস্বাপং তমসা জন্তোস্তুরীয়ং ত্রিষু সন্ততম ] ( অহুম অসিদগী ) বিলক্ষণ ( তোঙাম্না ) সাক্ষিত্বেন ( সাক্ষি ওইনা ) জীব [ স্থিতি ] ( জীব লৈ ) বিনিশ্চিত ( মশি থোয়দোক্না লেপ্লবা বানি। ২৭ ।

---

হে ইচাশা ! পুক্লিংনা বিষয়শিংদা চংশিল্লি, বিষয়শিং অসিনসু পুক্লিংদা চংশিল্লি, গুনশিংশু পুক্লিংশু মহৈ মহৈ চংশিন্নবনি, ঐগী ইশক ওইবা জীবগী হকচাং অসি মখিংতনি, ঐগী শক্তম নত্তে। ২৫।

হন্না হন্না বিষয়শিং অসি ভোগ তৌবনা মরম ওইদুনা বিষয়শিং অসিদা চংশিনথ্রবা পুক্লিং অসিবু অমসুং পুক্লিংদগী পোক্লবা বিষয়শিং অসিবুশু, থেন্নবা লৈতবা ভাবনানা অমদি ঐগী সেবানা অনিমক মাংগনি। ২৬।

তুমদনা লৈবা, মং মংনা তুম্বা, অমসুং মং মংদনা তুম্বা, ফিরেপ অহুমসি বুদ্ধিদা লৈবনি, সত্ত্বনচিংবা গুণদগী পোকপনি, অবস্থা অহুম অসিদগী তোঙাম্না শাক্ষিওইনা জীবনা লৈ। মসি লেপ্লবা বানি, হায়বদি জীবদি মশিগা ( ফিকম অহুমশিংগা ) মরী লৈনদে। ২৭।

যর্হি সংসৃতিবন্ধোঽয়মাত্মনো গুণবৃত্তিদঃ।
ময়ি তুর্যে স্থিতো জহ্যাৎ ত্যাগস্তদ্ গুণচেতসাম্ ।২৮।
অহঙ্কারকৃতং বন্ধমাত্মনোঽর্থবিপর্য্যয়ম্ ।
বিদ্বান্ নির্বিদ্যসংসারচিন্তাং তুর্যে স্থিতস্ত্যজেৎ ।২৯।
যাবৎ নানার্থধীঃ পুংসো ন নিবর্ত্তেত যুক্তিভিঃ।
জাগর্ত্ত্যপী স্বপন্নজ্ঞ স্বপ্নে জাগরনং যথা ।৩০।

---

যর্হি ( মরম অসিদগী । সংসৃতিবন্ধ ( বুদ্ধি অসিনা পুল্লবা ) আত্মন ( জীবগী ) অয়ং [ দেহধ্যাস ] ( দেহবু ঐনি থংবা ) গুণবৃত্তিদ ( জাগ্রৎনচিংবা আবস্থা অহুমদা লৈবা, [ অভূৎ ] ওইখি ) তং ( মরম অতুদগী ) ময়ি তুর্যে ( তুরীয় ওইবা ঐঙোন্দা ) স্থিত [ সন্ ] ( লৈহুনা ) [ সংসৃতি অসি] জহ্যাৎ (থাদোক্কনি) গুণচেতসাং (বিষয়শিংগা পুক্কিংগস্থ) [ অন্যান্যং ] ( মহৈ মহৈ ) ত্যাগ [ ভবতি ] ( থাদোক্লগনি । ২৮।

---

বিদ্বান্ ( জ্ঞান লৈবা মীনা ) আত্মন ( জীবগী [ মশাগী ] ) অর্থবিপর্য্যয়ং ( কাল্লদবা থোকহল্লিবা ) অহঙ্কারকৃতং ( অহঙ্কারনা মরম ওইহুনা হকচাং অসিবু ঐনি খংবা অহুৎনা থোকহল্লবা ) বন্ধং ( সংসারদা পুল্লিব অসিবু ) নির্বিদ্য ( নিংথিনা থংলগা) তুর্যে ( আনন্দগী মশক ঐঙোন্দা ) স্থিতঃ সন্ ( লৈহুনা ) সংসারচিন্তাং ( ঐনা তৌবনি, চাবনি হায়বা বাখল অসিবু ) ত্যজেৎ ( থাদোক্কনি )। ২৯।

---

যাবৎ ( মতম অহু ফাওবা ) যুক্তিভি ( যুক্তিবিচারনা মরম ওইহুনা ) পুংস ( মী অহুগী ) নানার্থধী (বিষয়দা লৈথ্রবা বুদ্ধি অহুনা ) ন নিবর্ত্তেত ( হন্দোক্লক্কি বা ) [ তাবৎ ] ( মতম অহুক ফাউবা ) অজ্ঞ ( জ্ঞান মপুং ফাত্রিবা মীনা ) স্বপ্নে ( মংদা ) জাগরনং যথা (হৌগত্তুনা লৈরম্বা অহুগুম্না) জাগর্ত্তি অপি ( মিৎ পাংহুনা লৈরিবা অসিগু ) স্বপন্ [ পশ্যনিব ] ( মংদা উবগুম্বনি )। ৩০।

---

মরম অসিদগী, বুদ্ধি অসিনা পুল্লবা জীবগী দেহ অসিবু ঐনি খংবা, জাগ্রৎনচিংবা অবস্থা অহুমদা লৈবা ওইখি, মরম অসিদগী তুরীয় ওইবা ঐঙোন্দা লৈহুনা বুদ্ধি অসিনা সংসারদ পুল্লিবা অসি থাদোক্কনি, লোয়ননা বিষয়গা পুক্কিংগস্থ থাদোক্লগনি ।২৮।

ত্রিকালজ্ঞত্বমদ্বন্দ্বং পরচিত্তাদ্যভিজ্ঞতা
অগ্ন্যর্কাম্বুবিষাদিনাং প্রতিষ্টম্ভোহপরাজয়ঃ ৮
এতাশ্চোদ্দেশতঃ প্রোক্তা যোগধারণ সিদ্ধয়ঃ।
যয়া ধারণয়া যা স্যাদ্ যথা বাস্যান্নিবোধ মে। ৯

ত্রিকালজ্ঞত্বং ( মতম অহুম [হৌখ্রবা লাককদৌরবা হৌখ্ফিক ওইরিবা] খংবা) অদ্বন্দ্বং (অয়িং অশা লৈতবা) পরচিত্তাদি-অভিজ্ঞতা অতোপ্প শিংগী পুক্লিং খংবা ) অগ্নি ( মৈ,) অর্ক (নুমিং ) অম্বু (ঈশিং) বিষাদীনাং (হুনচিংবগী) প্রতিষ্টম্ভ ( লেপহনবা, খাম্বা ঙম্বা ) সপরাজয় (মায়থিদবা, অতোপ্পা অমনা মাইথীবা পীবা ঙমদবা ) । ৮।

এতা (অসিগুম্বা) যোগধারন সিদ্ধয় (যোগনা ফংবা সিদ্ধি পুন্নমক অসি) উদ্দেশত (মমিংতা ওইনা ) প্রোক্তা ( হায়খ্রে ) যয়া ধারণয়া (অদুগুম্বা যোগদা লৈবনা মরম ওইদুনা) যা স্যাৎ ( অদুগুম্বা সিদ্ধি অদু ওইবা) বা ( অমনা ) যথা স্যাৎ ( মদুগুম্বা ওইবা ) [তৎ] (মদু) মে (ঐঙোন্দগী) নিবোধ ( নিংথিনা খংঙু ) । ৯।

শরীর অসিদা অরাম থৌরাংবানচিংবগী ঈথক লৈতবা, অরাপ্পগী রা তাবা অমসুং উবা, নিংবদা য়োবা, অপাম্বা শক্তম লৌবা, অতোপ্পা হকচাংদা চংবা। ৬।

শিনিংলগা শিবা শিনিংগ্রগনা তোকপা, লাইশিংগী অপ্সরাশিংগা লোইননা শান্নবদু উবা, নিংলিবদু ফংবা, হায়দোকখিবা রা লেম্না মাংদবা অমসুং চৎনিংবা চৎপা থিংবা ঙমদবা। ৭।

মতম অহুম খংবা, অয়িং অশা থুগ্ৰম চন্দবা, অতোপ্পগী পুক্লিং খংবা, মৈ নুমিৎ ঈশিং হুনচিংবগী থোংচৎ থিংবা লেপহনবা, মাইথিবা ফংদবা, অতোপ্পা অমনা মাইথীবা পীবা ঙমদবা। ৮।

অসিগুম্বা যোগদা লৈদুনা ফংবা সিদ্ধি পুন্নমক অসি মমিংতা ওইনা হায়রবসিনি, অদুগুম্বা যোগনা মরম ওইদুনা অদুগুম্বা সিদ্ধি অদু ওইবা, অমনা মগুগুম্বা মওংগী সিদ্ধি অদু ওইবা, মদু পুন্নমক ঐগী ইফমদগী তারো॥ ৯

গুণেষ্বসঙ্গো বশিতা যৎ কামস্তদবস্যতি।
এতা মে সিদ্ধয়ঃ সৌম্য অষ্টাবৌৎপত্তিকা মতাঃ ॥ ৫
অনুর্ম্মিমত্ত্বং দেহেঽস্মিন্ দূরশ্রবণদর্শনম্।
মনোজবঃ কামরূপং পরকায়প্রবেশনম্ ॥ ৬
স্বচ্ছন্দমৃত্যুর্দেবানাং সহক্রীড়ানুদর্শনম্।
যথা সংকল্পসংসিদ্ধিরাজ্ঞা প্রতিহতা গতিঃ ॥ ৭

গুনেষু (বিষয়শিং অসিদা পুকনিংনা) অসঙ্গ (অপাম্ব লৈতববু) বশিতা (বশিতা কৌই) যৎকাম (অদুগুম্বা মুংঙায়বদু পাম্মি হায়বা) তৎ অবস্যাতি (মদু হেক্তা ফংবগী ঙমখৈ য়োবা, মদুবু নিপাল গুবা সিদ্ধি কাম বসায়িতা কৌই) হে সৌম্য (হৈ নুংশিববা উদ্ধব) এতা (হায়খ্রিবা) অষ্টৌসিদ্ধয়ঃ (সিদ্ধি নিপাল অসি) ঔৎপত্তিকা (ঐগী ইশাগী ওইবী সিদ্ধিনি হায়বনি। [মে] মতা মশি ঐগী মতনি। ৫।

অস্মিন্ দেহে (অসিগুম্বা হকচাং অসিদা) অনুর্ম্মিমত্ত্বং (অরাম খৌরাংবগী ঈথক হোদবা) দূরশ্রবণ দর্শনম্ (অরাপ্পদগী ৰা তাবা অমসুং উবা) মনোজবং (নিংবদা য়োবা) কামরূপং (অপাম্বা শক্তম লৌবা) পরকায় প্রবেশনং (অতোপ্পা হকচাংদা চংবা)। ৬।

স্বচ্ছন্দমৃত্যু (শিনিংবদা শিবা দেবানাং (লাইশিংগী) সহক্রীড়ানুদর্শনং (অপ্সারাশিংগা লোইননা শান্নবদু উবা) যথা সংকল্প সিদ্ধি (নিংলিবদু ফংবা) রাজ্ঞাপ্রতিহতা গতি (হায়খ্রবা ৰা লেম্না মাংদবা চৎনিংবা চৎপগু থিংবা ঙমদবা)। ৭।

লঘিমা অহুম অসিনা হকচাং অসিদা লৈবনি, প্রাপ্তি কৌবা অসিনা ইন্দ্রিয়শিংগী মপুশিংদগা মরি লৈ (মখোয়দগী ফ বনি), পুন্নমক তাব উবা ওম্বা অদুবু প্রাকাস্য, জীবশিংদা শক্তি পীবা ওম্বা অদু ঈশিতা কৌই।৪।

বিষয়শিং অসিদা অপাম্বা লৈতবা অদু বশিতা, অদুগুম্বা মুঙায়বদু পাম্বগা মদু হেক্তা ফংবা, মদুবু কামবসায়িতা কৌই, হে সৌম্য হায়খ্রিবা সিদ্ধি নিপাল অসি ঐগী ইশাগী ওইবী সিদ্ধিনি হায়বসি ঐগী মতনি। ৫।

**শ্রীভগবানুবাচ।**
**সিদ্ধয়োঽষ্টাদশ প্রোক্তা ধারণা যোগপারগৈঃ।**
**তাসামষ্টৌ মৎপ্রধানা দশৈব গুণহেতবঃ॥ ৩**
**অণিমা মহিমা মূর্ত্তের্লঘিমা প্রাপ্তিরিন্দ্রিয়ৈঃ।**
**প্রাকাম্যং শ্রুতদৃষ্টেষু শক্তিপ্রেরণমীশিতা। ৪**

শ্রীভগবানুবাচ (শ্রীভগবান্‌না হায়খি) যাগপারগৈ যোগগী ঙমখৈ য়ৌরবা মুনিশিংনা ফংনরিবা) সিদ্ধয় (সিদ্ধিশিংসি) অষ্টাদশ (তরানিপাল্লি) প্রোক্তা (হায়রিবসিনি) ধারণা (ফংনবগী পাম্বৈসু) [অনসঙ্গাৎ] )লো'ননা হায়বদগী তরানিপান শুই ) তাসাং ( মখোয় অত্তুগী মনুংদা ) অষ্টৌ (নিপাল অমনা' মৎপ্রধানা (ঐঙোন্দা অথোয়বা ওইনা লৈবনি) দশ এব (তরা অত্তুনা) গুনহেতব (সত্ত্বগুণনা মরমনি হায়বদি অথোইবা সত্বগুণদগী পোকপনি।৩।

অণিমা (য়াম্না পিকপা ঙম্বা) মহিমা (য়াম্না চাউবা, পুম্নমক শিনথুংবা) লঘিমা (য়াম্না য়াংবা, আকাশদা চৎপা ঙম্বা সিদ্ধি অহুম অসি) মূর্ত্তে (মূর্ত্তি ওইবা হকচাং অসিগীনি) প্রাপ্তি (ফংনিংবা অপাম্বদু ফংবা মসিনা) ইন্দ্রিয়ৈ (ইন্দ্রিয়শিংগা লোয়ননা মহাক মহাক্কী [ইন্দ্রিয়শিংগী] মপু অত্তুগা মরি লৈনবনি) শ্রুতদৃষ্টেষু (পুম্নমক তাবঙম্বা উবঙম্বা অত্তুবুনা) প্রাকাম্যং (প্রাকাম্য কৌই) ঈশিতা (জীবদা শক্তি পীবা ঙম্বা অত্তুবু ঈশিতা কৌই)।৪।

উদ্ধবনা হংজখি, হে অচ্যুত!, নহাক্না যোগীশিংগী সিদ্ধি পিনবিবনি মরম অসিনা হায়বিয়ু? করম্বা রাখম্না মরম ওইত্তুনা, করম্বা মখলগী মমিংনা করি কৌবা, সিদ্ধিশিং অত্তুনা কয়া শুবনো মদু হায়বিয়ু।২।

শ্রীভগবান্‌না হায়খি যোগগী ঙমখৈ য়ৌরবা যোগীশিংনা ফংনরিবা সিদ্ধিশিংসি তরানিপাল শুই হায়রিবসিনি, মদু ফংনাবগী পাম্বৈসু তরানিপালনি, মখোয় অত্তুগী মনুংদা নিপালদি ঐঙোন্দা অথোইবা ওইনা লৈবনি অত্তুগা তরা অত্তুনা অথোইবা সত্ত্বগুণদগী পোকপনি।৩

য়াম্না পিকপা, য়াম্না চাউবা, য়াম্না য়াংবা ঙম্বা, অণিমা, মহিমা,

# শ্রীমদ্ভাগবতম্

## একাদশ-স্কন্ধঃ

### পঞ্চদশ অধ্যায়ঃ

—: (০) :—

শ্রীভগবানুবাচ।
জিতেন্দ্রিয়স্য যুক্তস্য জিতশ্বাসস্য যোগিনঃ।
ময়ি ধারয়তশ্চেত উপতিষ্ঠন্তি সিদ্ধয়ঃ॥ ১
উদ্ধব উবাচ
কয়া ধারণয়া কাস্বিৎ কথংস্বিৎ সিদ্ধিরচ্যুত।
কতিবা সিদ্ধয়ো ব্রুহি যোগিনাং সিদ্ধিদো ভবান্॥ ২

---

শ্রীভগবান্ উবাচ (শ্রীভগবান্না হায়খি) জিতেন্দ্রিয়স্য (ইন্দ্রিয়-শিংবু জয় তৌরবা) জিতশ্বাসস্য (প্রাণবায়ু জয় তৌরবা) যুক্তস্য (পুক্নিং লেংম্নবা) ময়ি (ঐঙোন্দা) চেতঃ ধারয়ত (পুক্নিং হাপচিনগ্রবা) যোগিনঃ (যোগীশিংগী মফমদা) সিদ্ধয় (সিদ্ধিশিং অসিনা) উপতিষ্ঠন্তি (মনাক্তা লাকই)। ১।

---

উদ্ধব উবাচ (উদ্ধবনা হংজখি) হে অচ্যুত (হে কৃষ্ণ) হে ভবান্ (ইবুঙো নহাক্না) যোগীনাং (যোগীশিংগী) সিদ্ধিদো (সিদ্ধি পিবনি) [তত] (মরম অসিনা) কয়া ধারণয়া [ৱাখম্না] (মরম ওইদুনা) কথংস্বিৎ (করম্না মখলগী) কাস্বিৎ ( মমিংনা করি কৌবা) সিদ্ধি ( সিদ্ধিনো ) সিদ্ধয় (সিদ্ধিশিং অতুনা কতি বা (কয়া শুবনো) ব্রুহি (হায়বিয়ু)। ২।

---

শ্রীভগবান্না হায়খি। ইন্দ্রিয়শিংবু জয় তৌরবা, প্রাণবায়ুবু জয় তৌরবা, পুক্নিং লেংম্নবা, মরম অতুনা ঐঙোন্দা পুক্নিং হাপচিনগ্রবা যোগীশিংগী মফমদা সিদ্ধিশিং অসিনা লাকই। ১।

ধ্যানেনেত্থং সুতীব্রেন যুঞ্জতো যোগিনো মনঃ।
সংযাস্যত্যাশু নির্ব্বাণং দ্রব্যজ্ঞান ক্রিয়াভ্রমঃ। ৪৬
ইতি শ্রীমদ্ভাগবতে মহাপুরাণে পারমহংস্যাং সংহিতায়াং
বৈয়াসিক্যাং একাদশ স্কন্ধে চতুর্দ্দশোঽধ্যায়ঃ॥ ১৪

---

ইত্থং ( মতৌ অসুম্না ) সুতীব্রেণ ( চ্যেকশিন্না কল্লবা ) ধ্যানেন ( ধ্যান যোগনা মরম ওইহুনা ) মনঃ ( পুক্লিং অসিবু ) যুঞ্জতঃ ( লেংহল্লবা ) যোগিন ( যোগীশিংনা ) দ্রব্যজ্ঞানক্রিয়াভ্রম ( অধিভূত-অধিদৈব-অধ্যাত্মগী মশক ভ্রম অসি ) আশু ( কুইদনা ) নির্ব্বানং হঞ্জিনখিব [মুৎখিবা]) সংযাস্যতি ( মপুংফানা ফঙ্গনি ) ।৪৬।

---

তিনশিনগনি মহুদি মঙানা মঙান্দা তিনাখবা অহুগুম্না তিনশিনগনি ।৪৫।

মতৌ অসুম্না চ্যেকশিন্না কল্লবা ধ্যান যোগনা মরম ওইহুনা পুক্লিং অসিবু লেংহল্লবা যোগীশিংনা অধিভূত-অধিদৈব অধ্যাত্মগী মশক ওইরবা সংসারগী ভ্রম অসি কুইদনা হঞ্জিনবা 'মুৎখিবা' মপুংফানা ফঙ্গনি।
।৪৬।

---

মতাং অসিদা শ্রীমদ্ভাগবতকী একাদশ-স্কন্ধদা তরামরিশুবা অধ্যায় লোইরে। ১৪



তত্র লব্ধপদং চিত্তমাকৃষ্য ব্যোম্নি ধারয়েৎ।
তচ্চ ত্যক্ত্বামদারোহো নকিঞ্চিদপি চিন্তয়েৎ॥ ৪৪
এবং সমাহিতমতির্মামেবাত্মানমাত্মনি।
বিচষ্টে ময়ি সর্ব্বাত্মন্ জ্যোতির্জ্যোতিষি সংযুতম্॥ ৪৫

তত্র ( মোমোন নোক্লবা মাইথোংদা ) লব্ধপদং ( লেংদনা লৈরবা ) চিত্তং ( পুক্নিংবু ) আকৃষ্য ( লৌথোক্লগা ) ব্যোম্নি ( পুম্নমক্কী কারণগী মশক আকাশদা ) ধারয়েৎ ( থমগনি ) তৎ চ ( আকাশ অদুবুশু অমুক ) ত্যক্ত্বা ( থাদোক্লগা ) মদারোহ [সন্] ( শুদ্ধব্রহ্ম ঐঙোন্দা লৈদুনা ) কিঞ্চিৎ অপি ( করিগুম্বা [ ভগবান্ অমদি ভক্তগী থাইদোক্লবা ] বাখল অমত্তা ) ন চিন্তয়েৎ ( খল্লরোয় ) ।৪৪।

হে সর্ব্বাত্মন্ । হে উদ্ধব ! এবং ( হায়রিবা মওং অদুম্না ) সমাহিত মতি ( পুক্নিং থম্লবা যোগী অদুনা ) মাং এব ( ঐহাক্তবু ) আত্মনি ( জীবাত্মাদা ) আত্মানং চ ( জীবাত্মা অদুনশু অমুক ) ময়ি [ সর্ব্বাত্মনি ] ( পুম্নমক্কী আত্মা ঐঙোন্দা ) বিচষ্টে ( নিংথিনা তিনশিনগনি ) জ্যোতি ( মঙালা ) জ্যোতিষি ( মঙান্দা সংযুক্তং ইব ( তিনথিবা অদুগুম্না ) ।৪৫ ।

পুরুষ অদুনা, অঙ্গ পুম্নমক্কা তিল্লবা ঐঙোন্দা নিংথিনা মপুংফানা পুশিনগনি ।৩৮।৪২।

ইন্দ্রিয় পুম্নমক্তা শিন্দুংনা লৈরিবা পুক্নিং অসিবু পুম্নমক্তগী চিংশিল্লগা হকচাংগী মফম অমত্তদা থমগনি, অতোপ্পা হকচাংগী শরুক্ত খল্লরোই, মফমদুদদি য়েংবদা পুক্নিং পেলহল্লবা মোমোন নোক্লবা ঐগী মাইথোংতবু নিংগনি ।৪৩।

মোমোন নোক্লবা মাইথোংদা লেংদনা লৈরবা পুক্নিংবু লৌথোক্লগা পুম্নমক্কী কারণগী মশক আকাশদা থগনি, আকাশ অদুবুশু অমুক থাদোক্লগা শুদ্ধব্রহ্ম ঐঙোন্দা লৈদুনা করিগুম্বা ( ভগবান্ অমদি ভক্তগী থাইদোক্লবা ) বাখল অমত্তা খল্লরোয় ।৪৪।

হে উদ্ধব ! হায়রিবা মওং অদুম্না পুক্নিং থম্লবা যোগী অদুনা ঐহাক্তবু জীবাত্মাদা জীবাত্মা অদুনশু অমুক পুম্নমক্কী আত্মা ঐঙোন্দা নিংথিনা

সর্ব্বাঙ্গসুন্দরং হৃদ্যং প্রসাদ সুমুখেক্ষণম্।
সুকুমারমভিধ্যায়েৎ সর্ব্বাঙ্গেষু মনো দধৎ ॥ ৪১
ইন্দ্রিয়ানীন্দ্রিয়ার্থেভ্যো মনসাকৃষ্য তন্মনঃ।
বুদ্ধ্যা সারথিনা ধীরঃ প্রণয়েন্ময়ি সর্ব্বতঃ॥ ৪২
তৎ সর্ব্বব্যাপকং চিত্তমাকৃষ্যৈকত্র ধারয়েৎ।
নান্যানি চিন্তয়েদ্ভুয় সুস্মিতং ভাবয়েৎ মুখম ॥ ৪৩

সর্ব্বাঙ্গসুন্দরং ( য়েংলু য়েংলুবদা ফজরবা হকচাং ওইবা ) হৃদ্যং ( পুক্লিং চিংশিল্লবা ) প্রসাদসুমুখেক্ষণং ( থৌজাল্লা তিল্লবা নিংথিরবা মাইথোংনা য়েংবিবা ) সুকুমারং ( তনৌ তনৌরবা ) [ রূপং ] ( রূপ অসিবু ) ধ্যায়েৎ ( ধ্যান তৌগনি ) সর্ব্বাঙ্গেষু ( ঐগী অঙ্গপুম্নমক্তা ) মনঃ দধৎ ( পুক্লিং থমদুনা ) ইন্দ্রিয়ার্থেভ্যঃ ( বিষয় পুম্নমক্তগী ) ইন্দ্রিয়ানি ( মিৎ নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিং অসিবু ) মনসা ( পুক্লিংনা মরম ওইদুনা ) আকৃষ্য ( চিংশিল্লগা ) তৎ মনঃ ( অদুগুম্বা মন্ অদুবু ) বুদ্ধ্যা সরথিনা ( সারথিগী মশক ওইবা বুদ্ধিনা মরম ওইদুনা ) ধীরঃ ( পুক্লিং লৈতারবা পুরুষ অদুনা ) সর্ব্বতঃ ময়ি ( অঙ্গপুম্নমক্তা তিল্লবা ঐঙোন্দা ) প্রণয়েৎ ( মপুং ফানা পুশিনগনি ) ।৪১-৪২।

সর্ব্বব্যাপকং ( ইন্দ্রিয় পুম্নমক্তা শিন্থংনা লৈরিবা) তৎ চিত্তং পুক্লিং অদুমকপু ) আকৃষ্য ( পুম্নমক্তগী চিংশিল্লগা ) একত্র ( হকচাংগী মফম অমত্তদা ) ধারয়েৎ ( থমগনি ) অন্যানি ( অতোপ্পা হকচাংগী শরুক্ত ) ন চিন্তয়েৎ ( খল্লরোয় ) [তৎ] ( মফমদুদদি ) সুস্মিতং ( য়েংবদা পুক্লিং পেলহল্লবা মোমোন নোক্লবা ) [ মে ] মুখং (ঐগী মাইথোংতবু) ভাবয়েৎ ( নিংগনি ) ।৪৩।

য়েংলু য়েংলুবদা ফজরবা, পুক্লিং চিংশিল্লবা, থৌজাননা তিল্লবা নিংথিবা মাইথোংনা য়েংবিবা, তনৌ তনৌরবা রূপ অসিবু ধ্যান তৌগনি নিংলগনি, কৃষ্ণ ঐগী অঙ্গ পুম্নমক্তা পুক্লিং থমদুনা, বিষয় পুম্নমক্তগী মিৎ নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিং অসিবু মপুক্লিংনা মরম ওইদুন থাকহৌদনা চিংশিল্লগা, অদুগুম্বা পুক্লিং অদুবু, সারথিগী মশক ওইবা বুদ্ধিনা মরম ওইদুনা পুক্লিং লৈতারবা

সুচারু সুন্দরগ্রীবং সুকপোলং শুচিস্মিতম।
সমানকর্ণবিন্যস্ত স্ফুরৎ মকরকুণ্ডলম্ ।। ৩৮
হেমাম্বরং ঘনশ্যামং শ্রীবৎস শ্রীনিকেতনম।
শঙ্খচক্র গদাপদ্ম বনমালাবিভূষিতম।। ৩৯
নুপুরৈর্বিলসৎ পাদং কৌস্তভপ্রভয়া যুতম।
দ্যুমৎ কিরিট কটক কটিসুত্রাঙ্গদা যুতম। ৪০

সুচারু সুন্দরগ্রীবং ( নিংথিনা ফজরবা খোরী ) সুকপোলং ( ফজরবা চাইরুং অনি ) শুচিস্মিতং ( চম্না মোমোন নোকপা ) সমানকর্ণবিন্যস্ত মকরকুণ্ডলং ( মান্নবা নাকোং অনিদা নিংথিনা চিন্নবা মঙাল লৈরবা ঙা কিয়োংগী মওং মানবা কুণ্ডল অনি ) হেমাম্বরং ( সনাফিগে থোনবা ) ঘনশ্যামং ( অমংবা কুংলবা নোংগুম্না শ্যামবর্ন ওইবা ) শ্রীবৎস শ্রীনিকেতনং ( শ্রীবৎসমণি অমসুং লক্ষ্মীগী লৈফম ) শঙ্খ চক্র গদাপদ্মবনমালাবিভূষিতং ( শঙ্খ চক্র গদা-পদ্ম-বনমালা অসিনাচিংবনা লৈতেংলিবা ) নুপুরৈ ( নুপুর খিবিক্লা ) বিলসৎপাদং ( নিংথিজরবা চরণ) কৌস্তুভপ্রভয়াযুতং ( কৌশুভ মণিগী মঙান্না তিল্লবা দ্যুমংকিরীট কটক কটীসুত্রাঙ্গদাযুতং ( মঙান্না তিল্লবা কোক্কী লৈতেং, খ্বাংয়েৎ অসিনচিংবনা অলঙ্কার তৌরবা ) । ৩৮ ৩৯ । ৪০ ।

"মৈ অতুগী ময়াইদা অসিগুম্বা ধ্যান অতুবু শেংহল্লবা রূপ অসিগী মতুং ইন্না মওং মতৌনা তিম্বা, হেক দর্শন ফংজবদা অপাম্বা পুম্নমক কাউরবা হায়বদি পুক্লিং লৈতারবা, মায়থোং ফজরবা শাংভক্তৌবা পাম্বোম মরি পানবা । ৩৭ ।

নিংথিনা ফজরবা খোরী, ফজরবা চাইরুং অনি, চম্না নোক্লবা মাইথোং, মান্নবা নাকোং অনিদা নিংথিনা য়াল্লবা ঙা কিয়োংগী মওং মানবা কুণ্ডল অনি, সনাফিগে, নোংগী মচুগুম্না সংবানরবা কুচু, শ্রীবৎস মণি অমসুং লক্ষ্মীগী লৈফম, শঙ্খ চক্র-গদা-পদ্ম বনমালা অসিনা লৈতেংলিবা, নুপুরশিংনা ফজহল্লবা শ্রীচরণ, কৌস্তুভ মণিগী মঙান্না তিল্লিবা, মঙাল লৈরবা কোক্কী লৈতেং, খ্বাংয়েৎ অসিনচিংবনা অলঙ্কার তৌরবা,

এবং প্রণবসংযুক্তং প্রাণমেব সমভ্যসেৎ।
দশকৃত্বস্ত্রিষবণং মাসাদর্ব্বাগ্ জিতানিলঃ ॥ ৩৫ ॥
হৃৎপুণ্ডরীকমন্তঃস্থমূর্দ্ধ্বনালমধোমুখম্।
ধ্যাত্বোর্দ্ধ্বমুখমুন্নিদ্রমষ্টপত্রং সকর্ণিকম্।
কর্ণিকায়াং ন্যসেৎ সূর্য্যসোমাগ্নীনুত্তরোত্তরম্ ॥ ৩৬ ॥
বহ্নিমধ্যে স্মরেদ্রূপং মমৈতদ্ধ্যানমঙ্গলম্।
সমং প্রশান্তং সুমুখং দীর্ঘচারুচতুর্ভুজম্ ॥ ৩৭ ॥

এবং ( মওং অসুম্না ) প্রণবসংযুক্তং ( প্রণবনা নিংথিনা তিন্নবা ) প্রাণং ( প্রাণবায়ুবু ) ত্রিষবণং এব ( ত্রিসন্ধ্যাদ শোয়দনা ) দশকৃত্বঃ তরা-রক হন্না ) অভ্যসেৎ ( প্রাণায়াম তৌরবা ) [ অথ ] ( মতু ওইরবদি ) মাসাৎ-অর্ব্বাগ্ ) ( থা অমগী মনুংদা ) জিতানিলঃ [ ভবেৎ ] ( প্রাণবায়ু জয় তৌবা ওই ) ॥ ৩৫ ॥

অন্তঃ স্থলং ( হৃদি মুংদা লৈরবা ) অধোমুখং ( মমাই লুকথরবা ) ঊর্দ্ধ্বনা-লং ( মখোক্লা মথক থংলবা ) অষ্টপত্রং ( মনা নিপাল পানবা ) উন্নিদ্রং ( পোন্নি-পোন্নিবা ) হৃৎপুণ্ডরীকং ( হৃদিদা লৈরিবা থম্বালবু ) ঊর্দ্ধ্বমুখং (মমাই লোংখৎনা) [ অধোনালং ] ( মখোক মখা থংনা ) ধ্যাত্বা ( নিংলগা) উত্তরোত্তরং ( মথং মথং কায়দনা ) সূর্য্যসোমাগ্নীন্ ( নুমিৎ থা, মেইবু ) কর্ণিকায়াং ( থমচেৎ অদুদা ) ন্যসেৎ ( থমগনি ) ॥ ৩৬ ॥

বহ্নিমধ্যে ( মেই অদুগী ময়াইদা ) এতৎ ( অসিগুম্বা ) ধ্যানমঙ্গলং ( ধ্যান অদুবু শেংহল্লবা ) সমং ( রূপ অসিগী মতুংইন্না মওং মতৌনা তিনবা ) প্রশান্তং ( হেক উজবদা অপাম্বা পুম্নমক কাউরবা ) সুমুখং ( মায়থোং ফজ-রবা ) দীর্ঘ চারু চতুর্ভুজং ( শাংতক্লৌবা পাং যোমরি পানবা ) ॥ ৩৭ ॥

মনুংদা প্রাণবায়ু জয় তৌই ॥ ৩৫ ॥

হৃদিনুংদা লৈরবা মমাই লুকথরবা, মখোক্লা মথক থংলিবা, মনানা নিপাল পান্নবা, পোন্নি পোন্নি তৌবা, থমচেৎকা লোইননবা হৃদিদা লৈরিবা থম্বালবু মমাই লোংখৎনা মখোক্লা মথক থংনা নিংলগা সূর্য্য-চন্দ্র অগ্নিবু মথং মথং কায়দনা থমচেৎ অদুদা থমগনি ॥ ৩৬ ॥

প্রাণস্য শোধয়েৎমার্গং পুরকুম্ভকরেচকৈঃ।
বিপর্য্যয়েণাপি শনৈরভ্যসেৎ নির্জিতেন্দ্রিয়ঃ ।৩৩।
হৃদ্যবিচ্ছিন্নমোঙ্কারং ঘণ্টানাদং বিসোর্ণবং।
প্রাণেনোদীর্য্য তত্রাথ পুনঃ সংবেশয়েৎ স্বরম্ ।৩৪।

নির্জ্জিতেন্দ্রিয় ( ইন্দ্রিয়লাকশিংথা ভমন্ত্রিবা মীনা ) পুর-কুম্ভক-রেচকৈঃ ( অনুলোম প্রাণায়াম পুরক-কুম্ভক-রেচকনা মরম ওইদুনা ) প্রাণস্য ( প্রাণ বায়ুগী ) মার্গং ( লম্বিবু ) শোধয়েৎ ( শেংদোকনি ) অপি (অমসুং) বিপর্য্যয়েন ( বিলোম প্রাণায়াম রেচক-পুরকনা মরম ওইদুনা ) শনৈ ( তপ্না তপ্না ) অভ্যসেৎ ( অভ্যাস তৌগনি ) ।৩৩।

বিসোর্ণবং ( থম্বালগী মশিংগুম্না য়াম্না কুপ্নবা ) অবিচ্ছিন্নং ( মূলাধারাৎ আরভ্য ] ( মুলাধারদগী হৌনা তংনথানদনা ) হৃদি [ সন্তং ] ( হৃদ্‌পদ্ম ফাউবা লৈরবা) ঘণ্টানাদং শরীকী খোঞ্জেল [ক্লীঁ] গা মান্নরবা ) ওঁঙ্কারং ( ওঁকারবু ( প্রাণেন ( প্রাণ কৌবা মুংশিং [ স্বোর ] না ) উদীর্য্য ( থকলোমদা খুদোন (১২) ফাউবা পুখৎলগা ) অথ ( অদুগী হেক তুংদা ) তত্র ( ওঁকারদা ) পুনঃ ( অমুক ) স্বরং ( উদাত্তনাদবু ) সংবেশয়েৎ ( নিংথিনা হাপচিনগনি ) ।৩৪।

নাতোন নাকচিদা মিংয়েং থম্নগা তম্পাক্তা খুং অনি থম্নগনি ।৩২।

ইন্দ্রিয় লাকশিনবা ভমন্ত্রিবা মীনা অনুলোম প্রাণায়ামনা ( পুরক-কুম্ভক-রেচকনা ) মরম ওইদুনা প্রাণ বায়ুগী লম্বি শেংদোকনি, অমসুং বিলোম প্রাণায়াম ( রেচক-কুম্ভক-পুরক ) না মরম ওইদুনা তপ্না তপ্না অভ্যাস তৌগনি ।৩৩।

থম্বালগী মশিংগুম্না য়াম্না কুপ্নবা মুলাধারদগী হৌনা তংন-থানদনা হৃদ্‌পদ্ম ফাউবা লৈরবা শরীকি খোঞ্জেল ( ক্লীঁ ) গা মান্নরবা ওঁকারবু প্রাণ বায়ুনা থক্লোমদা খুদোন ১২ ফাউবা পুখৎলগা, অদুগী হেক তুংদা ওঁকার অদুদা উদাত্ত নাদবু নিংথিনা হাপচিনগনি ।৩৪।

মওং অসুম্না প্রণবনা নিংথিনা তিল্লবা প্রাণ বায়ুবু সন্ধ্যা অহুমদা শোয়দনা তরারক হুম্না প্রাণায়াম তৌরবা, অদু ওইরবদি থা অহুমগী

উদ্ধব উবাচ।
যথা ত্বামরবিন্দাক্ষ যাদৃশং বা যদাত্মকম্।
ধ্যায়েন্মুমুক্ষুরেতন্মে ধ্যানং মে বক্তুমর্হসি ।৩১।
শ্রীভগবানুবাচ।
সম আসন আসীনঃ সমকায়ো যথাসুখম্।
হস্তাবুৎসঙ্গ আধায় স্বনাসাগ্রকৃতেক্ষণঃ ।৩২।

---

উদ্ধব উবাচ ( উদ্ধবনা হংজখি ) হে অরবিন্দাক্ষ হে মাইথোং থম্বাল মাল্লবা ) মুমুক্ষু (মুক্তি ফংনিংলিবা মীনা ) ত্বাং ' ইবুঙঙো নহাকপু ) যাদৃশং ( অদুম্না ) যদাত্মকং ( নিংগদৌরিবা নহাক্কী শক্তম অদুবু ) যথা ( অদুগুম্বা শক্তমদা ) ধ্যায়েৎ ( ধ্যান তৌগদবা ওই ) মে [ কীদৃশং ] ( ঐগীনা করম্বা রূপতা ধ্যান তৌগনি ) এতৎ ( মসি ) মে ( ঐগী ইফমদা ) বক্তুম্ অর্হসি ( হায়বিয়ু ) ।৩১।

শ্রীভগবান্ উবাচ ( শ্রীভগবান্না হায়খি ) সমে ( য়াম্না নেমদবা-য়াম্না থাংদবা ) আসনে ( কুশনচিংবা আসন্দা ) যথাসুখং ( অদুম্না সুঙায়-না ) চ আসীন ( ফম্লবা পুরুষ অদুনা ) স্বনাসাগ্রকৃতেক্ষণ ( মশাগী নাতোন নাকচিদা য়েংদুনা ) উৎসঙ্গে ( তম্পাক্তা ) হস্তৌ আধায় ( খুৎ অনি থম্লগনি ) ।৩২।

---

অন্তনবনচিংবা য়াউদনা ঐবু নিংগনি ।২৯

সুপীগা তিন্নবদগী অমদি সুপীগী মরী ওইবা বা অংতা ঙাংগনবা মীগা সঙ্গ তৌবদগী, মী অদুগী অবাবা, সংসারদা পুনশিন্নবা ওই, অসি-গুম্না অতোপ্পগা তিন্নবদগী ওইদে, মরম অসিনা য়াম্না লাপ্না থমগনি। ৩০।

উদ্ধবনা হায়জখি, মাইথোং থম্বাল মাল্লবা হে কৃষ্ণ, মুক্তি ফংনিংলিবা মীনা, ইবুঙঙো নহাকপু অদুম্না নিংগদৌরিবা নহাক্কী শ্রীরূপ অদুবু করম্ব; রূপতা ধ্যান তৌগদবা ওই, ঐগীনা করম্বা শক্তমদা তৌগনি, অসি পুম্নমক ঐঙ্গী ইফমদা তাকপিয়ু। ৩১।

শ্রীভগবান্না হায়খি, য়াম্না নেমদবা য়াম্নগু থাংদবা কুশনচিংবা আসন্দা অদুম্না সুংঙাইনা যোগগী মতুংইন্না ফম্লবা পুরুষ অদুনা মশাগী

তস্মাদসদভিধ্যানং যথা স্বপ্ন মনোরথম্।
হিত্বা ময়ি সমাধৎস্ব মনো মদ্ভাবভাবিতম্ ।২৮।
স্ত্রীণাং স্ত্রীসঙ্গিনাং সঙ্গং ত্যক্ত্বা দূরত আত্মবান্।
ক্ষেমে বিবিক্ত আসীনশ্চিন্তয়েন্মামতন্দ্রিতঃ ।২৯।
ন তথাস্য ভবেৎক্লেশো বন্ধশ্চান্যপ্রসঙ্গতঃ
যোষিৎসঙ্গাৎ যথাপুংসো যথা তৎসঙ্গিসঙ্গতঃ ।৩০।

---

অসদভিধ্যানং ( অরেপ্পা লৈতবা বিষয়শিংবু মিংবসি ) স্বপ্ন মনোরথং যথা ( মংদা ফংলম্বা অপাম্বগুম্বনি ) তস্মাৎ ( মরম অসিদগী ) হিত্বা ( অরেপ্পা লৈতবদা নিংবহু থাদোক্লগা ) মদ্ভাবভাবিতং ( ঐবু নিংবনা মরম ওইহুনা শেংদোক্লবা ) মন ( পুক্লিং অহু ) ময়ি ( ঐভোন্দা ) সমাধৎস্ব ( পুন্নমক্তুগী হেন্না হাপ্চিল্লু ) ।২৮।

---

আত্মবান্ ( পুক্লিংগা কোম্ননা ইন্দ্রিয় থুহুম চল্লবা পুরুষ অহুনা ) স্ত্রীনাং ( নুপীশিংগী ) স্ত্রীসঙ্গিনং (নুপীগা তোংন-তিন্নহুনা লৈরিবা পুরুষশিংগী ) সঙ্গং ( তিন্নবহু ) দূরত ( য়াম্না লাপ্না ) ত্যক্ত্বা ( থাদোক্লগা ) বিবিক্তে ( অচিকপা ) ক্ষেমে ( অকিবা লৈতবা মফমদা ) আসীন ( ফম্লবা পুরুষ অহুনা ) অতন্দ্রিত [ সন্ ] ( তুম্নিংবা তম্বনচিংবা য়াউদনা ) মাং ( ঐবু ) চিন্তয়েৎ ( নিঙ্গনি ) ।২৯।

---

যে ষিংসঙ্গাৎ ( নুপীগা সঙ্গ তৌবদগী ) তথা ( অমদি ) স্ত্রীসঙ্গিসঙ্গাৎ ( নুপীগা মরি ওইবা বা অহুতা ঙাংলিবা মীগা তিন্নবদগী ) পুংস ( মী অহুগী ) যথা ( অহুম্না ) ক্লেশ ( অরাবা ) বন্ধ ( সংসারদা পুনবা ) যথা ( অসিগুম্না ) অন্যপ্রসঙ্গত ( অতোপ্পগা তিন্নবদগী ) ন ভবেৎ ( ওইদে ) ।৩০।

---

মরম অসিদগী মহু থাদোক্লগা ঐবু নিংবনা শেংদোক্লবা মন (পুক্লিং) অহু, ঐভোন্দা পুন্নমক্লগী হেন্না হাপ্পু ।২৮।

পুক্লিংগা কোম্মনা ইন্দ্রিয় থুহুম চল্লবা পুরুষ অহুনা নুপীশিংগী অমদি নুপীশিংগা তোংন-তিন্নহুনা লৈরিবা পুরুষশিংগী তিন্নবহু য়াম্না লাপ্না থাদোক্লগা চিক্লবা অকিবা লৈতবা মফমদা ফম্লবা মী অহুনা তুম্নিংবা

যথা যথাত্মা পরিমৃজ্যতেঽসৌ
মৎপুণ্যগাথা শ্রবণাভিধানৈঃ।
তথা তথা পশ্যতি বস্তু সূক্ষ্মং
চক্ষুর্যথৈবাঞ্জনসম্প্রযুক্তম্ ।২৬।
বিষয়ান্ ধ্যায়তশ্চিত্তং বিষয়েষু বিষজ্জতে।
মামনুস্মরতশ্চিত্তং ময্যেব প্রবিলীয়তে ।২৭।

---

মৎপুণ্যগাথাশ্রবণাভিধানৈঃ ( ঐগী শেংলবা ৱারী তাবনা শক শোন-বনা মরম ওইদুনা ) আত্মা [ চিত্তং ] ( পুক্নিং অসি ) যথা যথা ( অদুম অদুম্না মথং মথং ) পরিমৃজ্যতে ( শেংলকই ) তথা তথা ( মদু মদুগুম্না ) অঞ্জনসম্প্রযুক্তং ( নিংথিনা কাজল থারবা ) চক্ষু ( মিৎনা ) যথা (মতৌ অদুগুম্না ) অসৌ ( জীব অসিনা ) বস্তুসূক্ষ্মং ( সংসারগী হৌরকফম আ-ত্মাবু ) পশ্যতি এবং ( লেপ্পা উই ) ।২৬।

---

বিষয়ান্ ( বিষয়শিং অসিবু ) ধ্যায়ত ( নিংলিবা মীগী ) চিত্তং ( পুক্নিংনা ) বিষয়েষু ( বিষয়শিংগী মফমদা ) বিষজ্জতে ( চংশিল্লি ) মাং ( ঐবু ) অনুস্মরত ( কাউদনা নিংলিবা মীগী ) চিত্তং (পুক্নিংনা ) ময়ি এব ( অমত্তা ওইবা ঐঙোন্দা ) প্রবিলীয়তে ( নিংথিনা মপুং ফানা তিনশিল্লি ) ।২৭।

---

ভক্তি যোগনা মরম ওইদুনা জীবাত্মানা চিত্তদা তারিবা, কর্ম্মগী মমিগী মশক ওইবা অনোৎপা অদুবু নিংথিনা শেংলবা অদুগী তুংদদি ঐবু ফঙডি ।২৫।

ঐগী শেংলবা ৱারী তাবনা শক-শোন্বনা মরম ওইদুনা পুক্নিং অসি অদুম-অদুম মথং মথং শেংলকই, মদু-মদুগুম্না, নিংথিনা কাজল থারবা মিৎনা উবা অদুগুম্না জীব অসিনা সংসারগী হৌরকফম আত্মাবু লেপ্পা উই ।২৬।

বিষয়শিং অসিবু নিংলিবা মীগী পুক্নিংনা অমত্তা ওইবা ঐঙোন্দা নিংথিনা মপুং ফানা তিল্লি ।২৭।

অরেপ্পা লৈত্রবা বিষয়শিংবু নিংবসি, মংদা ফংলম্বা অপাম্বা অদুগুম্বনি,

**বাক্‌গদ্‌গদা দ্রবতে যস্যচিত্তং**
**রুদত্যভীক্ষ্ণং হসতি ক্বচিৎ চ।**
**বিলজ্জ উদ্‌গায়তি নৃত্যতে চ**
**মদ্ভক্তিযুক্তো ভুবনং পুনাতি। ২৪।**

**যথাগ্নিনা হেম মলং জহাতি**
**ধ্মাতং পুনঃ স্বং ভজতে চ রূপম্‌।**
**আত্মা চ কর্ম্মানুশয়ং বিধুয়**
**মদ্ভক্তিযোগেন ভজত্যথোমাম্‌ । ২৫।**

---

অভীক্ষ্ণং ( থোয়দোক্না ) [ ঔৎকণ্ঠেন ] ( মহাক্তগী নি খল্লকপা অত্থনা মরম ওইত্থনা ) যস্য ( ভক্ত অত্থগী ) চিত্তং ( থম্মোইত্থ ) দ্রবতে ( মহী-চেনবা ওইরকই ) বাক্‌গদ্‌গদা (রাহৈ মপুং ফারক্তে ) ক্বচিৎ (করিগুম্বদা) রুদতি ( কপ্লি ) চ হসতি ( অমুকস্থ নোকই ) বিলজ্জ [ সন্‌ ] ( ইকায়বা লৈতনা ) উৎগায়তি (লাউনা ঈশৈ শকই ) নৃত্যতে চ ( জগোইস্থ শাই ) মদ্ভক্তিযুক্ত ( ঐগী ভক্তিনা তিল্লবা ভক্তনা ) ভুবনং ( সংসার অসিবু ) পুনাতি ( শেংহল্লি ) [ স্বয়ং কিমুত ] (অমুক মশাদি, করি হায়রুনি ) ।২৪ ।

যথা ( অত্থম্না ) অগ্নিনা ( মৈনা মরম ওইত্থনা ) ধ্মাতং ( চাক্লবা ) হেম ( সনানা ) মলং (মডোন্দা লৈরম্বা ফত্তবা অত্থবু ) জহাতি (থাদোক্‌ই) পুনঃ [ ধ্মাতং ] ( অমুক হন্না চাক্লগা ) স্বংরূপং ( মশাগী মশক অত্থ ) ভজতে ( ফঙডি ) তথা ( মত্থগুম্না ) মদ্ভক্তি যোগেন ( ঐগী ভক্তিযোগনা মরম ওইত্থনা ) আত্মা ( জীবাত্মানা ) কর্ম্মানুশয়ং (চিত্তদা তারিবা কর্ম্মগী মমিগী মশক ওইবা অমোৎপা অত্থবু ) বিধুয় ( নিংথিনা শেংদোক্লবা ) অথ ( অত্থগী তুংদদি ) মাং ( ঐবু ) ভজতি ( সেবা তৌই ( ফঙডি ) । ২৫ ।

---

কপ্লি, অমুকস্থ নোকই, ইকায়বা লৈতনা বাংনা ঈশৈ শক্লকই, জগোইশু শাই, ঐগী ভক্তিনা তিল্লবা ভক্তনা পৃথিবী অসিবু শেংহল্লি, অমুক মশাদি করি হায়রুনি । ২৪ ।

অত্থম্না মৈনা মরম ওইত্থনা চাক্লবা সনা-না ডান্দা লৈরম্বা অমোৎপা অত্থবু থাদোকই, অমুক হন্না চাক্লগা মশাগী শক্তম ফঙডি, মত্থগুম্না ঐগী

**ধর্ম্মঃ সত্যদয়োপেতো বিদ্যা বা তপসান্বিতা।**
**মদ্ভক্ত্যাপেতমাত্মানং ন সম্যক্ প্রপুনাতি হি ।২২।**
**কথং বিনা রোমহর্ষং দ্রবতা চেতসা বিনা।**
**বিনানন্দাশ্রুকলয়া শুধ্যেদ্ভক্ত্যা বিনাশয়ঃ।২৩।**

---

সত্যদয়োপেতঃ ( সত্য অমসুং দয়ানা তিনবা ) ধর্ম্ম ( ধর্ম্মনা) তপসান্বিতা ( তপস্যানা তিল্লবা ) বিদ্যা ( জ্ঞাননা ) মদ্ভক্ত্যা (ঐগী ভক্তিনা) অপেতং ( য়াওদ্রবা ) আত্মানং ( অন্তকরণ [ পুক্লিং ] বু ) সম্যক্ ( মপুংফানা ) ন প্রপুনাতি ( নিংথিনা শেংদোকপা ঙমদে ) হি ( মশি অরেপ্পনি) ।২২।

---

রোমহর্ষং-বিনা ( হকচাং তুজুংবা পোক্তনা ) চেতসা ( পুক্লিংনা ) দ্রবতা বিনা ( মহি চেনবা নত্তনা ) আনন্দশ্রুকলয়া বিনা ( নুংশিবগী পিনা মিত্তগী তাদনা ) ভক্ত্যা বিনা ( ভক্তি লৈতনা ) কথং ( কমদৌনা ) আশয়ঃ শুধ্যেৎ ( পুক্লিং শেঙ্গনি ) ।২৩।

---

হে উদ্ধব ! ঐগী পাঙ্গল য়াম্না লৈরবী ভক্তিনা, অদুম্না ঐবু ফংনবগী সাংন ওইবা অদুগুম্না যোগনা, সাংখ্যনা, ধর্ম্মনা, বেদ তম্বনা অমদি ত্যাগনা ওইদে ।২০।

সাধুশিংগী পাম্নযম ওইবা, মশাগী শক্তমসু ওইরবা ঐবু থাজবনা মাংথারবা, অনি লোংদ্রবা ভক্তিনা ঐবু ফংবা ঙম্মি। ঐঙোন্দা লেংদনা লৈরবা ভক্তি অসিনা হুইশা চাবা মী অদু ফাওবা হন্থরবা মপোক্তগী চিংখৎপি ।২১।

সত্য অমসুং দয়ানা তিল্লবা ধর্ম্মনা, তপস্যানা তিল্লবা জ্ঞাণনা, ঐগী ভক্তি য়াওদ্রবা পুক্লিংবু মপুংফানা নিংথিনা শেংদোকপা ঙমদে মশি অরেপ্পনি ।২২।

হকচাংদা তুজুংবা পোক্তনা, পুক্লিং মহি চেন্দনা, নুংশিবগী [প্রেমগী] পীনা মিত্তগী তাদনা, ভক্তি লৈতনা কমদৌনা পুক্লিং শেঙ্গনি।২৩।

( ঐহাক অসিবু ) থোইদোক্লা মহাক্তগীনি থল্লকপা অদুনা মরম ওইদুনা ভক্ত অদুগী থম্মোয়দু মহি চেল্লকই, ঝাহৈ মপুং ফারক্তে, কল্লিওম্বদা

যথাগ্নিঃ সুসমৃদ্ধার্চিঃ করোত্যেধাংসি ভস্মসাৎ।
তথা মৎবিষয়া ভক্তিরুদ্ধবৈনাংসি কৃৎস্নশঃ ।১৯।
ন সাধয়তি মাং যোগো ন সাঙ্খ্যং ধর্ম্ম উদ্ধব !
ন স্বাধ্যায়স্তপস্ত্যাগো যথা ভক্তির্মমোর্জিতা ।২০।
ভক্ত্যাহমেকয়া গ্রাহ্যঃ শ্রদ্ধয়াত্মা প্রিয়ঃ সতাম্।
ভক্তিঃ পুনাতি মন্নিষ্ঠা শ্বপাকানপি সম্ভবাৎ ।২১।

---

হে উদ্ধব! সুসমৃদ্ধার্চি ( ফজনা নিংথিনা চাক্লবা ) অগ্নি (মৈনা) যথা ( অদুম্না ) এধাংসি ( শীং খিবিকপু ) ভস্মসাৎ করোতি ( উং ওই-হল্লি ) তথা ( মদুগুম্না) মদ্ বিষয়া ( ঐগী সম্বন্ধি ওইবা ) ভক্তি (ভক্তিনা) ( এধাংসি ( পাপ খিখিকপু ) কৃৎস্নশ ( খাকহৌবা লৈতনা ) ভস্মসাৎ করোতি ( উং ওইহল্লি ) ।১৯।

---

উদ্ধব ( হে উদ্ধব ) মম ( ঐগী ) উর্জিতা ( মপাঙ্গল য়াম্না লৈরবী ) ভক্তিঃ ( ভক্তিনা ) যথা ( অদুম্না মাং ( ঐবু ) সাধয়তি ( ফংনবগী সাধন ওইবা ) তথা ( মদুগুম্না ) যোগ ( অষ্টাঙ্গ যোগনা ) ন [ভবতি] ( ওইদে ) সাঙ্খ্যং ( সাংখ্যনা ) ধর্ম্ম ( ধর্ম্মনা ) স্বাধ্যায় ( বেদ তম্বনা ) তপঃ ( তপস্যানা ) ত্যাগ ( ত্যাগনা ) ন সাধয়তি ( ঐবু ফংনবগী সাধন ওইদে ) ।২০।

---

সতাং ( সাধুশিংগী ) প্রিয়ং ( পাম্নকম ওইবা ) আত্মা ( মশাগী শক্তম ওইবা ) অহং ( ঐহাকপু ) শ্রদ্ধয়া ( থাজবনা মাংথারবা ) একয়া ( অনি লোংত্রবা ) ভক্ত্যা [ এব ] ( ভক্তি অসিতনা ) গ্রাহ্য ( ফঙভি ) মন্নিষ্ঠা ( ঐভোন্দা লেংদনা লৈরবা ) ভক্তি ( ভক্তিনা ) শ্বপাকান্ অপি ( হুইচাবা মী অদুফাওবা ) সম্ভবাৎ ( হন্থরবা মপোক্তগী ) পুনাতি ( চিংখৎপি ) ।২১।

---

খুণ্ডমচনবা ঙমদে ।১৮।

হে উদ্ধব ! ফজনা নিংথিনা চাক্লবা মৈনা, অতম্না শীংগী মপৈবু উং ওইহল্লি, মদুগুম্না ঐগী সম্বন্ধি ওইবা ভক্তিনা পাপ খিবিকপু উং ওইহল্লি ।১৯।

নিষ্কিঞ্চনা ময্যনুরক্ত চেতসঃ
শান্তা মহান্তোখিলজীববৎসলাঃ।
কামৈরনালব্ধধিয়ো জুষন্তি তে
যন্নৈরপেক্ষ্যং ন বিদুঃ সুখং মম ।১৭
বাধ্যমানোঽপি মদ্ভক্তো বিষয়ৈরজিতেন্দ্রিয়ঃ।
প্রায় প্রগল্ভয়া ভক্ত্যা বিষয়ৈর্নাভিভূয়তে ।১৮।

ময়ি ( ঐঙোন্দা ) অনুরক্তচেতসঃ ( মপুক্লিং শংথ্রবা ) নিষ্কিঞ্চনা ( সংসারগী অপাম্বা লৈত্রবা ) শান্তা ( পুক্লিং লেংদ্রবা ) মহান্ত ( পুকচেল চাওরবা ) অখিলজীববৎসল ( জীব খুদিংমকপু মুংশিরবা ) কামৈ (অপাম্বা খিবিক্লা ) অনালব্ধধিয় ( পুক্লিংদু শোকপা ঙমদ্রবা ) তে [ ভক্তা] (অসিগুম্বা ভক্তশিং অদুনা ) মম ঐগী ) নৈরপেক্ষ্যং সুখং ( মরম লৈতনা মুঙঙায়বা অদুবু ) জুষন্তি ( আস্বাদন তৌই যৎ ( মদুবু ) [ অন্যৈ ] ন বিদু ( ভক্ত নত্তবনদি খংদে ) ।১৭।

অজিতেন্দ্রিয় ( ইন্দ্রিয় খুদুম চনবদি ঙমদ্রিবা ) মদ্ভক্ত ( ঐগী ভক্তবু) বিষয়ৈ বিষয়শিংনা মরম ওইদুনা ) বাধ্যমান অপি ( পুনখিব ওইদুনসু) প্রগল্ভয়া ভক্ত্যা ( ভক্তিগী পাঙ্গলনা মরম ওইদুনা ) প্রায়ঃ ( অয়াম্বদা ) বিষয়ৈ ( বিষয়শিংনা ) ন অভিভূয়তে ( খুমে নবা ঙমদে ) ।১৮।

থমদ্রবা, পুক্লিং লৈত্তারবা মরম অদুনা স্বর্গ অমসুং নরকচিংদা মারবা রাখল থম্নবা, ঐগী রূপ লীলানচিংবতা খন্দুনা লৈরবা ভক্ত অদুবু মতং চুম্নদা তুংইন্দুনা ঐনা লৈরি, মহাক্কী পদরেণুনা মরম ওইদুনা লোক পুন্নমক অসিবু শেংগনি নিংই ।১৬।

ঐঙোন্দা মপুক্লিং শংথ্রবা, সংসারগী অপাম্বা লৈত্রবা, পুক্লিং লাংদ্রবা, মপুকচেল চাওরবা, জীব খুদিংমকপু মুংশিরবা, অপাম্বা খিবিক্লা পুক্লিংদু শোকপা ঙমদ্রবা, অসিগুম্বা ঐগী ভক্তশিংতনা, ঐগী মরম লৈতনা মুঙঙায়-বা অদুবু আস্বাদন তৌই, মদুবু ভক্ত নত্তবনদি খংদে ।১৭।

ইন্দ্রিয় খুদুমচনবদি ঙমদ্রিবা ঐগী ভক্তবু, বিষয়শিংনা মরম ওইদুনা পুনখিবা ওইদুনসু, ভক্তিগী পাঙ্গলনা মরম ওইদুনা, বিষয়শিংনা

ন তথা মে প্রিয়তম আত্মযোনির্ন শঙ্কর
ন চ সঙ্কর্ষণো ন শ্রীর্নৈবাত্মা চ যথা ভবান্ ।১৫।
নিরপেক্ষং মুনিং শান্তং নির্বৈরং সমদর্শনম্।
অনুব্রজাম্যহং নিত্যং পূয়েয়েত্যঙ্ঘ্রিরেণুভিঃ ।১৬।

---

( হে উদ্ধব ! ) যথা ভবান্ ( অদুম্মা নহাক্না ) মে প্রিয়তম ( ঐগী নুংশিবা ওইবা ) তথা ( মতুংম্মা ) আত্মযোনি ( ব্রহ্মানা ) ন ( ওইদে ) শঙ্কর ( মহাদেবনা ) ন ( ওইদে ) সঙ্কর্ষনশ্চ (বলরামনশু ) ন (ওইদে) শ্রীএব ( লক্ষ্মীমক্না ) ন ( ওইদে ) আত্মা চ ( ঐগী ইশা অসিনশু ) ন ( ওইদে ) ।১৫।

---

অহং ( ঐনা ) নিরপেক্ষং ( কনাগুম্বা অমগী মতেং ভায়দ্রবা ) নির্ব্বৈরং ( জীবগী মফমদা য়েক্নবা থমদ্রবা ) শান্তং ( পুক্নিং লৈতারবা ) [ ততঃ ] ( মরম অদুনা ) সমদর্শনং ( স্বর্গ নরকচিংবদা মান্ননা খল্লবা ) মুনিং ( ঐগী রূপ লীলানা চিংবতা খন্দুনা লৈববা ভক্ত অদুবু ) নিত্যাং (মতম চুপ্পদা) অনুব্রজামি (মতুংইন্দুনা ঐনা লৈরি ) অঙ্ঘ্রিরেণুভি (মহাক্কী খদবেন্ননা মরম ওইদুনা ) পুযেয় [ লোকান্ ] ( লোকপুম্নমক অসিবু শেংগনি ) ইতি ( অসুম্না নিংই ) ।১৬।

---

মান্ননা উববা ঐগী ভক্তগী মফমদ, য়েংলুবা থুদিংনা মুত্তাইবতনা থল্লি ।১৩।

কৃষ্ণ ঐখোন্দা মপুক্নিং কংথ্রবা ঐগী ভক্তনা, ব্রহ্মলোকতা ব্রহ্মাগা চপমান্ননা লৈবত্নু নিংলুদে, ইন্দ্রগী থুবম ফংববু নিংলুদে, পৃথিবী পুম্বগী নিংথৌ ওইববু নিংলুদে, পাতালগী মপু ওইববু নিংলুদে, য়োগগী অষ্টসিদ্ধিনচিংবা ফংববু নিংলুদে, মথোয় পুম্নমক অসিদগীসু হেল্লবা অমুক হন্না পোক্রবা ( মোক্ষ ) হায়বদুশু নিংলুদে, ঐবু নত্তনা অতৈ অমা পাম্মুদে ভক্তগীদি ঐতনা তথোইবনি ।১৪।

অদুম্মা নহাক্না ঐগী নুংশিবা ওইবা, মতুংম্মা ব্রহ্মানা ওইদে, মহাদেবনা ওইদে, বলরামনশু ওইদে, লক্ষ্মীমক্না ওইদে, ঐগী ইশা অসিনশু ওইদে ।১৫।

ঐনা, কনাগুম্বা অমগী মতেং ভায়দ্রবা, জীবগী মফমদা য়েক্নবা

অকিঞ্চনস্য দান্তস্য শান্তস্য সমচেতসঃ।
ময়া সন্তুষ্টমনসঃ সর্ব্বাঃ সুখময়া দিশঃ ।১৩।
ন পারমেষ্ঠ্যং ন মহেন্দ্রধিষ্ণ্যং
ন সার্ব্বভৌমং ন রসাধিপত্যং
ন যোগসিদ্ধীরপুনর্ভবং বা
ময্যর্পিতাত্মেচ্ছতি মদ্ বিনান্যৎ ।১৪।

ময়া [এব] ( ঐহাক অসিতনা ) সন্তুষ্টমনসঃ ( মপুক্কিংথু পেঞ্জরবা ) অকিঞ্চনস্য ( মহাকীনি হায়বা করিমতা লৈথিদবা) দান্তস্য ( ইন্দ্রিয় খুত্থম চল্লবা ) শান্তস্য ( পুক্কিং লৈতারবা) [ অত এব ] (মরম অত্থনা ) সমচেতসঃ ( স্বর্গ নরকনচিংবদা মান্নবা উরবা ঐগী ভক্তগী মফমদা ) সর্ব্বা দিশঃ ( য়েংলুবা খুদিংদা ) সুখময়া [ ভবন্তি] ( নুঙঙাইবতনা থল্লি ) ।১৩।

ময়ি ( কৃষ্ণ ঐঙোন্দা ) অর্পিতাত্মা ( মপুক্কি কংথ্রবা [ মভক্ত ] ঐগী ভক্তনা ) পারমেষ্ঠ্যং ( ব্রহ্মলোক্তা ব্রহ্মাগা চপমান্নবা লৈবক্ ) ন ইচ্ছতি ( নিংলুদে ) মহেন্দ্রধিষ্ণ্যং ( ইন্দ্রগী খুবম ফংববু ) ন ( নিংলুদে ) সার্ব্বভৌমং ( পৃথিবী পুম্নগী নিংথৌ ওইববু ) ন ( নিংলুদে ) রসাধিপত্যং ( পাতালগী মপু ওইববু ) যোগ সিদ্ধী ( যোগগী অষ্টসিদ্ধিনচিংববু ) ন ( নিংলুদে বা ( মথোয় পুম্নক অসিদগীসু হেল্লবা ) অপুনর্ভবম্ ( অমুকহন্না পোক্তবা [ মোক্ষ ] অত্থুবুশু ) ন ইচ্ছতি ( নিংলুদে ) মৎ বিনা ( ঐবু নত্তনা অতৈ অমা পাম্মদে ভক্তগীদি ঐহনা অথোইবনি ) ।১৪।

অরাবগী পোক্নফম্নি, অজ্ঞানদা লোইবনি, মহৈ য়ামদবা কৈন্থ লৈতবনি, মরাইবক থীবনি অরাবদা লোইবনি ।১১।

হে লৈবাকমচা তারবা উদ্ধব, ঐঙোন্দা মপুক্কিং কংথ্রবা, পুম্নমক্কী মতেং খল্লত্রবা ঐগী ভক্তগী থম্মোয়দা, অথোয়বা আনন্দগী মশক ওইবা ঐনা তাল্লকপা অত্থদগী ওইরকপা অত্থুগুম্বা নুঙঙাইবা অত্থবু, বিষয়দা পুক্কিং চংথ্রবা মীশিংগী মফমদা করম্না ওইগনি ।১২।

ঐহাক অসিতনা মপুক্কিংথু পেঞ্জরবা, মহাকীনি হায়বা করিমতা লৈজত্রবা, ইন্দ্রিয়খুত্থম চল্লবা, পুক্কিং লেপ্পবা, মরমত্থনা স্বর্গ নরকনচিংবদা

আদ্যন্তবন্ত এবৈষাং লোকাঃ কর্ম্মবিনির্ম্মিতাঃ।
দুঃখোদর্কাস্তমোনিষ্ঠাঃ ক্ষুদ্রানন্দাঃ শুচার্পিতাঃ। ১১।
ময্যর্পিতাত্মন. সভ্য নিরপেক্ষস্য সর্ব্বতঃ।
ময়াত্মনা সুখং যৎ তৎ কুতঃ স্যাদ্ বিষয়াত্মনাম্ । ১২।

এষাং ( অসুম্না হায়রিবা মখোই অসিগী ) কর্ম্মবিনির্ম্মিতাঃ (কর্ম্মদগী ফংবা ) লোকাঃ ( স্বর্গনচিংবা লোকশিং অসি ) আদ্যন্তবন্ত ( হৌবা অমসুং লোইবনায়বা ঙাক্তনি ) [ অসিত্যা ] এব ( অরেপ্পা লৈতবনি ) [ অতঃ ] ( মরম অসিদগী ) দুঃখোদর্কা ( অৱাবগী পোক্নফম্নি ) তমোনিষ্ঠা ( অজ্ঞানদা লোইবনি ) ক্ষুদ্রা ( মহৈ য়ামদবা কৈস্নু লৈতবনি ) মন্দা ( মরাইবক থীবনি ) শুচার্পিতা ( অৱাবদা লোইবনি ) । ১১ ।

হে সভ্য ( হে লৈবাকমচা ভারবা উদ্ধব ) ময়ি ( ঐগোন্দা ) অর্পিতাত্মন ( মপুক্নিং কৎথ্রবা ) সর্ব্বতঃ ( পুম্নমক্কী ) নিরপেক্ষস্য ( মতেং খন্নদ্রবা ) মৎভক্তস্য ঐগী ভক্তগী হৃদিদা ) আত্মনা ( অথোইবা আনন্দগী মশক ওইবা ) ময়া [ স্ফুরিত ] ( ঐনা ঙাল্লকপা অহুদগী ওইরকপা ) যং সুখং ( অদুগুম্বা নুঙঙাইবা ) তৎ ( মদুবু ) বিষয়াত্মনাং ( বিষয়দা পুক্নিং চংথ্রবা মীশিংগী মফমদা ) কুত স্যাৎ ( করম্না ওইগনি ) । ১২ ।

হে উদ্ধব, ঐগী অবিদ্যা মায়ানা মরম ওইদুনা ওন্নবা খংলবা বুদ্ধিনা মখোইগী ওইরবা পুরুষশিং অসিনা, মহাক মহাক্কী কর্ম্ম অদুগী মতুংইন্না অদুগুম্বা অপাম্বা অদুগী মতুংইননা অমনা লোইদবা তথোইববু অরেপ্পা নত্তবা ওইনা হায়রি। ৯।

কনা কনাগুম্বনা ধর্ম্মনা অথোইবা অহেন্না ফংনবগী পান্থৈ উপায়নি হায়, অতোপ্পা কনাগুম্বশিংনা, মিংচৎনা, কামনা, সত্যনা, যমনা, সমনা, অতোপ্পা অমনা মশাগী কান্নবা তৌবনা, অমদি য়ুম-কৈ নুঙাইনা লৈবা অহাওবতা চাবনা, বনা কনাগুম্বনা যজ্ঞনা, তপস্যানা, ব্রত নিয়মনচিংবনা, পুক্নিং লাকশিনবনা শ্রেয়—সাধনগী উপায়নি হায়নরি। ১০।

অসুম্না হায়রিবা মখোয় অসিগী কর্ম্মদগী ফংবা স্বর্গনচিংবা লোকশিং অসি, হৌবা লোইবনায়বা ঙাক্তনি, অরেপ্পা লৈতবনি, মরম অসিদগী

এবং প্রকৃতি বৈচিত্র্যাদ্ভিদ্যন্তে মতয়ো নৃণাম্।
পারম্পর্য্যেণ কেষাঞ্চিৎ পাষণ্ডমতয়োঽপরে। ৮।
মৎ মায়ামোহিতধিয়ঃ পুরুষাঃ পুরুষর্ষভ।
শ্রেয়ো বদন্ত্যনেকান্তং যথাকর্ম্ম যথারুচি ।৯।
ধর্ম্মমেকে যশশ্চান্যে কামং সত্যং দমং শমম্।
অন্যেবদন্তি স্বার্থং বা ঐশ্বর্য্যং ত্যাগভোজনম্।
কেচিৎযজ্ঞ তপোদানং ব্রতানি নিয়মান্ যমান্ ।১০।

এবং (মতৌ অসুম্না) প্রকৃতি বৈচিত্র্যাৎ (স্বভাব মান্নরক্তবদগী) নৃণাং (মীওইবশিংগী) মতয় (বুদ্ধিশিং অসি) ভিদ্যন্তে (তোঙাম্নরকই) কেষাঞ্চিৎ (কনা কনাগুম্বা বেদ তম্নক্রবশিংনা। পারম্পর্য্যেণ (মথং মথং হায়নরকপনা) অপরে (অতোপ্পা বেদগী বাণী লৌদ্রবশিংনা) পাষণ্ডমতয়ঃ (বেদগী বিরুদ্ধদা চৎলিবা অতুগী লমচৎ অতু লৌই) । ৮ ।

হে পুরুষর্ষভ (হে পুরুষ মরক্তগী অথোইবা উদ্ধব) মৎ মায়ামোহিত ধিয় (ঐগী অবিদ্যা মায়ানা ওম্নমা খংলবা বুদ্ধিনা মখোয়গী ওইরবা) পুরুষা (পুরুষশিংনা) যথাকর্ম্ম (মহাক মহাক্কী কর্ম্ম অতুগী মতুং ইল্লবা) যথারুচি (অতুম অতুম্বা অপাম্বা অতুগী মতুংইন্না) অনেকান্তং (অমনা লোইদবা) শ্রেয় (অথোইবা অতুবু) বদন্তি হায়রি) । ৯ ।

একে (কনা কনাগুম্বনা) ধর্ম্ম (ধর্ম্মনা) অন্য (অতোপ্পা কনা কনাগুম্বনা। যশঃ (মিংচৎনা) কামং (অপামবনা। সত্যং (অরেপ্পনা) দমং (ইন্দ্রিয় খুত্থম চনবনা) শমং (শমনা=মান্নবা রাখনা) অণ্যে (অতোপ্পা কনাগুম্বনা) ত্যাগ-ভোজনম্ (থাদোকপা পামদবনা অমদি ভোগ তৌবনা [অহাও অহাওবা চাবনা]) স্বার্থম্ (মশাগী কান্নবা খনবনা) ঐশ্বর্য্যং (বৈভবনা) [শ্রেয়] বদন্তি (অথোইবা অফবনি হায়রি) কেচিৎ (কনাগুম্বনা) যজ্ঞ (যজ্ঞনা) তপঃ (তপস্যানা) দানং (দান তৌবনা) এতানি (ব্রতশিংনা অথোইবনি হায়) । ১০ ।

মান্নরক্তে, কনা কনাগুম্বা বেদ তমদবশিংনা মথং মথং হায়নরকপনা, অতুপা বেদগী বা লৌদ্রবশিংনা বেদগী বিরুদ্ধদা চৎলিবতুগী মতুং ইল্লি । ৮ ।

তেভ্যঃ পিতৃভ্যস্তৎপুত্রাঃ দেব-দানব-গুহ্যকাঃ।
মনুষ্যাঃ সিদ্ধ-গন্ধর্ব্বাঃ সবিদ্যাধর চারণাঃ ।৫।
কিংদেবাঃ কিন্নরা নাগা রক্ষঃ কিম্পুরুষাদয়ঃ।
বহ্ব্যস্তেষাং প্রকৃতয়ো রজঃ সত্ত্বং তমোভুবঃ ।৬।
যাভির্ভূতানি ভিদ্যন্তে ভূতানাং পতয়স্তথা।
যথা প্রকৃতি সর্ব্বেষাং চিত্রা বাচঃ স্রবন্তি হি ।৭।

---

তেভ্যঃ পিতৃভ্যঃ ( হায়খ্রিবা পিতৃশিং অসিদগী ) তৎপুত্রাঃ (মখোয়গী মচাশিং মধং মধংনা ) দেব-দানব-গুহ্যকাঃ ( দেব, দানব, গুহ্যকশিংনা ) মনুষ্যাঃ ( মনুষ্যশিংনা ) সিদ্ধ-গন্ধর্ব্বাঃ ( সিদ্ধ-গন্ধর্ব্বশিংনা ) সবিদ্যাধরচারণাঃ ( বিদ্যাধরগা লোইননা চারণশিংনা ) কিংদেবাঃ ( কিংদেবশিংনা ) কিন্নরা ( কিংনরশীংনা ) নাগাঃ ( নাগশিংনা ) রক্ষ-কিংপুরুষাদয়ঃ ( রাক্ষস অমসুং কিংপুরুষনচিংবনা ) [ বেদ অসি ফংনখি ] তেষাং ( মখোয়গী ) রজঃ-সত্ত্ব-তমোভুবঃ ( রজঃ সত্ত্ব -তমঃ নচিংবা গুণদগী ওইরকপা ) প্রকৃতয়ঃ ( স্বভাবশিং অহুনা ) বহ্ব্য [ সন্তি ] ( ময়াম ওইখি ) ।৫।৬।

---

যাভিঃ ( বেদবাণীশিং অসিনা মরম ওইহুনা) ভূতানি ( দেব মনুষ্যনচিংবশিং অসি) ভিদ্যন্তে (তোঙালহল্লি ) তথা (মতৌ অসুম্না ) ভূতানাং ( জীবশিং অসিগী ) পতয়ঃ ( মপুশিংসু) সর্ব্বেষাং (প্রাণি পুম্নমক অসিগী) যথাপ্রকৃতি ( অসুম্না স্বভাব ওইবা ) তথা ( মহুত্তম্না ) বাচঃ ( বেদগী তাৎপর্য্য (লৌবদসু ) চিত্রাঃ (অঙকপা তোঙান তোঙানবা ওইনা ) স্রবন্তি হি ( থোক্লকই ) ।৭।

---

ফংখি, মখোয়শিংদা লৈরিবা সত্ত্বনচিংবা গুণশিং অসিদগী ওইরকপা স্বভাব খেম্নবগী মতুংইন্না বেদসি ময়াম ওইখি ।৫।৬।

বেদবাণীশিং অসিনা মরম ওইহুনা দেব মানুষনচিংবসি খাইদোকই, মতৌ অসুম্না জীবশিংগী মপুসু, জীবশিংগী অহুম্না স্বভাব ওইব', মহুন্না বেদগী তাৎপর্য্য লৌবদসু অঙকপা তোঙান তোঙানবা ওইনা থোক্লকই। ৭।

মতৌ অসুম্না স্বভাব মান্নরক্তবদগী মীওইবশিংগী বুদ্ধি অসিসু

শ্রীভগবানুবাচ।
কালেন নষ্টা প্রলয়ে বাণীয়ং বেদসংজ্ঞিতা ।
ময়াদৌ ব্রহ্মণে প্রোক্তা ধর্ম্মো যস্যাং মদাত্মকঃ ।৩।
তেন প্রোক্তা স্বপুত্রায় মনবে পূর্ব্বজায় সা
ততো ভৃগ্বাদয়োঽগৃহ্ণন্ সপ্ত ব্রহ্মমহর্ষয়ঃ ।৪।

---

শ্রীভগবান্ উবাচ ( শ্রীভগবান্ [ কৃষ্ণ ] না হায়খি। বেদসংজ্ঞিতা বেদনা নিংথিনা খংহল্লিবা ) ইয়ং বাণী ( ঐগী বা অসি ) কালেন ( শাং-লবা মতম্না ) প্রলয়ে ( প্রলয়গী মতমদা ) নষ্টা ( মাংখ্রে ) যস্যাং (বেদ অদুদা ) ময়া ( ঐনা ) আদৌ ( অহানবা ব্রাহ্ম্যকল্পদা ) ব্রহ্মণে (ব্রহ্মাদা) প্রোক্তা ( হায়খিবনি ) ।৩।

---

তেন ( ব্রহ্মানা ) সা ( অসিগুম্বা বেদ বাণী অসিবু ) পূর্ব্বজায় ( সৃষ্টিগী অহানবদা পোকপা ) স্বপুত্রায় ( মহাক্কী মচা, মনবে ( মনুদা ) প্রোক্তা (হায়খি) ততঃ 'মনুদগী' ভৃগ্বাদয় ( ভৃগুনচিংবা ) সপ্ত ব্রহ্মমহর্ষয়ঃ ( ব্রহ্মবাদি ঋষি তরেৎনা ) অগৃহ্ণন ( লৌখি ) ৪।

---

হে প্রভো! ইবুংঙো নহাক্না, অপাম্বগা মরী লৈনদ্রবা নিষ্কাম ভক্তিযোগ অদুবু পুম্নমক্কগী অথোইবনি হায়বিরি, মতুনা মরম ওইদুনা অপাম্বা থাদোক্লগা নঙোন্দা পুক্নিং চংখিগদোবা অহেনবা অমা লৈরিব্রা লৈরবদি মতুম্ তাকপিয়ু ।২।

শ্রীভগবান্না হায়খি, বেদনা নিংথিনা খংহল্লিবা ঐগী বা অসি শাং-লবা মতম্না প্রলয়গী মতমদা মাংখ্রে, বেদ অদুদা ঐনা অহানবা ব্রাহ্ম্যকল্পদা ব্রহ্মাগী মফমদা হায়খিবনি ।৩।

ব্রহ্মানা অসিগুম্বা বেদবাণী অসিবু সৃষ্টিগী অহানবদা পোকপা মহাক্কী মচা মনুদা তাকপিখি। মনুদগী ভৃগুনচিংবা ব্রহ্মবাদি মহার্ষি তরেৎনা লৌখি ।৪।

ভৃগুনচিংবা পিতৃশিংদগী মখোয়গী মচাশিংনা মথং মথং তম্লখি, দেব দানব, গুহ্যক, মী, সিদ্ধ, গন্ধর্ব্ব, বিদ্যাধরগা লোইননা চারণশিং, কিং-দেব, কিংনর, নাগ, রাক্ষস, কিংপুরুষনচিংবা পুম্নমক অসিনা বেদ অসিবু

# শ্রীমদ্ভাগবতম্

## একাদশ-স্কন্ধঃ

### চতুর্দ্দশ অধ্যায়ঃ

—:(০):—

উদ্ধব উবাচ।
বদন্তি কৃষ্ণ শ্রেয়াংসি বহূনি ব্রহ্মবাদিনঃ।
তেষাং বিকল্পপ্রাধান্যমুতাহো একমুখ্যতা ।১।
ভবতোদাহৃতঃ স্বামিন্ ভক্তিযোগোঽনপেক্ষিতঃ।
নিরস্য সর্ব্বতঃ সঙ্গং যেন ত্বয্যাবিশেন্মনঃ ।২।

---

উদ্ধব উবাচ (উদ্ধবনা হংজখি) কৃষ্ণ (হে কৃষ্ণ) ব্রহ্মবাদিনঃ (বেদ থংলবা ঋষিশিংনা) বহূনি (য়াম্না) শ্রেয়াংসি (সংসার লাম্নবগী অথোইবা উপায়শিংহু) বদন্তি (হায়রি) তেষাং (মথোমহুগী মনুংদা) [কিং] বিকল্পপ্রধান্যং (মশিনা অথোইবরা নত্তগা) উতাহো (অমদি) একং [এব] (অসিগুনা অমত্তা ওইরবা) মুখ্যতা (অহেনবা অচুবু তাকপিয়ু) ।১।

---

হে স্বামিন্ (হে প্রভো) ভবতা (ইবুংঙো নহাক্না) অনপেক্ষিতঃ (অপাম্বগা মরী লৈনদ্রবা) ভক্তিযোগঃ (নিষ্কাম ভক্তিযোগ অদুবু) সর্ব্বতঃ (পুম্নমক্কী) উদাহৃতঃ (অথোইবনি হায়বিরি) যেন (মহুনা মরম ওইদুনা) সঙ্গং নিরস্য (অপাম্বা থাদোক্লগা) ত্বয়ি (নঙোন্দা) মনঃ আবিশেৎ) পুক্নিং চংখিগদৌরা [কচ্চিদস্তিবিশেষঃ] অহেনবা অমা লৈরিব্রা লৈরবদি মদু তাকপিয়ু) ।২।

---

উদ্ধবনা হংজখি, হে কৃষ্ণ, বেদ থংলবা ঋষিশিংনা সংসার লাম্নবগী অথোইবা উপায়শিংহু য়াম্না হায়রি। মথোমহুগী মনুংদা মশিনা অথোইবরা নত্তগা অসিগুনা অহেনবনি হায়বদু তাকপিয়ু ।১।

নথোয় পুন্নমক্কী মুংশিকম ওইবা, মশাগীম্ ওইবা, ঐবু নিংঙি । ৪০ ।

অস্মা ঐনা মরম ওইদুনা চিংনবা কোক্লবা সনকনচিংবা মুণিশিংনা অথোয়বা ভক্তিগা লোইননা, নিংথিজবা স্তুতিনা মরম ওইদুনা ঐবু পূজা তৌরগা স্তব তৌখি । ৪১ ।

সনকনচিংবা অথোয়বা ঋষিশিং অদুনা ঐবু য়াম্না চংথোম্না পূজা তৌদুনা নিংথিনা স্তুতি তৌরবদা, ব্রহ্মাগী মথাংমক্তদা ঐগী ধামদা হল্লকখি । ৪২ ।

মতাংসিদা শ্রীমদ্ভাগবত মহাপুরাণগী একাদশ স্কন্ধগী তরাহুমদোইশুবা অধ্যায় লোইরে।

———

মাং ভজন্তি গুণাঃ সর্ব্বে নির্গুণং নিরপেক্ষকং।
সুহৃদং প্রিয়মাত্মানং সাম্যাসঙ্গাদয়োঽগুণাঃ ।৪০।
ইতি মে ছিন্নসন্দেহা মুনয়ঃ সনকাদয়ঃ।
সভাজয়িত্বা পরয়া ভক্ত্যাঽগৃনত সংস্তবৈঃ ।৪১।
তৈরহং পুজিতঃ সম্যক্ সংস্তুতঃ পরমর্ষিভিঃ।
প্রত্যেয়ায় স্বকং ধাম পশ্যতঃ পরমেষ্ঠিণঃ ।৪২।
ইতি শ্রীমদ্ভাগবতে মহাপুরাণে পারমহংস্যাং
সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যামেকাদশ স্কন্ধে
ত্রয়োদশোঽধ্যায় ।১৩।

---

অগুণা ( প্রকৃতিগী [ মশক ওন্থোকপনা স্বভাব ওইবা ] গুণশিং অসি নত্তবা ঈশ্বরগী ওইবা নিত্যগুণশিংনা) সাম্যাসঙ্গাদয় গুণাঃ (প্রকৃতিগী লৈরিবা পুন্নমক অসিদা মান্নবা লৈবা, করিগুম্বা অমত্তগা তোংশিন য়ানশিন্নদনা লৈবা, সত্য শৌচনচিংবা ঙমথৈ লৈত্রবা গুণশিংনা) নির্গুণং ( মায়াগী গুণশিং অসিগী ম্রাংমদ লৈবা ) নিরপেক্ষকং ( কনা অমগী মতেং ঙাযত্রবা ) সুহৃদং ( জীবগী কান্নবা ফনবা তৌরিবা ) প্রিয়ং ( নখোয় পুন্নমক্কী মুংশিফম ওইবা অমদি জীববু মুংশিবীবা) আত্মানং (মশাগী ওইবা) মাং ( ঐবু ) ভজন্তি ( নিংঙি ) ।৪০।

---

ইতি ( অসুম্না ) মে [ময়া] ( ঐনা মরম ওইহুনা ) ছিন্নসন্দেহা (চিং-নবা কোক্লবা ) সনকাদয় ( সনকনচিংবা ) মুনয় ( মুণিশিংনা ) পরয়া ( অথোয়বা ) ভক্ত্যা [সহ] ( ভক্তিগা লোইননা ) সংস্তবৈ ( নিংথিজবা স্তুতিশিংনা মরম ওইহুনা ) [মাং] সভাজয়িত্বা ( ঐবু পূজা তৌরগা ) অগৃনত ( স্তুতি তৌথি ) ।৪১।

---

তৈ ( সনকনচিংবা ) পরমর্ষিভিঃ ( অথোয়বা ঋষিশিং অহুনা ) অহং ( ঐবু ) সম্যক্ ( য়াম্না চংথোম্না ) পুজিত ( পুজা তৌহুনা ) সংস্তুত [সন্] ( নিংথিনা স্তুতি তৌরবদা ) পরমেষ্ঠীণঃ ( ব্রহ্মাগী ) পশ্যতঃ ( মমাংমত্তদা ) স্বকং ধাম ( ঐগী ধামদা ) প্রত্যেয়ায় ( হল্লকখি ) । ৪২

মৈয়েতদুক্তং বো বিপ্রা গুহ্যং যৎ সাংখ্যযোগয়োঃ।
জানীত আগতং যজ্ঞং যুস্মৎধর্ম্মবিবক্ষয়া।৩৮।
অহং যোগস্য সাঙ্খ্যস্য সত্যস্যর্ত্তস্য তেজসঃ।
পরায়ণং দ্বিজশ্রেষ্ঠাঃ শ্রিয়ঃ কীর্ত্তের্দমস্য চ ৩৯।

ভো বিপ্রা (হে ব্রাহ্মণ পুন্নমক সাংখ্যযোগয়ো (আত্মান আত্মা নত্তে হায়বগী বিচার অমাদ অষ্টাঙ্গযোগ অনি অসিগী) যৎগুহ্যম্ (থুপ্নবা রাহু) বঃ (নখোয়গী নফমদা) ময়া (ঐনা) এতৎ (মহুমক) উক্তং (হায়খ্রে) [যুস্মৎধর্ম্মবিবক্ষয়া] (নখোয়না থংনিংলিবা ধর্ম্মগী তত্ত্বহু হায়নিংহুনা) আগতং (লাক্লিবা) মা [মাং] (ঐবু) যজ্ঞং (বিষ্ণুনি হায়না) জানীত (খংঙু) ।৩৮।

হে দ্বিজশ্রেষ্ঠাঃ (হে অথোইবা ব্রাহ্মণ পুন্নমক) যোগস্য (অষ্টাঙ্গ যোগগী) সাংখ্যস্য (আত্ম বিচারগী) সত্যস্য (অরেপ্পগী) ঋতস্য অচুম্বা রাগী) তেজসা (মতীক মগুণগী) শ্রিয় (ঐশ্বর্য্য সম্পাত্তগী) কীর্ত্তে (মিংচৎকী) দমস্য চ (অমস্তুং ইন্দ্রিয় লাকশিন্নবগীদমক) অহং (ঐনা) পরায়ণম্ (অথোইবা চজফাম্ন) ।৩৯।

ইন্দ্রিয়শিংগা লোইনরবা শরীর অসিবু অমুকহন্না কংদ্রে ।৩৭।

হে ব্রাহ্মণ পুন্নমক, আত্মানি আত্মা নত্তে হায়বগী বিচার অমদি অষ্টাঙ্গ যোগ, অনি অসিগী থুপ্নবা রাহু, নখোয়গী নফমদা ঐনা মহুমক হায়খ্রে নখোয়না থংনিংলিবা ধর্ম্মগী তত্ত্বহু হায়নিংহুনা লাক্লিবা ঐবু বিষ্ণুনি হায়না খংঙু ।৩৮।

অথোইবা ব্রাহ্মণ পুন্নমক, অষ্টাঙ্গ যোগগী, আত্মবিচারগী, অরেপ্পগী অচুম্বা রাগী, মতীক মগুণগী, ঐশ্বর্য্য সম্পত্তিগী, মিংচৎকী অমস্তুং ইন্দ্রিয়-লাকশিন্নবগী, পুন্নমক্তগী অথোয়বা চংজফমদি ঐনি ।৩৯।

প্রকৃতিগী গুণশিং অসি নত্তবা, নিত্যগুণশিংনা, লৈরিবা পুন্নমক অসিদা সাক্ষী ওইবা, করিগুম্বা অমত্তগা তোংশিন-য়ানশিন্নদনা লৈবা অমদি সত্য শৌচনচিংবা অনন্ত গুণশিংনা, মায়াগী গুণশিং অস্সিগী রামদা লৈরবা, কনা অমগী মত্তেং ভায়দ্রবা; জীবগী ফনবা তৌরিবা

দেহোঽপি দৈববশগঃ খলু কর্ম্ম যাবৎ
স্বারম্ভকং প্রতিসমীক্ষত এব সাসুঃ।
তং সপ্রপঞ্চমধিরূঢ় সমাধিযোগঃ
স্বাপ্নং পুনর্ন ভজতে প্রতিবুদ্ধ বস্তুঃ। ৩৭।

---

দৈববশগঃ ( লাইগী মখাপোন্না সংসারদা চৎলিবা জীবনা) স্বারম্ভকং ( মশাগী ভোগতৌবা হৌগৎলবা ) কর্ম্ম ( কর্ম্মগীমহৈ অদুনা ) যাবৎ ( অদুফাউবা লৈবা ) তাবৎ ( মদুক ফাউবা ) দেহঃ অপি (শরীর অসিনশু) সাসুঃ ( প্রাণগা লোইননা ) খলু: ( লেপ্পা ) প্রতিসমীক্ষত এব ( ভায়দুনা লৈ ) অধিরূঢ়সমাধিযোগ ( সমাধিযোগগী ভুমিয়োনা কাগ্রবা ) প্রতি-বুদ্ধবস্তু ( পরমার্থবস্তুবু খংলবা যোগী অদুনা ) স্বাপ্নং [যথা] ( মংদা উবা অদুগুম্না ) সপ্রপঞ্চং ( ইন্দ্রিয়শিং অসিগা লোইনরবা ) তং ( শরীর অসিবু ) পুণ: ( অমুক হন্না ) ন ভজতে ( ফংদ্রে ) ।৩৭।

---

পুশিল্লগা, অরাম থোন্নাং থাদোক্লুনা পুক্লিং বাহৈনা ভাংদবা শু-নোম্বা তৌদবা ওইগনি, মশাগী মুভাম্নবদু অনুভব তৌদুনা, মদুদা করিগুম্বা চানবগী থর। উরিবা অদুগু কৈশু লৈতবনি খন্দুনা থাদোকনি, অদুম্না থাদোকপদু ভক্লবগী লম্বীদি ওইদে, নিংশিংবা হায়বসি শিত্রিবা ফাওবনি ।৩৫।

অসুম্না হোৎনরকপা অসিনা আত্মজ্ঞান ফংলবা, মশাগী মশক্তা ( চংশিল্লবা সমাধিদা লৈরবা ) মহাত্মা, অমাংবনা মশাগী ওইরবা শরীর অসিবু লৈরিত্রা লৈত্ররা হায়বসি খংদে, মদুগী খুদমদিঃ— মুগী ময়াইনা জ্ঞান মাংলবা মীনা শেৎনবা ফি অদুবু লাইগী নোংদমদগী শেৎলিত্রা, লাইগী মথা পোন্দুনা শেৎত্ররা, অমদি শেৎপ্রা-শেত্তত্রা হায়বসিদা য়েংলুদে খংলুদে ।৩৬।

লাইগী মখাপোন্না সংসারদা চৎলিবা জীবনা, মশাগী ভোগতৌবা হৌগৎলবা কর্ম্মগী মহৈ অদুনা অদুফাউবা লৈবা, মদুকফাউবা শরীর অসিনশু প্রাণগা লোইননা লেপ্পা ভায়দুনা লৈ, সমাধি যোগগী ভুমি-য়োনা কাগ্রবা পরমার্থবস্তুবু খংলবা যোগী অদুনা, মংদা উবা অদুগুম্না

দেহঞ্চ নশ্বরমবস্থিতমুত্থিতম্বা
সিদ্ধো ন পশ্যতি যতোঽধ্যগমৎ স্বরূপং।
দৈবাদপেতমুত দৈববশাদুপেতং
বাসো যথা পরিকৃতং মদিরামদান্ধঃ। ৩৬।

---

যতঃ [এবং] (অসুম্না হোৎনরকপা অসিনা) সিদ্ধ (জ্ঞান সিদ্ধ ওইরবা [আত্মজ্ঞান ফংলবা]) চ (মহুনা) স্বরূপম্ (মশাগী মশক্তা) অধ্যগমৎ (চংশিল্লবা [সমাধিদা লৈরবা] [সঃ] (মহাক্তা) নশ্বরং (মাংবনা মশাগী ওইরবা) দেহং (শরীর অসিবু) অবস্থিতং বা (লৈরিব্রা) উৎথিতং বা (মাংখ্রব্রা হায়বসি) ন পশ্যতি (খংদে) যথা (মহুগী খুদমদি) মদিরামদান্ধ (য়ুগী ময়াইনা ঙাওরবা জ্ঞান মাংলবা মীনা) বাস (শেৎনবা ফি অহুবু) দৈবাৎ (লাইগী মোংদমদগী) উপেতং (শেৎলব্রা) দৈববশাৎ (লাইগী মথা পোন্দুনা) অপেতং (শেৎত্রবরা) উত (অমসুং) পরিকৃতং বা (শেৎপ্রা শেত্তবরা হায়বসিদা) [ন অনুসন্ধত্তে] (য়েংলুদে) । ৩৬ ।

---

অহুম থংলিবা মিৎ নাকোংনাচিংবা ইন্দ্রিয়শিংগী মণ্ডঃ বুদ্ধিগীসু মপু মহাক অসি আত্মানি অমত্তনি, পূম্নমক্কগী 'ভাঙানবনি' হায়বসি খংগদবনি। ৩২।

হায়গ্রিবা অসুম্না বিচার তৌরগা, পুক্লিংগী সত্তনচিংবা গুণদগী ওইরবা যিরেপ অহুম (বাল্য-যৌবন-বৃদ্ধ, জাগ্রৎ স্বপ্ন-সুষুপ্তি) পূম্নক অসি, পূম্নমক্কী তুংনফম ঐগী অবিদ্যা মায়ানা থোকহনবনি, বা অসি আত্মাগী লেপ্পবা অর্থনি, অনুমাননা, গুরুগী উপদেশনা, শ্রুতিনচিংবনা নিংথিনা থোহল্লবা জ্ঞানগী থাংনা, চিংনবা পূম্নমক্কী লৈফম অহঙ্কারবু ককথংলগা, হৃদিদা লৈরবা ঐবু নিংঙু। ৩৩।

জগৎ অসি অঙকপগী মশক্তি অসুম্না উগনি, পুক্লিং সুংঙাযহনবনি, উরি, মাংলি, অরেপ্পা লৈতে, চক্রগুম্না লৈ, অসুম্না উগদবনি, অনি[illegible]ত্রবা জ্ঞানগী মশক পরমাত্মাগী মশকনি, মথল অহুমগী গুম্না যানথাইনহুনা শেম্বনি, অবিদ্যা মায়ানা মথল কয়াথোক্লা লৈরি। ৩৪।

অসুম্না বিচার ভৌরবগী তুংদা, সংসারগী মিৎয়েং অসি মুংদা

ঈক্ষেত বিভ্রমমিদং মনসো বিলাসং
দৃষ্টং বিনষ্টমতিলোলমলাতচক্রম্।
বিজ্ঞানমেকমুরধেব বিভাতি মায়া
স্বপ্নস্ত্রিধা গুণবিসর্গকৃতো বিকল্পঃ। ৩৪।
দৃষ্টীং ততঃ প্রতিনিবর্ত্ত্য নিবৃত্ততৃষ্ণ—
স্তূষ্ণীং ভবেন্নিজসুখানুভবো নিরীহঃ।
সংদৃশ্যতে ক্ব চ যদীদমবস্তুবুদ্ধ্যা
ত্যক্তং ভ্রমায় ন ভবেৎ স্মৃতিরানিপাতাৎ ।৩৫।

---

বিভ্রমং ( পুন্নমক্তা অশুকপগী মশক ওইরবা ) ইদং ( সংসারসিবু ) ঈক্ষেত ( উগদবনি ) মনসঃ ( পুক্কিংগী ) বিলাসং ( মুংঙায়হনবনি ) দৃষ্টং ( উরি ) বিনষ্টম্ ( মাংলি ) অতিলোলম্ ( লৈতাবা লৈতবনি ) অলাতচক্রম্ ( চক্রদৌনা লৈথনি ) ঈক্ষেত ( অম্নুম্না উরগদবনি ) একং ( অনিশুদ্রব বিজ্ঞানম্ এব ( জ্ঞানগী মশক ওইবা পরমাত্মামক্লি ) ত্রিধা ( মথল অহুমগী ) গুণবিসর্গকৃত ( গুণ য়ানথাইনহুনা শেম্বনি ) স্বপ্ন ( মংনি ) বিকল্প ( অনি লোংবনি ) মায়া ( অবিদ্যা মায়ানা ) উরুধা ( মথল কয়াথোক্লা ) বিভাতি ( লৈরিবনি )। ৩৪।

---

ততঃ ( অম্নুম্না বিচার তৌরবগী তুংদা ) দৃষ্টিং ( সংসারগী মিৎয়েং অর্সি ) প্রতিনিবর্ত্ত্য ( মুংদা পুশিল্লগা ) নিবৃত্ততৃষ্ণঃ ( অরাম খৌরাং লৈতবা ) তুষ্ণীং ( পুক্লিং বাহৈনা ঙাংদবা ) নিরীহ ( শু-নোম্বা তৌদবা ) ভবেৎ ( ওইগনি ) নিজসুখানুভবঃ সন ( মশাগী মুঙায়বহু অনুভব তৌহনা )। যদি ( মহুদা ) ক্ব চ ( করিগুম্বা চানবগী খরা ) ইদংসংদৃশ্যতে মহুবু নিংথিনা উরি [ তদপি ] মহুশু ) অবস্তুবুদ্ধ্যা ( কৈশু লৈতবনি খন্দুনা ) ত্যক্তং ( থাদোকনি ) [ যৎ ] অহুম্না থাদোকপা [ তৎ ] মহুবু ) ভ্রমায় ( ভক্লবগী লম্বীদি ) ন ভবেৎ ( ওইরোয় ) স্মৃতি ( নিংশিংবা হায়বসি ) আনিপাতাৎ ( শিত্রি ফাওবনি ) ।৩৫।

---

তৌই ( থংতি, মং মংদনা তুম্বা মতমদদি উথিবা থংথিবা পুন্নমক কাউথিং, নিংশিংবনা মরম ওইহুনা বাল বৃন্ধনচিংবা থংবদগী, ফিরেপ

এবং বিমৃশ্য গুণতো মনসস্ত্র্যবস্থা
মন্মায়য়া ময়ি কৃতা ইতি নিশ্চিতার্থাঃ।
সঞ্ছিদ্য হার্দ্দমনুমানসদুক্তি তীক্ষ্ণ-
জ্ঞানাসিনা ভজত মাখিলসংশয়াধিম্ ।৩৩।

এবং ( হায়প্রিবা অসুম্না ) বিমৃশ্য (বিচার তৌরগা) মনসঃ (পুক্লিংগী) গুণত : সত্ত্বনচিংবা গুণদগী ওইবা ) ত্র্যবস্থা ( ক্যিরেপ অহুম [ বাল যৌবন বৃদ্ধ, জাগ্রৎ-স্বপ্ন -সুষুপ্তি ] পুন্নমক অসি ) ময়ি [ অখিলাধা'রে ] ( পুন্নমককী তুংনফম ঐঙোন্দা ) মৎ মায়য়া ( ঐগী অবিদ্যা মায়ানা ) কৃতা ( থোকহনবনি ) ইতি ( বা অসি ) নিশ্চিতার্থা ( অরেপ্পা ৱানি [ আত্মাগী অর্থ'নি ]) অনুমান ( সদুক্তি ) তীক্ষ্ণ জ্ঞানাসিনা ( অনুমাননা, গুরুগী উপদেশনা, শ্রুতিশিংনা, লেপ্পবা-থৌরবা জ্ঞানগী থাংনা ) অখিল সংশয়াধিং ( চিংনবা পুন্নমককী লৈফম অহঙ্কারবু ) ছিত্বা ( ককথৎলগা ) হার্দং ( হৃদিদা লৈরবা ) মা [ মাং ] ( ঐবু ) ভজত ( নিংশু ) ।৩৩।

অসিবু নিংথিনা থংলগা, ঐঙোন্দা চংজহনা ঐনা তৌবনি, চাবনি হায়বা ৱাখল অসি থাদোক্কনি ( থাদোক্লবা হোৎনগনি )। ২৯।

মতম অহুফাউবা যুক্তিবিচারনা মরম ওইহনা, মী অহুগী বিষয়দা লৈথ্রবা বুদ্ধি অহুনা হন্দোক্লক্তিব্রা মতম অহুফাউবা, জ্ঞান মপুংফাদ্রিবা মীনা, মংদা হৌগত্তুনা লৈরম্বা অহুগুম্না, মিৎ পাংহনা লৈরিবা অসিসু মংদা উবগুম্বনি ।৩০।

আত্মাদগী তোঙাংথা ভাবপদার্থ হায়না উরিবা হকচাং য়ুমনচিংবা পুন্নমকসি অরেপ্পা লৈতবা মরম্না, মহাক্না থোকহল্লিবা ভেদ—ব্রাহ্মণনচিংবা আশ্রম তোঙাংবা অমদি মশিগী মরম, কর্ম্মনচিংবসী স্বর্গনচিংবা মহৈ পুন্নমকসি আত্মাগী অহুম্বা মংদা উবনি লৌনম্বনি ।৩১।

মহাক্না, তুমদ্রিঙৈ অসিদা মপানগী মিৎনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংনা মরম ওইহনা শিংকুপ অমত্তগী ওইবা বাল্য যৌবন্নচিংবা ধর্ম্মনা তিল্লরবা, অকুপ্পা অপোবা শরীরশিং অসিবু থংলি, মংদা বুদ্ধিদা মমি তারিবা, তুমদ্রিঙৈদা উথিবা, মহুগা মান্নবা বাসনাগী মশক ভোগ্য পদার্থশিং অহুবু ভোগ

অসত্ত্বাদাত্মনোঽন্যেষাং ভাবানাং তৎকৃতাভিদা।
গতয়ো হেতবশ্চাস্য মৃষা স্বপ্নদৃশো যথা ।৩১।
যো জাগরে বহিরনুক্ষণধর্ম্মিনোঽর্থান্
ভুঙ্‌ক্তে সমস্তকরণৈর্হৃদি তৎসদৃক্ষান্।
স্বপ্নে সুষুপ্ত উপসংহরতে স একঃ
স্মৃত্যন্বয়াৎ ত্রিগুণবৃত্তিদৃগিন্দ্রিয়েশঃ ।৩২।

---

আত্মনঃ ( আত্মাদগী ) অন্যেষাং ( তোঙানবা ) ভাবানাং ( ভাবপদার্থ ( হকচাং মুমনচিংবা পুম্নমকসি ) অসত্ত্বাৎ ( অয়েপ্পা লৈতবা মরম্না ) তৎকৃতা ( মহাক্না থোকহল্লিবা ) ভিদা (ব্রাহ্মণনচিংবা আশ্রমগী তোঙাথা) চ ( অমদি ) হেতব ( মসিগী মরম কর্ম্মনচিংবা ) গতয় ( স্বর্গনচিংবা মহৈ পুম্নমকসি ) অস্য ( আত্মাগী ) যথা ( অহুম্না ) স্বপ্নদৃশ ( মংদা উবনি ) মৃষা ( লৌনম্বনি ) [ আদ্যা ] ( মায়ানি ) ।৩১।

---

যঃ ( মহাক্না ) জাগরে ( তুমদ্রিঙৈগী মতমদা ) বহি ( মপানগী ) সমস্তকরণৈ ( মিৎনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংনা মরম ওইদুনা) অনুক্ষণধির্ম্মণঃ (মিৎকুপ অমত্তগী ওইবা বাল্যযৌবনচিংবা ধর্ম্মনা তিল্লবা ) অর্থান্ ( অকুপ্পা অপৌবা শরীরশিং অসিবু ) ভুঙ্‌ক্তে ( ভোগ তৌই [ খংঙি ]) স্বপ্নে ( মংদা ) হৃদি ( বুদ্ধিদা [ অন্তকরণদা ]) তৎসদৃক্ষান্ ( তুমদ্রিঙৈদা উখিবা অদুগা মান্নবা বাসনাগী মশক ভোগ্য পদার্থশিং অদুবু ) ভুঙ্‌ক্তে ( ভোগ তৌই )। সুষুপ্তে ( মং মংদনা তুম্বা মতমদদি ) [ তান্ সর্ব্বান্ ] উখিবা খংখিবা পুম্নমক অদু ) উপসংহরতে ( মাগীনাক্তা লৈখি [কাউখি] ) স্মৃত্যন্বয়াৎ =[ স্মৃত্যা ] ( নিংশিংবনা মরম ওইদুনা ) [ অন্বয়াৎ ] ( বালবৃদ্ধনচিংবা খংবদগী ) ত্রিগুণ বৃত্তিদৃক্ ( ফিরেপ অহুম [জাগ্রৎ -স্বপ্ন-সুষুপ্তি] থোকলিবা ) ইন্দ্রিয়েশ ( মিৎ নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংগী ) মন (বুদ্ধিগীসু মপু ) সঃ (মহাকনা) এবঃ [ এব আত্মা ] ( আত্মানি, অমত্তনি, পুম্নমক্তগী তোঙানবনি হায়বসি ) দ্রষ্টব্যানি ( খংগদবনি ) ।৩২।

---

জ্ঞান লৈবা মীনা মশাগী কান্নদববু থোকহল্লিবা অহঙ্কারনা মরম ওইদুনা, হকচাং অসিবু ঐনি খংবা অদুতনা থোকহল্লবা, সংসারদা পুল্লিবা

ভুত সুক্ষ্মাত্মনি ময়ি তন্মাত্রং ধারয়েৎ মনঃ।
অণিমানমবাপ্নোতি তন্মাত্রোপাসকো মম। ১০।
মহত্যাত্মন্ ময়ি পরে যথা সস্থং মনো দধৎ।
মহিমানমবাপ্নোতি ভূতানাঞ্চ পৃথক্-পৃথক্ । ১১ ।
পরমাণুময়ে চিত্তং ভূতানাং ময়ি রঞ্জয়ন্।
কালসূক্ষ্মার্থতাং যোগী লঘিমানমবাপ্নুয়াৎ। ১২।

ভুত সুক্ষ্মাত্মনি ( পঞ্চভূতকী কুপ্লবা মশক্না তিল্লিবা ) ময়ি ( ঐঙোন্দা ) তন্মাত্রং ( কুপ্লবা মশক অদুদা ) মন ( পুক্লিংবু ) ধারয়েৎ ( থমগনি ) তন্মাত্রং ( কুপ্লবা মশক অদুবু ) উপাসক ( উপাসনা তৌরিব) [যোগী] (যোগীনা ) মম ( ঐগী ) অণিমানম্ ( অণিমাবু ) অবাপ্নোতি ( ফঙিঙ ) হে আত্মন্ ( হে উদ্ধব ) মহতি ( চাউরবা পরে ময়ি ( পরব্রহ্ম মহৎতত্ত্বগী মশক ঐঙোন্দা ) যথাসংস্থং ( অদুম্না লৈবা ) মন ( মহৎতত্বগী মশক ওইবা পুক্লিংবু ) দধৎ ( হাপলগা) মহিমানং ( মহিমাবু) অবাপ্নোতি ( ফঙিঙ ) চ ( অমসুং ) ভূতানাং ( আকাশনচিংবগী উপাধি ওইবিবা ঐঙোন্দা পুক্লিং হাপলগা ) পৃথক্-পৃথক্ ( তোঙান তোঙান্বা) তৎতৎ মহিমা অদু ফঙিঙ)। ১০। ১১।

---

ভুতানাং ( মুংশিৎনা চিংবগী ) পরমাণুময়ে ( পরমাণুগী মশকপু ) ময়ি ( ঐঙোন্দা ) চিত্তং রঞ্জয়ন্ ( পুক্লিং শংজিল্লবা ) যোগী ( যোগীনা ) কালসূক্ষ্মার্থতাং ( কালগী কুপ্লবা পরমানুগী উপাধিগী মশক ওইবা ) লঘিমানং ( লঘিমা কৌবা সিদ্ধিবু ) আপ্নুয়াৎ ( ফঙিঙ )॥ ১২

---

পঞ্চভুতকী কুপলবা মশক্না তিল্লবা ঐঙোন্দা, কুপলবা মশক অদুদা পুক্লিং থমগনি, পঞ্চভুতকী অকুপ্পা মশক অদুবু নিংলিবা যোগী অদুনা অণিমা কৌবা সিদ্ধি ফঙিঙ, হে উদ্ধব ! চাউরবা মহৎ তত্ত্বগী মশক পরব্রহ্ম ঐঙোন্দা অসুম্না লৈরবা মহৎতত্ত্বগী মশক ওইবা পুক্লিং অদুবু হাপলগনা মহিমা কৌবা সিদ্ধিদু ফঙিঙ, অমসুং আকাশনচিংবগী উপাধি ঐঙোন্দা পুক্লিং হাপলগা তোঙান তোঙানবা মহিমাদু ফঙিঙ।১০।১১

মুংশিৎনচিংবগী] পরমানুগী মশক ঐঙোন্দা পুক্লিং শংজিল্লবা

**ধারয়ন্ ময্যহংতত্ত্বে মনো বৈকারিকেঽখিলং।**
**সর্ব্বেন্দ্রিয়ানামাত্মত্বং প্রাপ্তিং প্রাপ্নোতি মন্মনাঃ ১৩।**
**মহত্যাত্মনি যঃ সূত্রে ধারয়েৎ ময়ি মানসম্।**
**প্রাকাম্যং পারমেষ্ঠ্যং মে বিন্দতেঽব্যক্তজন্মনঃ।১৪।**

---

বৈকারিক ( সাত্ত্বিক্কী ) অহংতত্ত্বে ( অহংকারগী মশক উপাধিনা তিল্লবা ) ময়ি ( ঐঙোন্দা ) অখিলং [ একাগ্রমাত্মত্বমধিষ্ঠাতৃং ] ( অনি লোংদনা আত্মা ওইনা, অধিষ্টাতৃ দেবতা ওইনা ) মন (পুক্লিং অতুবু) ধারয়ন্ ( থম্লগা ) মন্মনা (ঐঙোন্দা পুক্লিং হাপলবা যোগিনা) সর্ব্বে-ন্দ্রিয়ানাং ( ইন্দ্রিয় পুম্নমক্কী ) আত্মত্বং ( মপুগী মশক ওইবা ) প্রাপ্তিং ( প্রাপ্তি কৌবা সিদ্ধিত্থ ) প্রাপ্নোতি ( ফঙিঙ। ১৩।

---

মহতি ( ক্রিয়াশক্তি রজনা প্রধান ওইবা ) আত্মনি ( মহত্তত্ত্ব-সূত্রনা উপাধি ওইবা ) ময়ি ( ঐঙোন্দা ) মানসং ( পুক্লিং অতুবু। ধারয়েৎ (থমগনি ) যঃ [যৎ] ( অতুম্মা পুক্লিং থম্লবা যোগী অতুনা ) অব্যক্তজন্মনঃ ( অব্যক্তব্রহ্মদগী ওইরক্লবা ) পারমেষ্ঠ্যং ( পরমেষ্ঠীব্রহ্মাতগী ওইবা হায়বদি পুম্নমক্কগী অথোইবা ) মে ( ঐগী ) প্রাকাম্য ( প্রাকাম্য কৌবা সিদ্ধিত্থ) বিন্দতে ( ফঙিঙ )। ৪

---

যোগীনা কালগী পরমানুগী উপাধিগী মশক ওইবা লঘিমা কৌবা সিদ্ধি অত্থ ফঙিঙ। ১২।

সত্ত্বিক্কী অহঙ্কারগী মশক উপাধিনা তিল্লবা ঐঙোন্দা, অনি লোং-দনা, আত্মা ওইনা, অধিষ্টাতৃ দেবতা ওইনা, পুক্লিংবু থম্লগা, ঐঙোন্দা পুক্লিং হাপলবা যোগীনা, ইন্দ্রিয় পুম্নমক্কী মপুগী মশক ওইন প্রাপ্তি কৌবা সিদ্ধিত্থ ফঙিঙ। ১৩।

ক্রিয়াশক্তি রজঃনা প্রধান ওইবা মহত্তত্ত্ব-সূত্রনা উপাধি ওইবা ঐঙোন্দা পুক্লিং থম্লবা যোগী অতুনা; অব্যক্ত ব্রহ্মদগী ওইরক্লবা ব্রহ্মা-তগী ওইবা; হায়বদি পুম্নমক্কগী অথোয়বা; ঐগী প্রাকাম্য কৌবা সিদ্ধিবু ফঙিঙ। ১৪

গুণ অহুমগী মশক মায়াগী মপু ওইবা, কালগী মশক ওইনা

বিষ্ণৌ ত্র্যধীশ্বরে চিত্তং ধারয়েৎ কালবিগ্রহে।
স ঈশিত্বমবাপ্নোতি ক্ষেত্র ক্ষেত্রজ্ঞচোদনাম্। ১৫।
নারায়ণে তুরীয়াখ্যে ভগবচ্ছব্দশব্দিতে।
মনো ময্যাদধদ্ যোগী মদ্ধর্ম্মা বশিতামিয়াৎ। ১৬।
নির্গুণে ব্রহ্মণি ময়ি ধারয়ন্ বিশদং মনঃ।
পরমানন্দমাপ্নোতি যত্রকামোঽবসীয়তে। ১৭।

ত্র্যধীশ্বরে ( গুণ অহুমগী মশক মায়াগী মপু ওইবা ) কালবিগ্রহে ( কালগী মশক ওইনা পুন্নমক্কী মুংদা লৈবা [মরম অহুনা]) বিষ্ণৌ (পুন্নমক্তা শিন্থুংলবা ) [ময়ি] ( পরমেশ্বর ঐঙোন্দা ) চিত্তধারয়েৎ ( পুক্নিং থম্লবা) সঃ ( যোগী অহুনা ) ক্ষেত্র ক্ষেত্রজ্ঞচোদনাং (জীবগী উপাধি শরীর অসিবু ক্ষোংদোকপা ) ঈশিত্বং ( ঈশিত কৌবা সিদ্ধিবু ) অবাপ্নোতি ( ফঙিঙ ) ১৫

ভগবৎ শব্দ শব্দিতে ( ভগবৎ শব্দনা হায়রিবা ) তুরীয়াখ্যে ( তুরীয় হায়না হায়নবা) নারায়ণে [ ময়ি ] (নারায়ণ ঐঙোন্দা ) মন আদধৎ ( পুক্নিং হাপ্লবা ) মদ্ধর্ম্ম ( ঐগী ধর্ম্মনা তিল্লবা ) যোগী ( যোগী অহুনা ) বশিতাং ( বশিতা কৌবা সিদ্ধিবু ) ইয়াৎ ( ফঙডি ) । ১৬।

নির্গুণে ( সংসারগী গুণনা শোক্তবা ) ময়ি ব্রহ্মনি ( পরংব্রহ্ম ঐঙোন্দা ) বিশদং ( অমোৎপা য়াওদ্রবা মন ( পুক্নিং অসিবু ) ধারয়ন্ ( ধারন তৌরগা ) যত্র ( পরমানন্দ রূপ অহুদা ) কামঃ (অপাম্বা পুন্নমক্কা ) অবশীয়তে [ অবসান ওই ] ( মপুং ফাবা ওই ) [ তং ] পরমানন্দং ( অহুগুম্বা অথোইবা আনন্দগী মশক ওইবা ) ( কামাবসায়িতা কৌবা সিদ্ধিত্ ) অবাপ্নোতি ( ফঙডি ) । ১৭।

পুন্নমক্কী মুংদালৈবা, মরম অহুনা পুন্নমক্তা শিন্থুংলবা পরমেশ্বর ঐঙোন্দা পুক্নিং থম্লবা যোগী অহুনা, জীবগী উপাধি শরীর অসিবু ক্ষোংদোকপা ঈশিত্ব সিদ্ধিবু ফঙডি । ১৫ ।

ভগবৎ শব্দনা হায়রিবা তুরীয় কৌবা নারায়ণ ঐঙোন্দা পুক্নিং হাপ্লবা ঐগী ধর্ম্মনা তিল্লবা যোগী অহুনা বশিতা কৌবা সিদ্ধিত্ ফঙডি ।১৬।

**শ্বেতদ্বীপপতৌ চিত্তং শুদ্ধে ধর্ম্মময়ে ময়ি।**
**ধারয়ন্ শ্বেততাং যাতি ষড়ূর্ম্মিরহিতোনরঃ ।।১৮।**
**ময্যাকাশাত্মনি প্রাণে মনসা ঘোষমুদ্বহন্।**
**তত্রোপলব্ধা ভূতানাং হংসোবাচঃ শৃণোত্যসৌ ।।১৯।**

---

শ্বেতদ্বীপপতৌ ( শ্বেতদ্বীপকি মপু ) শুদ্ধে ( শেংলবা সত্ত্ব গুণদগী পোকপা ) ধর্ম্মময়ে ( ধর্ম্মগী ওইবা মশক ) ময়ি ( ঐঙোন্দা , চিত্তং ধারয়ন্ ( পুক্লিং হাপচিল্লগা ) ষড়ঊর্ম্মিরহিতঃ ( অরাম খোৗরাংনচিংবা মখল তরুক্কী লাংতক্লবা লৈত্রবা ) নর ( মী অহুনা ) শ্বেততাং যাতি ( শুদ্বরূপ ফঙডি ) ।১৮।

---

আকাশাত্মণি ( আকাশকী অহুগুম্বা সমষ্টিব্যষ্টীগী মশক প্রাণ অহুগী ) প্রাণে ময়ি ( প্রাণ ওইবা ঐঙোন্দা ) মনসা ( পুক্লিংনা মরম ওইহুনা ) ঘোষং [ নাদ ] ( খোন্থোক অহুবু ) উৎবহন্ ( নিংলগা ) তত্র ( আকাশ অহুদগী ) উপলব্ধা ( ফংলবা [ পোক্লবা ]) ভূতানাং ( প্রাণিশিংগী ) বাচঃ ( খোন্থোক [ ৱাহৈ ] ময়াম অহুবু ) অসৌ হংস ( জীব অহুনা ) [ শুদ্ধ সন্ ] ( য়াম্না শেংনা ) শৃনোতি ( তায় ) ।১৯।

---

সংসারগী গুণনা শোক্ত্রবা পরংব্রহ্ম ঐঙোন্দা, অমোৎপা য়াউদ্রবা ( মন ) পুক্লিং, অসিবু ধারন্ তৌরগা, পরমানন্দরূপ অহুদা অপাম্বা পুম্নমক্লা মপুং ফাই, অহুগুম্বা অথোইবা আনন্দগী মশক ওইবা কামবসায়িতা কৌবা সিদ্ধি অহু ফঙডি ।১৭।

শ্বেতদ্বীপকী মপু শেংলবা সত্ত্বগুণদগী পোকপা ধর্ম্মগী মশক ওইবা ঐঙোন্দা পুক্লিং থম্লগা, অরাম খোৗরাংবনচিংবা মখল তরুক্কী লাংতক্লবা লৈত্রবা মী অহুনা শুদ্ধরূপ ফঙডি ।১৮।

আকাশকী অহুগুম্বা ব্যষ্টি সমষ্টিগী মশক প্রাণ, অহুগীস্থ প্রাণ ওইবা ঐঙোন্দা পুক্লিংনা মরম ওইহুনা খোন্থোক অহুবু নিংলগা, আকাশ অহুদগী ফংলবা প্রাণিশিংগী ৱাহৈ ময়াম অহুবু মী অহুনা য়াম্না শেংনা তায় ।১৯।

সূর্য্যদা মিৎ অসিবু নিংথিনা তিম্নহল্লগা, সূর্য্য অহুবুশু মিৎকা

চক্ষুস্তুষ্টরি সংযোজ্য ত্বষ্টারমপি চক্ষুষি।
মাং তত্র মনসা ধ্যায়ন্ বিশ্বং পশ্যতি দূরতঃ ।২০।
মনো ময়ি সুসংযোজ্য দেহং তদনু বায়ুনা।
মদ্ধারণানুভাবেন তত্রাত্মা যত্র বৈ মনঃ।২১।
যদা মন উপাদায় যদ্ যদ্রূপং বুভুষতি।
তৎ তৎ ভবেৎ মনোরূপং মদ্ যোগবলমাশ্রয়ঃ ।২২।

ত্বষ্টরি ( সুর্য্যদা ) চক্ষু সংযোজ্য ( মিৎ অসিবু নিংথিনা তিম্ন-হল্লগা ) ত্বষ্টরং অপি ( সুর্য্য অত্থবুগু ) চক্ষুষি ( মিৎকা তিম্নহল্লগা ) তত্র ( মত্থদা ) মাং ( ঐবু ) মনসা ( পুক্লিংনা মরম ওইত্থনা ) ধ্যায়ন্ ( ধ্যান তৌরগা ) বিশ্বং [ সর্ব্বং ] ( সংসার পুম্নমক ) দূরত ( থাপ্পা ) পশ্যতি ( উই )।২০।

মনঃ ( পুক্লিংবু । দেহং চ ( সংসার অসিবুগু ) তদনু—বায়ুনা ( দেহ অসিগা লোইননা লৈরিবা মুংশিংকা লোইননা ) ময়ি ( ঐঙোন্দা ) সুসংযোজং ( ফজনা মপুংফানা তিনশিল্লগা ঐবু ভজনা তৌই ) মদ্ধারনা-নুভাবে ( ঐবু অস্থম্না ভজনা তৌবা অত্থদগী ওইরকপা প্রভাব অত্থনা ) যত্র ( মফম অত্থদা ) মনঃ যাতি ( পুক্লিংনা চৎপা ) তত্র ( মত্থদা ) আত্মা বৈ ( শরীরনগু শোয়দনা চৎলি ) ।২১।

মৎযোগবলমাশ্রয় ( ঐগী থংবা ঙমম্ববা শক্তিনা মখল মখলগী মশক লৌরিবা, অত্থগুম্বা ঐঙোন্দা পুক্লিং হাপচিনবা অত্থগী তৌবঙম্বা পাঙ্গল মত্থমক্তনা, আশ্রয় ওইরবা যোগী অত্থনা ) যদা ( মতম অত্থদা ) মনঃ ( পুক্লিংবু ) উপাদায় ( উপাদান কারণ ওইরগা ) যৎযৎ রূপং ( মী লাইন-চিংবগী মশকপু) বুভুষতি (ওইগে নিংবা ) তৎ তৎ (মত্থ মত্থগী ) মনোরূপং ( অপাম্বা মশক্না ) ভবেৎ ( ওই ) ।২২।

তিম্নহল্লগা, মত্থদা ঐবু পুক্লিংনা মরম ওইত্থনা ধ্যান তৌরগা সংসার পুম্নমক উই।২০।

পুক্লিংবু, সরীর অসিবুগু, অনি অসিগা লোইননা লৈরিবা মুংশিংকা লোইননা ঐঙোন্দা, ফজনা মপুংফানা তিনশিল্লগা ঐবু নিংই ভজনা তৌই,

পরকায়ান্ বিশন্ সিদ্ধ আত্মানং তত্র ভাবয়েৎ ।
পিণ্ডং হিত্বা বিশেৎ প্রাণো বায়ুভূতঃ ষড়ঙ্ঘ্রিবৎ ।২৩।
পাষ্ণ্যাপীড্য গুদং প্রাণং হৃদুরঃ কণ্ঠ মূর্দ্ধসু ।
আরোপ্য ব্রহ্মরন্ধ্রেণ ব্রহ্মণীত্বোৎসৃজেত্তনুং ।২৪।

সিদ্ধ ( সিদ্ধ যোগনা ) প্রানঃ বিশন ( থরাইনা চংনিংলবা [তদা মহুদা ) তত্র পরকায়ান্ (অতোপ্পগী হকচাংদা) আত্মানং ( মশাবু ) ভাবযেৎ (ভাবনা তৌগনি ) [চ] ( অদুম্না ভাবনা তৌরগা ) পিণ্ডং (অপোবা শরীর অসিবু ) হিত্বা ( থাদোক্লগা ) প্রান ( মপুং ওইনা লিঙ্গ শরীরনা উপাধি ওইরগা ) বায়ুভুত ( মপানগী মুংশিংনা লম্বী ওইদুনা ) বিশেৎ ( অতোপ্পগী শরীরদা চংগমি ) ষড়ঙ্ঘ্রিবৎ ( মহুদি খোইমুনা অতোপ্পা লৈদা ইলায় লাইনা চংপা অদুগুম্না চংগনি ) ।২৩।

পাষ্ণ্যা ( খোংগী খুনিংনা) গুদং [মুলাধার] (অমাংথোংবু ) আপীড়ং ( নিংথিনা থিংলগা=মেনশিল্লগা ) প্রাণং ( প্রাণনা উপাধি ওইবা, আত্মাবু ) হৃদুরঃকর্ণমুর্দ্ধসু ( হৃদি থবাক খোরি লরাই লেমফুদা ) আরোপ্য ( পুরক্লগা ) ব্রহ্মরন্ধ্রেন লরাইগী থোংনা মরম ওইদুনা ) ব্রহ্ম [ ব্রহ্মে ] ব্রহ্মদা ( অতোপ্পা পুনিংবা মফমদা ) নীত্বা ( পুরগা ) তনুং ( শরীর অসিবু ) ত্যজেৎ ( থাদোক্কনি ।২৪।

অদুম্না ভজনা তৌবা অদুদগী ওইরকপা প্রভাবনা, মফম অদুদা পুক্লিংনা চংপা মহুদা শরীর ( হকচাং ) অসিশু চংলি ।২১।

ঐগী, খংব ঙমদ্রবা শক্তিনা মথল মথলগী মশক লৌরিবা, অদুগুম্ব ঐঙোন্দা পুক্লিং হাপচিল্লবা, অদুগী তৌবঙম্বা পাঙ্গল মহুমক্তনা আশ্রয় ওইরবা যোগী অদুণা, মতম অদুদা পুক্লিংবু উপাদান কারণ ওইরগা, মী লাইনা চিংবগী মশক ওইগে নিংবা, মহু মহুগী অপাম্বা মশক অদু ওই ।২২

সিদ্ধ যোগী অদুনা অতোপ্পগী হকচাংশিংদা চংনিংলবা ( মহুদা ) অতোপ্পগী হকচাংদা মশাবু ভাবনা তৌগনি, অদুম্না ভাবনা তৌরগা অপোবা শরীর অসিবু থাদোক্লগা, মপুং ওইনা লিঙ্গ শরীরনা উপাধি ওইরগা, মপানগী মুংশিংনা লম্বী ওইদুনা অতোপ্পা হকচাংদা চংগনি,

বিহরিষ্যন্ সুরাক্রীড়ে মৎস্থং সত্বং বিভাবয়েৎ।
বিমানেণোপতিষ্ঠন্তি সত্ববৃত্তীঃ সুরস্ত্রিয়ঃ। ২৫।
যথা সংকল্পয়েদ্ বুদ্ধ্যা যদা বা মৎপরঃ পুমান্।
ময়ি সত্যে মনো যুঞ্জংস্তথা তৎ সমুপাশ্নুতে। ২৬।

সুরাক্রীড়ে (দেবতাশিংগী শান্নফম উদ্যানদা-বন্দা) বিহরিষ্যন্ (শান্ননিংলবা যোগী অহুনা) [যদা] (মতম অহুদা) মৎস্থং (ঐগী মুত্তি ওইবা) [শুদ্ধং] সত্বং (মক্তব্রা সত্ব গুণ অহুবু) বিভাবয়েৎ (থোই-দোক্লা মপুং ফানা নিংগনি) [তদা] (মতম অহুদা) সত্ববৃত্তী [সত্ববৃত্তয়] (সত্বগুণগী শরুক্তী ওইরক্লবা,) সুরস্ত্রিয়ঃ (লাইগী নুপীশিং অহুনা) । ইগা লোঈননা) উপতিষ্ঠন্তি (মহাক্কী নাক্তা লেপ্লে) । ২৫ ।

মৎপর (ঐগী সেবাদ মপুক্লিং চংলবা) পুমান্ (পুরুষ অহুনা) [সত্য সংকল্পে] (নিংত নিংবদা ওইরবা) ময়ি (ঐঙোন্দা) মনো যুঞ্জন্ পুক্লিং নিংথিনা থম্লগা) বুদ্ধ্যা (বুদ্ধি অহুনা) যথা বা (করিগুম্বা অমসু) সংকল্পয়েৎ (নিংথিনা নিংলিবা) তৎ (মহু) যদা বা (মতম চাপ্রবসু) তথাবৎ (মহুমক ওইনা) সমুপাশ্নুতে (ফঙডি) । ২৬।

মহুদি খোইমুনা অতোপ্পা লৈদা ইলায় লাইনা চৎপা অহুগুম্না চংগনি। ২৩

খোংগী খুনিংনা মুলাধার--অমাংথোংবু নিংথিনা মেনশিল্লগা, প্রাণনা উপাধি ওইবা আত্মাবু, হৃদি থবাক খৌরি লরাইলেমফুদা পুরক্লগা, লরাইগী থোংনা মরম ওইহুনা ব্রহ্মদা নত্রগা অতোপ্পা পুনিংবা মফম শরীরনচিংবা মফমদা পুরগা শরীর অহু থাদোক্কনি । ২৪।

দেবতাশিংগী শান্নফম উদ্যানদা বন্দা শান্ননিংলবা যোগী অহুনা মতম অহুদা ঐগী মূর্ত্তি ওইবা মক্তব্রা সত্বগুণ অহুবু থোইদোক্লা মপুং ফানা নিংগনি, মতম অহুদা, সত্বগুণগী শরুক্তগী ওইরক্লবা লাইগী নুপীশিং-না দোলাইগা লোইননা মহাক্কী নাক্তা লেপ্লে । ২৫।

ঐগী সেবাদ মপুক্লিং চংলবা পুরুষ অহুনা, সত্যসংকল্প ওইবা ঐঙোন্দা পুক্লিং নিংথিনা থম্লগা, পুক্লিং অহুনা করিগুম্বা অমা নিংথিনা নিংলিবা অহু

যো বৈ মদ্ভাবমাপন্ন ঈশিতুর্বশিতুঃ পুমান্।
কুতশ্চিন্ন বিহন্যেত তস্য চাজ্ঞা যথা মম ।২৭।
মদ্ভক্ত্যা শুদ্ধচিত্তস্য যোগিনো ধারণাবিদঃ।
তস্য ত্রৈকালিকী বুদ্ধির্জন্মমৃত্যু পবৃংহিতা ।২৮।
অগ্ন্যাদিভির্ন হন্যেত মুনের্যোগময়ং বপুঃ।
মদ্‌যোগশান্তচিত্তস্য যাদসামুদকং যথা।২৯।

---

ঈশিতু ( পুম্নমকপু খুত্নম চল্লিবা ) বশিতু ( কনাগীসু মখা পোন্দবা ) মং [মম] ( ঐগী ) ভাবং ( স্বভাব অদুবু ) বৈ ( লেপ্পা ) আপন্ন ( ফংলবা) য পুমান্ ( অদুগুম্বা পুরুষ অদুনা ) যথা ( অদুম্না ) মম তথা ( ঐনা তৌবগুম্না ) তস্য ( পুরুষ অদুগী ) আজ্ঞা চ ( য়াহৈ অদুশু ) কুতশ্চিৎ ( করিগুম্বদসু ) ন বিহন্যেত ( অমরোমদা মাংদে ) ।২৭।

---

মং ভক্ত্যা ( ঐগী ভক্তিনা মরম ওইদুনা ) শুদ্ধচিত্তস্য ( পুকচেল শেংলবা ) ধারণাবিদঃ ( জগৎকী সৃষ্টী স্থিতি প্রলয়নচিংবগী মতম খংলবা ঈশ্বর অদুবু হৃদিদা থম্লবা ) তস্য যোগীন ( অদুগুম্বা যোগী অদুগী ) জন্মমৃত্যুপবৃংহিতা ( মতম শাংনা পুনশিবা ) [চ] ( অমসুং ) ত্রৈকালিকী ( মতম অহুমগী [ হৈখ্রবা-ওইরিবা-লাকদৌরিবা ] ওইবা বস্তু পুম্নমক খংবা ) বুদ্ধি ( বুদ্ধিনা ) [ ভবতি ] ( ওই ) ।২৮।

---

মং যোগ শান্তচিত্তস্য ( ঐগী ভক্তিযোগনা মরম ওইদুনা পুক্লিং লৈতারবা ) মুনে ( মুণিগী ) যোগময়ং ( যোগমকী মশক ওইরবা ) বপুঃ ( শরীর অদুবু) অগ্ন্যাদিভিঃ ( মৈনচিংবা মাংহনব য়াবা পুম্নমক্না ) ন হন্যেত ( মাংহনবা ঙমদ্রে) যাদশাং ( ঈশিংদা লৈবা জীব পুম্নমক্কী ) যথা [ অভিঘাতকং ] ( অদুম্না মাংহনবা অদুবু ) উদকং ন ( ঈশিংনা ওইদে ) [তথা] ( মতৌ অদুগুম্না ওই ) ।২৯।

---

মতম চাঅবসু মদুমক ওইনা ফঙউি ।২৬।

পুম্নমকপু খুত্নম চল্লিবা কনাগীসু মখা পোন্দ্রবা ঐগী স্বভাব অদুবু লেপ্পা ফংলবা পুরুষ অদুনা, অদুম্না ঐনা তৌবগুম্না, মহাক্কী য়াহৈ অদুশু করিগুম্বদা অরেম্বদা মাংদ্রে ।২৭।

মৎবিভুতীরভিধ্যায়ন্ শ্রীবৎসাস্ত্রবিভুষণাঃ ।
ধ্বজাতপত্র ব্যজনৈঃ স ভবেদপরাজিতঃ ।৩০।
উপাসকস্য মামেবং যোগধারণয়া মুনেঃ ।
সিদ্ধয়ঃ পূর্ব্বকথিতা উপতিষ্ঠন্ত্যশেষতঃ ।৩১।

সঃ ( পুকচেল শেংলবা যোগী অহুনা ) শ্রীবৎসাস্ত্রবিভুষণা ( কৌ-স্তুভমণি, শঙ্খ চক্র গদা পদ্মনা লৈতেংলবা ) ধ্বজাতপত্রব্যজনৈ ( ফিরান, ছত্র, চামরগা লোইনবা ) মদ্‌বিভূতী ( ঐগী অবতার পুম্নমকপু ) অভি-ধ্যায়ন্ ( নিংলিবা মহাক্না ) অপরাজিত ( মাইথিবা ফংদনবা ) ভবেৎ ( ওই ) ।৩০।

মাং ( ঐবু ) উপাসকস্য ( নিংজরিবা ) মুনে ( মুণি অহুগী মফমদা মনাক্তা ) এবং ( অসুম্না ) পূর্ব্বকথিতা ( মথক্তা হায়খিবা ) যোগধারণয়া ( যোগসাধন্না মরম ওইহুনা ফংলবা ) সিদ্ধয়: ( সিদ্ধিশিং অসিনা ) অশেষত ( খাকহৌদনা ) উপতিষ্ঠন্তি ( থুংলৈ ) ।৩১।

ঐগী ভক্তিনা মরম ওইহুনা পুকচেল শেংলবা, জগৎকী সৃষ্টি-স্থিতি প্রলয়নচিংবগী মতম থংলবা ঈশ্বর অহুবু ( ঐহাকপু ) হৃদিদা থম্নবা যোগী অহুগী, মতম শাংনা পুম্লিবা অমসুং মতম অহুম ( হোৎৰবা ওইরিবা লাক্কদৌরিবা ) গী পোৎ পুম্নমক খংবা বুদ্ধি ওই ।২৮।

ঐগী ভক্তিযোগনা মরম ওইহুনা পুক্নিং লৈত্তারবা মুনিগী, যোগ-মক্কী মশক ওইরবা শরীর অহুবূ, মৈনচিংবা মাংহনবা য়াবা পুম্নমক্তা মাংহনবা ঙমগ্রে, ঈশিংদা লৈবা জীব পুম্নমক্কী, অহুম্না মাংবা ( শিবা] অহুবু ঈশিংনা মরম ওইদে, মতৌ অহুগুম্না ওই ।২৯।

পুকচেল শেংলবা যোগী অহুনা, কৌস্তুভমণি শঙ্খ চক্র গদা পদ্মনা লৈতেংলিবা ফিরান্ ছত্র চামর লোইনরিবা, ঐগী অবতার পুম্নমকপু নিংলবা মহাক্না করিগুম্বদা মাইথিবা ফংদ্রে ।৩০।

ঐবু নিংজরিবা মুণি অহুগী মনাক্তা, অসুম্না মথক্তা হায়খিবা, যোগসাধন্না মরম ওইহুনা ফংলবা সিদ্ধিশিং অসিনা থাকহৌদনা থুংলৈ ।৩১।

জিতেন্দ্রিয়স্য দান্তস্য জিতশ্বাসাত্মনো মুনেঃ।
মদ্ধারণাং ধারয়তঃ কা সা সিদ্ধিঃ সুদুর্লভা ।৩২।
অন্তরায়ান্ বদন্ত্যেতা যুঞ্জতো যোগমুত্তমম্।
ময়া সম্পদ্যমানস্য কালক্ষেপণহেতবঃ ।৩৩।

---

জিতেন্দ্রিয়স্য ( ইন্দ্রিয় খুত্থম চল্লবা ) দান্তস্য ( পুক্লিং লাকশিল্লবা) জিতশ্বাসাত্মনঃ (প্রাণবায়ু অমসুং ব্যাবহারিক স্বভাবপু খুত্থম চল্লবা) মদ্ধারণাং ( ঐনা হৌজিক ধারণ তৌরিবা স্বরূপ অসিবু ) ধারয়ত ( নিংলবা ধারণা তৌরিবা ) মুণে ( মুণি অদুগী ) সুদুর্লভা ( ফংঙমদবা ) সা সিদ্ধি ( অদুগুম্বা সিদ্ধিনা ) কা ( করি লৈবগে ) ।৩২।

---

উত্তমং ( পুন্নমক্তগী হেল্লবা ) যোগং ( ভক্তিযোগবু ) যুঞ্জত ( অনুষ্ঠান তৌরিবা ) যোগীন ( যোগীশিংনা ) এতা ( হায়খ্রিবা সিদ্ধি পুন্নমক অসিবু) অন্তরায়ান ( বিঘ্ননি হায়না ) বদন্তি ( হায়রি ) যত (মরমদি ময়া ( ঐবু ফংবনা মরম ওইদুনা ) সম্পদ্যমানস্য ( ভক্তগী ফংলক্কদৌরিবা, ঐবু ফংবগী মশক ওইবা সম্পত্তি অদু ) কালক্ষেপণহেতব ( নিতি মুমিং খুদিংগী মযেং তাহল্লি ) ।৩৩।

---

ইন্দ্রিয়খুত্থম চল্লবা পুক্লিং লাকশিল্লবা প্রাণবায়ু অমসুং ব্যাবহারিক স্বভাবপু খুত্থম চল্লবা, ঐনা হৌজিক ধারণ তৌরিবা স্বরূপ অসিবু ধারনা তৌরিবা মুণি অদুগী ফংঙমদবা অদুগুম্বা সিদ্ধিবু করি লৈবগে ? ।৩২।

পুন্নমক্তগী হেল্লবা নিষ্কাম ভক্তিযোগবু অনুষ্ঠান তৌরিবা যোগীশিংনা হায়খ্রীবা সিদ্ধি পুন্নমক অসিবু বিঘ্ননি হায়, মরমদি ঐ ফংবনা মরম ওইদুনা ভক্তগী ফংলক্কদৌরিবা, ঐবু ফংবগী মশক ওইবা সম্পত্তি অদু নিতি মুমিং খুদিংগী মযেং তাহল্লি ।৩৩।

পোক্লফম্মা মরম ওইদুনা ইন্দ্রনচিংবা লাইশিংগী সিদ্ধি থরা অদুম ওই, অদুগুম্না ঔষধিনা, তপস্যানা মন্ত্রনা মরম ওইদুনা অদুক্কী মথৈ ওইবা সিদ্ধিশিং অসিনা সংসার অসিদা ওই, হায়খ্রিবা পুন্নমক অসিমক নিষ্কাম ভক্তিযোগ অসিনা মরম ওইদুনা ফংঙি, সালোক্যনচিংবা মুক্তি অসিবু, জন্মৌষধিনচিংবা অতোপ্পা যোগ সাধন অমনা মরম ওইদুনা ফংবা

জন্মৌষধিতপোমন্ত্রৈর্যাবতীরিহ সিদ্ধয়।
যোগেনাপ্নোতি তা: সর্ব্বা নান্যৈর্যোগগতিং ব্রজেৎ। ৩৪।
সর্ব্বাসামপি সিদ্ধীনাং হেতুঃ পতিরহং প্রভুঃ।
অহং যোগস্য সাংখ্যস্য ধর্ম্মস্য ব্রহ্মবাদিনাম্। ৩৫।

---

জন্মৌষধি তপোমন্ত্রৈ ( জন্মনা-পোক্লফম্না মরম ওইত্তুনা ইন্দ্রনচিংবা লাইশিংগী সিদ্ধি খরা অত্তুম ওই, অত্তুগুম্না ঔষধিনা, তপস্যানা; মন্ত্রনা, মরম ওইত্তুনা ) যাবতী ( অত্তুক্কী মখৈ ওইবা ) সিদ্ধয়ঃ ( সিদ্ধিশিং অসিনা) ইহ ( সংসার অসিদা ) ভবন্তি ( ওই ) তা: সর্ব্বাঃ [ এব ] ( হায়রিবা পুম্নমক অসিমক ) যোগেন নিষ্কাম ভক্তিযোগনা মরম ওইত্তুনা ) প্রাপ্নোতি ( ফংভি ) যোগপতিং ( সালোক্যনচিংবা মুক্তি অসিবু ) অন্যৈঃ ( অতোপ্পা জন্মৌষধিনচিংবা যোগসাধন্না মরম ওইত্তুনা ) ন ব্রজেৎ ( ফংবা ঙমদে ) ।৩৪।

---

সর্ব্বাসাং অপি সিদ্ধীণাং ( হায়খ্রিবা সিদ্ধি পুম্নমক অসিবু ) অহং ( ঐনা ) হেতু ( পিবনি ) যোগস্য ( যোগগী ) সাঙ্খ্যসা ( সাঙ্খ্যগী ) ব্রহ্মবাদিণাং ( বেদবু তাক্লিবা অমদি হায়রিবা ব্রহ্মণশিংগী ) ধর্ম্মস্য [ চ ] ( ধর্ম্মগীসু ) অহং ( ঐতনা ) পতিঃ ( ঙাকপনি ) প্রভুঃ ( মপুনি ) ।৩৫।

---

ঙমদে ।৩৪।

হায়খ্রিবা সিদ্ধি পুম্নমক অসি ঐনা পিবনি, যোগগী, সাঙ্খ্যগী, বেদবু তাক্লিবা অমদি হায়রিবা ব্রাহ্মণশিংগী অমসুং ধর্ম্মগী ঐতনা ঙাকপনি, মখোয়সিগী মপুশু ঐনি ।৩৫।

জীব পুম্নমক্কী অন্তর্য্যামী ওইনা লৈরিবা আত্মা অসি ঐনি, মপান্দসু শিন্থুংনা লৈ, মরমদি করিগুম্বা অমনা কুপশিনবা ঙমদে, মত্তুগী খুদমদি পঞ্চভুতকী ওইবা মখল মরিগী ( ছুমাংদগী, লৈপাক্তগী, মরুমদগী, নাংথয়োমদগী ) পোকপা হকচাংশিং অসিদা, পঞ্চ মহাভুতনা তৌবা অত্তুগুম্না, ঐনসু অত্তুগুম্না ওই ।৩৬।

অহমাত্মান্তরো বাহ্যোঽনাবৃতঃ সর্ব্বদেহিনাম্।
যথা ভূতানি ভূতেষু বহিরন্তঃ স্বয়ং তথা ।৩৬।
ইতি শ্রীমদ্ভাগবতে মহাপুরাণে পারমহংস্যাং সংহিতায়াং
বৈয়াসিক্যাং একাদশ স্কন্ধে পঞ্চদশোঽধ্যায়ঃ ।১৫।

---

সর্ব্বদেহিনাং (জীব পুম্নমক্কী) অন্তরঃ (অন্তর্যামী ওইনা লৈ-রিবা) আত্মা (আত্মা অসি) অহং (ঐনি) বাহ্যঃ চ (মপান্দ শিন্দুনা লৈ) [তৎ] মরমদি অনাবৃত (করিগুম্বা অমনা কুপশিনবা ঙমদবনি) যথা (মতৌগী খুদমদি) ভূতেষু (পঞ্চভূতকী ওইবা মখল মরিগী [হুমাংদগী পোকপা, লৈপাক থিঙ্গায়দুনা পোকপা, মরুমদগী পোকপা, অমসুং নাওয়োমদগী পোকপা] শরীরশিং অসিদা) ভূতানি যথা (মহাভূতনা তৌব অদুগুম্না) স্বয়ং [অহমপি] (ঐনশু) তথা [ভবতি] (মদুম্না ওই) ।৩৬।

---

মতাং অসিদা বেদব্যাসনা লেংবা শ্রীমদ্ভাগবতকি একাদশ স্কন্ধগী তরামঙাশুবা অধ্যায় লোইরে॥

— — — —

# শ্রীমদ্ভাগবতম্

## একাদশ-স্কন্ধঃ

## ষোড়শোঽধ্যায়ঃ

—: (O) :—

উদ্ধব উবাচ !

ত্বং ব্রহ্ম পরমং সাক্ষাদনাদ্যন্তমপাবৃতম্।
সর্ব্বেষামপি ভাবানাং ত্রাণস্থিত্যপ্যয়োদ্ভবঃ ।১।
উচ্চাবচেষু ভূতেষু দুর্জ্ঞেয়মকৃতাত্মভিঃ ।
উপাসতে ত্বাং ভগবান্ যথা তথ্যেন ব্রাহ্মণাঃ ।২।

---

উদ্ধব উবাচ (উদ্ধবনা হংজখি হে সর্ব্বাত্মন্ ! ) সর্ব্বেষাং ( অয়াম্বা ) ভাবানাং ( লৈরিবা পদার্থ পুম্নমক অসিগীসু ) ত্রাণ স্থিত্যপ্যয়োদ্ভব ( ঙাকপিবা হিংহনবা মাংহনবা, অসি পুম্নমক্কী পোকফম ) অপাবৃতং ( হাংদোক্তুনা লৈবা ) অনাদ্যন্তং ( অহৌবা অরোইবা লৈতবা সাক্ষাৎ শংশংবা ) পরমং ( পুম্নমক্কগী অথোইবা ) ব্রহ্ম ( ব্রহ্মদু ) ত্বম্ ( নহাক্নি ) ।১।

---

হে ভগবান্ ! উচ্চাবচেষু ( অথোই অহেন নাইরিবা ) ভূতেষু ( প্রাণিশিংগী মনুংদা ) অকৃতাত্মভি ( পুকচেল শেংঅবশিংনা ) দুর্জ্ঞেয়ং ( খংবা ঙমদ্রবা ) ত্বাম্ ( নহাকপু ) ব্রাহ্মণা ( বেদগী তাৎপর্য্য খংলবশিংনা ) যথা ? থোন ( অরেপ্পা শক্তমদা ) উপাসতে ( উপাসনা তৌই ) ।২।

---

উদ্ধবনা হায়খি ! অয়াম্বা লৈরিবা পদার্থ পুম্নমক অসিগীসু ঙাকপিবা হিংহনবা মাংহনবা অসি পুম্নমক্কী হৌরকফম কারন্ পুম্নমক্তা হাংদোক্তুনা লৈবা, অহৌবা অরোইবা লৈতবা, শংশংবা পরং ব্রহ্ম অদু নহাক্নি ।১।

যেষু যেষু চ ভাবেষু ভক্ত্যা ত্বাং পরমর্ষয়ঃ ।
উপাসীনাঃ প্রপদ্যন্তে সংসিদ্ধিং তদ্ বদস্ব মে ।৩।
গুঢ়শ্চরসি ভূতাত্মা ভূতানাং ভূতভাবন ।
ন ত্বাং পশ্যন্তি ভূতানি পশ্যন্তং মোহিতানি তে ।৪।

---

চ ( অমসুং ) যেষু যেষু ( অদু অদুগুম্বা ) ভাবেষু ( ভাবতা ) ভক্ত্যা ( ভক্তিনা মরম ওইদুনা ) ত্বাং ( ইবুঙঙো নহাকপু ) উপাসীনা [ উপাসনা তৌরিবা ) পরমর্ষয়ঃ ( অথোইবা ঋষিশিংনা ) সংসিদ্ধিং ( পুন্নমক্তগী অথোইবা প্রেমভক্তি [ জ্ঞাণ ] অদুবু ) প্রপদ্যন্তে ( ফঙভি ) তৎ ( মদু ) মে ( ঐগী ইফমদা ) বদস্ব ( হায়বিয়ু ) ।৩।

---

হে ভূতভাবন্ (হে সর্ব্বাত্মন্ ) [ত্বং] ( নহাক্না ) ভূতানাং ( প্রাণিশিং অসিগী ) গুঢ়ঃ চরসি ( মুংদা লৈবিরি ) [অতঃ] ( মরম অসিদগী ) ভূতাত্মা ( প্রাণিশিংগী আত্মানি ) তে ( নহাক্কী ) [মায়য়া] ( মায়ানা মরম ওইদুনা ) মোহিতানি ( ওন্ননা খংলবা ) ভূতানি ( প্রাণিশিং অসিনা ) ত্বাং ( ইবুঙঙো নহাকপু ) পস্যন্তং [ পশ্যন্ অপি ] ( উনা উনা ) ন পশ্যন্তি ( উদে ) ।৪।

---

হে ভগবান্ ! অথোই অহেন নাইরিবা প্রাণিশিংগী মনুংদা, পুকচেল শেংদবশিংনা খংবা ঙমদ্রবা নহাকপু, বেদগী তাৎপর্য্য খংলবশিংনা অরেপ্পা শক্তমদা উপাসনা তৌই ।২।

অমসুং অদু অদুগুম্বা ভাবতা, ভক্তিনা মরম ওইদুনা ইবুঙঙো নহাকপু উপাসনা তৌরিবা অথোইবা ঋষিশিংনা, পুন্নমক্তগী হেণ্বা প্রেমভক্তি ( জ্ঞান ) অদুবু ফঙভি, মদু ঐগী ইফমদা হায়বিয়ু ।৩।

পুন্নমক্কী মশক লৌরিবা! নহাক্না প্রাণিশিং অসিগী মুংদা লৈবিরি, মরম অসিদগী নহাক প্রাণিশিংগী আত্মানি, নহাক্কী মায়ানা মরম ওইদুনা শুম্নাৎলবা প্রাণিশিং অসিনা, ইবুঙঙো নহাকপু উমা উনা খংদে ।৪।

হে ভগবান্ ! পৃথিবীদা, স্বর্গদা, পাত্তালদা, অমদি মাইকৈ পুন্নমক্তা কয়ম কয়দা বিভূতিশিং অদুনা, লেপ্পা ইবুঙঙো নহাক্কী শক্তিবিশেষ অমনা তিনখিবা ? পুন্নমক অদু ঐঙোন্দা হায়বিয়ু, নহাক্কী তীর্থ পুন্নমক্কী চংজফম

যাঃ কাশ্চ ভূমৌ দিবি বৈ রসায়াং
বিভূতয়ো দিক্ষু মহাবিভূতে।
তা মহ্যমাখ্যাহ্যনুভাবিতাস্তে
নমামি তে তীর্থপদাঙ্ঘ্রিপদ্মম্‌ ৫।

শ্রীভগবানুবাচ।
এবমেতদহং পৃষ্টঃ প্রশ্নং প্রশ্নবিদাং বর।
যুযুৎসুনা বিনশনে সপত্নৈরর্জ্জুনেন বৈ ।৬।

হে মহাবিভূতে ( হে ঐশ্বর্য্য পুন্নমক্লা তিন্নবা ভূমৌ ( পৃথিবী অসিদা ) দিবি ( স্বর্গদা ) রসায়াং (পাতালদা) চ ( অমদি ) দিক্ষু ( মাই-কৈ পুন্নমক্তা ) যাঃ কাঃ ( করম করম্বা ) বিভূতয়ো ( বিভূতিশিং অদুনা) বৈ ( লেপ্পা ) তে ( ইবুঙগো নহাক্কী ) অনুভাবিতা ( শক্তিবিশেষ অমনা তিনখিবা ) তাঃ [সর্ব্বাঃ] ( পুম্নমক অদু ) মহ্যং ( ঐঙোন্দা ) আখ্যাহি ( হায়বিয়ু ) তে ( নহাক্কী ) তীর্থপদাঙ্ঘ্রিপদ্মং ( তীর্থ পুন্নমক্কী চংজফম শ্রীচরণপদ্মবু ) নমামি ( ঐনা খুরুমজরি ) ।৫।

শ্রীভগবান্‌ উবাচ ( শ্রীভগবান্‌না হায়খি ) হে প্রশ্নবিদাং বর ( প্রশ্ন খংবশিংগী মহুংদা অথোইবা হে উদ্ধব ) এবং ( মতৌ অসুম্না ) এতৎ এব প্রশ্নঃ ( নংনা হংলিবা অসিমক ) বিনশনে ( কুরুক্ষেত্র অদুদা ) সপত্নৈ ( য়েক্লবশিংগা লোইনরবা ) যুযুৎসুনা ( লান শোক্লনিংলবা ) অর্জ্জুনেন ( অর্জ্জুননা ) অহং ( ঐঙোন্দা ) পৃষ্ট ( হংখ্রবনি ) ।৬।

শ্রীচরণপদ্মবু ঐনা খুরুমজরি ।৬।

শ্রীভগবান্‌না হায়খি, প্রশ্ন খংলবশিংগী মহুংদা অথোইবা হে উদ্ধব। মতৌ অসুম্না মংনা হংলিবা অসিমক, কুরুক্ষেত্র অদুদা য়েক্লবশিংগা লোই-নরবা, লান শোক্লনিংলবা অর্জ্জুননা ঐঙোন্দা হংখ্রবনি ।৬।

ঐনা হাংপনি, মহাক্না শিরবনি অসুম্না, সংসারগী ওইবা বাখম্না, অর্জ্জুনমা নিংথৌ ওইবা ফংনবগীদমক শাগে মচিম মনাও হাংপসি, নিন্দাগী মশক্নি অমসুং অধর্ম্মনি নিংদুনা, লান অদুদগী হন্দোকখি ।৭।

মতম অদুদা, নহাক্না হংবা অসুম্না তেঙ্গোল অনিগী মমাংদা,

জ্ঞাত্বা জ্ঞাতিবধং গর্হ্যমধর্ম্মং রাজ্যহেতুকং ।
ততো নিবৃত্তো হন্তাহং হতোঽয়মিতি লৌকিকঃ । ৭ ।
স তদা পুরুষব্যাঘ্রো যুক্ত্যা মে প্রতিবোধিতঃ ।
অভ্যভাষত মামেবং যথা ত্বং রণমূর্দ্ধনি । ৮ ।
অহমাত্মোদ্ধবামীষাং ভূতানাং সুহৃদীশ্বরঃ ।
অহং সর্ব্বাণি ভূতানি তেষাং স্থিত্যুদ্ভবাপ্যয়ঃ । ৯ ।

অহং ( ঐনা ) হন্তা ( হাৎপনি ) অয়ং ( মসিনা ) হতঃ ( শিরবনি ) ইতি ( অসুম্না ) লৌকিক ( সংসারগী ওইবা ৱাখল্ল [ অর্জ্জুননা] রাজ্যহেতুকং ( নিংথৌ খুবম ফংনবগীদমক ) জ্ঞাতিবধং ( শাগৈ ইচিন ইনাও হাৎপসি ) গর্হ্যং ( নিন্দাগী মশক্কি ) অধর্ম্মং [ চ ] ( অমসুং অধর্ম্মনি হায়না ) জ্ঞাত্বা ( খংদুনা ) ততঃ ( লান অদুদগী ) নিবৃত্তঃ ( হন্দোকখি ) । ৭ ।

তদা ( মতম অদুদা ) যথা ত্বং ( নহাক্না হংবা অসুম্না ) রণমূর্দ্ধনি ( তেঙ্গোল অনিগী মমাংদা ) পুরুষব্যাঘ্র ( নিপা মরক্তগী অথোইবা ) সঃ ( অর্জ্জুননা ) মে ( ঐগী ইফমদা ) যুক্ত্যা ( যুক্তি প্রামাণগা লোইননা ) এবং ( অসুম্না ) প্রতিবোধিত সন্ ( খংহন্দুনা ) মাং ( ঐবু ) অভ্যভাষত ( হায়খিবনি ) । ৮ ।

উদ্ধব ( হে উদ্ধব ) অমীষাং ( অসিগুম্বা ) ভুতাণাং ( প্রাণিশিংগী ) আত্মা ( আত্মাসি ) অহং ( ঐনি ) সুহৃদ্ ( মখোয়গী ফনবা তৌবনি ) ঈশ্বর ( নিয়ম তৌবা ঐনি ) ভুতানি ( চৎলিবা শিজিন্নরিবা ) সর্ব্বানি ( পুম্নমক অসি ) অহং ( ঐনি ) তেষাং মখোয় পুম্নমক অসিগী ) স্থিত্যুদ্ভবাপ্যয়ঃ ( লৈবা, পোকপা মা বা অসিগু) অহং [ এব ] (ঐতনি) । ৯ ।

নিপা মরক্তগী অথোইবা অর্জ্জুন্‌না, ঐগী ইফমদা যুক্তি প্রমাণগা লোইননা অসুম্না খংহন্দুনা, ঐবু হায়খিবনি । ৮ ।

হে উদ্ধব ! অসিগুম্বা প্রাণিশিংগী আত্মা অসি ঐনি, মখোইগী ফনবা তৌবিবা অমদি নিয়ম তৌবা ঐনি, চৎলিবা শিজিন্নরিবা পুম্নমক অসি ঐনি, মখোই পুম্নমক অসিগী পোকপা লৈবা শিবা অসিগু ঐনি । ৯ ।

অহং গতির্গতিমতাং কালঃ কলয়তামহম্ ।
গুণানাঞ্চাপ্যহং সাম্যং গুণিন্যৌৎপত্তিকো গুণঃ । ১০ ।
গুণিনামপ্যহং সূত্রং মহতাঞ্চ মহানহম্ ।
সূক্ষ্মানামপ্যহং জীবো দুর্জ্জয়ানামহং মনঃ । ১১ ।
হিরণ্যগর্ভো বেদানাং মন্ত্রাণাং প্রণবস্ত্রিবৃৎ ।
অক্ষরাণামকারোহস্মি পদানিছন্দসামহম্ । ১২ ।

---

গতিমতাং ( চৎপা ঙম্বা জীবশিংগী) গতি: (চৎপা অহু) অহং (ঐনি) কলয়তাং ( খুদুম চনবশিংগী ) কাল ( কাল হায়বহু ) অহং ( ঐনি ) গুণানাং ( সত্ত্বনচিংবা গুণশিংগী ) সাম্যং ( সাম্যাবস্থাদু ) অহং ( ঐনি) চ ( অমসুং ) গুণিনি ( গুণনা তিনবা [ অঙাংবা অঙৌবনচিংবা মচুনা তিনবা ] পোৎশিংদা ) ঔৎপত্তিক ( পোকপদগী লোইনরকপা ) গুণ ( অঙাংবা অঙৌবদ ) অহং ( ঐনি ) । ১০ ।

---

গুণিণাং অপি ( গুণ লৈবশিংগী মনুংদগু ) সূত্রং ( অহানবা লংজিন্ অহু ) অহং ঐনি মহতাং চ ( অচৌবশিংগী মনুংদগু ) মহান্ ( মহত্তত্ত্ব অদু ) অহং ( ঐনি ) সূক্ষ্মাণাং অপি ( অপিকপা পোৎশিংগী মনুংদা ) জীব ( জীবাত্মাসি ) অহং ( ঐনি ) দুর্জ্জয়াণাং ( খুদুম চনবা বাবশিংগী মনুংদা ) মণ: ( পুক্লিংসি ) অহং ( ঐনি ) । ১১ ।

---

বেদানাং ( বেদ তম্বশিংগী মনুংদা ) হিরণ্যগর্ভ ( ব্রহ্মা হায়বদু ঐনি ) মন্ত্রাণাং ( মন্ত্রশিংগী মনুংদা ) ত্রিবৃৎ ( বর্ন অহুমগী মশক ) প্রণব ( প্রণব হায়বহু ঐনি ) অক্ষরাণাং ( ময়েকশিংগী মনুংদা, অকার:- 'অ' কার ) [অহং] অস্মি ( ঐনি ) ছন্দসাং ( ছন্দশিংগী মনুংদা ) পদাণি ( পাদ অহুমতিনবা গায়ত্রী হায়বদু ) অহং ( ঐনি ) । ১২ ।

---

চৎপা ঙম্বা জীবশিংগী চৎলিবদু ঐনি, খুদুম চল্লিবশিংগী খুদুমচম্বা মতমদু ঐনি, সত্ত্বনচিংবা গুণশিংগী সাম্য অবস্থাদু ঐনি, গুন্না তিম্বা পোৎশিংদা লোইনরক্লিবা গুণ অদু ঐনি । ১০ ।

গুণ লৈবশিংগী মনুংদগু অহানবা লংজিন্দু ঐনি, অমসুং অচৌবশিংগী মনুংদা মহত্তত্ত্বদু ঐনি; অপিকপা পোৎশিংগী মনুংদা জীবাত্মা

ইন্দ্রোঽহং সর্ব্বদেবানাং বসূনামস্মি হব্যবাট্ ।
আদিত্যানামহং বিষ্ণু রুদ্রাণাং নীললোহিতঃ ।১৩।
ব্রহ্মর্ষীণাং ভৃগুরহং রাজর্ষীণামহং মনুঃ।
দেবর্ষীণাং নারদোঽহং হবির্ধান্যস্মি ধেনুষু ।১৪।
সিদ্ধেশ্বরাণাং কপিলঃ সুপর্ণোঽহং পতত্রিণাম্ ।
প্রজাপতীণাং দক্ষোঽহং পিতৃণামহমর্য্যমা ।১৫।

---

সর্ব্বদেবাণাং ( লাইশিংগী মনুংদা ) অহং ইন্দ্রঃ ( ইন্দ্র ঐনি ) বসুনাং ( বসু নিপানগী মনুংদা ) হব্যবাট্ অস্মি ( মৈ কৌবা লাই ঐনি ) আদিত্যাণাং ( অদিতিগী মচাশিংগী মনুংদা ) বিষ্ণুঃ অহং ( বিষ্ণু ঐনি ) রুদ্রানাং ( রুদ্র তরামাথোইগী মনুংদা ) নীললোহিতঃ ( সদাশিব ঐনি ) ।১৩।

---

ব্রহ্মর্ষীণাং ( ব্রহ্মর্ষীশিংদগী ) ভৃগু অহং ( ভৃগু ঐনি ) রাজর্ষিণাং (রাজর্ষিশিংদগী) মনুঃ অহং ( মনু ঐনি ) দেবর্ষীণাং ( দেবর্ষীশিংদগী ) নারদঃ অহং ( নারদ ঐনি ) ধেনুষ্ ( ষণশিংগী মনুংদা ) হবির্দ্ধানী ( কামধেনু হায়বতু ) অহং অস্মি ( ঐনি ) ।১৪।

---

সিদ্ধেশ্বরাণাং (সিদ্ধেশ্বরশিংদগী ) কপিলঃ ( কপিল ঐনি ) পতত্রিণং ( উচেকশিংদগী ) সুপর্ণ অহং ( গরুড় ঐনি ) প্রজাপতীণাং ( প্রজাপতীশিংদগী দক্ষ ( দক্ষপ্রজাপতি ঐনি ) পিতৃণাং ( পিতৃশিংদগী ) অহং অর্য্যমা ( অর্য্যমা হায়বা পিতৃহু ঐনি) ।১৫।

---

হায়বতু ঐনি, লাকশিনবা বাবশিংগী মনুংদা পুক্লিং হায়বতুসু ঐনি ।১১।

বেদ তন্থশিংগী মনুংদা ব্রহ্মা ঐনি, মন্ত্রশিংগী মনুংদা ওঁকার ঐনি, ময়েকশিংগী মনুংদা 'অ' ঐনি, ছন্দশিংগী মনুংদা গায়ত্রী ঐনি ।১২।

লাইশিংগী মনুংদা ইন্দ্র ঐনি, বসু নিপানগী মনুংদা মৈ কৌবা লাই ঐনি, অদিতিগী মচাশিংগী মনুংদা বিষ্ণু ঐনি, রুদ্র তয়ামাথোইগী মনুংদা শিব ঐনি ।১৩।

ব্রহ্মর্ষীশিংদগী ভৃগু ঐনি, রাজর্ষীশিংদগী মনু ঐনি, দেবর্ষীশিংদগী নারদ ঐনি, ষণশিংগী মনুংদা কামধেনু ঐনি ।১৪।

মাং বিদ্ধ্যুদ্ধব দৈত্যানাং প্রহ্লাদমসুরেশ্বরম্।
সোমং নক্ষত্রৌষধীনাং ধনেশং যক্ষরক্ষসাম্ ।১৬।
ঐরাবতং গজেন্দ্রাণাং যাদসাং বরুণং প্রভুম্।
তপতাং দ্যুমতাং সূর্য্যং মনুষ্যাণাঞ্চ ভুমিপম্ ।১৭।
উচ্চৈঃশ্রবাস্তুরঙ্গাণাং ধাতুনামস্মি কাঞ্চনম্।
যমঃ সংযমতাঞ্চাহং সর্পাণামস্মি বাসুকিঃ ।১৮।

---

উদ্ধবঃ ( হে উদ্ধব ) দৈত্যানাং ( দিতিগী মচাশিংগী মনুংদা ) অসুরেশ্বরং ( হিংচাবশিংগী অথোইবা ) প্রহ্লাদং ( প্রহ্লাদবু ) মাং বিদ্ধি ( ঐনি খঙঙু ) নক্ষত্র ঔষধীনাং ( নক্ষত্র অমসুং ব্রীহি যবনচিংবগী মপু ) সোমং (চন্দ্রসু ঐনি) যক্ষরক্ষসাং (যক্ষরক্ষশিংগী মপু ) ধনেশং ( কুবেরবু ) মাং বিদ্ধি ( ঐনি খঙঙু ) ।১৬।

---

গজেন্দ্রাণাং ( শামুশিংগী মনুংদা ) ঐরাবতং ( ঐরাবতপু ) যাদসাং ( ঈশিংদা লৈবা জীবশিংগী ) প্রভুং ( মপু ) বরুণং ( বরুণবু ) তপতাং ( মৈশানা তিনবা ) দ্যুমতাং (মঙাল লৈবশিংগী মনুংদা) সূর্য্যং (নুমিৎপু) চ ( অমসুং ) মনুষ্যাণাং ( মীশিংদগী ) ভূপতিং ( নিংথৌবু মাং বিদ্ধি ( ঐনি খঙঙু ) ।১৭।

---

তুরঙ্গাণাং ( শগোলশিংদগী ) উচ্চৈঃশ্রবাঃ ( ঐ উচ্চৈঃশ্রবানি ) ধাতুনাং ( লৈবাক্তগী থোকপা [ ধাতুশিংদগী ]) কাঞ্চনং ( সনা হায়বহু ) অস্মি ঐনি ) চ ( অদুগা ) সংযমতাং ( দণ্ড পীবশিংগী মনুংদা ) যমঃ ( যম হায়বহু ) অহং ( ঐনি ) সর্পানাং ( লিলশিংগী মনুংদা বাসুকি ) অস্মি ( ঐনি ) ।১৮।

---

অথোইবা সিদ্ধশিংদগী কপিল ঐনি, উচেকশিংদগী গরুড় ঐনি, প্রজাপতিশিংদগী দক্ষপ্রজাপতি ঐনি, পিতৃশিংদগী অর্য্যমা ঐনি। ১৫।

হে উদ্ধব! দিতিগী মচাশিংগী মনুংদা দৈত্যশিংগী মপু প্রহ্লাদবু ঐনি খঙঙু, নক্ষত্র অমসুং ব্রীহি যবনচিংবগী মপু চন্দ্রবু, যক্ষরক্ষশিংগী মপু কুবেরবু ঐনি খঙঙু ।১৬।

শামুশিংগী মনুংদা ঐরাবতপু, ঈশিংদা লৈবা জীবশিংগী মপু বরুণবু

নাগেন্দ্রাণামনন্তোঽহং মৃগেন্দ্রঃ শৃঙ্গিদংষ্ট্রিণাম্ ।
আশ্রমাণামহং তুর্য্যো বর্ণানাং প্রথমোঽনঘ ।১৯।
তীর্থানাং স্রোতসাং গঙ্গা সমুদ্রঃ সরসামহং ।
আয়ুধানাং ধনুরহং ত্রিপুরঘ্নো ধনুষ্মতাং ।২০।

নাগেন্দ্রাণাং ( অথোইবা লিলশিংগী মনুংদা ) অনন্তঃ ( অনন্ত ) অহং ( ঐনি ) শৃঙ্গিদংষ্ট্রিণাঃ ( মচি ময়া পানবদগী অমদি কৈ ওকচিংবগী মপু [ নিংথৌ ]) মৃগেন্দ্র ( নোংশা ঐনি ) আশ্রমাণাং [ আশ্রম ] ( লৈফমশিংগী মনুংদগী ) তুর্য্যঃ ( মরিশুবা আশ্রম [ সন্ন্যাস ]) অহং ঐনি) হে অনঘ ( পাপ লৈত্রবা উদ্ধব ) বর্ণানাং ( বর্ণশিংগী মনুংদগী ) প্রথম ( অহানবা [ ব্রাহ্মণ হায়বতু ] অহং ( ঐনি ) ।১৯।

স্রোতসাং ( ঈচেল লৈবা ) তীর্থনাং ( তীর্থশিংগী মনুংদা ) গঙ্গা অহং ( গঙ্গা ঐনি ) সরসাং ( লে দনা ঈশিং লৈবশিংগী মনুংদা ) সমুদ্র ঐনি ) আয়ুধানাং ( খুংলাইশিংদগী ) ধনুঃ অহং ( লীরুং ঐণি ) ধনুষ্মতাং ( লীরুং পাইবশিংদগী ) ত্রিপুরঘ্নঃ অহং ( মহাদেব ঐনি ) ।২০।
মৈশানা তিনগী মণ্ডাল লৈবশিংগী মনুংদা মুমিংপু, অমসুং মীশিংগী মনুংদগী নিংথৌবু ঐনি খওঙ ।১৭।

শগোলশিংদগী উচ্চৈশ্রবা ঐনি, ধাতুশিংদগী স্না ঐনি, অহুগা দণ্ড পীবশিংগী মনুংদা যম ঐনি, লিলশিংদগী বাসুকি ঐনি ।১৮।

অথোইবা লিলশিংগী মনুংদগী অনন্ত ঐনি, মচি ময়া পানবা অমসুং কৈ ওকচিংবগী মপু নোংশা ঐনি, আশ্রমশিংগী মনুংদগী মরিশুবা ( সন্ন্যাস আশ্রম ) ঐনি, পাপচেন্দ্রবা উদ্ধব, বর্ণশিংগী মনুংদগী অহানবা বর্ণ ব্রাহ্মণ হায়বতু ঐনি ।১৯।

ঈচেল লৈবা তীর্থশিংগী মনুংদা গঙ্গা ঐনি, লেংদনা ঈশিং লৈবশিংগী মনুংদা সমুদ্র ঐনি, খুংলাইশিংদগী লীরুং ঐনি, লীরুং পাইবশিংদগী মহাদেব ঐনি ।২০।

লৈনবা মফমশিংদগী মেরু ঐনি, লানঙমদবশিংদগী হিমালয় ঐনি, বনস্পতিশিংগী মনুংদা সনাখোংনাং ঐনি, ঔষধীশিংদগী যব ঐনি

ধিষ্ণ্যানামস্ম্যহং মেরুর্গহনানাং হিমালয়ঃ।
বনস্পতীনামশ্বত্থ ওষধীনামহং যবঃ ।২১।
পুরোধসাং বশিষ্ঠোঽহং ব্রহ্মিষ্ঠানাং বৃহস্পতিঃ।
স্কন্দোঽহং সর্ব্বসেনান্যামগ্রণ্যাং ভগবানজঃ ।২২।
যজ্ঞানাং ব্রহ্মযজ্ঞোঽহং ব্রতানাং অবিহিংসনম্ ।
বায়্বগ্ন্যর্কাম্বুবাগাত্মা শুচীনামপ্যহং শুচিঃ ।২৩।

---

ধিষ্ণ্যাণাং ( লৈনবা মফমশিংদগী ) মেরুঃ অহং ( সুমেরু ঐনি ) গহনাণাং ( লানবদা ৱাবশিংগী মনুংদা ) হিমালয়ঃ অস্মি ( হিমালয় ঐনি ) বনস্পতিশিংগী মনুংদা ) অশ্বত্থঃ ( সনাখোংনাং ঐনি ) ওষধীণাং (হিদাক-শিংগী মনুংদা ) যব অহং ( যব ঐনি ) ।২১।

---

পুরোধসাং ( পুরোহিতশিংগী মনুংদগী ) অহং বশিষ্ঠ ( বশিষ্ঠ ঐনি ) ব্রহ্মিষ্ঠাণাং ( বেদগী অর্থদা লেংদনা লৈবশিংগী মনুংদা ) বৃহস্পতিঃ অহং ( শগোনশেন গুরু ঐনি ) সর্ব্বসেনান্যাং ( সেনাপতিশিংগী মনুংদা ) অহং স্কন্দঃ ( কার্ত্তিক ঐনি ) অগ্রণ্যাং (শিংথানবশিংগী মনুংদা ) অজঃ অহং (ব্রহ্মা ঐনি ) ।২২।

---

যজ্ঞানাং ( যজ্ঞশিংগী মনুংদা ) ব্রহ্মযজ্ঞ ( বেদ পাঠ তৌবদু ) অহং ( ঐনি ) ব্রতানাং ( ব্রতশিংগী মনুংদা ) অবিহিংসনং অহং ( অহিংসা ঐনি ) অপি ( অমসুং ) শুচীনাং ( মতম চুপ্পদা শেংহনা লৈবা, শেং-দোকুবশিংগী মনুংদা ) বায়্বগ্ন্যাকাম্বুবাগাত্মা ( নুংশিং মৈ, নুমিৎ, ঈশিং, অচুম্বা ৱাহৈ, মখোইশিদা লৈবা ) শুচিঃ অহং ( অশেংবদু ঐনি ) ।২৩।

---

পুরোহিতশিংগী মনুংদগী বশিষ্ঠ ঐনি, বেদগী অর্থদা লেংদনা লৈবশিংগী মনুংদগী শগোনশেন গুরু ঐনি, সেনাপতিশিংগী মনুংদা কার্ত্তিক ঐনি, শীথানবশিংগী মনুংদা ব্রহ্মা ঐনি ।২২।

যজ্ঞশিংগী মনুংদা বেদ পাঠ তৌবা ঐনি, ব্রতশিংগী মনুংদা অহিংসা ঐনি, মতম পুম্নমক্তা শেংহনা লৈবা শেংদোকুবশিংগী মনুংদা মৈ, ঈশিং নুমিৎ, অচুম্বা ৱা, মখোইদা লৈরিবা অশেংবদু ঐনি ।২৩।

অষ্টাঙ্গ যোগগী মনু দগী সমাধি যোগ ঐনি, জয় ওইনিংবশিংগী

যোগানামাত্মসংরোধো মন্ত্রোঽস্মি বিজিগীষতাম্।
আন্বীক্ষিকী কৌশলানাং বিকল্প খ্যাতিবাদিনাম্ ।২৪।
স্ত্রীণান্তু শতরূপাহং পুংসাং স্বায়ম্ভুবো মনুঃ।
নারায়ণো মুনীনাঞ্চ কুমারো ব্রহ্মচারিণাম্ ।২৫।
ধর্ম্মানামস্মি সন্ন্যাসঃ ক্ষেমাণামবহির্ম্মতিঃ।
গুহ্যানাং সুনৃতং মৌনং মিথুনানামজস্ত্বহম্ ।২৬।

---

যোগানাং ( অষ্টাঙ্গ যোগগী মন্নুংদা ) আত্মসংরোধ ( সমাধি ঐনি ) বিজিগীষতাং ( জয় ওইনিংবশিংগী মন্নুংদা ) মন্ত্রঃ ( নীতি লৈবত্নু ) অহং অস্মি ( ঐনি ) কৌশলানাং ( হৈশিংবশিংগী মন্নুংদা ) আন্বীক্ষিকী বিদ্যা ( অধ্যাত্মবিদ্যা ঐনি ) খ্যাতিবাদিনাং [ পণ্ডানাং ] ( খ্যাতিবাদি মণ্ডাগী মন্নুংদা ) বিকল্প ( বিকল্প ঐনি ) ।২৪।

---

তু ( তৌইগুম্বস্নুং ) স্ত্রীণাং ( নুপীশিংগী মন্নুংদগী ) শতরূপা অহং ( শতরূপা ঐনি ) পুংসাং ( পুরুষশিংগী মন্নুংদগী ) স্বায়ম্ভুব মনু: ( স্বায়ম্ভুবমনু ঐনি ) মুনীনাং ( মুনিশিংগী মন্নুংদগী ) নারায়ণ অহং ( নারায়ণ ঐনি ) চ (অমস্নুং ) ব্রহ্মচারীণাং ( ব্রহ্মচারীগী মন্নুংদগী ) কুমার ( সনৎকুমার ঐনি ) ।২৫।

---

ধর্ম্মাণাং ( ধর্ম্মশিংগী মন্নুংদগী ) সন্ন্যাসঃ ( সন্ন্যাস ধর্ম্ম ) [অহং] অস্মি (ঐনা ওইবনি) ক্ষেমাণাং (অকিবা লৈত্রবা মফমশিংদগী) অবহির্ম্মতি ( অন্তর্ণিষ্ঠা [ আত্মণিষ্ঠা ], আত্মস্বরূপতা লৈবা ) অহং ( ঐনি ) গুহ্যাণাং ( থুপ্পা লৈবশিংগী মন্নুংদগী ) স্বনৃতং ( অচুম্বা বা [ অমস্নুং ]), মৌনিং ( হায়দোক্তবত্নু ঐনি) মিথুনানাং ( তিমবশিংগী মন্নুংদা ) তু ( লেপ্পা ) অজঃ ( প্রজাপতি ঐনি ) ।২৬।

---

মন্নুংদা নীতি লৈবত্নু ঐনি, হৈশিংবশিংগী মন্নুংদগী অধ্যাত্মবিদ্যা ঐনি, খ্যাতিবাদি মণ্ডা অত্নুগী মন্নুংদা বিকল্প অত্নু ঐনি ।২৪।

তৌইগুম্বস্নুং, নুপীশিংগী মন্নুংদগী শতরূপা ঐনি, পুরুষশিংগী মন্নুংদগী স্বায়ম্ভুব মনু ঐনি, মুনিশিংগী মন্নুংদগী নারায়ণ ঐনি, অমস্নুং ব্রহ্মচারীশিংগী মন্নুংদগী সনৎকুমার ঐনি ।২৫।

সংবৎসরোঽস্ম্যনিমিষাং ঋতুনাং মধুমাধবৌ।
মাসানাং মার্গশীর্ষোঽহং নক্ষত্রাণাং তথাভিজিৎ। ২৭।
অহং যুগানাঞ্চ কৃতং ধীরাণাং দেবলোঽসিতঃ।
দ্বৈপায়নোঽস্মি ব্যাসানাং কবীনাং কাব্য আত্মবান্। ২৮।
বাসুদেবো ভগবতাং ত্বন্তু ভাগবতেষ্বহম্।
কিম্পুরুষাণাং হনুমান্ বিদ্যাধ্রাণাং সুদর্শনঃ। ২৯।

---

অনিমিষাং। মতমশিংগী মন্নুংদগী) সংবৎসব (সম্বৎসব) [অহং] অস্মি (ঐনি) ঋতুণাং (ঋতুশিংগী মন্নুংদগী) মধুমাংবৌ (বসন্ত ঋতু ঐনি) মাসাণাং (মাসশিংগী মন্নুংদগী) অহং মার্গশীষ (অগ্রহায়ণ [হিয়াঙ্গৈ] থা ঐনি) তথা (অমদি) নক্ষত্রাণাং (নক্ষত্রশিংগী মন্নুংদগী) অভিজিৎ অহং (অভিজিৎ কৌবা নক্ষত্রহু ঐনি)। ২৭।

---

যুগানাং (যুগশিংগী মন্নুংদগী) কৃতং অহং (সত্যযুগ ঐনি) ধীবাণাং (ধীবপুরুষশিংগী মন্নুংদগী) দেবলঃ (দেবল) চ (অমসুং) অসিত (অসিত ঐনি) ব্যাসানাং (ব্যাসশিংগী মন্নুংদগী) দ্বৈপায়নোঽস্মি (শ্রীকৃষ্ণ দ্বৈপাযণ ঐনি) কবীনাং (ক্রান্তদর্শী কবিশিংগী মন্নুংদগী) কাব্যঃ (শুক্রাচার্য্য অহং অস্মি (ঐনি)। ২৮।

---

ভগবতাং (ভগ-না [ঐশ্বর্য্যনচিংবা তকপ্পা] তিনবশিংগী মন্নুংদগী) বাসুদেবঃ অহং (বসুদেবগী মচা কৃষ্ণ ঐনি) তু (অতুগা) ভাগবতেষু (ভক্তশিংগী মন্নুংদগী) ত্বং অহং (উদ্ধব নহাক অসি ঐনি) কিংপুরুষাণাং (য়োংশিংগী মন্নুংদগী) হনুমান্ অহং (হনুমান্ ঐনি) বিদ্যাধ্রানাং (বিদ্যাধরশিংগী মন্নুংদগী) সুদর্শন অহং (সুদর্শন ঐনি)। ২৯।

---

ধর্ম্মশিংগী মন্নুংদগী সন্ন্যাস ধর্ম্ম ঐনি, অকিবলৈত্রবা মফমশিংদগী আত্মস্বরূপ ঐনি, থুপ্পা লৈবশিংগী মন্নুংদগী অচুম্বা বা অমসুং হায়দোক্কবা ঐনি, তিন্নবশিংগী মন্নুংদগী প্রজাপতি ঐনি। ২৬।

মতমশিংগী মন্নুংদগী সম্বৎসর কৌবা মতমহু ঐনি, ঋতুশিংদগী বসন্ত ঋতু ঐনি, মাসশিংদগী হিয়াঙ্গৈ থা ঐনি, নক্ষত্রশিংগী মন্নুংদগী মমিং অভিজিৎ কৌবা নক্ষত্রহু ঐনি। ২৭।

রত্নানাং পদ্মরাগোঽস্মি পদ্মকোষঃ সুপেশসাম্।
কুশোঽস্মি দর্ভজাতীনাং গব্যমাজ্যং হবিঃস্বহম্ ।৩০।
ব্যবসায়িনাং অহং লক্ষ্মীঃ কিতবানাং ছলগ্রহঃ।
তিতিক্ষাস্মি তিতিক্ষূণাং সত্ত্বং সত্ত্ববতামহম্ ।৩১।
ওজঃ সহো বলবতাং কর্ম্মাহং বিদ্ধি সাত্ত্বতাং।
সাত্ত্বতাং নবমূর্ত্তিনামাদিমূর্ত্তিরহং পরা ।৩২।

---

রত্নানাং ( রত্নশিংগী মন্নুংদগী ) পদ্মরাগঃ অস্মি ( পদ্মরাগ মণি ঐনি ) সুপেশসাং ( ফজবশিংগী মন্নুংদগী ) পদ্মকোষ অস্মি ( থম্বালগী মন্নুংগী লৈরিক্কী শরুক ঐনি ) দর্ভজাতীনাং ( শীংনাং তিংথৌনচিংবগী মন্নুংদগী ) কুশঃ অহং ( কুশ ঐনি ) হবিষ্ ( ঘীশিংগী মন্নুংদগী ) গব্যং আজ্যং ( ষণগী ঘী ( অহং অস্মি ( ঐনি ) ।৩০।

---

ব্যবসায়িনাং (হোৎনবা কনবশিংগী) অহং লক্ষ্মীঃ (লম্নচিংবা সম্পত্তি অহু ঐনি ) কিতবানাং ( লৌনম্বশিংগী ) ছলগ্রহঃ অহং ( ফত্তবা মতৌহু ঐনি ) তিতিক্ষূণাং ( খাংবা কনবশিংগী ) তিতিক্ষা অস্মি ( খাংবহু ঐনি) সত্ত্ববতাং ( সাত্ত্বিকশিংগী মফমদা লৈরিবা ) সত্ত্বং অহং ( সত্ত্বগুণহু ঐনি ) ।৩১।

---

বলবতাং ( পাঙ্গল কনবশিংগী ) ওজঃ ( মতিক মগুণ ) চ ( অমহুং) সহঃ ( থাংবহু ) অহং ( ঐনি ) সাত্ত্বতাং ( ভগবৎ ভক্তশিংগী ) কর্ম্ম ( নামশ্রবণ কীর্ত্তননচিংবহু ) অহ বিদ্ধি ( ঐনি থগুও ) সাত্ত্বতাং নবমূর্ত্তীণাং ( ভগবৎকী মুর্ত্তি মাপনগী মন্নুংদা ) পরা ( অথোইবা ) আদিমুর্ত্তি ( অহনবা মুর্ত্তি বাসুদেব হায়বহু ) অহং ( ঐনি ) ।৩২।

---

যুগ মরিগী মন্নুংদগী সত্যযুগ ঐনি, ধীর পুরুষশিংগী মন্নুংদগী দবল অমসুং অসিত ঐনি, ব্যাসশিংগী মন্নুংদগী শ্রীকৃষ্ণ দ্বৈপায়ণ ঐনি, মতুংদা লাকদৌরিবা য়াম্না শাংনা উবশিংগী মন্নুংদগী শুক্রাচার্য্য ঐনি ।২৮।

( ভগঃ ) ঐশ্বর্য্যনচিংবা গুণ তরুক্কা তিনবশিংগী মন্নুংদগী বসুদেবগী মচা কৃষ্ণ ঐনি, অহুগা ভক্তশিংগী মন্নুংদা উদ্ধব নংসি ঐনি, য়োংশিংগী মন্নুংদগী হনুমান্ ঐনি, বিদ্যাধরশিংগী মন্নুংদগী সুদর্শন ঐনি ।২৯।

বিশ্বাবসুঃ পূর্ব্বচিত্তি গন্ধর্ব্বাপ্সরসামহম্।
ভূধরাণামহং স্থৈর্য্যং গন্ধমাত্রমহং ভুবঃ ।৩৩।
অপাংরসশ্চ পরমস্তেজিষ্ঠানাং বিভাবসুঃ
প্রভা সূর্য্যেন্দু তারাণাং শব্দোঽহং নভসঃ পরঃ ।৩৪।

---

গন্ধর্ব্বাপ্সরসাং ( গন্ধর্ব্ব অমসুং অপ্সরাশিংগী মনুংদগী ) বিভাবসু ( বিভাবসু কৌবা গন্ধর্ব্ব ) পূর্ব্বচিত্তি ( পূর্ব্বচিত্তি কৌবী অপ্সরাসু ) অহং ( ঐনি ) ভূধরাণাং ( পৃথিবী পুরিবা কুর্ম্মনচিংগী ) স্থৈর্য্যং ( লেংদবগী মতৌ ঐনি ) ভুবঃ ( পৃথিবীগী ) গন্ধমাত্রং ( গন্ধতন্মাত্রত্থু ) অহং ( ঐনি ) ।৩৩।

---

চ ( অমসুং ) অপাং ( ঈশিং-শিংগী ) পরমং ( পুন্নমক্তগী অহেম্বা ) রসঃ অহং ( মধুর রসত্থু ঐনি ) তেজিষ্ঠানাং ( মঙাল লৈবশিংগী মনুংদগী ) বিভাবসু অহং ( মৈ কৌবত্থু ঐনি ) সূর্য্যেন্দুতারানাং ( নুমিৎ থা থবান-মিচাকশিংগী ) প্রভা অহং ( মঙাল অহুঁ ঐনি ) নভস ( আকাশগী ) পরঃ [ পরাখ্যঃ ] ( পরা হায়না হায়নবা ) শব্দঃ ( শব্দতন্মাত্র-নাদত্থু ) অহং ( ঐনি ) ।৩৪।

---

রত্নশিংগী মনুংদগী পদ্মরাগমণি ঐনি, ফজবশিংগী মনুংদগী থম্বালগী মনুংগী লৈরিক্কী শরুক ঐনি, শীংনাং তিংথৌনচিংবগী মনুংদগী কুশ ঐনি, ঘীশিংগী মনুংদগী যণগী ঘী ঐনি ।৩০।

হোৎনবা কনবশিংগী সম্পত্তিনচিংবত্থু ঐনি, লৌনম্বশিংগী ফত্তবা মতৌত্থু ঐনি, খাংবকনবশিংগী খাংবত্থু ঐনি, সাত্ত্বিকশিংগী মফমদা লৈবা সত্ত্বগুণ অত্থু ঐনি ।৩১।

পাঙ্গল কনবশিংগী মতিক মগুণ অমসুং খাংবত্থু ঐনি, ভগবৎভক্ত-শিংগী নামশ্রবণ কীর্ত্তন্ তৌবত্থু ঐনি, ভগবৎকী মূর্ত্তি ( বাসুদেব, সঙ্কর্ষণ, প্রদ্যুম্ন, অনিরুদ্ধ নারায়ণ, হয়গ্রীব, বরাহ, নৃসিংহ, ব্রহ্মা ) মাপনগী মনুংদা অথোইবা অহানবা মূর্ত্তি ( বাসুদেব ) অত্থু ঐনি ।৩২।

গন্ধর্ব্বশিংগী মরক্তগী বিভাবসু ঐনি, অগোইশাবীশিংগী মরক্তগী পূর্ব্বচিত্তি ঐনি, অনন্ত কুর্ম্মনচিংবগী পৃথিবী লেংহন্দবা শক্তিত্থু ঐনি,

ব্রহ্মণ্যানাং বলিরহং বীরাণামহমর্জ্জুনঃ।
ভূতানাং স্থিতিরুৎপত্তিরহং বৈ প্রতিসংক্রমঃ। ৩৫ ।
গত্যুক্ত্যুৎসর্গোপাদানং আনন্দ স্পর্শলক্ষণম্ ।।
আস্বাদশ্রুত্যবঘ্রাণং অহং সর্ব্বেন্দ্রিয়েন্দ্রিয়ম ।৩৬।

ব্রহ্মণ্যানাং ( ব্রাহ্মণ সেবা তৌবশিংগী মন্নুংদগী ) অহং বলি ( বলি কৌবম্থ ঐনি ) বীরাণাং ( অথৌবশিংগী মন্নুংদগী ) অহং অর্জ্জুন ( পাণ্ডুগী মচা অর্জ্জুন ঐনি ) ভূতানাং ( প্রাণিশিংগী ) স্থিতিঃ ( লৈবা [ হিংবা]) উৎপত্তি ( পোকপা ) প্রতিসংক্রমঃ ( মাংবা [শিবদু ]) অহং বৈ ( ঐহাকমক্কি ) ।৩৫।

গতিঃ ( চৎপা ) উক্তি ( হায়বা [ঙাংবা ]) উৎসর্গ ( থাদোকপা ) উপাদানং ( লৌবা ) আনন্দ ( মুংঙাইবা ) ব্যাপার [ তৌরিবা ] মঙা অসি ঐনি ) স্পর্শঃ শোক্লরগা খংবা ) লক্ষনং ( উবা ) আস্বাদ ( চাবা ) শ্রুতি ( তাবা ) অবঘ্রানং ( মনম নম্বা ) ব্যাপার ( মঙাসি ঐনি) [হি] ( মরমদি ) অহং ( ঐহাক্লা ) ইন্দ্রিয়ানাং ( ইন্দ্রিয়শিং অসিগী ) ইন্দ্রিয়ং ( ইন্দ্রিয়নি ) ।৩৬।

পৃথিবীগী গন্ধতন্মাত্র = মনমগী শরুক অদু ঐনি ।৩৩।

অমসুং ঈশিং-শিংগী পুন্নমক্তগী অহেনবা মধুররস ঐনি, মঙাল লৈবশিংগী মন্নুংদগী মৈ ঐনি, মুমিৎ থা থরানমিচাকশিংগী মঙাল অদু ঐনি, আকাশদা লৈবা শব্দ তন্মাত্র = খোঞ্জেনগী শরুকঅদুসু ঐনি ।৩৪।

ব্রাহ্মণ সেবা তৌবশিংগী মন্নুংদগী বলি ঐনি, অথৌবশিংগী মন্নুংদগী পাণ্ডুগী মচা অর্জ্জুন ঐনি, প্রাণিশিংগী হিংবা পোকপা শিবা ঐহাকমক্কি ।৩৫।

খোংখুৎনচিংবা থবক তৌবা ইন্দ্রিয়, মঙাগী চৎপা, লৌবা, ঙাংবা, থাদোকপা, মুঙঙাইবা, থবক মঙাসি ঐনি, মিৎনচিংবা জ্ঞান ইন্দ্রিয় মঙাগী উবা, শোক্লরগা খংবা, চংবা, তাবা, মনম নম্বা, মঙাসি ঐনি, অসিগী মরমদি ঐহাক ইন্দ্রিয়শিং অসিগীসু ইন্দ্রিয়নি ।৩৬।

পৃথিবী, মুংশিং, আকাশ, ঈশিং, মঙাল ( মৈ ), অহঙ্কার, মহত্তত্ত্ব,

পৃথিবী বায়ুরাকাশ আপোজ্যোতিরহং মহান্।
বিকারঃ পুরুষোঽব্যক্তং রজঃ সত্ত্বং তমঃ পরম্।
অহমেতৎ প্রসংখ্যানং জ্ঞানং তত্ত্ব বিনিশ্চিতম্। ৩৭।
ময়েশ্বরেণ জীবেন গুণেন গুণিনা বিনা।
সর্ব্বাত্মনাপি সর্ব্বেণ ন ভাবো বিদ্যতে ক্বচিৎ। ৩৮।

---

অহং ( অহঙ্কার ) পৃথিবী ( পৃথিবী ) বায়ুঃ ( নুংশৎ ) আকাশঃ ( আকাশ ) আপ ( ঈশিং ) জ্যোতি ( মঙাল ) মহান্ ( মহত্তত্ত্ব ) এতা বিকৃতয় ( হায়রিবা প্রকৃতিগী শক্লোন ) সত্ত্বঃ ( তরেৎ অস্রিগী ) অহং [তন্মাত্রঃ] ( তন্মাত্র অত্থ ঐনি ) বিকার ( পঞ্চ মহাভূৎ একাদশ ইন্দ্রিয় অমসুং মনঃ ) পুরুষ জীব ) অব্যক্তং-প্রকৃতি [ রজঃ সত্ত্বং তমঃ ] ( রজনচিংবা গুন্ অহুম্ ) এতৎ ( মখোই কুনগা মাথোই অসিবু ) প্রসংখ্যানং ( থোইদোক্লা চংখোম্না তাক্লিবা) জ্ঞানং ( জ্ঞান, [ তৎ ফলং ] মতুগী মহৈ ) তত্ত্ববিনিশ্চয়ঃ ( অরেপ্পা মশক তাকপা ) এতৎ [ সর্ব্বং ] ( পুম্নমক অসি ) অহং ( ঐনি ) । ৩৭ ।

---

ঈশ্বরেণ ( জগৎ অসিবু শেম্লিবা ঈশ্বর ) জীবেন ( অফ-ফত্ত মহৈ চারিবা জীব ) গুণেন ( সত্ত্বনচিংবা গুণ ) গুণিনা ( মহৎনচিংবা গুণী ) সর্ব্বাত্মনা ( ক্ষেত্র-ক্ষেত্রজ্ঞ ) সর্ব্বেণ অপি ( হায়রিবা পুম্নমক অসিনা ) ময়া বিনা। ঐ য়াওদনা ) ভাবঃ-সত্তা ( লৈবগী মতৌ অত্থ ) ন বিদ্যতে ( লৈতে ) । ৩৮ ।

---

হায়রিবা প্রকৃতিগী শক্লোন তরেৎ অসিগী তন্মাত্র অত্থ ঐনি। পঞ্চমহাভূৎ, একাদশ ইন্দ্রিয় অমসুং মনঃ, জীব, প্রকৃতি, রজনচিংবা গুণ অহুম, মখোয় কুনগা মাথোই অসিবু, থোইদোক্লা চংখোম্না তাক্লিবা জ্ঞান, মতুগী মহৈ, অরেপ্পা মশক থংহনবা পুম্নমক অসি, 'ঐনি । ৩৭ ।

জগৎ অসিবু শেম্লিবা ঈশ্বর, অফ-ফত্তা মহৈ চারিবা জীব, সত্ত্বনচিংবা গুণ, মহৎনচিংবা গুণী, হায়রিবা পুম্নমক অসিনা ঐ-য়াওদনা লৈবগী মতৌ ওইদে । ৩৮ ।

অহুম্না মতমগী মতুংইন্না, ঐনা পরমানুশিং অসিগী, নিংথিনা মশীং থীবা

সংখ্যানং পরমাণূনাং কালেন ক্রিয়তে ময়া।
ন তথা মে বিভূতীনাং সৃজতোহণ্ডানি কোটিশঃ। ৩৯।
তেজঃ শ্রীঃকীর্ত্তিরৈশ্বর্য্যং হ্রীস্ত্যাগঃ সৌভগং ভগঃ।
বীর্য্যং তিতিক্ষা বিজ্ঞানং যত্র যত্র স মেহংশকঃ। ৪০।
এতাস্তে কীর্ত্তিতাঃ সর্ব্বাঃ সংক্ষেপেণ বিভূতয়ঃ।
মনোবিকারা এবৈতে যথাবা চাভিধীয়তে। ৪১।

---

যথা ( অদুম্না ) কালেন ( মতমগী মতুংইন্না ) ময়া ( ঐনা ) পরমাণূনাং ( পরমাণুশিং অসিগী ) সংখ্যানং ( নিংথিনা মশীং থীবা ) ক্রিয়তে ( ওগ্মি ) তথা ( মদুগুম্না ) মে [ মায়য়া ] ( ঐগী মায়ানা) সৃজতঃ ( শেমখ্রবা ) কোটীশঃ অণ্ডানি ( ব্রহ্মাণ্ড কোটী কোটীনা ) ন [সংখ্যা] ( মশীং লৈতে ) বিভূতীনাং [ কৃত স্যাৎ ] ( বিভূতীশিংগীদি অমুক করি হায়রুনি ) । ৩৯ ।

---

যত্র যত্র ( অদু অদুগুম্বা মফমদা ) তেজঃ ( তেজ ) শ্রীঃ ( ফজবা ) কীর্ত্তী ( মিংচৎ ) ঐশ্বর্য্যঃ ( মতিক মগুণ ) হ্রীঃ ( ইকায়বা ) ত্যাগঃ (থাদোকপা [দান]) সৌভগং ( লাইবক থম্বাল শাৎপা ) ভগঃ (ভগ — লাইবক ফবা ) বীর্য্য (থৌনা ) তিতিক্ষা ( খাংবা কম্বা ) বিজ্ঞানং ( বিশেষ জ্ঞান) সঃ ( মদুসু ) মে অংশকঃ ( ঐগী বিভূতিনী ) । ৪০ ।

---

এতাঃ ( অসিগুম্বা ) সর্ব্বাঃ বিভূতয়ঃ (বিভূতিশিং অসি সংক্ষেপেণ ( শন্নপা ) [ময়া] ( ঐনা ) তে ( নহাক্কী মফমদা ) কীর্ত্তিতাঃ ( হায়রব অসিনি ) এতে ( মখোয় অসে ) মনোবিকারা এব (পুক্নি তগী য়াওগ্নি) যথা ( অদুম্না ) বাচা ( ৱাহৈনা ) অভিধীয়তে ( হায়বতনি ) । ৪১ ।

---

ওগ্মি. মদুগুম্না, ঐগী মায়ানা শেমখ্রবা ব্রহ্মাণ্ড কোটি কোটিনা মশীং লৈতে বিভূতিশিংগীদি করি অমুক হায়রুনি অদুক্কী মতিক মশীং ৱাম্বনি । ৩৯ ।

অদু অদুগুম্বা মফমদা তেজ, ফজবা, মিংচৎ, মতিক মগুণ, ইকায়বা, দান, লাইবক থম্বাল শাৎপা-লাইবক ফবা, থৌনা, খাংবা কনবা, বিশেষজ্ঞান মদু ( পুন্নমক) ঐগী বিভূতিনী । ৪০ ।

**বাচং যচ্ছ মনো যচ্ছ প্রাণান্ যচ্ছেন্দ্রিয়াণি চ।**
**আত্মানমাত্মনা যচ্ছ ন ভুয়ঃ কল্পসেঽধ্বনে ।৪২।**
**যো বৈ বাঙ্‌মনসী সম্যগসংযচ্ছন্ ধিয়া যতিঃ।**
**তস্য ব্রতং তপোদানং স্রবত্যামঘটাম্বুবৎ ।৪৩।**

---

বাচং যচ্ছ ( ৱা য়াম্না ঙাংগন্নু ) মনঃ যচ্ছ ( পুক্লিং লাকশিল্ল্ ) প্রাণান্ যচ্ছ ( প্রাণবায়ু সংযমতৌ ) ইন্দ্রিয়ানি চ ( ইন্দ্রিয়শিং অসিগু ) আত্মানং ( বুদ্ধিবু ) আত্মনা ( সত্বগুণগী ওইবা বুদ্ধিনা মরম ওইহ্নুনা ) যচ্ছ ( নিংথিনা লাকশিল্ল্ ) তেন ( মহুম্না লাকশিন্‌বনা মরম ওইহ্নুনা ) অধ্বনে (সংসারদা অমুক পোক্লবগীদমক্তা) ন কল্পসে (নহাক্না শিল্লরোই ) ।৪২।

---

যঃ যতিঃ ( সংসারদগী লাম্থোক্কে হোৎনরিবা মহাক্না ) ধিয়া ( সাত্বিক বুদ্ধিনা মরম ওইহ্নুনা ) বাঙ্ মনসী ( পুক্লিং ৱাহৈ অনি অসিবু ) অসংযচ্ছন্ ( নিংথিনা লাকশিন্দ্রবা ) তস্য ( মী অহুগী ) ব্রতং ( ব্রহ্মচারীনচিংবা ব্রত) তপঃ ( চান্দ্রায়ণ্‌নচিংবা তপস্যা ) দানং ( দান [ তে সর্ব্বে ] পুন্নমক অসিনা ) অঘটাম্বুবৎ ( চফু ফুহিংদা হাপ্পা ঈশিংগুম ) স্রবত্যাং [ভবতি] ( নিংখায়হুনা মাঙঙি ) ।৪৩।

---

অসিগুম্বা বিভূতিশিং অসি শল্লপ্পা, ঐনা নহাক্কী নফমদা হায়রবা অসিনি, মখোয় অসে পুক্লিংতগী য়াওন্নি, অহুম্না অকাশ কুসুম হায়বগুম্না ৱাহৈনা অহুক হায়বতনি ( অরেপ্পা নত্তে ) ।৪১।

অরেম্বা ৱা ঙাংগন্নু, পুক্লিং লাকশিল্লু, প্রাণবায়ু সংযম তৌ, ইন্দ্রিয়শিং অসিগু লাকশিল্লু, বুদ্ধিবু সত্বগুণগী ওইবা বুদ্ধিনা মরম ওইহ্নুনা নিংথিনা লাকশিল্লু, মহুম্না লাকশিনবনা মরম ওইহ্নুনা সংসারদা অমুক পোক্লবগীদমক্তা নহাক্না শিল্লরোই ।৪২।

সংসারদগী লাম্থোক্কে হোৎনরিবা মহাক্না, সত্বগুণগী ওইবা বুদ্ধিনা মরম ওইহ্নুনা ৱাহৈ পুক্লিং অনি অসিবু নিংথিনা লাকশিন্দ্রবা, মী অহুগী ব্রহ্মচারীনচিংবা ব্রত, চান্দ্রায়ণ্‌নচিংবা তপস্যা পুন্নমক অসিনা চফু-ফুহিংদা হাপ্পা ঈশিংগুম নিংখায়হুনা মাঙঙি ।৪৩।

**তস্মান্মনোবচঃ প্রাণান্ নিয়চ্ছেন্মৎ পরায়ণঃ।**
**মদ্ভক্তিযুক্তয়াবুদ্ধ্যা ততঃ পরিসমাপ্যতে ।৪৪।**
**ইতি শ্রীমদ্ভাগবতে মহাপুরাণে পারমহংস্যাং সংহিতায়াং**
**একাদশ স্কন্ধে ষোড়শোঽধ্যায়ঃ ॥**

---

তস্মাৎ ( মরম অসিদগী ) মদ্ভক্তিযুক্তয়া ( ঐগী ভক্তিনা তিল্লবা ) বুদ্ধ্যা ( বুদ্ধিনা মরম ওইদুনা ) মৎপরায়ণঃ সন্ ( ঐভোন্দা পুক্নিং ৱাহৈনচিংবা থমদুনা ) বচঃ ( সংসারগী ওইবা ৱাহৈ ) মনঃ ( পুক্নিং ) প্রাণান্ ( ইন্দ্রিয়শিংবু ) নিয়চ্ছেৎ ( লাকশিনগনি ) ততঃ ( অদুম্না লাকশিল্লবগী তুংদা ) পরিসমাপ্যতে ( তৌফম থোকপা তৌব ওইরে) । ৪৪ ।

---

মরম অসিদগী, ঐগী ভক্তিনা তিল্লবা বুদ্ধিনা মরম ওইদুনা, ঐভোন্দা পুক্নিং ৱাহৈনচিংবা থমদুনা সংসারগী ওইবা ৱাহৈ, পুক্নিং ইন্দ্রিয়শিংবু লাকশিনগনি। অদুম্না লাকশিল্লবগী তুংদা তৌফম থোকপা তৌবা ওইরে । ৪৪ ।

মতাং অসিদা শ্রীমদ্ভাগবতকী একাদশ স্কন্ধদা ষোড়শ অধ্যায় মপুং ফারে ।

# শ্রীমদ্ভাগবতম্

## একাদশ-স্কন্ধঃ

### সপ্তদশোঽধ্যায়ঃ

—:(০):—

উদ্ধব উবাচ !
যস্ত্বয়াভিহিতঃ পুর্ব্বং ধর্ম্মস্ত্বদ্ভক্তিলক্ষণঃ।
বর্ণাশ্রমাচারবতাং সর্ব্বেষাং দ্বিপদামপি ।১।
যথানুষ্ঠিয়মানেন ত্বয়ি ভক্তির্নৃণাং ভবেৎ।
স্বধর্ম্মেণারবিন্দাক্ষ তন্মমাখ্যাতুমর্হসি ।২।

---

উদ্ধব উবাচ ( উদ্ধবনা হংজখি ) সর্ব্বেষাং ( অয়াম্বা ) বর্ণাশ্রমাচারবতা ( বর্ণগী আশ্রমগী আচারনা তিল্লবা ) অপি ( অমদি বর্ণগী আশ্রমগী আচার লৈতবা ) দ্বিপদাং ( মী ওইবশিংগী ) ত্বৎ ভক্তিলক্ষণ ( নহাক্কী ওইবা ভক্তিনা তিনবা) যঃ যঃ ধর্ম্ম (অহুগুম্বা ধর্ম্ম'হু) ত্বয়া (ইবুঙো নহাক্না) পুর্ব্বং ( মমাঙঙৈদা কল্পগী অহৌবদা ) অভিহিতঃ ( হায়বিখ্রে ) ।১।

---

হে অরবিন্দাক্ষ ( হে মাইথোং থম্বাল মানবা ) যথা ( অহুম্না ) অনুষ্ঠীয়মানেন ( তুংইন্না চচ্চরবা ) স্বধর্ম্মেন ( স্বধর্ম্মনা মরম ওইহুনা ) ত্বয়ি নহাক্কী নফমদা ) নৃণাং ( মীওইবশিংগী ) ভক্তিঃ ভবেৎ ( ভক্তি লৈবা ওইবা ) তৎ ( মহু ) মম ( ঐগী ইফমদা ) আখ্যাতুং অর্হসি ( হায়বিগদবা ওই ) ।২।

---

উদ্ধবনা হংজখি। অয়াম্বা বর্ণগী আশ্রমগী লমচৎনা তিল্লবা অমদি মহু লৈতবা মীওইবশিংগী, নহাক্কী ওইবা ভক্তিনা তিনবা অহুগুম্বা ধর্ম্ম'হু ইবুঙো নহাক্না মমাঙঙৈ কল্পগী অহৌবদা হায়বিখ্রে। ১।

হে মাইথোং থম্বাল মাল্লবা। অহুম্না তুংইন্না চচ্চরবা স্বধর্ম্ম'না

পুরা কিল মহাবাহো ধর্ম্মং পরমকং প্রভো।
যৎ তেন হংসরূপেণ ব্রহ্মণেঽভ্যাথ মাধব ।৩।
স ইদানীং সুমহতা কালেনামিত্রকর্ষণ।
ন প্রায়ো ভবিতা মর্ত্ত্যলোকে প্রাগনুশাসিতঃ ।৪।
বক্তা কর্ত্তাবিতা নান্যো ধর্ম্মস্যাচ্যুত তে ভুবি।
সভায়ামপি বৈরিঞ্চ্যাং যত্র মূর্ত্তিধরাঃ কলাঃ ।৫।

---

হে মাধব (মধু কৌবা হিংচাবা হাৎপা, হে প্রভো) হে মহাবাহো (হে পাঙ্গল চাউবা) কিল (লেপ্পা) পুরা (মমাঙৈদা [ত্বিয়া] (নহাক্না) হংসরূপেন (কাংঙগী মশক লোৎরবা) তেন (রূপ অদুনা) পরমকং (অথোইবা মুংঙাইবগী মশক ওইবা) যৎধর্ম্মং (অদুগুম্বা ধর্ম্ম অদু) ব্রহ্মণে (ব্রহ্মাদা) অভ্যাথ (হায়বিখি) ।৩।

---

হে অমিত্রকর্ষণ (হে য়েরুবশিংবু লাকশিনবা) প্রাগনুশাসিতঃ মমাঙৈদা তাকখ্রবা) সঃ (ধর্ম্ম অদুনা) সুমহতা (য়াম্না শাংলবা) কালেন (মতম্না মরক খনবনা) ইদনীং (হৌজিক্কেদি) মর্ত্ত্যলোকে (অশিবগী তাইবং অসিদা) প্রায়ঃ (অয়াম্বনা) ন ভবিতা (ওইদ্রে) ।৪।

---

হে অচ্যুত! ভুবি (পৃথিবী অসিদা) তে (নহাক্কী) ধর্ম্মস্য (ধর্ম্ম অসিবু) বক্তা (উপদেশ তৌবিনবা) কর্ত্তা (তুং ইন্না লৈবা) অবিতা (ঙাক শেনবিনবা) [ত্বৎ] অন্যঃ (নঙোন্দগী তোঙানবা অমা) ন (লৈতে) অপি (মর্ত্ত্যলোক অসিদগীসু হেল্লবা) কলাঃ (বেদনচিংবা কলা তরা-নিপান্না) মূর্ত্তিধরা (মুর্ত্তি অমমম লৌদুনা লৈরবা) বৈরিঞ্চ্যাং (ব্রহ্মাগী) সভয়াং [অপি] (সভা অদুদসু) ন (লৈতে) ।৫।

---

মরম ওইদুনা, নহাক্কী নফমদা মীওইবাশিংগী ভক্তি লৈবা ওইবা মদুবু, ঐগী ইফমদা হায়বিয়ু ।২।

হে মাধব! হে প্রভো হে মহাবাহো! লেপ্পমক মমাঙৈদা নহাক্না কাংঙগী মশক লৌরিবা রূপ অদুনা, অথোইবা মুংঙাইবগী মশক ওইরবা অদুগুম্বা ধর্ম্মদু, ব্রহ্মাদা হায়বিথি ।৩।

য়েরুবশিংবু লাকশিল্লবা, মমাঙৈদা তাকথ্রবা ধর্ম্ম অদুনা য়াম্না শাংলবা

কর্ত্তাবিত্রা প্রবক্তা চ ভবতা মধুসূদন।
ত্যক্তে মহীতলে দেব বিনষ্টং কঃ প্রবক্ষ্যতি ।৬।
তৎ ত্বং নঃ সর্ব্বধর্ম্মজ্ঞ ধর্ম্মস্ত্বদ্ভক্তিলক্ষণঃ ।
যথা যস্য বিধীয়েত তথা বর্ণয় মে প্রভো ।৭।

---

হে দেব ( হে মধুসূদন! নিংথিনা ঙাক্লিবা! সংসারগী অৱাবা কোকপিরিবা ) ভবতা চ ( ইবুংঙো নহাক্তনা ) কর্ত্তা ( কর্ত্তানি [ ধর্ম্ম অসি নিংথিনা থম্বিবনি ]) অবিত্রা ( ঙাকপি শেম্বীবনি ) প্রবক্তা ( মপুং ফানা তাকপিবনি ) ত্যক্তে ( নহাক্না থাদোক্তুনা চৎখ্রবদি ) মহীতলে ( পৃথিবী অসিদা ) বিনষ্টং ( মপুং ফানা মাংলবা ধর্ম্ম অসিবু ) কঃ প্রবক্ষ্যতি ( কনানা উপদেশ তৌবিনি ) ।৬।

---

হে সর্ব্বধর্ম্মজ্ঞ ( ধর্ম্ম পুম্নমক অসিবু খংবিরিবা হে প্রভো ) তৎ ( মরম অদুনা ) নঃ ( ঐখোয় খিবিক্কীদমক্তা ) ত্বদ্ভক্তিলক্ষণ ( নহাক্কী ভক্তিগী মশক ওইবা ) ধর্ম্ম ( ধর্ম্ম অদুবু ) যথা ( অদুম্না ) বিধীয়েতঃ ( চচ্চবা ঙমগদৌবা, ওইবা ) তথা ( মদুম্না ) প্রভো ( হে প্রভো ) মে ( ঐগী ইফমদা ) ত্বম্ ( ইবুংঙো নহাক্না ) বর্ণয় ( তাকপিয় ) ।৭।

---

মতম্না মরক খনখিবনা হৌজিক্তদি অশিবগী লোক অসিদা অয়াম্বগী মফমদা ওইদ্রে ।৪।

হে অচ্যুত! পৃথিবী অসিদা নহাক্কী ধর্ম্ম অসিবু উপদেশ তৌবিনবা মতুং ইন্না লৈনবা অমদি ঙাক শেনবীনবা, নঙোন্দগী অতোপ্পা অমা লৈতে, মর্ত্ত্যলোক অসিদগীসু চেল্লবা, বেদনচিংবা কলা তরানিপাম্না মুর্ত্তি অমমম্ লৌদুনা লৈরবা, ব্রহ্মাগী সভাদশু নহাক নত্তনা লৈতে ।৫।

নিংথিনা ঙাক্লিবা হে দেব, সংসারগী অৱাবা কোকপিবা! হে কৃষ্ণ! ইবুংঙো নহাক্তনা ধর্ম্ম অসিবু নিংথিনা থম্বিবনি, ঙাকপি শেম্বীবনি অমসুং মপুংফানা তাকপিবনি, নহাক্না থাদোক্তুনা চৎখ্রবদি পৃথিবী অসিদা কনাননো উপদেশ তৌবিগদবা? ।৬।

ধর্ম্ম পুম্নমক অসিবু খংবিরবা হে কৃষ্ণ! মরম অদুনা ঐখোয় খিবিক্কীদমক নহাক্কী ভক্তিগী মশক ওইবা ধর্ম্ম অদুবু অদুম্না চচ্চবা ঙমগদৌবা

শ্রীশুক উবাচ ।
ইত্থং স্বভৃত্যমুখ্যেন পৃষ্টঃ স ভগবান্ হরিঃ
প্রীতঃ ক্ষেমায় মর্ত্ত্যাণাং ধর্ম্মানাহ সনাতনান্ ৮ ।
শ্রীভগবানুবাচঃ—
ধর্ম্ম্য এষ তব প্রশ্নো নৈঃশ্রেয়সকরো নৃণাম্ ।
বর্ণাশ্রমাচারবতাং তমুদ্ধব নিবোধ মে ।৯।

শ্রীশুকঃ উবাচ ( শ্রীশুকনা হায়খি ইত্থং ( মতৌ অসুম্না ) স্বভৃ-ত্যমুখ্যেন ( মহাক্কী ভক্ত অথোইবা উদ্ধবনা ) পৃষ্ঠঃ ( হংঙরবা ) সঃ ভগবান্ ( অদুগুম্বা ভগবান্ ) হরিঃ ( হরিনা ) প্রীতঃ [সন্] (পেনবীরদুনা ) মর্ত্ত্যা-ণাং ( শিবনা হৌনশা ওইরবা মীওইবশিংগী ) ক্ষেমায় ( মঙ্গল ওইনবগী-দমক ) সনাতনান্ ( মতম চুপ্পদা তনৌ তনৌদুনতা লৈরবা ) ধর্ম্মান্ ( বৈষ্ণবধর্ম্ম অদুবু ) আহ ( হায়খি । ।৮।

শ্রীভগবান্ উবাচ (শ্রীভগবান্না হাযখি ) বর্ণাশ্রমাচারবতাং ( বর্ণগী আশ্রমগী লমচৎনা তিল্লবা ) নৃনাং ( মীশিংগী ) ধর্ম্ম্য ( ধর্ম্মত ওইবা ) এষঃ প্রশ্নঃ ( অসিগুম্বা নহাক্কী প্রশ্ন অসিনা ( নৈঃশ্রেয়সকর ( অপোইবা মঙ্গল থোকহল্লে ) উদ্ধব 'হে উদ্ধব) তৎ (ধর্ম্ম অদু ) মে ( ঐগী ইফমদগী ) নিবোধ ( নিংথিনা খঙভো ) ।৯।

মদুম্না ঐগী ইফমদা হায়বিয়ু ।৭।

শ্রীশুকনা হায়খি। মতৌ অসুম্না মহাক্কী ভক্ত অথোইবা উদ্ধবনা হংজববদা অদুগুম্বা ভগবান্ শ্রীহরিনা পেখীরদুনা, শিবনা হৌনশা ওইরবা মীওইবশিংগী মঙ্গল ওইনবগীদমক মতম চুপ্পদা তনৌ তনৌদুনতা লৈরবা বৈষ্ণব ধর্ম্মবু হায়খি ।৮।

শ্রীভগবান্না হায়খি, বর্ণ অমসুং আশ্রমগী লমচৎ ব্যবহার লৈরবা মীশিংগী ধর্ম্মত ওইবা অসিগুম্বা নহাক্কী প্রশ্ন অসিনা অথোইবা মঙ্গল থোকহল্লে, হে উদ্ধব ধর্ম্ম অদু ঐগী ইফমদগী নিংথিনা খঙভো।৯।

ইহান্ হেক হাম্বদা সত্যযুগতা মীওইবশিংগী কাংলুপ অসিবু হংস হায়বা মিং অসিনা খংনরম্মি, মী ওইবশিং অসিনা পোকপতদা ভৌগবা

আদৌ কৃতযুগে বর্ণো নৃণাং হংস ইতি স্মৃতঃ।
কৃতকৃত্যাঃ প্রজা জাত্যা তস্মাৎ কৃতযুগং বিদুঃ। ১০।
বেদঃ প্রণব এবাগ্রে ধর্ম্মোঽহং বৃষরূপধৃক্।
উপাসতে তপোনিষ্ঠাঃ হংসং মাং মুক্তকিল্বিষাঃ। ১১।
ত্রেতামুখে মহাভাগ প্রাণান্ মে হৃদয়াৎ ত্রয়ী।
বিদ্যা প্রাদুরভূৎ তস্যা অহমাসং ত্রিবৃন্মখঃ। ১২।

---

আদৌ ( ইহান হেক হানবা ) কৃতযুগে ( সত্যযুগতা ) নৃণাং ( মী-ওইবশিংগী ) বর্ণ ( কাংলুপ অসিবু ) হংস ইতি ( হংস হায়বা মিং অসিনা) স্মৃত ( খংনরম্মি ) প্রজাঃ ( মীওইবশিং অসিনা ) জাত্যা ( পোকপতদা ) কৃতকৃত্যাঃ ( তৌগদবা মথৌ তৌরবা ) জাতা ( ওইরম্মি ) তস্মাৎ ( মরম অসিদগী ) কৃতযুগং বিদুঃ ( সত্যযুগ হায়না খংঙু ) । ১০ ।

---

অগ্রে ( মতম অহুদা ) প্রণব এব ( প্রণব [ওঁ] অসিতমক ) বেদ [স্মৃত] ( বেদনি খংলম্মি ) অহং (ঐনা) বৃষরূপধৃক্ ( যণলাবগী মশক লৌরবা ) ধর্ম্মঃ [ভবতি] (মখোং মরি পানবা ধর্ম্ম ওই ) মুক্তকিল্বিষঃ ( পাপ পুম্নমক্না থাদোক্লবা ) তপোনিষ্ঠাং ( তপস্যাদা লৈরবা [প্রজা] মী-শিংনা ) হংসং ( শুদ্ধ ওইরবা ) মাং এব ( ঐতবু ) উপাসতে ( উপাসনা তৌই ) । ১১ ।

---

হে মহাভাগ ( লাইবক ফরবা উদ্ধব ) ত্রেতামুখে ( ত্রেতাযুগকী হৌগংলকপদা ) মে ( বৈরাজ পুরুষ ঐগী ) হৃদয়াৎ ( হৃদিদা লৈবা ) প্রাণাৎ ( প্রাণদগী ) ত্রয়ীবিদ্যা ( বেদ অহুমবু ) প্রাদুঃ অভূৎ ( পোকখি ) তস্যা ( বেদ অহুম অদুদগী ত্রিবৃৎ ([ হোতা অধ্বর্য্যু উদ্গাতা ] অহুম অসিনা লৈবা ) মখঃ (যজ্ঞবু) অহং আসং (ঐনা ওই ) । ১২ ।

---

মথৌ তৌরবা ওইরফি, মরম অসিদগী সত্যযুগ হায়না খংঙি । ১০ ।

মতম অহুদা প্রণব [ওঁ] অসিতমক বেদনি খংলম্মী, ঐনা যণ লাবগী মশক লৌরবা মখোং মরি পাম্বা ধর্ম্ম ওই। পাপ পুম্নমক্না থাদোক্লবা তপস্যাদা লৈরবা মীশিংনা শেংলবা ঐতবু উপাসনা তৌই । ১১।

লাইবক ফরবা উদ্ধব, ত্রেতাযুগ হৌগংলকপদা, বৈরাজ পুরুষ

বিপ্রক্ষত্রিয়বিট্‌শূদ্রাঃ মুখবাহূরুপাদজাঃ।
বৈরাজাৎ পুরুষাজ্জাতা য আত্মাচারলক্ষণাঃ। ১৩।
গৃহাশ্রমো জঘনতো ব্রহ্মচর্য্যং হৃদো মম।
বক্ষঃস্থলাৎ বনেবাসঃ সন্ন্যাসঃ শিরসি স্থিতঃ। ১৪।

---

বৈরাজাৎ পুরুষাৎ (ঐগী বিরাট্‌ শরীর অহুদগী) মুখবাহূরু-পাদজাঃ (চিন-পাম্বোম-ফৈগন অমসুং খোংদগী পোক্লবা) যে (অহুক্কী মথৌ ওইবা) আত্মাচারলক্ষণাঃ (মশা মশাগী লমচৎ খংহনবা, আশ্রমগী মতিক চাবা ধর্ম্মদা মপুক্লিং চংলবা) বিপ্র-ক্ষত্রিয়-বিট্‌-শূদ্রাঃ (ব্রাহ্মণ ক্ষত্রি-বৈশ্য অমসুং শূদ্র কৌবা কাংলুপ মরি অসি) জাতাঃ (পোকখি) । ১৩ ।

---

মম (ঐগী বিরাট্‌ রূপকী) জঘনতঃ (ফৈগন্দগী) গৃহাশ্রম গৃহস্থ-আশ্রমনা) জাতঃ (পোকখি) হৃদঃ (হৃদিদগী) ব্রহ্মচর্য্যং (ব্রহ্মচর্য্য আশ্রম পোকখি) বক্ষঃস্থলাৎ (থবাক্তগী) বনেবাসঃ (বানপ্রস্থ আশ্রম পোকখি) শিরসি (কোক্তা) সন্ন্যাসঃ স্থিতঃ (সন্ন্যাস আশ্রম লৈখি) । ১৪ ।

---

ঐগী হৃদিদা লৈরবা প্রাণদগী বেদ অহুম পোকখি, বেদ অহুম অহুদগী হোতা অংধ্বর্য্যু উদ্‌গাতা অহুম অসিনা তিনবা যজ্ঞবু ওইখি, মহু ঐনি । ১২ ।

ঐগী বিরাট্‌ শরীর অহুদগী, চিন পাম্বোম ফৈগন অমসুং খোং-দগী অহুক্কী মথৌ ওইবা, মশা মশাগী লমচৎ খংহনবা, আশ্রমগী মতীক চাবা ধর্ম্মদা মপুক্লিং চংলবা, ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয় বৈশ্য অমসুং শূদ্র কৌবা কাংলুপ মরি পোকখি । ১৩।

ঐগী বিরাট্‌ রূপকী ফৈগনদগী গৃহস্থাশ্রম পোকখি, হৃদিদগী ব্রহ্ম-চর্য্যাশ্রম পোকখি, থবাক্তগী বানপ্রস্থাশ্রম পোকখি, কোক্তা সন্ন্যা-সাশ্রম লৈ । ১৪ ।

বর্ণশিংগী অমসুং আশ্রমশিংগী পোকপা অমদি পোকফমগী মতুং ইন্না মীওইবশিংগী হৃস্থবনা-হৃস্থবা, অহেনবনা-অহেনবা পুকচেল ওই । ১৫ ।

বর্ণানাম্ আশ্রমাণাঞ্চ জন্মভূম্যনুসারিণীঃ।
আসন্ প্রকৃতয়ো নৃণাং নীচৈর্নীচোত্তমোত্তমাঃ ॥ ১৫।
শমোদমস্তপঃ শৌচং সন্তোষঃ ক্ষান্তিরার্জ্জবং।
মদ্ভক্তিশ্চ দয়া সত্যং ব্রহ্মপ্রকৃতয়স্ত্বিমাঃ ।।১৬।

বর্ণানাং ( বর্ণ [ কাংলুপ ] শিংগী ) চ ( অমসুং ) আশ্রমানাং ( আশ্রমশিংগী ) জন্মভূম্যনুসারিণী ( পোকপা অমদি পোকফমগী মতুং ইন্না ) নৃনাং ( মীওইবশিংগী ) নীচৈর্নীচোত্তমোত্তমা ( হন্থবনা হন্থবা অহেনবনা অহেনবা ) প্রকৃতয় ( পুকচেল্লা ) ভবন্তি ( ওই )। ১৫।

শমঃ ( পুক্নিং লাকশিনবা ) দমঃ ( মিৎ নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয় লাকশিনবা ) তপঃ ( একাদশীনচিংবা উপবাস তৌবা ) শৌচং ( মুং-পান শেংবা [ মুংগীনা অচুম্বা অমসুং ভগবান্ নিংশিংবনা, মপান্না-লৈপাক অমসুং ঈশিংনা ) সন্তোষ ( অফংবা খরনা পেনবা ) ক্ষান্তি (ঙাকপীহৈবা) আর্জ্জবং ( পুক্নিং হকচাং অমদি রাঙাংদা খোইদবা ) দয়া ( থৌজান হৈবা ) সত্যং ( সত্যদা লৈবা ) চ ( অমদি ) মদ্ভক্তি ( ঐঙোন্দা ভক্তি লৈবা ) ইমাং তু ( হৌজিক হায়রিবা অসিমক ) ব্রহ্মপ্রকৃতয় ( ব্রাহ্মণগী পুকচেলনি ) ।১৬।

পুক্নিং লাকশিনবা মিৎ-নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয় লাকশিনবা, একাদশীনচিংবদা উপবাস তৌবা, মুং-পান শেংনা লৈবা, অফংবা খরনা পেনবা, ঙাকপীহৈবা, পুক্নিং হকচাং অমদি রাঙাংদা খোইদবা, থৌজান লৈবা, সত্যদা লৈবা অমদি ঐঙোন্দা ভক্তি লৈবা, হৌজিক হায়রিবা অসিমক ব্রাহ্মণগী পুকচেলনি ।১৬।

প্রতাপ চাউবা, পুক্নিংদা হনবা লৈতবা, পুক্নিং লৈতাবা, খাংবাকনবা, পুকচেল চাউবা, হোৎনবা কনবা, ব্রাহ্মণদা ভক্তি লৈবা, মপু ওইবগী মতৌ অমদি নিয়ম ঙাকপা, হৌজিক হায়রিবা অসিমক ক্ষত্রীয়গী পুকচেলনি ।১৭।

ঈশ্বর লৈ হায়না থাজবা, দান তৌনিংবা, নাপল তৌদবা, ব্রাহ্মণগী সেবা তৌবা, লন তানবদা অপেনবা লৈতবা, হৌজিক হায়রিবা অসিমক

তেজো বলং ধৃতিঃ শৌর্য্যং তিতিক্ষৌদার্য্যমুদ্যমঃ।
স্থৈর্য্যং ব্রহ্মণ্যমৈশ্বর্য্যং ক্ষত্রপ্রকৃতয়স্ত্বিমাঃ ।১৭।
আস্তিক্যং দাননিষ্ঠা চ অদম্ভো ব্রহ্মসেবনম্।
অতুষ্টিরর্থোপচয়ে বৈশ্যপ্রকৃতয়স্ত্বিমাঃ ।১৮।
শুশ্রূষণং দ্বিজগবাং দেবানাঞ্চাপ্যমায়য়া।
তত্র লব্ধেন সন্তোষঃ শূদ্রপ্রকৃতয়স্ত্বিমাঃ ।১৯।

। তেজঃ ( প্রতাপ চাউবা ) বল ( পুক্লিংদা হৈনবা লৈতবা ) ধৃতি পুক্লিং [ তপথবা ] লৈতাবা ) শৌর্য্যং ( থৌবা ) তিতিক্ষা (খাংবা কনবা) ঔদার্য্যং ( পুক্ষচেল চাউবা ) উদ্যম ( হোৎনবা কনবা ) ব্রহ্মণ্যং ( ব্রাহ্মণদা ভক্তি লৈবা ), ঐশ্বর্য্যং ( নিয়ম ঙাকপা মপু ওইবা ) ইমাঃ তু ( হৌজিক হায়রিবা অসিমক ) ক্ষত্রপ্রকৃতয় ( ক্ষত্রীয়গী পৃকচেলনি ) ।১৭।

আস্তিক্যং ( ঈশ্বর লৈ হায়না থাজবা ) দাননিষ্ঠা ( দান-দা লৈবা ) অদম্ভঃ ( নাপল তৌদবা ) ব্রহ্মসেবনং ( ব্রাহ্মণগী সেবা তৌবা ) অর্থোপচয়ে ( সেন তানবদা ) অতুষ্টী ( পেনবা লৈতবা ) ইমাঃ তু ( হৌজিক হায়রিবা অসিমক ) বৈশ্যপ্রকৃতয় ( বৈশ্যগী মতৌনি ) ।১৮।

অমায়য়া ( লৌনমদনা ) দেবানাং ( লাইশিংগী ) চ অমসুং ) দ্বিজ গবাং ( ব্রাহ্মণশিংগী ষণশিংগী ) শুশ্রূষণং ( সেবা তৌবা ) তত্রাপি ( মতুমক্তা ) লব্ধেন ( ফংলিবা অদুনা ) সন্তোষঃ ( পেনবা ) ইমাঃ তু ( হৌজিক হায়রিবা অসিমক ) শূদ্রগী স্বভাবনি ) ।১৯।

বৈশ্যগী মতৌনি ।১৮।

লৌনমদনা লাইশিংগী অমসুং ব্রাহ্মণশিং অমদি যণশিংগী সেবা তৌবা, মতুদা ফংলিবা অদুনা পেনবা মসিমক শূদ্রগী স্বভাবনি। ১৯।

অশেং অমাংগী বিচার লৈতবা, অচুম্বা ঙাংদবা, লৌনম নমথাক তৌদুনা লৌবা অমদি হুরানবা, ঈশ্বর লৈ হায়না থাজদবা, কৈশুনত্তবা অমদগীসু হেক্তা থৎনবা, অপাম্বা, অশাওবা অমসুং খৌরাংবা, হৌজিক হায়রিবা মখোই অসিমক অতোনবা কাংলুপকী স্বভাবনি ।২০।

পুক্লিং বাহৈ হকচাংনা জীবদা অবাবা পীদবা, ঈশ্বর লৈ কাউদবা,

অশৌচমনৃতং স্তেয়ং নাস্তিক্যং শুষ্কবিগ্রহঃ।
কামঃ ক্রোধশ্চ তর্ষশ্চ স্বভাবোঽন্ত্যাবসায়িনাম্ ।২০।
অহিংসা সত্যমস্তেয়মকামঃ ক্রোধলোভতা।
ভূতপ্রিয়হিতেহা চ ধর্ম্মোঽয়ং সার্ব্ববর্ণিকঃ।২১।
দ্বিতীয়ং প্রাপ্যানুপূর্ব্ব্যাজ্জন্মোপনয়নং দ্বিজঃ।
বসন্ গুরুকুলেদান্তো ব্রহ্মাধীয়ীত চাহুতঃ ।২২।

---

অশৌচং ( অশেং-অমাংগী বিচার লৈতবা) অনৃতং ( অচুম্বা ভাংদবা ) স্তেয়ং ( লৌনম নমথাক তৌতুনা লৌবা হুবানবা ) নাস্তিক্যং। ঈশ্বর লৈ হায়না থাজদবা ) শুষ্কবিগ্রহ ( কৈশুনত্তবা অমদগীম্ব হেক্তা খৎনবা ) কাম ( অপাম্বা ) ক্রোধ ( অঁশাওবা ) চ ( অমস্যং ) তর্ষ ( খৌরাংবা ) [ইমাঃ] ( হৌজিক হায়রিবা অসিমক) অন্ত্যাবসায়িনাং (অতোনবা কাংলুপশি গী) স্বভাব ( মতৌনি ) ।২০।

---

অহিংসা ( পুক্লিং রাহৈ হকচাংনা জীবদা অৱাবা পীদবা ) সত্যং ( সত্যদা লৈবা—ঈশ্বর লৈ কাউদবা ) অকামক্রোধতা ( অপাম্বা লৈতবা মরম অত্থনা শাউদবা ) অলোভতা ( কল্লক মিহৌদবা ) ভুতপ্রিয়হিতেহা ( প্রাণিশিংবু নুংশিবিবা অমসুং মখোয়গী য়াইফনবা হোৎনবা ) অয়ং ( মশে ) সার্ব্ববর্ণিকঃ ( বর্ণ মরিমক্কী ) ধর্ম্ম ( ধর্ম্মনি ) ।২১।

---

দ্বিজঃ ( ব্রাহ্মণ ক্ষেত্রিয় বৈশ্যনা ) আপুর্ব্বাৎ ( মথং মথং গর্ভাধান-দগী হৌতুনা সংস্কার তৌরবগী মতুংদা ) উপনয়ণ ( উপনয়ণ কৌবা ) দ্বিতীয়ং জন্ম ( অনিশুবা মপোকপু ) প্রাপ্য ( ফংলবা অতুগী তুংদা ) গুরুকুলেবসন্ ( গুরুগী নাক্তা লৈতুনা ) আহুতঃ অচার্য্যনা কৌরবা ) দান্ত ( গুরুগী সেবাদা মপুক্লিং চংলবা ) জিতেন্দ্রিয় ( ইন্দ্রিয় লাকশিল্লবা ব্রহ্ম-চারী অত্থনা ) ব্রহ্ম ( বেদবু ) অধীয়ীতঃ ( তমগনি ) চ ( বেদগী অর্থতু বিচার তৌগনি ) ।২২।

---

অপাম্বা লৈতবা, মরম অত্থনা শাউদ্রবা, কল্লক মিহৌদবা, প্রাণিশিংবু নুংশিবিবা অমসুং মখোয়গী য়াইফনবা হোৎনবা, মশে বর্ণ মরিগী ধর্ম্মনি। ।২১।

মেখলাজিনদণ্ডাক্ষ ব্রহ্মসূত্রকমণ্ডলূন্।
জটিলোঽধৌতদদ্বাসোঽরক্তপীঠঃ কুশান্ দধৎ ।২৩।
স্নান ভোজন হোমেষু জপোচ্চারে চ বাগ্‌যতঃ।
নচ্ছিন্দ্যান্নখলোমানি কক্ষোপস্থগতান্যপি ।২৪।

---

মেখলা ( খ্বাংদ পুন্নবা কুশগী থৌরী ) মৃগচর্ম্ম ( শবেং মউন্ ) দণ্ড ( চৈঙ ) অক্ষমালা ( সুগ্রীক পবেং ) যজ্ঞ সূত্র ( নগুণ ) কমণ্ডলূন্ ( কমণ্ডলু ) চ ( অমসুং ) কুশান ( কুশ খিবিক ) জটিল ( জটাসু ) দধৎ ( পুগনি ) অধৌতদদ্বাস ( য়াথিন চৈনা য়াথিল্লোইদৌবনি, অমসুং ফি শুরোইদৌবনি ' অরক্ত পীঠ ( আসন অঙাংবা ফম্লোইদৌবনি ) ২৩।

স্নানে ( ইরুজবা ) ভোজনে ( চাকচাবা ) হোমে ( হোম তৌবা ) জপে ( জপ তৌবা ) উচ্চারে ( মলমূত্র পুরীষ ত্যাগ তৌবা মতমদা ) বাগ্‌যত রা ঙাংলোইদবনি ) নখলোমনি ( খুজিল অমদি তু ) চ (১সুং) কক্ষোপস্থগতানি [কেশানি] (ফি শেৎফম য়োরবা শম ) অপি (ওইতুনসু ) ন ছিন্দ্যাৎ ( কক্লোইদৌবনি ) ।২৪।

---

ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয় বৈশ্যনা, মথং মথং গর্ভাধানদগী হৌদ্দুনা সংস্কার তৌরবগী মতুংদা উপনয়ণ কৌবা অনিশুবা মপোক ফংলবা অতুগী তুংদা গুরুগী মনাক্তা লৈতুনা, আচার্য্যনা কৌরবা ইন্দ্রিয় লাকশিন্নবা ব্রহ্মচারী অতুনা, বেদ তমগনি অমসুং অর্থতু বিচাব তৌগনি ।২২।

খ্বাংদা কুশগী থৌরী পুনগনি, শবেং মউন অমসুং যজ্ঞোপবীত ( নগুণ ) থাঙ্গনি, সুগ্রীক পরেং শিগনি, কমণ্ডলু অমসুং কুশ খরা পাইগনি, চৈঙ পাইগনি, জটা পুগনি, য়াথিন চৈনা য়া থিল্লোই-দৌবনি, ফি শুরোইদৌবনি, অমসুং অঙাংবা আসন ফম্লোইদবনি। ২৩।

ইরুজবদা, চাক চাবদা, হোম তৌরিঙৈদা, মন্ত্রজপ তৌরিঙৈদা, থী ফাইরিঙৈদা, যুং হাল্লিঙৈদা, রা ঙাংলোইদবনি, খুজিন ককলোই, তু কোক্লোইদৌবনি, অমসুং য়াম্না শাংলবসু শম কক্লোইদৌবনি ।২৪।

ব্রহ্মচারী অতুনা করিগুম্বা মতমদশু বীর্য্যবু মপান থোকহল্লোই-দৌবনি করিগুম্বা মংনচিংবদা মপান থোকখিবা থোক্লবদি ঈশিং লৈফমদা

রেতো নাবকিরেজ্জাতু ব্রহ্মব্রতধরঃ স্বয়ম্ ।
অবকীর্ণেঽবগাহ্যাপ্সু যতাসুস্ত্রিপদীং জপেৎ ।২৫।
অগ্ন্যর্কাচার্য্য-গো-বিপ্র গুরু বৃদ্ধ সুরান্ শুচিঃ ।
সমাহিত উপাসীত সন্ধ্যে দ্বে যতবাগ্জপন্ ।২৬।
আচার্য্যং মাং বিজানীয়াৎ নাবমন্যেত কর্হিচিৎ ।
ন মর্ত্ত্যবুদ্ধ্যাসূয়েত সর্ব্বদেবময়ো গুরুঃ ।২৭।

---

ব্রহ্মব্রতধর ( ব্রহ্মচারী অহনা ) জাতু ( করিগুম্বা মতমদশু ) রেত ( বীর্য্যবু ) ন অবকিরয়েৎ (মপান থোকহল্লোইদোবনি) দৈবাৎ [স্বপ্নাদৌ] করিগুম্বা মংনচিংবদা ) অবকীর্ণে ( মপান থোকখিবা ( থোক্লবদি ) অবগাহ্য ( ঈশিং লৈফমদা ঈরুবগা ) যতাসু ( প্রণায়াম তৌদুনা ) ত্রিপদীং জপেৎ ( গায়ত্রী জপ তৌগনি ) ।২৫।

---

শুচিঃ [ব্রহ্মচারী] ( স্নান-নচিংবনা শেংলবা ব্রহ্মাচারী অদুনা ) যতবাক্ [সন্] ( ৱা ঙাংদনা ) সমাহিতঃ ( নিংথিনা পুক্লিং লৈতাবা ওইদুনা ) দ্বে সন্ধ্যে ( সন্ধ্যা অনিদা [ অয়ুক অমসুং নুমিদাংৱাইদা ) জপন্ ( গায়ত্রী জপ তৌদুনা ) অগ্ন্যর্কাচার্য্য-গো-বিপ্র-গুরু-বৃদ্ধ-সুরান্ ( মৈ, নুমিৎ, আচার্য্য, ষণ, ব্রাহ্মণ গুরু, অহল লমন্ অমসুং ইষ্টদেববু, উপাসীত পূজা তৌগনি ) ।২৬।

---

আচার্য্যং ( আচার্য্যবু ) মাং বিজাণীয়াৎ ভগবান্ ঐমক্তি খংগনি) কর্হিচিৎ ( করিগুম্বা মতমদসু ) ন অবমন্যেত । থোওইদবা তৌরোইদোবনি ) মর্ত্ত্যবুদ্ধ্যা ( মীনি হায়বা ৱাখল্লা মরম ওইদুনা ) ন অসূয়েতঃ ( গুণবু দোষ ওইনা ঙাংবা তৌরোইদোবনি ) [হি] ( মরমদি ) গুরুঃ ( গুরুনা ) সর্ব্বদেবময়ঃ ( লাই পুম্নমক্কী মশক্তি ) ।২৭।

---

ইকুজরগা প্রাণায়াম তৌদুনা গায়ত্রী জপ তৌগনি ।২৫।

স্নান্নচিবনা শেংলবা ব্রহ্মচারী অদুনা ৱা ঙাংদনা নিংথিনা পুক্লিং লৈতনা অয়ুক অমসুং নুমিদাংৱাই সন্ধ্যা অনিদা গায়ত্রী জপ তৌরগা মৈ, নুমিৎ আচার্য্য, ষণ, ব্রাহ্মণ গুরু অমদি ইষ্টদেববু পূজা তৌগনি। ২৬।

আচার্য্যবু ভগবান্ ঐমক্তি খংগনি, করিগুম্বা মতমদসু থোওইদবা

সায়ং প্রাতরুপানীয় ভৈক্ষ্যং তস্মৈ নিবেদয়েৎ।
যচ্চান্যদপ্যনুজ্ঞাতমুপযুঞ্জীত সংযতঃ ।২৮।
শুশ্রূষমাণ আচার্য্যং সদোপাসীত নীচবৎ ।
যানশয্যাসন স্থানৈর্নাতিদূরে কৃতাঞ্জলিঃ ।২৯।

---

সায়ং প্রাতঃ ( নুমিদাংবাই অমস্তুং অয়ুক্তা ) ভৈক্ষ্যং ( ভিক্ষাদগী ফংলকপা অন্ন অদু ) [উপানীয়] (পুরক্লগা তস্মৈ ( আচার্য্যদা ) নিবেদয়েৎ ( কৎকনি) অন্যৎ অপি ( অতোপ্পা ফংলকপা ) চ ( মদুগু কৎকনি) অনুজ্ঞাতং (য়াথং ফংলগা ) সংযতঃ [সন্] ( নিংথিনা পুক্লিং লাকশিল্লগা ) উপযুঞ্জীত ( চাগনি ) ।২৮।

---

সদা ( মতম চুপ্পদা ) আচার্য্যং ( আচার্য্যবু ) শুশ্রূষমাণ ( সেবা তৌরিবা ) [যতি ] ( ব্রহ্মচারী অদুনা ) যাণেন ( আচার্য্যগী তুং ওইরপ্পা ) চত্তুনা ) শয্যায়া ( আচার্যনা তুম্বদা নাক ওইনা য়াম্না যম্বগা লোইননা তুমদুনা ) আসনেন ( হিপ্পা মতমদা খোং খুৎ নোইদুনা ) স্থানেন ( পোথা রিঙৈ মতমদনা নাক ওইনা লৈদুনা ) কৃতাঞ্জলি [সন্] ( য়াথং ঙায়দুনা ) নাতিদূরে ( লাপ্পনা ) নীচবৎ ( মনাই ওইনা ) উপাসীত ( লৈগনি । ।২৯।

---

তৌরোইদোবানি, মীনি হায়বা বাখল্লা মরম ওইদুনা গুণবু দোষ ওইনা ঙাংবা তৌরোইদোবনি, মরমদি গুরুনা লাই পুম্নমক্কী মশক্কি ২৭।

নুমিদাংবাই অমস্তুং অয়ুক্তা ভিক্ষাদগী ফংলকপা চেং চাক্কু আচার্য্যদা কৎকনি, অতোম্না ফংলকপা অদুসু কৎকনি, আচার্য্যগী য়াথং ফংলগা নিংথিনা পুক্লিং লাকশিল্লগা চাগনি, ফংদ্রগা উপবাস তৌগনি চন্না হেনগনি ।২৮।

মতম চুপ্পদা আচার্য্যবু সেবা তৌরিবা ব্রহ্মচারী অদুনা, আচার্য্যনা চৎপদা তুং ওইরপ্পা চত্তুনা, তুম্বা মতমদনা আচার্য্যগী নাক্তা য়াম্না যম্ব তৌনা তুমদুনা, হীপ্পা মতমদা খোং-খুৎ নোইদুনা, পোথাবা মতমদা নাক ওইনা লৈদুনা য়াথং ঙায়দুনা, লাপ্পনা মনাই ওইনা লৈগনি ।২৯।

মতম অদুফাউবদা, মহৈ তম্বা নিংথিনা লোইবা মদু ফাউবা, মরক্তা

এবং বৃত্তো গুরুকুলে বসেৎ ভোগবিবর্জিতঃ।
বিদ্যা সমাপ্যতে যাবদ্ বিভ্রদ্ ব্রতমখণ্ডিতম্ ।৩০।
যদ্যসৌ ছন্দসাং লোকমারোক্ষ্যন্ ব্রহ্মবিষ্টপম্।
গুরবে বিন্যসেদ্দেহং স্বাধ্যায়ার্থং বৃহদ্ব্রতঃ ।৩১।
অগ্নৌ গুরাবাত্মনি চ সর্ব্বভূতেষু মাং পরম্।
অপৃথগ্ধীরুপাসীত ব্রহ্মবর্চ্চস্ব্যকল্মষঃ ।৩২।

যাবৎ ( মতম অদুফাউবা ) বিদ্যা ( মহৈ তম্বা ) সমাপ্যতে ।নিংথিনা লোইবা ) তাবৎ ( মতুফাউবা ) অখণ্ডিতং ( মরক্তা লেপথোকপা তৌদনা ) ব্রতং ( মথক্তা হায়খিবা নিয়ম অসি ) বিভ্রৎ ( নিংথিনা লৌহনা ) গুরুকুলে ( গুরুগী য়ুমদা গুরুকুলদা ) এবং বৃত্তঃ ( মতৌ অসুম্না লৈরবা যতি অহুনা ) ভোগবিবর্জিতঃ ( সংসারগী ভোগ থাদোক্তনা ) বসেৎ ( লৈগনি ) ।৩০।

অসৌ ( ব্রহ্মচারী অদুনা ) ছন্দসাং লোকং ( মহর্লোকপু ) ততঃ ( অদুদগী ) ব্রহ্মবিষ্টপং ( ব্রহ্মলোকপু আরোক্ষ্যন্ ( ফংনিংলবা ) যদি ( মহু ওইরবদি ) স্বাধ্যায়ার্থং ( হেন্না খংনবা অমদি তম্নবগীদমক ) বৃহদ্-ব্রতঃ ( নৈষ্ঠীক ব্রহ্মচারী [ য়ুম্বানবা থাদোকপা ] ওইহনা ) গুরবে (গুরুদা) দেহং বিন্যসেৎ ( মশাবু নিংথিনা কংকনি ) ।৩১।

ব্রহ্মবর্চ্চস্বী ( বেদভ্যাস-বেদবু হন্না হন্না চর্চ্চা তৌবা, অদুদগী ব্রহ্মগী তেজ লৈরবা ) [ততঃ] ( মরম অদুনা ) অকল্মষঃ ( পাপ লৈত্রবা ) অগ্নৌ ( মৈদা ) গুরৌ ( গুরুদা ) আত্মনি ( মশাদা ) চ (অমদি) সর্ব্বভূতেষু ( জীব পুম্নমক্তা) অপৃথগ্ধীঃ (তোঙান্না রাখল থমদ্রবা নৈষ্ঠীকব্রহ্মচারী অহুনা ) পরং ( পুম্নমক্তগী অথোইবা ) মাং ( ঐবু ) উপাসীত ( ভজনা তৌগনি ) ।৩২।

লেপথোকপা তৌদনা, মথক্তা হায়খিবা নিয়ম অসি নিংথিনা তাকুনা গুরুকুলদা লৈগনি। মতৌ অসুম্না লৈরবা ব্রহ্মচারী অহুনা সংসারগী ভোগ থাদোক্তনা লৈগনি ।৩০।

ব্রহ্মচারী অদুনা, মহর্লোক অদুদগী ব্রহ্মলোকপু ফংনিংলবা, মহু

স্ত্রীণাং নিরীক্ষণ স্পর্শ-সংলাপ-ক্ষ্বেলনাদিকম্ ।
প্রাণিনো মিথুনীভূতানগৃহস্থোঽগ্রতস্ত্যজেৎ ।৩৩।
শৌচমাচমনং স্নানং সন্ধ্যোপাস্তির্মমার্চ্চনম্ ।
তীর্থসেবাজপোঽস্পৃশ্যা ভক্ষ্যাসাম্ভাষ্য বর্জ্জনম্ ।৩৪।
সর্ব্বাশ্রম প্রযুক্তোঽয়ং নিয়মঃ কুলনন্দন।
মদ্ভাবঃ সর্ব্বভূতেষু মনোবাক্ কায়সংযমঃ ।৩৫।

---

অগৃহস্থ ( নৈষ্ঠীকব্রহ্মচারী —পোকপদমী-ব্রহ্মচারী ওইরক্লবা, বর্ণাশ্রমদা লৈরিবা, ইন্দ্রিয় খুত্থমচন্নবা হোৎনরিবা মীনা ) স্ত্রীণাং (ন্নুপীশিংগী) নিরীক্ষণং ( য়েংবা ) স্পর্শনং ( মখোইগা শোক্নবা ) সংলাপং ( ৱারী শানবা) ক্ষ্বেলনং ( ফাগী যোগাই তৌনবা' [চ] (অমদি) অগ্রত ( মাংমক্তগী মিথুনীভূতান্ ( য়ুমদিন্নরিবা ) প্রাণিন ( শা অমসুং উচেক্নচিংববু ) ত্যজেৎ ( থাদোক্কনি হায়বদি মফমত্থ থাদোক্লনা চৎকনি ) ।৩৩।

---

অস্পৃশ্যং ( শোক্নবা ন্নাদবা শোক্নবা ) অভক্ষ্যং ( চারোইদোববু চাবা ) অভাষ্যং ( হায়ফম থোক্তবা ৱা হায়বা ) বর্জ্জং [কার্য্যং] ( থাদোক্কনি ) শৌচং ( পুক্নিং অমসুং হকচাং শেংনা লৈগনি ) আচমনং [কুর্য্যাৎ] ( আচমন তৌগনি ) সন্ধ্যোপাস্তি ( সন্ধ্যা উপাসনা তৌগনি) মমার্চ্চনং ( ঐবু পুজা তৌগনি ) তীর্থ সেবা ( তীর্থ স্নান ৷তৌগনি ) জপঃ ( ইষ্ট মন্ত্র জপ তৌগনি। হে কুলনন্দন ( ঐগী শাগৈদা পোক্লবা হে উদ্ধব। সর্ব্বভূতেষু ( প্রানি খুদিংদা ) মদ্ভাবঃ ( ঐগী ভাব থম্বা ) মনঃ ( পুক্নিং ) বাক্ ( ৱা ) কায় ( হকচাং ) সংযম ( লাকশিন্না ) অয়ং নিয়ম ( নিয়মশি' অসি ) সর্ব্বাশ্রমপ্রযুক্ত ( আশ্রম পুম্বদা লৈবনি ) ।৫৪।৩৫।

---

ওইরবদি হেন্না খংনবা অমদি তম্নবগীদমক য়ুম্বানবা থাদোক্তনা ( পুক্নিং অহুনা ) গুরুদা মশাত্থু কৎকনি ।৩১।

বেদবু হন্না হন্না চর্চ্চা তৌবা অহুদমী পোক্নবা ব্রহ্মতেজ লৈরবা, মরম অহুনা পাপ লৈত্রবা, মৈদা, গুরুদা, মশাদা অমদি জীব পুম্নমক্তা, তোঙাম্বা থাখল থমত্রবা নৈষ্ঠীকব্রহ্মচ্যারী অহুনা, পুম্নমক্তগী অথোইবা ঐবু ভজনা তৌগনি ।৩২।

এবং বৃহদ্ব্রতধরো ব্রাহ্মণোঽগ্নিরিবজ্বলন্।
মদ্ভক্তস্তীব্রতপসা দগ্ধকর্ম্মাশয়োঽমলঃ ।৩৬।
অথানন্তরমাবেক্ষ্যন্ যথাজিজ্ঞাসিতাগমঃ।
গুরবে-দক্ষিণাং দত্ত্বা স্নায়াদ্ গুর্ব্বনুমোদিতঃ ।৩৭।

---

এবং ( মতৌ অসুম্না ) বৃহদ্ব্রতধর ( অচৌবা ব্রত লৌরিবা ) তীব্র-তপসা ( কল্লবা তপস্যা অহুনা ) জ্বলন্ ( চাক্লবা ) অগ্নিঃ ইব ( মৈনা তৌবগুম্ ) দগ্ধকর্ম্মাশয় ( কর্ম্মগী লৈকম অন্তকরণবু নিংথিনা শেংদো-ক্লবা ) [অতঃ] ( মরম অসিনা ) অমলঃ ( অমোংপগী মশক সংসারগী বাসনা, লৈত্রবা ) ব্রাহ্মণঃ ( ব্রহ্মজ্ঞান লৈরবা ) [সঃ] ( নৈষ্ঠীক ব্রহ্মচারী অহুনা ) মদ্ভক্তা [ ভবতি] ( ঐগী ভক্ত ওই ) ।৩৬।

---

অথ ( অমনা ) যথা [বং] অহুম্না, জিজ্ঞাসিতাগম ( বেদগী অর্থদি বিচার তৌরগা ) [ উপকুর্ব্বাণঃ] ( অপাস্বদি কোক্ত্রবা ব্রহ্মচারী অহুনা ) অনন্তরং ( মথংগী আশ্রম গৃহস্থদা ) আবেক্ষ্যন্ ( চংগে নিংলবা ) [তদা] ( মতমহুদা ) গুরু-অনুমোদিত [সন্] (গুরুনা য়াবিরগা ) গুরবে ( গুরুদা ) দক্ষিণাং দত্ত্বা ( দক্ষিণা কৎলগা ) স্নায়াৎ (অভ্যঙ্গনচিংবা তৌরগা সমাবর্ত্তণ স্নান তৌগনি ) ।৩৭।

---

পোকপদগী ব্রহ্মচারী ওইরক্লবা, বর্ণাশ্রমদা লৈরিবা, ইন্দ্রিয় খুহুম চম্নবা হোৎনরিবা মীনা, মুপী য়েংবা, মখোইগা শোক্লবা, ৱারী শাবা, ফাগী যোগাই তৌবা থাদোক্কনি অমদি মাংমক্তা য়ুমদিম্নরিবা শা-উচেক্লচিংববু উরগা মফমহু থাদোক্ত্রনা চৎকনি ।৩৩।

শোক্লবা য়াদবা শোক্লবা, চারোইদৌবা পোৎ চাবা, হায়ফম থোক্ত-ব' ৱা হায়বা তৌরোইদৌবনি, পুক্লিং অমসুং হকচাং শেংনা লৈগনি, পুজা অমসুং চাক চাবদা আচমন তৌগনি, সন্ধ্যা উপাসনা তৌগনি, ঐবু পুজা তৌগনি, তীর্থদা স্নান তৌগনি, ইষ্টমন্ত্র জপ তৌগনি, ঐগী শাগৈদা পোক্লবা হে উদ্ধব! প্রাণি খুদিংদা ঐগী ভাব থম্বা, পুক্লিং ৱাহৈ হকচাং লাকশিনবা, নিয়মশিং অসি আশ্রম পুম্নমক্তা লৈবনি ।৩৪।৩৫।

মতৌ অহুম্না অচৌবা ব্রত [ লৌম্নিবা ] তৌরিবা, কল্লবা তপস্যানা

গৃহং বনং বোপবিশেৎ প্রব্রজেদ্ বা দ্বিজোত্তমঃ।
আশ্রমাদ্ আশ্রমং গচ্ছেৎ নান্যথামৎপরশ্চরেৎ। ৩৮।
গৃহার্থী সদৃশীং ভার্য্যামুদ্বহেদজুগুপ্সিতাম্।
যবীয়সীন্তু বয়সা যাং সবর্ণামনুক্রমাৎ। ৩৯।

---

[ সকামঃ চেৎ ] ( বেদগী অর্থ বিচার তৌরগা অপাম্বা কোক্তুবদি ) গৃহং উপবিশেৎ ( গৃহস্থ আশ্রমদা লৈগনি ) বা ( অমনা ) [নিষ্কাম-চেৎ] ( অন্তকরণ শুদ্ধ ওইহনা অপাম্বা লৈত্রবদি ) বনং প্রবিশেৎ ( বানপ্রস্থ আশ্রমদা চংগনি ) বা দ্বিজোত্তম ( অপাম্বা লৈত্রবা মহাক অহুনা ব্রাহ্মণ ওইরবদি ) প্রব্রজেৎ ( সন্ন্যাস লৌগনি ) আশ্রমাৎ ( আশ্রম অমদগী ) আশ্রমং ( মথংগী আশ্রমদা ) গচ্ছেৎ ( চৎকনি ) অন্যথা ( অতোপ্পদা ) ন গচ্ছেৎ ( চৎকদৌবা ওইদে ) মৎপর ( ঐঙোন্দগী অতোপ্পা অমদা অপাম্বা লৈত্রবা দ্বিজ অহুনদি ) প্রব্রজেৎ ( সন্ন্যাস তোগনি ) [ স্বভক্তস্যাশ্রমনিয়মাভাবাৎ শ্রীপাদঃ ] । ৩৮ ।

---

গৃহার্থী ( য়ুম পাম্বিংলবা মীহুনা ) অনুক্রমাৎ ( বর্ণগী মতুং ইন্না ) অজুগুপ্সিতাং ( শাগৈদা অমদি মশাদা দোষ লৈত্রবী ) বয়সা (চহিনা) যবীয়সাং ( হস্থবী ) সবর্ণাং ( বর্ণ মান্নবী ) সদৃশীং ( মপা চানরবী ) যাং ( অহুগুম্বী কন্যা অহবু ) ভার্য্যাং ( ভার্য্যা ওইনা ) উদ্বহেৎ ( বিবাহ তৌগনি-লুহোংগনি ) । ৩৯ ।

---

চাক্লবা মৈনা তৌবগুম্না, কর্ম্মগী লৈফম অন্তকরণবু নিংথিনা শেংদোক্লবা, মরম অহুনা অমোৎপগী মশক সংসারগী অপাম্ববু লৈত্রবা, ব্রহ্মজ্ঞান লৈরবা নৈষ্ঠীক ব্রহ্মচারী অহুনা ঐগী ভক্ত ওই । ৩৬ ।

অমনা—অহুম্না বেদগী অর্থদি বিচার তৌরগা অপাম্বদি কোক্লবা ব্রহ্মচারী অহুনা, মথংগী আশ্রম গৃহস্থদা চংনিংলবা মতমহুদা, গুরুনা য়াবিরগা, গুরুদা দক্ষিণা কৎলগা, অভ্যঙ্গনচিংবা তৌরগা সমাবর্ত্তণ স্নান তৌগনি। । ৩৭ ।

বেদগী অর্থ বিচার তৌরগা অপাম্বা কোক্লবদি, গৃহস্থ আশ্রমদা লৈগনি, অন্তকরণ শেংহুনা অপাম্বা লৈত্রবদি বানপ্রস্থ আশ্রমদা চংগনি,

ইজ্যাধ্যয়ন-দানানি সর্ব্বেষাঞ্চ দ্বিজন্মনাম্।
প্রতিগ্রহোঽধ্যাপনঞ্চ ব্রাহ্মণস্যৈব যাজনম্ ।৪০।
প্রতিগ্রহং মন্যমানস্তপস্তেজো যশোনুদম্ ।
অন্যাভ্যামেব জীবেত শিলৈর্বা দোষদৃক্ তয়োঃ ।৪১।

ইজ্যাধ্যয়ন-দানানি ( যজ্ঞ তৌবা, বেদ তম্বা, দান তৌবা, অহুম অসি ) সর্ব্বেষাং দ্বিজন্মনাং ( দ্বিজ ওইবা [ ব্রাহ্মণ ক্ষেত্রী বৈশ্য ] বর্ণ অহুম অসিগীনি ) চ ( অহুগা ) প্রতিগ্রহ ( দান লৌবা ) অধ্যাপনং ( বেদ তম্বিবা ) যাজনং চ ( অমসুং অতোপ্পশিংগীদমক্তা যজ্ঞনচিংবা তৌবা অহুম অসিদি ) ব্রাহ্মণস্য এব ( ব্রাহ্মণগী মথৌনি ) ।৪০।

প্রতিগ্রহং ( দান লৌবদা ) তপঃ স্তেজঃ যশোনুদং ( তপ-তেজ-যশ অহুম অসি তৌবদা মাংঙি হায়না ) মন্যমান ( খল্লবা ব্রাহ্মণ অহু-না ) অন্যাভ্যাং ( বেদ তম্বিবা অমসুং যজ্ঞনচিংবা তৌবিবনা ) জীবেত ( হিঙ্গনি ) তয়োঃ দোষদৃক্ (অনি অসিদসু দোষ উরবদি ) শিলৈ জীবেত ( মপুনা থাদোল্লবা লৌবুক্তা তাহৌবনা হিঙ্গনি ) ।৪১।

অপাম্বা লৈত্রবা মহাক অহুনা ব্রাহ্মণ ওইরবদি সন্ন্যাস লৌগনি, আশ্রম অমদগী মথংগী আশ্রমদা চংকনি, অতোপ্পদা চংকদৌবা ওইদে। ঐভোন্দগী অতোপপা অমদা অপাম্বা লৈত্রবা দ্বিজ অহুনদি সন্ন্যাস লৌবা য়াই। ঐগী ভক্তগী মফমদা আশ্রমগী নিয়ম লৈতে, শ্রীধরঃ ।৩৮।

য়ুম প্যাল্লিংলবা মী অহুনা বর্ণগী মতুং ইন্না শাস্ত্রগেদা অমদি মশাদা দোষ লৈত্রবী, চহি হস্থবী, বর্ণ মান্নবী, মপা চানরবী অহুগুম্বী কন্যা অহুবু ভার্য্যা ওইনা বিবাহ তৌগনি ।৩৯।

যজ্ঞ তৌবা, বেদ তম্বা, দান তৌবা, অহুম অসি দ্বিজশিংগীনি, দান লৌবা, বেদ তম্বিবা, অতোপ্পশিংগী যজ্ঞনচিংবা তৌবিবদি ব্রাহ্মণ-তগী মথৌনি ।৭০।

দান লৌবদা, তপস্যা, তেজ, যশ অহুম অসি তৌবদা মাংঙি হায়না খল্লবা ব্রাহ্মণ অহুনা, বেদ তম্বিবা অমসুং পুজা তৌবিবনা হিঙ্গনি, অনি অসিদসু দোষ উরবদি, মপুনা থাদোল্লবা লৌবুক্তা তাহৌবা চিঙ্গাক

ব্রাহ্মণস্য হি দেহোঽয়ং ক্ষুদ্রকামায় নেষ্যতে।
কৃচ্ছ্রায় তপসে চেহ প্রেত্যানন্তসুখায় চ।।৪২।
শিলোঞ্ছবৃত্ত্যা পরিতুষ্টচিত্তো
ধর্ম্মং মহান্তং বিরজং জুষাণঃ
মষ্যর্পিতাত্মা গৃহ এব তিষ্ঠন্
নাতিপ্রসক্তঃ সমুপৈতি শান্তিম ।৪৩।

হি ( তাহৌবা চিঞ্জাক খুন্দুনা হিংবগী মরমদি ) ব্রাহ্মণস্য ( ব্রাহ্মণগী ) অয়ং দেহঃ ( ফংঙমদনা ফংলবা হকচাং অসে ) ক্ষুদ্রকামায ( কৈগু লৈত্রবা সংসারগী ভোগ অসিগীদমক্তা ) ন ইষ্যতে ( নত্তে ) ইহ [লোকে] ( অসিগুম্বা হকচাং অসিদা ) কৃচ্ছ্রায় ( হিংনবগী মরম য়ামদনা লৌবদগী পোকপা অৱাবহু ) তপসে ( থংনবা [ফংনব] গীদমক ) চ (অমনা) প্রেত্য ( শিরবা তুংদা ) অনন্ত সুখায় ( মোক্ষ ফংনবগীদমক ) ইষাতে ওইবনি ) ।৪২।

শিলোঞ্ছবৃত্ত্যা—শিল (লৌবুক্তা তাবা ফৌনচিংবা খুম্বা ) উঞ্ছ (উমং বননচিংবদা মুল্লহুনা কেল্লবা উহৈ খুম্বা অনি অসিনা হিংনবগী পাম্বৈ ওইরিবা অহুতনা ) পরিতুষ্টচিত্ত ( পুম্নমক্তা অপেনবা ওইরবা ) বিরজং ( অপাম্বা লৈত্রবা ) মহান্তং ধর্ম্মং ( পুম্নমক্কগী হেল্লবা ধর্ম্মবু ) জুষাণঃ ( সেবা তৌরিবা ) ময়ি ( ঐঙোন্দা ) অর্পিতাত্মা ( মপুক্কিং কৎথবা ) [সঃ] ( ব্রাহ্মণ অহুনা ) গৃহে এব ( যুমদমক ) তিষ্ঠন্ [ অপি ] ( লৈবা ওইহুনগু ) ন অতিপ্রসক্ত সন্ ( হেন্না চংশিল্লবা তৌদনা ) শান্তিং [ প্রাপ্তয়ে ] ( মোক্ষ ফংনবগীদমক ) সমুপৈতি ( মতিকচাবা ফংভি ) ।৪৩

অহু খুন্দুনা হিঙনি ।৪১।

তাহৌবা চিঞ্জাক খুন্দুনা হিংবগী মরমদি ব্রাহ্মণগী ফংঙমদনা ফংলবা হকচাং অশে কৈগু লৈত্রবা সংসারগী ভোগ অসিগীদমক্তা নত্তে, অসিগুম্বা হকচাং অসিদা হিংনবগী মরম য়ামদনা লৌবদগী পোকপা অৱাবহু ফংনবা থংনবগীদমক্কি অমনা, শিরবা তুংদা মোক্ষ ফংনবগীদমক ওইরনি ।৪২।

শিল অমসুং উঞ্ছ বৃত্তিনা মরম ওইহুনা, পুম্নমক্তা অপেম্বা ওইরবা

সমুদ্ধরন্তি যে বিপ্রং সীদন্তং মৎপরায়ণম্।
তানুদ্ধরিষ্যে ন চিরাদাপদ্ভ্যো নৌরিবার্ণবাৎ ।৪৪।
সর্ব্বাঃ সমুদ্ধরেৎ রাজা পিতেব ব্যসনাৎ প্রজাঃ।
আত্মানমাত্মনা ধীরো যথা গজপতির্গজান্ ।৪৫।

যে ( অদুগুম্বা ইনাকখুল্লবা মী অদুনা ) মৎপরায়ণং ( ঐঙোন্দা মপুক্লিং থমফম ওইরবা ) সীদন্তং ( লৈত লাইরবনা অৱাবা ফংলবা ) বিপ্রং ( ব্রাহ্মণ অদুবু ) সমুদ্ধরন্তি ( লাইরবদগী মপুংফানা কল্লি ) তান্ ( অদুগুম্বা মী অদুবু ) [অহং] ( ঐনা ) অর্ণবাৎ ( সমুদ্রদা তাদুনা লৈবা অদুদগী ) নৌ ইব ( হিনা তৌবগুম ) ন চিরাৎ ( য়াম্না থুনা ) আপদ্ভ্যঃ ( খুদোংথিবা খিবিক্লগী ) উদ্ধরিষ্যে ( লাম্থোকপি ) ।৪৪।

সর্ব্বাঃ প্রজা ( প্রজা পুম্নমকপু ) রাজা (নিংথৌনা ) ব্যসনাৎ ( অৱাবা খুদোংথিবদগী ) পিতা ইব ( মপানা তৌবগুম ) সমুদ্ধরেৎ ( নি·থিনা লাম্থোকপিগনি ) ধীরঃ ( বুদ্ধি লৈরবা মীনা ) আত্মানং ( মশাবু ) আত্মনা যথা ( অফবা বাথম্না তৌবগুম ) ) গজপতিঃ ( লুচিংবা শামুনা ) গজান্ যথা ( শামু ময়াম্বু পুবগুম্ ঙাকপি শেনবীগনি ) ।৪৫।

অগাম্বা লৈত্রবা, পুম্নমক্তগী অথোইবা ধর্ম্মবু সেবা তৌরিবা, ঐঙোন্দা মপুক্লিং কৎপ্রবা ব্রাহ্মণ অদুনা য়ুমদমক লৈবা গুইদুনগু হেন্না চংশিল্লবা তৌদনা, মোক্ষ ফংনবগী মতিকচাবা ফংঙি ।৪৩।

অদুগুম্বা ইনাক খুল্লবা মী অদুনা, ঐঙোন্তদা মপুক্লিং লৈফম ওইরবা, লৈত লাইরবনা অৱাবা ফংলবা ব্রাহ্মণ অদুবু লাইরবদগী মপুং ফানা কল্লি, অদুগুম্বা মী অদুবু ঐনা, সমুদ্রদা তাদুনা লৈবদগী হিনা তৌবগুম য়াম্না থুনা খুদোংথিবা খিবিক্লগী লাম্থোকপি ।৪৪।

প্রজা পুম্নমকপু নিংথৌনা অৱাব-খুদোংথিবদগী মপানা তৌবগুম নিংথিনা ঙাকশেনগনি, বুদ্ধি লৈরবা মীনা মশাবু অফবা মাইকৈদা পুই, লুচিংবা শামুনা শামু ময়াম পুবগুম, ঙাকপি শেনবীগনি ।৪৫।

অসুম্না তৌরব নিংথৌনা মপোক অসিদা পামদবা পুম্নমক থাদোক্লগা ভূমিংকুম্না লংলবা দোলাইনা পুদুনা স্বর্গদা ইন্দ্রগা লোইননা লৈ ।৪৬।

এবংবিধো নরপতির্বিমানেনার্কবর্চ্চসা।
বিধূয়েহাশুভং কৃৎস্নমিন্দ্রেন সহ মোদতে ।৪৬।
সীদন্ বিপ্রো বণিগ্‌বৃত্ত্যা পণ্যৈরেবাপদং তরেৎ।
খড়্গেন বা-পদাক্রান্তো ন শ্ববৃত্ত্যা কদাচন ।৪৭।
বৈশ্যবৃত্ত্যা তু রাজন্যো জীবন্মৃগয়য়াপদি।
চরেৎ বা বিপ্ররূপেণ ন শ্ববৃত্ত্যা কথঞ্চন ৪৮।

---

এবংবিধ ( অসুম্মা তৌরবা ) নরপতি ( নিংথৌনা ) ইহ মপোক অসিদা ) কৃৎস্নং অশুভং ( পামদবা পুম্নমকপু ) বিধুয় ( থাদোক্লগা ) অর্কবর্চ্চসা ( নুমিৎকুম্না লংলবা ) বিমানেন ( বিমান = দলাইনা পুত্থনা ) ইন্দ্রেন সহ ( ইন্দ্রগা লোইননা) মোদতে (নুংঙাম্বনা স্বর্গদা লৈ) । ৪৬ ।

---

সীদন্ ( শিলোঞ্ছ অমদি প্রতিগ্রহনচিংবদগী হিংবা য়াত্রবা ) বিপ্রং ( ব্রাহ্মণ অত্থনা ) বণিকৃবৃত্ত্যা এব ( য়ু অমসুং থুম্নচিংবা য়োনবা য়াদবা থাদোক্লগা, তোঙানবা পোৎকী লৈব-য়োনবা অত্থতনা মরম ওইথুনা) আপদং তরেৎ ( অৱাবদগী লাম্থোক্কনি ) বা ( মথুনশু ঙমদ্রবদি ) আপদাক্রান্ত ( অৱাবনা খুথুম চল্লবা ব্রাহ্মণ অত্থনা ) খড়্গেন ( ক্ষত্রিয়বৃত্তি লৌগনি ) কদাচন ( করিগুম্বদসু ) শ্ববৃত্ত্যা ( অতোম্বগী সেবা তৌবনা মরম ওইথুনা ) ন তরেৎ ( অরাবথু লাম্লোই ) । ৪৭ ।

---

রাজন্য ( ক্ষেত্রীয়না ) আপদি ( খুদোং থীরবা মতমদা ) বৈশ্যবৃত্ত্যা ( বৈশ্যগী-বৃত্তি লৌউ-শিংউবনা মরম ওইথুনা ) বা ( মথু নত্রগা ) মৃগয়া ( শা তান্নবনচিংবনা মরম ওইথুনা ) জীবেৎ ( হিংনবা হোৎনগনি ) বা ( অনিসি নত্রগনা ) বিপ্ররূপেন ( বিপ্রবৃত্তি = বেদ তম্বিবনা মরম ওইথুনা ) চরেৎ ( লৈগনি ) কথঞ্চন ( করিগুম্বদসু ) শ্ববৃত্ত্যা ( অতোনবগী সেবানা ) ন জীবেৎ ( হিংলোইদৌবনি ) । ৪৮ ।

---

শিলোঞ্ছ প্রতিগ্রহনচিংবদগী হিংবা য়াত্রবা ব্রাহ্মণ অত্থনা, বণিক্ বৃত্তি, য়ু অসুং থুম্নচিংবা য়োনবা য়াদবা থাদোক্লগা, তোঙানবা পোৎ লৈবা য়োনবা অত্থতনা মরম ওইথুনা অৱাবদগী লাম্থোক্কনি, মথুনশু ঙমদ্রবদি অৱাবনা খুথুম চল্লবা ব্রাহ্মণ অত্থনা ক্ষত্রিয়বৃত্তি লৌগনি, করিগুম্বা মতমদশু

শূদ্রবৃত্তিং ভজেৎ বৈশ্যঃ শূদ্রঃ কারুকটক্রিয়াম্।
কৃচ্ছ্রান্মুক্তো ন গর্হেণ বৃত্তিং লিপ্সেত কর্ম্মণা ।৪৯।
বেদাধ্যায়-স্বধা-স্বাহা-বল্যন্নাদ্যৈর্যথোদয়ম্।
দেবর্ষি-পিতৃ-ভূতানি মদ্রূপাণ্যন্বহং যজেৎ ।৫০।

বৈশ্যঃ ( বৈশ্যনা খুদোংথিবদা তারবদা ) স্বুদ্রবৃত্তিং ভজেৎ ( সুদ্রগী বৃত্তি লৌগনি ) শূদ্র ( শূদ্রনা অৱাবা তারবা, মতু ওইরবদি ) কারুবৃত্তিং ভবেৎ ( শাস্ত্রগী বিধি লৈত্রবা হিংনবগীত ওইবা থবক অতুনা) [ অমদি ] কটক্রিয়াং [ কট কৌবা নাপী মখল অমা ] মতুনা থৌরি তাবগী থবক্কা হিংগনি ) [তু] ( তৌইগুম্বসুং ) কৃচ্ছ্রাৎ মুক্ত [সন] ( অৱাবা অতুদগী ) লাম্থোক্লরুবা মতু ওইরবদি । গর্হেন কর্ম্মনা ( নিন্দাগী মশক ওইরবা কর্ম্ম অতুনা মরম ওইতুনা) বৃত্তিং ( থবক অতুবু ) ন লিপ্সেত ( পামগদৌবা ওইদে ) ।৪৯।

যথোদয়ং ( অতুম্না ঙম্বা [ তথা ] মতুম্না ) অন্বহং ( নুমিৎ খুদিংগী ) বেদাধ্যায়-স্বধা স্বাহা-বল্যন্নাদ্যৈঃ ( বেদ অধ্যয়ন - শ্রাদ্ধ-হোম-অন্নদান অসিনচিংবনা মরম ওইতুনা ) মৎ রূপানি ( ঐগী রূপ ওইরবা ) দেবর্ষি-পিতৃ-ভূতানি ( দেবতা-ঋষি-পিতৃ-অমদি প্রাণিশিংবু ) যজেৎ ( পুজা ( তৌগনি ) ।৫০।

অতোনবগী সেবা তৌবনা মরম ওইতুনা অৱাবদু লেপ্লোই ।৪৭।

ক্ষত্রীয়না খুদোংথিরবা মতমদা লৌউ-শীংউবনা অমদি মৃগয়ানা মরম ওইতুনা হিংনবা হোৎনগনি, অনিসি নত্রগনা বিপ্রবৃত্তি-বেদনচিংবা তম্বিতুনা লৈগনি, করিগুম্বদসু অতোনবগী সেবানা মরম ওইতুনা হিংলোইদৌবনি ।৪৮।

বৈশ্যনা খুদোংথিবদা তারবদা শূদ্রগী বৃত্তি ( থবক ) তৌগনি, শূদ্রনা অৱাবা তারবা, মতু ওইরবদি কারুবৃত্তি-শাস্ত্রগী বিধি লৈত্রবা হিংনবগীতা ওইবা থবক অতুনা, অমদি কট কৌবা নাপী মখল অতুনা থৌরী তাবগী থবক্কা হিংগনি, তৌইগুম্বসুং অৱাবা অতুদগী লাম্থোক্লরুবা মতু ওইরবদি নিন্দাগী মশক ওইবা থবক অতুনা মরম ওইতুনা থবক অতুবু

যদৃচ্ছয়োপপন্নেন শুক্লেনোপার্জ্জিতেন বা।
ধনেনাপীড়য়ন্ ভৃত্যান্ ন্যায়েনৈবা হরেৎ ক্রতূন্। ৫১।
কুটুম্বেষু ন সজ্জেত ন প্রমাদ্যেৎ কুটুম্ব্যপি।
বিপশ্চিন্নশ্বরং পশ্যেদ অদৃষ্টমপি দৃষ্টবৎ ।৫২।

যদৃচ্ছয়া ( হায়জরুবা তৌদনা ) উপপন্নেন ( ফংলরবা ) বা ( অমনা, শুক্লেন ( মশাগী ধর্ম্ম কায়দনা ) উপার্জিতেন ( তাল্লুরবা ) ধনেন এব ( লন্ অতুতনা ) ভৃত্যান্ ( মচা মনাই খিবিকপু ) অপীড়য়ন্ ( ৱাহন্দনা ) ন্যায়েন ( শাস্ত্রগী বিধি কায়দনা ) ক্রতূন্ আহরেৎ ( যজ্ঞশিং অসি তৌগনি ) ।৫১।

বিপশ্চিৎ ( বিচার লৈরবা মীনা ) কুটুম্বেষু ( মুপী অঙাংনচিংবগী মফমদা ) ন সজ্জেত ( হেঞ্জিন্না থল্লোইদৌবনি ) ন প্রমাদ্যেত ( ঈশ্বর নিংশিংবদা থৌশাদবা তৌরোইদৌবনি) কুটুম্বী অপি ( লৈরবা মুপী অঙাংশিং অসিসু) নশ্বরং ( মাংবা শিবা নাইবনি হায়বসি ) পশ্যেৎ ( উগনি ) অপি ( অমনা ) অদৃষ্টং ( উত্রিবা স্বর্গনচিংবা অতুসু ) দৃষ্টবৎ ( উরিবা অসিগুম্না ) নশ্বরং [ অনিত্যং ] ( অরেপ্পা লৈতবনি হায়বসি ) পশ্যেৎ ( বিচার তৌগনি ) ।৫২।

অমুক পামগদৌৰা ওইদে ।৪৯।

অতুম্না ওম্বা, মতুম্না মুমিৎ থুদিংগী স্বাধ্যায় হোম শ্রাদ্ধ অন্নদান অসিনচিংবনা, দেবতা ঋষি পিতৃ অমসুং প্রাণীশিংবু পুজা তৌগনি।৫০।

হায়জরুবা তৌদনা ফংলরবা, অমনা মশাগী বৃত্তি ( ধর্ম্ম ) কায়দনা তাল্লুরবা লন অতুতনা, মচা মনাই খিবিকপু ৱাহন্দনা, শাস্ত্রগী বিধি কায়দনা মথক্তা হায়গ্রিবা যজ্ঞশিং অসি তৌগনি ।৫১।

বিচার লৈরবা মীনা, মুপী অঙাংনচিংবগী মফমদা হেঞ্জিন্না থল্লোইদৌবনি, অতুগা ঈশ্বর নিংশিংবদা থৌশাদবা তৌরোইদবনি, লৈরিবা মুপী অঙাংশিং অসিসু মাংব-শিবা নাইবনি হায়বসি উগনি, অমনা,- উত্রিবা স্বর্গনচিংবা অতুগু, উরিবা অসিগুম্না অরেপ্পা লৈতবনি হায়বসি বিচার তৌগনি ।৫২।

পুত্রদারাপ্ত বন্ধুনাং সঙ্গমঃ পান্থসঙ্গমঃ।
অনুদেহং বিয়ন্ত্যেতে স্বপ্নোনিদ্রানুগো যথা ।৫৩।
ইত্থং পরিমৃষন্মুক্তো গৃহেষ্বতিথিবদ্‌ বসন্।
ন গৃহৈরনুবধ্যেত নির্ম্মমো নিরহঙ্কৃতঃ ।৫৪।
কর্ম্মভির্গৃহমেধীয়ৈরিষ্ট্বা মামেব ভক্তিমান্।
তিষ্ঠেদ্‌ বনং বোপবিশেৎ প্রজাবান্বা পরিব্রজেৎ ।৫৫।

---

পুত্রদারাপ্ত বন্ধুনাং ( নুপী অঙাং মচিন-মনাওশিংগী ) সঙ্গম ( লৈমিন্নবা (তিন্নবসি ) পান্থসঙ্গমঃ ( লম্বী লমখাংদা তুক উনবনি ) যথা ( মতুদি ) নিদ্রানুগঃ ( তুম্লিভৈদা ময়াম উরম্বা ) তথা ( মতুগুম্না ) স্বপ্নঃ [ ভবতি ] ( মং ওইবনি ) অনুদেহং ( ঐগীনি হায়না খল্লিবা নুপী-অঙাংনচিংবগী ) এতে ( শরীরশিং অসিগু ) বিয়ন্তি [ নশ্যন্তি ] ( মাংখিদৌবা ঙাক্লি ) ।৫৩।

---

ইত্থং ( হৌজিক হায়খিবা অসুম্না। পরিমৃষন্ ( বিচারনা লেপ্পবা ) মুক্ত ( হেক্তিন্না খন্দ্রবা ) নির্ম্মম ( ঐগী হায়বা লৈত্রবা ) নিরহঙ্কৃতঃ ( অহঙ্কার তৌদবা ) অতিথিবৎ ( অতিথিগুম্না করিগু খল্লদনা ) বসন্ ( লৈরবা ) [সঃ] ( মী অদু ) গৃহৈ [ ধর্ম্মৈ ] ( য়ুমগী ধর্ম্মশিং অসিনা ) ন অনুবধ্যেতে ( পুল্লবা ঙমদে ) ।৫৪।

---

ভক্তিমান ( ভক্তিলৈরবা মী অদুনা ) গৃহমেধীয়ৈ ( গৃহস্থীগী ওইবা ) কর্ম্মভি ( থৌরম খিবিক্লা মরম ওইদুনা। মাম্ এব ( ঐতবু ) ইষ্ট্বা ( পূজা তৌরগা ) গৃহে তিষ্ঠেৎ ( য়ুমদা লৈগনি ) বা ( অমদি ) বনং উপবিশেৎ ( বন্দা চৎকনি ) প্রজাবান বা ( মচানিপা লৈবা থোক্লগনা ) পরিব্রজেৎ ( সন্ন্যাসলৌগনি ) ।৫৫।

---

নুপী অঙাং মচিন মনাওশিংগী লৈমিন্নবা তিন্নবসি, লম্বী-লমখাংদা তুক-উনবনি, মতুদি-তুম্লিভৈদা ময়াম উরম্বা অদুগুম্না মং ওইবনি ( মংনি ) ঐগীনি হায়না খল্লিবা নুপী অঙাংনচিংবগী হকচাংশিং অসিসু মাংখিদৌবা ঙাক্লি ।৫৩।

হৌজিক হায়খিবা অসুম্না বিচারনা লেপ্পবা, হেক্তিন্না খন্দ্রবা, ঐগী

যস্ত্বাসক্তমতির্গেহে পুত্রবিত্তৈষণাতুরঃ।
স্ত্রৈণঃ কৃপণধীর্মূঢ়ো মমাহমিতি বধ্যতে ॥৫৬
অহো মে পিতরৌ বৃদ্ধৌ ভার্য্যা বালাত্মজাত্মজাঃ।
অনাথা মামৃতে দীনাঃ কথং জীবন্তি দুঃখিতাঃ ॥৫৭॥

---

তু (তৌইগুম্বস্নং) যঃ (মী অদুনা) গেহে (য়ুমীদা) আসক্তমতি (হেঞ্জিন্না থম্বা) পুত্রবিত্তৈষণা (মচা অমসুং লনগী অপাম্বনা) আতুর (অৱাবা ওইরবা) স্ত্রৈণঃ (নুপী পাম্লবা) কৃপণধী (মপুবচেল পীক্লবা) মূঢ় (বিচার য়াওদ্রবা) স (মহাক অদুবু) মম (ঐগী) অহং (ঐ হায়বা) ইতি (অসিনা) বধ্যতে (পল্লি) ॥৫৬॥

---

অহো (ওস্নোকপনি) মে (ঐগী) পিতরৌ (ইপা ইমাসু) বৃদ্ধৌ (অহল ওইরে) ভার্য্যা (নুপীনা) বালাত্মজা (অপিকপা অঙাং চেল্লি) আত্মজাঃ (ইচাশিং অসিনা) মাং ঋতে (ঐ য়াওদনা) দীনাঃ (তোম্না) অনাথা (ঙাকপি শেনবীনবা লৈতনা) দুঃখিতা য়াম্না ৱানা কথং (মতৌ করম্না) জীবন্তি (হিঙ্গনি) ॥৫৭॥

---

হায়বা লৈত্রবা, অহঙ্কার তৌদ্রবা, অতিথিশুম্না করিসু থল্লুদনা লৈরবা মী অদুবু য়ুমগী ধর্ম্মশিং অসিনা পুন্নবা ঙমদ্রে ॥৫৪॥

ভক্তি লৈরবা মী অদুনা, য়ুম্নানবগী ওইবা থৌরম খিবিক্না মরম ওইদুনা ঐতবু পূজা তৌরগা য়ুমদা লৈগনি. অমদি বনদা চৎকনি, মচানিপা লৈবা থোক্লগনা সন্ন্যাস লৌগনি ॥৫৫॥

তৌইগুম্বস্নং মী অদুনা, য়ুমীদা হেঞ্জিননা থল্লা, মচা অমসুং লনগী অপাম্বনা অৱাবা ওইরবা, নুপী পাম্লবা, মপুকচেল পীক্লবা, বিচার য়াওদ্রব মহাক অদুবু, ঐগী অমদি ঐ হায়বা অসিনা পুল্লি ॥৫৬॥

ওস্নোকপনি! ঐগী ইপা ইমাসু অহল ওইরে, নুপীনা অপীকপ অঙাং চেল্লি, ইচাশিং অসিনা ঐ য়াওদনা তোম্না, ঙাকপি শেন্বিনব লৈতনা য়াম্না ৱানা মতৌ করম্না হিঙ্গনি ॥৫৭॥

মতৌ অসুম্না, য়ুমগী ৱাথম্না পুক্নিং লৈতাদ্রবা অসিগুম্বা ৱাখল লৈত্রবা অসিনা, মথোয় পুন্নমক অসিবু অসুম নিং-নিংদুনা শিথ্রগা হেন্না

এবং গৃহাশয়াক্ষিপ্ত হৃদয়ো মূঢ়ধীরয়ম্ ।
অতৃপ্তস্তাননুধ্যায়ন্ মৃতোহন্ধং বিশতে তমঃ ।৫৮।
ইতি শ্রীমদ্ভাগবতে মহাপুরাণে পারমহংস্যাং সংহিতায়াং
বৈয়াসিক্যাং একাদশস্কন্ধে সপ্তদশোহধ্যায়ঃ। ১৭।

---

এবং ( মতৌ অসুমা ) গৃহাশয়াক্ষিপ্তহৃদয় ( য়ুমগী ৱাখননা পুক্লিং লৈতাত্রবা ) অতৃপ্ত ( অপেনবা ফংত্রবা ) অয়ং ( অসিগুম্বা ) মূঢ়ধী ( ৱাখল লৈত্রবা অসিনা ) তান্ ( মখোয় পুম্নমক অসিবু ) অনুধ্যায়ন্ ( অসুম নিং-নিংদুনা ) মৃতঃ [সন্] ( শিগ্রগা ) অন্ধং তমঃ ( হেন্না হেন্না মমুবা ) [ যোনিং ] ( মপোকপু ) বিশতে ( ফংঙি ) ।৫৮।

---

হেন্না মমুবা ( ৱাখল লৈত্রবা ) মপোকপু ফংঙি ।৫৮।

পরমহংসগী সার পুম্নমক্না তিল্লবা মহর্ষি বেদব্যাসনা ইরম্বা মহাপুরাণ শ্রীমদ্ভাগবতকী, একাদশ স্কন্ধগী তরাতরেৎ শুবা অধ্যায়না মতাংসিদা লোইরে ।১৭।

---

# শ্রীমদ্ভাগবতম্

## একাদশ-স্কন্ধ:

### অষ্টাদশঃ অধ্যায়ঃ

—: (০) :—

শ্রীভগবানুবাচ।

বনং বিবিক্ষুঃ পুত্রেষু ভার্য্যাং ন্যস্য সহৈববা।

বন এব বসেচ্ছান্তস্তৃতীয়ং ভাগমায়ুষঃ।১।

কন্দমূলফলৈর্বন্যৈ মেধ্যৈ র্বৃত্তিং প্রকল্পয়েৎ।

বসীত বল্কলং বাসস্তৃণপর্ণাজিনানি চ।২।

---

শ্রীভগবানুবাচ (শ্রীভগবান্না হায়খি) বনং (বন্দা) বিবিক্ষুঃ (চৎকে নিংলবা গৃহী অহুনা) ভার্য্যাং (মাগী ভার্য্যাবু) পুত্রেষু (মচাশিংগী মকমদা) ন্যস্য (শিন্নরগা) সহ বা এব (লোইননবু ওই-রবস্থ) শান্ত (নিংথিনা পুক্লিং লাকশিন্দুনা) আয়ুষঃ (পুঙ্খিগী) তৃতীয়ং ভাগং (অহুম শুবা শরুক অহুবু) বনে এব (বনমক্তা) বসেৎ (লৈগনি)।১।

---

[তত্র] (বন অহুদা) বন্যৈ (বনগী ওইবা) কন্দ-মূল-ফলৈঃ (কন্দ—ওল, মূল—মরু, ফল—মহে অসিশিংশিনা মরম ওইহুনা) বৃত্তিং (হিংনবা পান্থৈবু) প্রকল্পয়েৎ (ওইগনি) [অযাচিতং] (হায়জদনা ফংবা) বল্কলং (উকু) বস্ত্রং (ফি) বা (অমদি) তৃণপর্ণাজিনানি (কুশ-উনা-অমদি শজি মউন্‌বু) বসীত (শেৎ-ইনগনি)।২।

---

শ্রীভগবান্‌না হায়খি, বনদা চৎকে নিংলবা গৃহী অহুনা মাগী ভার্য্যাবু মচাশিংগী মকমদা শিন্নরগা অমদি লোইননবু ওইরবস্থ নিংথিনা পুক্লিং লাকশিন্দুনা পুন্‌শিগী অহুম শুবা শরুক অহু বনমক্তদা লৈগনি।১।

কেশরোমনখশ্মশ্রু মলানি বিভৃয়াদ্ দতঃ।
ন ধাবেদপ্সু মজ্জেত ত্রিকালং স্থণ্ডিলেশয়ঃ ।৩।
গ্রীষ্মে তপ্যেত পঞ্চাগ্নীন্ বর্ষাস্বাসারষাড়্ জলে।
আকণ্ঠমগ্নঃ শিশিরে এবং বৃত্তস্তপশ্চরেৎ ।৪।
অগ্নিপক্কং সমশ্নীয়াৎ কালপক্কমথাপি বা।
উলুখলাশ্মকুট্টো বা দন্তোলুখল এব বা ।৫।

---

কেশ-রোম-নখ-শ্মশ্রু-মলানি ( শম- তু - খুজিন - কোই - হকচাংগী অমোৎপা পুম্নমক ) বিভৃয়াৎ ( পুগনি ) দতঃ (য়াবু) ন ধাবেৎ ( থিল্লোই, শেংদোক্লোই ) ত্রিকালং ( সন্ধ্যা অহুমদা ) অপ্সু ( ঈশিংদা ) মজ্জেত ( য়োংস্লক চাম্বগুম স্নান তৌগনি ) স্থণ্ডিলেশয়ঃ ( লৈমায়দা হিপকনি ) ।৩।

---

গ্রীষ্মে ( ওলাং থাদা ) পঞ্চ অগ্নীন্ তপ্যেত ( মৈ মঙাগী ময়াইদা লৈহুনা তপস্যা তৌগনি ) বর্ষাসু ( নোংজু থাদা ) আসারষাড়্ ( নোং-লাশিং অহু খাংগনি ) শিশিরে ( নিংথম থাদনা ) জলে ( ঈশিংদা ) আকণ্ঠমগ্ন ( খোরী য়োনা লুপতুনা লৈগনি ) এবং বৃত্তঃ ( অম্মন্না লৈবা ওইহুনা ) তপঃ চরেৎ ( তপস্যা তৌগনি ) ।৪।

---

অগ্নিপক্কং (মৈদা মুম্নবা কন্দমুল ) অথাপি বা ( অমনা ) কালপক্কং-বা ( মতোমতা মুঙ্গহুনা কেল্লবা উহৈ অহুতবু ) সমশ্নীয়াৎ ( চাগদোবা ওই ) বা ( অমদি ) উলুখলাশ্মকুট্টঃ ( শুম্বন অমদি নুংনা শুগাইহুনা শেল্লবা অমহু চাগনি ) বা ( অমনা ) দন্ত ( য়ানা ) উলুখলঃ এব ( শাইবা শুম্বা অহুত্তমক চাগনি ) ।৫।

---

বন অহুদা লৈরগা, বনগী ওইবা উহৈ, মরুগী জাৎ অমসুং ওল অসিশিংশিনা মরম ওইহুনা হিংনবা পাম্বৈ ওইগনি, হায়জদনা ফংলবা উকু ফি অমদি কুশ-উনা-শজিমউনবু শেৎ-ইনগনি ।২।

শম-তু খুজিন কোই-হকচাংগী অমোৎপা পুম্নমক পুগনি, য়া থিল্লোই শেংদোক্লোই, সন্ধ্যা অহুমদা ঈশিংদা ( পুখ্রি তুরেম্নচিংবদা ) য়োংস্লক চাম্ব-গুম স্নান তৌগনি, লৈমায়দা হিপকনি ।৩।

ওলাংথাদা মৈ মঙাগী ময়াইদা লৈহুনা অম্বাবা থাংগনি, নোংজু থাদনা

স্বয়ং সঞ্চিনুয়াৎ সর্ব্বমাত্মনো বৃত্তিকারণম্।
দেশ-কাল-বলাভিজ্ঞ নাদদীতান্যদাহৃতম্ । ৬
বন্যৈশ্চরুপুরোডাশৈর্নির্ব্বপেৎ কালচোদিতান্।
ন তু শ্রৌতেন পশুনা মাং যজেত বনাশ্রমী । ৭ ।

দেশ-কাল-বলাভিজ্ঞ ( মফম-মতম-মশাগী পাঙ্গল নিংথিনা খংলবা বানপ্রস্থী অহুনা ) আত্মন ( মশাগী ) বৃত্তিকারণং ( হিংনবগী মরম ) সর্ব্বং ( পুম্নমকপু ) স্বয়ং ( মশামক্না ) সঞ্চিনুয়াৎ ( লৌরুগনি ) অনাদা ( অতোপ্পা মতম — ঙরাং ) আহৃতং ( পুরকখিবা অহু ) কালান্তরে ( ঙসি অমুক ) ন আদদীত ( শিজিন্নরোই ) । ৬ ।

বনাশ্রমী ( বানপ্রস্থদা লৈরিবা মী অহুনা ) বন্যৈঃ ( বনগী ওইবা ) চরুপুরোডাশৈঃ ( ব্রাইমুচরানা থোংলবা চরু অমদি সোমরসনচিংবনা মরম ওইহুনা ) কালচোদিতান্ ( মতম মতমগী ওইবা ) [যাগং] (যাগবু) নির্ব্বপেৎ ( পাংথোক্কনি — তৌগনি ) তু ( তৌইগুম্বসুং ) শ্রৌতেন ( শ্রুতিগী ওইবা ) পশুনা ( পশুযাগনা মরম ওইহুনা ) মাং ( ঐবু ) ন যজেত ( পূজা তৌরোইদবনি ) । ৭ ।

নোংলীশিং অহু খাংগনি, নিংথম থাদনা ঈশিংদা খোঁয়ী য়োনা লুপ্তনা লৈগনি, অসুম্না লৈহুনা তপস্যা তৌগনি । ৪ ।

মৈদা মুল্লবা কন্দগী মরু, অমনা মতোমতা মুঞ্জহুনা কেল্লরুবা উহৈ অহুতবু চাগনি, অমদি-শুম্বন অমসুং নংনা শুগাইহুনা শেল্লবা অন্নহু চাগনি, অমনা য়ানা শাইবা ঙম্বা অহুতমক চাগনি । ৫ ।

মফম-মতম-মশাগী পাঙ্গল নিংথিনা খংলবা বনাশ্রমী অহুনা মশাগী হিংনবগী মরম পুম্নমক মশামক্না লৌরুগনি অতোপ্পা মতম-ঙরাং পুরকখিবা চানবহু ঙসি অমুক শিজিন্নরোই । ৬ ।

বানপ্রস্থদা লৈরিবা মী অহুনা, বনগী ওইবা ব্রাইমুচরানা থোংলবা চরু অমদি সোমরসনচিংবনা মরম ওইদুনা মতম মতমগী ওইবা যাগবু তৌগনি, তৌইগুম্বসুং শ্রুতিগী ওইবা পশুযাগনা ঐবু পূজা তৌরোইদৌবনি । ৭ ।

অগ্নিহোত্রঞ্চ দর্শশ্চ পুর্ণমাসশ্চ পুর্ব্ববৎ।
চাতুর্মাস্যানি চ মুনেরাম্নাতানি চ নৈগমৈঃ ।৮।
এবং চীর্ণেন তপসা মুনির্ধমনিসন্ততঃ ।
মাং তপোময়মারাধ্য ঋষিলোকাদুপৈতি মাম্।৯।
যস্ত্বেতৎ কৃচ্ছ্রতশ্চীর্ণং তপো নিঃশ্রেয়সং মহৎ।
কামায়াল্পীয়সে যুঞ্জ্যাদ্ বালিশঃ কোঽপরস্ততঃ।১০।

---

পুর্ব্ববৎ ( বন্যপুরোডাশনচিংবনা মরম ওইহুনা অগ্নিহোত্রং চ (দেবতা অহুবু নিংহুনা মৈদা হোম তৌবা ) দর্শঃ চ ( অমাবশ্যা যজ্ঞ পুর্ণমাসঃ চ ( পুর্ণিমাদা তৌগদবা যজ্ঞ ) চ ( অমস্তুং ) চাতুর্মাস্যানি চ ( চতুর্মাসদা তৌগদবা ব্রত পুম্নমক অসি ) নিগমৈ ( বেদ থংলবশিংনা ) মুনেঃ ( বানপ্রস্থ আশ্রমদা লৈরিবা মীগী মরীদা ) অাম্নাতানি ( তৌগদবনি তাকখ্রে ) ।৮।

---

এবং ( অস্নুম্না ) তপসা। ( অরাবা থাংবা অহুনা মরম ওইহুনা ) চীর্ণেন ( মন্থররুবা ) ধমনিসন্ততঃ ( শরুদা উনতনা কুপ্পবা ) মুনি (মুনি অহুনা ) তপোময়ং ( অরাবা থাংবগী মশক ওইনা ) মাং ( ঐবু ) আরাধ্য ( আরাধনা তৌরগা ) ঋষি লোকাৎ [আরভ্য] ( ঋষি লোক্তগী হৌহুনা ) মাং ( ঐবু ) উপৈতি ( ফংঙি ) ।৯।

---

তু ( তৌইগুম্বস্নুং উদ্ধব ) কৃচ্ছ্রত ( অরাবনা মরম ওইহুনা ) চীর্ণং ( য়াম্না রানা পাংথোক্লবা ) এতৎ ( অসিগুম্বা ) মহৎ ( চাউরবা ) নিঃশ্রেয়শং ( অরেপ্পা মঙ্গল [ মোক্ষ ] না মহৈ ওইবা) তপঃ ( তপস্যা অসিবু ) যঃ (মী অহুনা) অল্পীয়সে ( কৈন্নু লৈত্রবা ) কামায় ( অপাম্বা থরগীদমক) যুঞ্জ্যাৎ শিজিন্নরি) ততঃ (মহাক অহুদগী) অপরঃ (অতোপ্পা ) বালিশঃ ( অপংবা অমা ) কঃ [ ভবতি ] ( কনানা ওইবনো ) ।১০।

---

বনগী চরু পুরোডাশনচিংবনা মরম ওইহুনা অগ্নিহোত্র, অমাবস্যা যাগ, পুর্ণিমাদ তৌগদবা যজ্ঞ, অমস্তুং চতুর্মাসদা তৌগদবা ব্রত, পুম্নমক অসি বেদ থংলবশিংনা, বানপ্রস্থ আশ্রমদা লৈরিবা মীগী মরীদা তৌগদবনি তাকখ্রে ।৮।

যদাসৌ নিয়মেঽকল্পো জরয়া জাতবেপথুঃ।
আত্মন্যগ্নীন্ সমারোপ্য মচ্চিত্তোঽগ্নিং সমাবিশেৎ ॥ ১১ ॥
যদা কর্ম্মবিপাকেষু লোকেষু নিরয়াত্মসু।
বিরাগো জায়তে সম্যঙ্ ন্যস্তাগ্নিঃ প্রব্রজেৎ ততঃ ॥ ১২ ॥

---

যদা (মতম অসি ফাউবদা অনিরক্ত ওইরবা [অপাম্বা কোক্ত্রবা]) জরয়া (অহল ওইশিল্লকপনা মরম ওইদুনা) জাতবেপথু (হকচাংদি তনিক তনিল্লবা) অসৌ (বনবাসী অদুনা) নিয়মে (আশ্রমগী ধর্ম্ম পাংথোকপদা) অকল্পঃ (ঙম্লক্ত্রবা তদা (মতম অদুদা) আত্মনি [স্বয়ং] (মশামক্তা) অগ্নীন্ সমারোপ্য (মৈ নিংথিনা হৌগৎলগা) মচ্চিত্তঃ [সন্] (ঐঙোন্দা অমত্তা ওইনা পুক্লিং থম্লগা) অগ্নিং সমাবিশেৎ (মৈদা চংশিনগনি) ॥ ১১ ॥

---

যদা (মতম অদুদা) কর্ম্মবিপাকেষু (মশাগী কর্ম্মশিংদো নিংথিনা মুম্লবা নিরয়াত্মসু (অশিবগী মশক ওইবা অরাবতা চৎলবা মহাক্তা) লোকেষু (স্বর্গনচিংবা লোক পুম্নমক অসিগী মফমদা) সম্যক্ (মপুংফানা) বিরাগঃ জায়তে (অপাম্বা কোক্লবা) তদা (মতম অদুদা) ন্যস্তাগ্নিঃ (অগ্নিহোত্রনিংবহ থাদোক্লবা) ততঃ (অদুগী তুংদা) প্রব্রজেৎ (সন্ন্যাস লৌগনি) ॥ ১২ ॥

---

অসুম্না অরাবা থাংবা অদুনা মরম ওইদুনা মম্থরক্লবা শরুদা উনতনা কুপ্লবা মুনি অদুনা, অরাবা থাংবগী মশক ওইনা, ঐবু আরধানা তৌরগা ঋষি লোক্তগী হৌদুনা ঐবু ফংঙি ॥ ৯ ॥

তৌইগুম্বসুং উদ্ধব! অরাবনা মরম ওইদুনা য়াম্না রানা পাংথোক্লবা অসগুম্বা চাউরবা, মোক্ষনা মহৈ ওইবা তপস্যা অসিবু, মী অদুনা কৈস্নু লৈত্রবা অপাম্বা থরুগীদমক্তা শিজিন্নরি, মহাক্ত অদুদগী অতোপ্পা অপংবা অমা কনাবা ওইবগে, হায়বদি রানা তপস্যা তৌরগা ঐশ্বর্য্য নিরবদুদগী হেন্ন পংবা লৈরিব্রা ॥ ১০ ॥

মতম অসি ফাউবদা অপাম্বা কোক্ত্রবা, অহল ওইশিল্লকপনা মরম ওইদুনা হকচাংদি তনিক তনিল্লবা বনবাসী অদুনা আশ্রমগী ধর্ম্ম

ইষ্ট্বা যথোপদেশং মাং দত্ত্বা সর্ব্বস্বমৃত্বিজে।
অগ্নীন্ স্বপ্রাণ আবেশ্য নিরপেক্ষঃ পরিব্রজেৎ ॥ ১৩ ॥
বিপ্রস্য বৈ সন্ন্যাসতো দেবা দারাদিরূপিণঃ।
বিঘ্নান্ কুর্ব্বন্ত্যয়ং হ্যস্মানাক্রম্য সমিয়াৎ পরম্ ॥ ১৪ ॥

যথোপদেশং ( শাস্ত্রনা তাকপা অহৃগী মতুংইন্না অষ্টকাশ্রাদ্ধনা মাং ওইবা প্রজাপত্যনা মরম ওইদুনা ) মাং ( ঐবু ) ইষ্ট্বা ( পূজা তৌরবা মতুংদা ) সর্ব্বস্বং ( লৈজবা পুম্নমক ) ঋত্বিজে ( পুরোহিততা ) দত্ত্বা ( দক্ষিনা কৎলগা ) অগ্নীন্ ( সায়ং-প্রাতনচিংবগী অগ্নি পুম্নমক অদুবু ) স্বপ্রাণে ( মশাগী আত্মাদা ) আবেশ্য ( তিনশিল্লগা = থাদোক্লগা ) নিরপেক্ষঃ সন্ ( কনাবুসু য়েংদ্রদনা ) পরিব্রজেৎ ( কোইনা চৎকনি ) ।১৩ ।

অয়ং ( পুরুষ অসিনা ) অস্মান্ ( ঐখোই পুম্নমকপু ) অতিক্রম্য ( লাম্থোক্লগা ) হি ( লেপ্পমক ) পরং ( ব্রহ্মবু ) সমিয়াৎ ( ফংলগনি ) হি ( অস্মা মিহৌবদগী ) সন্ন্যাসতঃ ( সন্ন্যাস লৌগদৌব্রিবা ) বিপ্রস্য ( বিপ্র অদুগী ) দারাদিরূপিণঃ ( মুপী অমাংনচিংবদা চংশিন্দুনা লৈরবা ) দেবাঃ ( লাইশ্নিং অদুনা ) বিঘ্নান্ কুর্ব্বন্তি ( অপাম্বা কয়া থোকহল্লি ) ।১৪ ।

পাংথোকপদা ওয়্রক্তবা মতম অদুদা, মশামক্তা মৈ নিংথিনা থাগৎলগা ঐঙোন্দা অমত্তা ওইনা পুক্রিং থম্লগা মৈদা চংশিনগনি । ১১ ।

মতম অদুদা মশাগী কর্ম্মশিংদু নিংথিনা মুন্নবা, শিবগী মশক ওইবা অয়ারবদা ফংলবা মহাক্তা স্বর্গনচিংবা লোক পুম্নমক অসিগী মফমদা মপুং ফানা অপাম্বা কোক্লবা মতম অদুদা, অগ্নিহোত্রনচিংবদু থাদোক্লবা অদুগী তুংদা সন্ন্যাস লৌগনি । ১২ ।

শাস্ত্রনা তাকপা অদুগী মতুংইন্না ঐবু পুজা তৌরবা মতুংদা, লৈজবা পুম্নমক পুরোহিততা দক্ষিনা ওইনা কৎলম্লগা, সায়ংপ্রাতনচিংবগী অগ্নি পুম্নমক অদুবু মশাগী আত্মাদা তিনশিল্লগা = থাদোক্লগা কনাবুসু য়েংদ্রদনা কোইনা চৎকনি । ১৩ ।

মী অসিনা ঐখোই পুম্নমকপু লাম্থোক্লগা লেপ্পমক ব্রহ্ম ফংলগনি,

বিভৃয়াচ্চেন্মুনির্বাসঃ কৌপীনাচ্ছাদনং পরম্।
ত্যক্তং ন দণ্ডপাত্রাভ্যামন্যৎ কিঞ্চিদনাপদি ।১৫।
দৃষ্টিপূতং ন্যসেৎ পাদং বস্ত্রপূতং পিবেজ্জলং।
সত্যপূতং বদেদ্‌বাক্যং মনঃপূতং সমাচরেৎ ।১৬।

---

মুনিঃ ( সন্ন্যাসী অহুনা ) বাস বিভৃয়াৎ ( ফি ইন্বা পান্নবা ) চেৎ ( অহু ওইরবদি ) পরং ( মপুংফাবা থর শাংতক্তোবা ) কৌপীনাচ্ছাদনং [ ভবেৎ ] কৌপীন অহুনা ইন্বসু য়াবা ওইগনি ) হি ( মরমদি ) ত্যক্তং ( প্রৈশ্যমন্ত্র লৌবগী মমাংদা থাদোকখ্রে, অমুকহন্না লৌয়রোই ) অনাপদি ( খুদোংথিবা থোক্তিদ্রৈদা ) দণ্ডপাত্রাভ্যাং ( দণ্ড অমসুং শিজিন্নদবা য়াদবা পাত্রদগী ) অন্যৎ ( অতোপ্পা ) কিঞ্চিৎ ( করিগুম্বা অমা ) ন বিভৃয়াৎ ( লৌগদবা ওইদে ) ।১৫।

---

দৃষ্টিপূতং মিৎনা ( য়েংলবা অফবা মফমদা ) পাদং ন্যসেৎ ( খোং থাগনি ) বস্ত্রপূতং ( ফিনা চুমথোক্লবা ) জলং পিবেৎ ( ঈশিং থক্কনি ) সত্যপূতং ( অচুম্বা খংলগা ) বদেৎ বাক্যং ( বা ঙাঙ্গনি ) নতু [সাহাসকং] ( খুদক্কী ওইব-বা ঙাংলোই ) মনঃ পূতং ( পুক্নিংদা নিংথিনা বিচার তৌরগা ) সমাচরেৎ ( চৎকনি ) ।১৬।

---

লৈরবা লাইশিং অহুনা অপাম্বা কয়া থোকহল্লি ।১৪।

সন্ন্যাসী অহুনা ফি ইম্বা পান্নবা, অহু ওইরবদি মপুংফাবা কৌপীন অহুনা ইম্বসু য়াবা ওইগনি, মরমদি প্রৈশ্যমন্ত্র লৌবগী মম্মাংদা থাদোকখ্রে অমুক হন্না লৌররোই, খুদোংথিবা থোক্তিদ্রৈদা দণ্ড অমসুং শিজিন্নদবা য়াদবা পাত্রদগী অতোপ্পা করিগুম্বা অমা লৌগদবা ওইদে ।১৫।

মিৎনা য়েংলগা অফবা মফমদা খোং থাগনি, ফিনা চুমথোক্লবা ঈশিং থক্কনি, অচুম্বা খংলগা বা ঙাঙ্গনি, খুদক্কী ওইবা-বা ঙাংলোই, পুক্নিংদা নিংথিনা বিচার তৌরগা চৎকনি ।১৬।

বাহৈ-হকচাং-পুক্নিং অহুম অসিবু মথং-মথং ওইনা বা ঙাংদবনা, অপাম্বগী মখা পোম্না থবক তৌদবনা, প্রাণায়ামনা, খুহুম চনগনি, মুংশিরবা উদ্ধব। সন্ন্যাসী অহুগী মরীদা হায়রিবা অহুম অসিনা লেংদনা লৈত্রবা

মৌনানীহানিলায়ামা দণ্ডা বাগ্-দেহ চেতসাম্।
ন হ্যেতে যস্য সন্ত্যঙ্গ বেণুভিন' ভবেৎ যতিঃ। ১৭।
ভিক্ষাং চতুর্ষু বর্ণেষু বিগর্হ্যান্ বর্জ্জয়ংশ্চরেৎ।
সপ্তাগারানসংক্লৃপ্তাং তুষ্যেল্লব্ধেন তাবতা। ১৮।
বহির্জ্জলাশয়ং গত্বা তত্রোপস্পৃশ্য বাগ্যতঃ।
বিভজ্য পাবিতং শেষং ভুঞ্জীতাশেষমাহৃতম্। ১৯।

বাগ্-দেহ-চেতসাং ( বা ওাংবা, হকচাং-পুক্লিং অহুম অসিবু ) মৌনানীহানিলায়ামাঃ ( বা ওাংদবনা বাহৈবু, অপাম্বগী মখা পোন্না থবক তৌদবনা হকচাংবু, প্রাণায়ামনা পুক্লিংবু ) দণ্ডা ( খুহুম চনগনি ) হে অঙ্গ ( মুংশিরবা উদ্ধব ) যস্য ( মী অহুগী মরীদা ) এতে ( হায়রিবা অহুম অসিনা ) হি ( লেপ্পা ) ন সন্তি ( লৈত্রবা ) সঃ ( মহাক অহুবু ) বেণুভি ( চৈশু অহুনা ) যতিঃ ( সন্ন্যাসী ) ন ভবেৎ ( ওইদে ) । ১৭।

চতুর্ষু বর্ণেষু ( বর্ণ মরি [ ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয় বৈশ্য শূদ্র ] গী য়ুমদা ) বিগর্হ্যান্ (পণ্ডিতনচিংবগী) বর্জ্জয়ান্ ( লৈফম থাদোক্লগা ) [ যথা ] লব্ধেন ( অহুম্না ফংলক্লিবা অহুনা ) তুষ্যেৎ ( পেনগনি ) অসংক্লৃপ্তান্ ( মফম অসিদা চংলবদি ঐগী অপাম্বসি ফঙ্গনি, অম্নম্বা বাখল থমদ্রবা ) সপ্ত আগারান্ ( য়ুমথোং তরেত্তা ) ভিক্ষাং চরেৎ ( ভিক্ষা লৌগনি ) । ১৮।

বহিঃ ( খুঙ্গংগী মপানদা ) জলাশয়ং ( ঈশিং লৈবা মফমদা ) গত্বা ( চংলগা ) তত্র ( মফম অহুদা ) উপস্পৃশ্যঃ ( আচমন তৌরগা ) বাগ্যতঃ [সন্] ( মৌন ওইনা ) পবিতং ( ঈশিং খিক্তোকপনচিংবনা শেংদোক্লবা ) আহৃতং ( পুরক্লবা চানবা অহুবু ) বিভজ্য ( থাইদোক্নুনা বিষ্ণু-ব্রহ্মা-সূর্য্য অমসুং ভূতশিংগী শরুক কংলগা ) শেষং ( লেমহৌবা অহুবু ) অশেষং—লেমহন্দনা, ভুঞ্জীত ( চাগনি ) । ১৯।

মহাক অহুবু দণ্ড-কমণ্ডলুনা সন্ন্যাসী ওইহন্বা ঙমদে । ১৭।

ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয় বৈশ্য শূদ্র বর্ণ মরি অসিগী য়ুমদা, মসিদম্মু পণ্ডিতনচিংবগী লৈফম থাদোক্লগা, ফংলক্লিবা অহুনা পেনগনি, মফম অসিদা চংলবদি য়ু অপাম্বসি ফঙ্গনি, অম্নম্বা বাখল থমদ্রবা, মথোং তরেত্তগী

একশ্চরেন্মহীমেতাং নিঃসঙ্গঃ সংযতেন্দ্রিয়ঃ ।
আত্মক্রীড় আত্মরত আত্মবান্ সমদর্শনঃ ।২০।
বিবিক্তক্ষেমশরণো মদ্ভাববিমলাশয়ঃ ।
আত্মানং চিন্তয়েদেকমভেদেন ময়া মুনিঃ ।২১।
অন্বীক্ষেতাত্মনো বন্ধং মোক্ষঞ্চ জ্ঞাননিষ্ঠয়া ।
বন্ধ ইন্দ্রিয়বিক্ষেপো মোক্ষ এষাঞ্চ সংযমঃ ।২২।

নিঃ সঙ্গঃ (অপাম্বা য়াউত্রবা) সংযতেন্দ্রিয় (ইন্দ্রিয়লাকশিনবা) সমদর্শন (সমদর্শী সন্ন্যাসী অহুনা) এতাং মহীং (পৃথিবী অসিবু) একঃ চরেৎ (হত্তোমতা চৎবনি) [এবং] (অমসুং) আত্মক্রীড় (আ-ত্মাতগা শান্নবা) আত্মরতাঃ (আত্মা অহুতদা অপেনবা থম্বা) আত্মবান্ (পুক্লিং লৈতাবা) [ভবেৎ] (ওইগনি) ।২০।

বিবিক্তক্ষেমশরণঃ (অকিবা লৈতবা অচিকপা মফমদা লৈরবা) মদ্ভাববিমলাশয় (ঐগী ভাবনা পুক্লিং শেংলবা মুনি — সন্ন্যাসী অহুনা) ময়া [সহ] (ঐগা লোয়নবা) অভেদেন (তোঙান্দনা) একং (অনি শুদ্রবা) আত্মানং (আত্মাবু) চিন্তয়েৎ (নিঙ্গনি) ।২১।

জ্ঞাননিষ্ঠয় (নিংথিনা রাথল্ল থম্ববনা মরম ওইহনা) আত্মন (আ-ত্মাগী) বন্ধং (অপুনবা) চ অমসুং) মোক্ষং (অপুনবা লৈতবা অনি অসিবু] অন্বীক্ষেত (বিচার তৌগনি) ইন্দ্রিয়বিক্ষেপ (ইন্দ্রিয়শিংনা বিষয় তম্মা চংশিনবা অসিনা) বন্ধ [ভরতি] (আত্মাগী অপুনবা ওই) এষাং (ইন্দ্রিয়শিং অসিগী) সংযম (লাকশিনবনা) মোক্ষ (অপুনবা লৈতবা ওই) চ (অমসুং আত্মাদা চংজবনসু মোক্ষ ওই) ।২২।

ওইবা ভিক্ষাবু লৌগনি ।১৮।

খুঙ্গংগী মপান্দা ঈশিং লৈরা, মফমদা চৎলগা, আচমন তৌরগা বা ভাংদনা, ঈশিং খিক্তোকপনচিংবনা শেংদোক্লবা মফমদা পুরক্লবা অন্ন অহুবু খাইদোক্লনা বিষ্ণু-ব্রহ্মা-সূর্য্য অমসুং ভূতশিংগী শরুক কৎলগা, লেম-থোবা অহুবু লেমহন্দনা চাগনি ।১৯।

অপাম্বা লৈত্রবা ইন্দ্রিয় লাকশিনবা সমদর্শী সন্ন্যাসী অহুনা পৃথিবী

তস্মান্নিয়ম্য ষড়্‌বর্গং মদ্ভাবেন চরেন্মুনিঃ।
বিরক্তঃ ক্ষুদ্রকামেভ্যো লব্ধ্বাত্মনি সুখং মহৎ। ২৩।
পুরগ্রামব্রজান্ সার্থান্ ভিক্ষার্থং প্রবিশংশ্চরেৎ।
পুণ্যদেশ-সরিচ্ছৈল-বনাশ্রমবতীং মহীম্ । ২৪।

তস্মাৎ ( মরম অসিদগী ' ষড়্‌বর্গং ( অপাম্বনচিংবা তরুক অসিবু ) নিয়ম্য ( খুদম চল্লগা ) মদ্ভাবেন ( ঐগী ভাবনা অমত্তা ওইবা ভক্তিনা মরম ওইহুনা ) ক্ষুদ্রকামেভ্যোঃ (পিক্ল-পিক্লবা অপাম্বশিং অসিদগী ) বিরক্ত ( হন্দোক্লক্লবা ) মুনি ( সন্ন্যাসী অহুনা ) আত্মনি ( আত্মাগী ) মহৎসুখং ( হায়ঙমদ্রবা সুংঙায়বদুসু ' লব্ধ্বা ( ফংলগা ) চরেৎ ( চৎকনি ) । ২৩।

ভিক্ষার্থং ( ভিক্ষাগীদমক্তা ) সার্থান ( ভিক্ষা লৌবদা মতিকচারবা ) পুরগ্রামব্রজান্ ( মী য়াম্না তিন্না মফম, বৈধেৰ লৈবা মফম, লৈতবা খুঙং) গ্রাম ( যথয়াম লৈবা খুঙদা ) প্রবিশন্ ( চং চংহুনা ) পুনাদেশ-সরিচ্ছৈল বনাশ্রমবতীং ( পুণ্য ওইবা মফম গঙ্গানচিংবা তুরেল চীং বন আশ্রম অসিখিবিক্লা তিল্লবা ) মহীং ( পৃথিবী অসিদা ) চরেৎ ( কোইনা চৎকনি ) । ২৪।

অসিবু হতোমত্তা কোইগনি, অমসুং আত্মাতগা শান্নবা. আত্মা তদা পেন্না পুক্নিং লৈতাবা ওইগনি । ২০।

অক্নিবা লৈত্রবা, অচিকপা মফমদা লৈরবা, ঐগী ভাবনা পুক্নিং শেংলবা সন্ন্যাসী অহুনা, ঐগা অমত্তা ওইনা আত্মাবু নিজনি । ২১।

নিংথিনা ম্রাথল থম্বনা মরম ওইহুনা, আত্মাগী অপুনবা অমসুং অপুনবা লৈতবা অমি অসিবু বিচার তৌগনি, ইন্দ্রিয়শিংনা বিষয় তম্না চংশিনবা অসিনা আত্মাগী পুন্নবা ওই, ইন্দ্রিয়শিং অসিবু লাকশিনবনা অপুনবা লৈতবা ওই, আত্মাদ চংজবনগু মোক্ষ ওই । ২২।

মরম অসিদগী অপাম্বনচিংবা তরুক অসিবু খুদম চল্লগা, ঐগী ভাবনা অমত্তা ওইবা ভক্তিনা মরম ওইহুনা, পিক্ল-পিক্লবা অপাম্বশিংসি লৈত্রবা সন্ন্যাসী অহুনা, আত্মাগী হায়ঙমদ্রবা সুঙাইবদু ফংলগা মনিংতম্ন' চৎকনি । ২৩।

বানপ্রস্থাশ্রমপদেষ্বভীক্ষ্ণং ভৈক্ষমাচরেৎ।
সংসিধ্যত্যাশ্বসম্মোহঃ শুদ্ধসত্ত্বঃ শিলান্ধসা। ২৫।
নৈতদ্ বস্তুতয়া পশ্যেদ্ দৃশ্যমানং বিনশ্যতি।
অসক্তচিত্তো বিরমেদিহামুত্র চিকীর্ষিতাৎ। ২৬।

বানপ্রস্থাশ্রমপদেষু ( বানপ্রস্থ আশ্রমশিংদা ) অভীক্ষ্ণং ( হন্না-হন্না ) ভৈক্ষং আচরেৎ (ভিক্ষা লৌগনি ) [হি] ( মরমদি ) শিলান্ধসা (শিলবৃত্তিনা [ লৌবুক্তা তাহৌরবা ফৌ গেহুনচিংবা খুম্বা মরম ওইহুনা ] ফংবা অন্ননা ) অসমোহ ( অমোৎপা য়াউদ্রবা ) শুদ্ধসত্ত্ব [ভবতি] ( অশেংবা অন্ন ওই ) [ তেন] ( মরম অহুনা ) আশু ( য়াম্নাথুনা ) সংসিধ্যতি ( মপুং ফানা পাংথোকই ) । ২৫।

এতৎ ( অসিগুম্বা অন্ন অসিবু ' বস্তুতয়া [ বস্তুবুদ্ধ্যা] ( পোৎ অমগী বাখন্দা ) ন পশ্যেৎ ( উগদৌবা ওইদে ) দৃশ্যমানং ( পোৎ অমনি হায়না কৈশু লৈতবা ওইনা উরবদি । বিনশ্যতি ( মাংজগনি ) [হি] ( মতুদি। ইহামুত্রচ-লোকে-অসক্তচিত্ত ( অপাম্বা য়াউদনা ) চিকীর্ষিতাৎ ( তৌরিবা সাধন অতুদগী ) [ অকৃত্তাবৎ] বিরমেৎ ( তৌদবগুম্না লৈখ্রনি ) । ২৬।

ভিক্ষাগী দমক্তা, ভিক্ষা লৌবদা মতিক চারবা. মীয়াম তিনবা মফম কৈথেন লৈবা, লৈতবা খুঙ্গং, ষণয়াম লৈবা খুনশিংদা চং চংহুনা, পুন্য চেনবা মফম, গঙ্গানচিংবা তুরেন, চীং, বন, আশ্রম অসিশিং অসিনা তিন্নবা পৃথিবী অসিদা কোয়না চৎকনি । ২৪।

বানপ্রস্থ আশ্রমশিংদা হন্না হন্না ভিক্ষা লৌগনি, মরমদি শিলবৃত্তিনা মরম ওইহুনা ফংবা অন্ননা-পাপ য়াউদ্রবা অশেংবা অন্ন ওই, মরম অহুনা য়াম্না থুনা মপুংফানা পাংথোকই । ২৫।

অসিগুম্বা অন্ন অসিবু পোৎ অমগী বাখলদা উগদবা ওইদে, করিগুম্বা পোৎ অমনি হায়না কৈশু লৈতবা ওইনা উবা থোক্লবদি মাংজগনি মতুদি ইহ-পর-লোক্তা অপাম্বা য়াউদনা তৌরিবা সাধন অতুদগী তৌদবগুম্না লৈখ্রনি । ২৬।

ঐগী মরিদা লৈরিবা ইচা-লমচিংবা জগৎ অসি, পুক্নিং বাহে প্রাণ

যদেতদাত্মনি জগন্মনো বাক্-প্রাণসংহতম্ ।
সর্ব্বং মায়েতি তর্কেণ স্বস্থস্ত্যক্ত্বা ন তৎ স্মরেৎ । ২৭ ।
জ্ঞাননিষ্ঠো বিরক্তো বা মদ্ভক্তো বানপেক্ষকঃ ।
সলিঙ্গানাশ্রমাং স্ত্যক্ত্বা চরেদবিধিগোচরঃ । ২৮ ।

এতৎ জগৎ ( ঐগী মরিদা লৈরিবা ইচা-লমচিংবা জগৎ অসি ) মনোবাক্ প্রাণসংহতং ( পুক্নিং ৱাহৈ প্রাণ অসিনচিংবগা লোইনরবা অহঙ্কারগী লৈফম শরীর ) সর্ব্বং যৎ ( মসিদগী পোকপা অৱাম্নুংঙাই-নচিংবা পুম্নমক অসি ) আত্মনি ( আত্মাদা ) মায়য়া [কার্য্যং] ( মায়াতগী থবক্নি ) ইতি । অস্নুম ) তর্কেণ ( বিচারনা [ মংনা চিংবগী খুদম্না ] মরম ওইদুনা ) ত্যক্ত্বা ( থাদোক্লগা ) স্বস্থঃ সন্ ( আত্মাদা লৈবা ওইদুনা ) তৎ ( মসি ) হায়না থংনরিবা পুম্নমক অসি ) ন স্মরেৎ ( নিংশিংলরোই ) । ২৭ ।

জ্ঞাননিষ্ঠঃ ( আত্মজ্ঞান লৈরবা মী ) বা ( অমস্নুং ) বিরক্ত ( অপাম্বা লৈত্রবা মী ) অনপেক্ষকঃ ( কহিগুম্বা অমত্তঃ [ মোক্ষ ফাউবসু ] লৌ হায়বদা য়াদ্রবা ) মদ্ভক্তোবা ( ঐগী ভক্ত অমা [এতে] মথোয় অসিনা ) সলিঙ্গান্ ( ত্রিদণ্ডনচিংবা খুদম্না তিল্লবা ) আশ্রমান্ ( আশ্রমশিং অসিবু ) ত্যক্ত্বা ( থাদোক্লগা ) অবিধিগোচর ( শাস্ত্রগী বিধি য়েংলুদনা ) চরেৎ ( কোইনা চত্তুনা লৈগনি ) । ২৮ ।

অসিনচিংবগা লোইনরবা অহঙ্কারগী লৈফম শরীর অসিদগী পোকপা অৱা-ম্নুঙাইনচিংবা পুম্নমক, আত্মাদা মায়াতগী থবক্নি অস্নুম্না বিচারনা ( মংনচিংবগী খুদম্না ) মরম ওইদুনা থাদোক্লগা, আত্মাদা লৈবা ওইদুনা, 'মসি' হায়বা ৱাহৈনা থংনরিবা পুম্নমক নিংশিংলরোই । ২৭ ।

আত্মজ্ঞান ওইরবা মী, অমস্নুং অপাম্বা লৈত্রবা মী, কহিগুম্বা অমত্তা লৌ হায়বদা য়াদ্রবা ঐগী ভক্ত অমা, মথোয় অসিনা ত্রিদণ্ডনচিংবা খুদম্না তিল্লবা আশ্রমশিং অসিবু থাদোক্লগা, শাস্ত্রগী বিধি য়েংলুদনা মনিং তম্না চত্তুনা লৈগনি । ২৮ ।

পণ্ডিত ওইদুনত্ত মসিনা ইকায় খুম্নবনি-খুম্নদবনি হায়বগী ৱাখল

বুধো বালকবৎ ক্রীড়েৎ কুশলো জড়বচ্চরেৎ।
বদেদুন্মত্তবদ্ বিদ্বান্ গোচর্য্যাং নৈগমশ্চরেৎ।২৯।
বেদবাদরতো ন স্যান্ন পাষণ্ডী ন হৈতুকঃ।
শুষ্কবাদবিবাদে ন কঞ্চিৎ পক্ষং সমাশ্রয়েৎ।৩০।
নোদ্বিজেত জনাদ্ ধীরো জনং চোদ্বেজয়েন্ন তু।
অতিবাদং স্তিতিক্ষেত নাবমন্যেত কঞ্চন।৩১।

---

বুধঃ [অপি] (পণ্ডিতনা) বালকবৎ (মসিনা ইকায় খুম্নবনি-খুম্নদবনি হায়বগী বাখল তৌদনা অঙাংগুম্না) ক্রীড়েৎ (লৈথোক্কনি) কুশলঃ সন্ (হৈ-শিংবা ওইদুনগু) জড়বৎ মহৈ য়েংদনা অপংবগুম্না) চরেৎ (চৎকনি) বিদ্বান্ [অপি] (খংদুনগু) উন্মত্তবৎ (মীনা মুংঙাইনবা য়াউদনা অঙাওবগুম্না) বদেৎ (হায়গনি) নৈগমঃ (বেদদা লৈবা ওই-দুনগু) গোচর্য্যাং (নিয়ম লৈতনা ষণগুম্না) চরেৎ (চৎকনি) ।২৯।

---

বেদবাদরতঃ (কর্ম্মকাণ্ডতদা পুক্নিং চংবা) ন স্যাৎ (ওইরোইদবনি ন পাষণ্ডী ((শ্রুতি স্মৃতিগী মায়োক্ত থবক তৌবা অসিনচিংবগী খুদম থম্নোইদবনি) ন হৈতুকঃ (শুপ্নগী বিচারগী মরমত থিবা তৌরোইদৌবনি) শুষ্কবাদবিবাদে (কান্নদবদা বাদি অমদি বিবাদিগী) কঞ্চিৎ (করিগুম্বা) পক্ষং (মীচং অমদা) ন সমাশ্রয়েৎ (চংশিন্নোইদবনি)। ।৩০।

---

ধীর (বাখল লৈরবা মীনা) জনাৎ (মীগী মফমদগী) ন উদ্বিজেত (বারোইদবনি) চ (অমসুং) জনং (মী অহুবু) ন তু উদ্বেজয়েৎ (বাহ-ন্নোইদবনি) অতিবাদন্ (ককত্তবা বাহৈশিং অদুবু) তিতিক্ষেত (খংগদৌবা ওই) কঞ্চন (কনাবুশু) ন অবমন্যেত (থৌওইদবা তৌরোইদবনি) মতুদি:- দেহমুদ্দিশ্য পশুবৎ বৈরং কুর্য্যান্ন কেনচিৎ ॥৩১॥

---

তৌদনা অঙাংগুম্না লৈথোক্কনি, হৈ-শিংবা ওইদুনগু মহৈ য়েংদনা অপং-বগুম্না চৎকনি, খং-উদুনগু মুংঙায়বা য়াউদনা অঙাওবগুম হায়গনি, বেদদা লৈদুনগু নিয়ম লৈতনা ষণগুম্না চৎকনি ।২৯।

কর্ম্মকাণ্ডতদা পুক্নিং চংবা ওইরোইদবনি, শ্রুতি স্মৃতিগী মায়োক্না কর্ম্ম তৌবা অনিসচিংবগী খুদম থম্নোইদবনি, শুপ্নগী বিচারগী মরমদমক্

এক এব পরোহ্যাত্মা ভূতেষ্বাত্মন্যবস্থিতঃ।
যথেন্দুরুদপাত্রেষু ভূতান্যেকাত্মকানি চ ।৩২।
অলব্ধ্বা ন বিষীদেত কালে কালেঽশনং ক্বচিৎ।
লব্ধ্বা ন হৃষ্যেদ্ধৃতিমানুভয়ং দৈবতন্ত্রিতম্ ।৩৩।

---

ভূতেষু ( মী লাইনচিংগী হকচাংদা ) আত্মনি চ ( জীবদশু ) অবস্থিত ( লৈরিবা ) পর ( শুম্নমক্তগী [ অথোইবা ] তোঙাম্বা ) আত্মা ( আত্মা অসি ) এক এবহি ( অমখক্তনি ) ইন্দুঃ ( থানা ) উদপাত্রেষু ( ঈশিং লৈবা পাত্রশিংদা ) যথা ( অহুম্না মমি তাবা ) তথা ( মহুম্না আত্মাসু ) চ ভূতানি ( শরীরশিং অসিশু ) একাত্মকানি ( পঞ্চভূতনচিংবদা অমত্তনি ) হি ( মরম অসিনা য়েংথিনরোইদবনি ) ।৩২।

ধৃতিমান্ ( পুক্নিং লৈত্তারবা যতি সন্ন্যাসী অহুনা ) কালে কালে ( মতম মতমদা ) অশনং ( চানবা অহুবু ) অলব্ধ্বা ( ফংদ্রগা ) ক্বচিৎ ( খজিক্তুং ফাউবা ) ন বিষীদেত ( ৱারোইদৌবনি ) লব্ধ্বা [ অপি ] (ফংলগসু ) ন হৃষেৎ ( হরাউরোইদবনি ) উভয়ং ( ফংবা ফংদবা অনিসি ) দৈবতন্ত্রিতং ( লাইগী মখা পোম্বনি ) ।৩৩।

---

থিবা তৌরোইদবনি, কান্নদবদা বাদি অমদি বিবাদিগী করিগুম্বা মীচং অমদা চংশিল্লোইদবনি ।৩০।

ৱাথল লৈরবা মীনা মীঙোন্দগী ৱারোইদবনি, মী অমবুশু ৱাহল্লোইদবনি , ফত্তবা ৱা৺হশিং অহুবু খাংগদৌবা ওই, কনাবুশু থৌওইদবা তৌরোইদবনি, হকচাং অসিবু য়েংহুনা শা-গুম্না কনাগুম্বা অমগা লোইননা য়েংথিনবা তৌরোইদবনি ।৩১।

মী লাইনচিংবগী হকচাংদা, জীবদসু লৈরিবা, পরমাত্মা অসি অমখক্তনি, থানা ঈশিং লৈবা পাত্রশিংদা অহুম্না মমি তাবা মহুগুম্না আত্মাসু ওইবনি। শরীরশিং অসিসু পঞ্চভূতনচিংবদা অমত্তনি, মরম অসিনা য়েংথিনরোইদবনি ।৩২।

পুক্নিং লৈত্তারবা সন্ন্যাসী অহুনা, মতম মতমদা চানবহু ফংদ্রগা খজিক্তং ফাউবা ৱারোইদৌবনি, ফংলগসু হরাউরোইদবনি, ফংবা ফংদবা

আহারার্থং সমীহেত যুক্তং তৎ প্রাণধারণম্।
তত্ত্বং বিমৃশ্যতে তেন তদ্ বিজ্ঞায় বিমুচ্যতে ।৩৪।
যদৃচ্ছয়োপপন্নান্নমদ্যাচ্ছ্রেষ্ঠমুতাপরম্।
তথা বাসস্তথা শয্যাং প্রাপ্তং প্রাপ্তং ভজেন্মুনিঃ ।৩৫।
শৌচমাচমনং স্নানং ন তু চোদনয়া চরেৎ।
অন্যাংশ্চ নিয়মান্ জ্ঞানী যথাহং লীলয়েশ্বর ।৩৬।

---

[তথাপি] (লাইগী মখাপোনবা ওইত্নুনশু) আহারার্থং (চানবগী-দমক্তা) সমীহেত (নিংথিনা হোৎনগদবনি) তৎ (চাবা অহুনা) প্রাণধারণং (হিংনবগী) যুক্তং (মতিক চাবা পাম্বৈনি) তেন (হিংবত্নুনা মরম ওইত্নুনা) তত্ত্বং (অরেপ্পা অচুম্বহ্ন) বিমৃশ্যতে (খিবা ঙম্মি) তৎ (তত্ত্ব অদুবু) বিজ্ঞায় (মপুংফানা খংলগা) বিমুচ্যতে (সংসারদগী লাল্লি) ।৩৪।

---

যদৃচ্ছয়া (হায়জদনা—নিরুদনা) উপপন্নান্নং (ফংলবা চানবহ্ন) শ্রেষ্ঠং (অহাওবা) উত (অমদি) অপরং (হাওতবগী) [নির্ব্বিচা] (বিচার তৌদনা) অদ্যাৎ (চাগদোবনি) তথা (অমদি) বাসঃ তথা (ফিস্থ অহুগুম্মা) প্রাপ্তং প্রাপ্তং (অফং অফংবা) শয্যাং (হিপ্পবা অহুবুস্থ) মুনি (সন্ন্যাসী অহুনা) ভজেৎ (লৌগনি) ।৩৫।

---

ঈশ্বর (পুম্নমকপু সাসন তৌরিবা) অহং (ঐনা) লীলয়া (ঐগী স্বভাব প্রকৃতিনা মরম ওইত্নুনা) যথা (তৌরিবা অসিগুম্মা) জ্ঞানী (জ্ঞানী পুরুষ অহুনা) শৌচং (মুং পানগী শেংনবা) আচমনং (আচমন তৌবা) স্নানং (ইরুজবা) চ (অমসুং) অন্যান্ (অতোপ অতোপ্পা) নিয়মান্ (নিয়ম খিবিকপু) আচরেৎ (চৎকনি) তু (তৌইগুমসুং) চোদনয়া (বিধিগী মখা পোন্নদি) ন আচরেৎ (চৎলোই) ।৩৬।

---

অনিসি লাইগী মখা পোম্বনি ।৩৩।

লাইগী মখাপোম্বা ওইত্নুনসু চানবগীদমক্তা নিংথিনা হোৎনগনি, চাবহ্নুনা হিংনবগী মতিকচাবা পাম্বৈনি, হিংবনা মরম ওইত্নুনা অরেপ্পা অচুম্বহ্ন খিবা ঙম্মি, অরেপ্পা অচুম্বহ্ন মপুংফানা খংলবতদা সংসারগী অবাবদগী লাম্থোকই ।৩৪।

न हि तस्य विकल्पाख्या या च मद्‌वीक्षया हता ।
आ देहान्तात् क्वचित् ख्याति स्ततः सम्पद्यते मया । ৩৭ ।
दुःखोदर्केषु कामेषु जातनिर्वेद आत्मवान् ।
अजिज्ञासितमद्धर्म्मो गुरुं मुनिमुपव्रजेत् । ৩৮ ।

তস্য ( জ্ঞানি অদুগী মরীদা ) বিকল্পাখ্যা ( বিকল্পনः খংলিবা 'নং, ঐ' হায়বা ভেদ জ্ঞান অসি ) ন হি ( লৈতবমক্লি [ ব্যবহারিকী আসীৎ ] ব্যবহারগী মতমদদি লৈ ) যা চ ( মদুশু ) মদ্‌বীক্ষয়া ( ঐগী জ্ঞাননা ঐবু খংবনা মরম ওইদুনা ) হতা ( মাংখ্রে ) ক্বচিৎ ( করিগুম্বদা ) আ দেহান্তাৎ ( হকচাং থাদোক্তিংদৈ মমাংদা ) খ্যাতি [ভবতি ] ( ভেদ জ্ঞানসি ওই, [ সাপি বাধিতা এব ] মদুশু মপাঙ্গল লৈত্রবনি ) ততঃ ( হকচাং থাদোক্লবগী তুংদা ) ময়া ( ঐগা লোইননা ) সম্পদ্যতে ( তিন্নরে ) । ৩৭ ।

আত্মবান্ ( আত্মজ্ঞান লৈরবা ) দুঃখোদর্কেষু ( অৱাবনা মহৈ ওইবা ) কামেষু ( অপাম্বা পুন্নমক্তা ) জাতনির্বেদ ( বৈরাগ্য পোক্লবা ) অজিজ্ঞাসিত-মদ্ধর্ম্ম ( ঐ ফংনবগী পাম্বৈদি খংত্রিবা মী অদুনা ) মুনিং ( ঐবুত খনবনা হৌনশা ওইরবা ) গুরুং উপব্রজেৎ ( গুরুগী মনাক্তা চংজগনি ) ।৩৮ ।

সন্ন্যাসী অদুনা, নিরুদনা ফংলবা চানবদু অহাংবা অমদি হাংডবগী বিচার তৌদনা চাগদৌবনি, অদুগুম্না ফিস্থু হিপ্পবা ( শয্যা )সু অফং অফংবা লৌগনি । ৩৫ ।

পুন্নমকপু নিয়ম তৌরিবা অসিগুম্না জ্ঞানী পুরুষ অদুনা হুং-পান অনিগী শেংনবা, অচামন তৌবা, ইরুজবা অমসুং অতোপ অতোপ্পা নিয়ম খ্বিকসু তৌগনি, অদুম্নদি ওইরগা বিধিগী মথা পোল্লদি তৌরোই । ৩৬ ।

জ্ঞানি অদুগী মরীদা বিকল্পনা খংলিবা 'নং, ঐ' হায়বা ভেদগী জ্ঞান অসি লৈতবমক্লি, ব্যবহার [ ঙাংন-শানবা ] মতমদদি লৈ, মদুশু ঐগী জ্ঞান-ঐবু খংবনা মরম ওইদুনা মাংখ্রে, করিগুম্বদা হকচাং থাদোক্তিংদৈগী মমাংদনা ভেদ জ্ঞানসি ওই [ মদুনসু মপাঙ্গল লৈত্রবনি ] হকচাং থাদোক্লবগী তুংদদি ঐগা লোইনন। তিন্নরে । ৩৭ ।

আত্মজ্ঞান লৈরব', অৱাবনা মহৈ ওইবা অপাম্বা পুন্নমক্তা বৈরাগ্য —

তাবৎ পরিচরেদ্ভক্ত্যা শ্রদ্ধাবাননসূয়কঃ।
যাবৎ ব্রহ্ম বিজানীয়ান্মামেব গুরুমাদৃতঃ ।৩৯।
যস্ত্বসংযতষড়্বর্গঃ প্রচণ্ডেন্দ্রিয়সারথিঃ।
জ্ঞানবৈরাগ্যরহিতস্ত্রিদণ্ডমুপজীবতি ।৪০।
সুরানাত্মানমাত্মস্থং নিহ্নুতে মাঞ্চ ধর্ম্মহা।
অবিপক্ককষায়োঽস্মাদমুষ্মাচ্চ বিহীয়তে ।৪১।

---

যাবৎ ( মহু ফাউবদা ) ব্রহ্ম ( ব্রহ্মবু ) ন বিজানীয়াৎ ( মপুংফানা থংত্রিবা ) তাবৎ ( মতুক ফাউবা ) শ্রদ্ধাবান্ ( গুরু অমসুং শাস্ত্রনা হায়বদা থাজবা পোক্লবা আত্মজ্ঞানী অমদি বৈরাগ্য পুরুষ অহুনা ) মাম্ এব গুরুং ( গুরুগী মশক ওইরিবা ঐমকপু ) ভক্ত্যা ( ভক্তিগা লোইননা ) অনসূয়কঃ নিন্দা য়াওদনা ) পরিচরেৎ ( সেবা তৌগনি ) ।৩৯।

---

তু ( অমনা ) যঃ ( মী অহুনা ) অসংযতষড়বর্গ ( ইন্দ্রিয়শিংদি লাকশিন্দনা ) প্রচণ্ডেন্দ্রিয়সারথি ( অপাম্বগী মথা পোনগ্রবা ইন্দ্রিয়শিংগী সারথি বুদ্ধিনা ) জ্ঞানবৈরাগ্য রহিত ( আত্মজ্ঞান অমদি বৈরাগ্য য়াওদনা) ত্রিদণ্ডং উপ ( সন্ন্যাসীগী ফিজেৎতা ) জীবতি ( হিংডি ) ।৪০।

---

যঃ ( মী মহাক্না ) সুরান্ [ যষ্টব্যান্ ] ( পুজা তৌফম থোক্লবা দেবতাশিংবু ) আত্মানং ( মশাবু ) আত্মস্থং ( মাগী মশাদা লৈরিবা ) মাং চ ( ঐবুশু ) নিহ্নুতে ( কাহল্লি) অবিপক্ককষায় (মপুংফানা পাপ কোকত্রিবা) ধর্ম্মহা ( ধর্ম্ম মাংহল্লিবা ) [ ত্রিদণ্ডজীবী ] ( লম্বোইহুনা হিংলিবা মহাক্না ) অস্মাৎ ( লোক অসিদগী ) চ ( অমসুং ) অমূষ্মাৎ ( পরলোকগীসু ) বিহীয়তে ( থোইদোক্না মাংডি ) ।৪১।

---

সংসারবু পামদবা পোক্লবা, ঐ ফংনবগী পাম্বেদি থংত্রিবা মী অহুনা, ঐবুত থম্বনা স্বভাব ওইরবা গুরুগী মফমদা চংজগনি ।৩৮।

মহু ফাউবদা ব্রহ্মবু মপুংফানা থংত্রিবা মতুক ফাওবা, গুরু অমসুং শাস্ত্রনা হায়বদা থাজরবা, আত্মজ্ঞানী অমদি বৈরাগ্য পুরুষ অহুনা, গুরুগী মশক লৌরিবা ঐমকপু ভক্তিগা লোইননা, নিন্দা য়াওদনা সেবা তৌগনি ।৩৯।

ভিক্ষোর্ধর্ম্মঃ শমোঽহিংসা তপ ঈক্ষা বনৌকসঃ।
গৃহিণো ভূতরক্ষেজ্যা দ্বিজস্যাচার্য্য সেবনম্। ৪২।
ব্রহ্মচর্য্যং তপঃ শৌচং সন্তোষো ভূতসৌহৃদং।
গৃহস্থস্যাপ্যৃতৌ গন্তুঃ সর্ব্বেষাং মদুপাসনম্। ৪৩।

---

ভিক্ষোঃ ধর্ম্ম ( সন্ন্যাসীগী ধর্ম্ম'না ) শমঃ ( শান্তি-পুক্লিং লৈতাবা ) অহিংসা ( পুক্লিং হকচাং বাহৈনা জীবদা অবাবা পীদবা ) তপঃ ( অবাবা খাংবা ) ঈক্ষা ( আত্মাগী, আত্মা নত্তবগী মরীদা খাইদোক্লা খংবা উবা ) গৃহিণঃ ( গৃহস্থীগী ধর্ম্মনা ) ভূতরক্ষেজ্যা ( প্রাণিশিংবু নিংথিনা হিংনবগীদমক শু-নোম্বা ) দ্বিজস্য ( ব্রহ্মচারীগী ধর্ম্ম'না ) আচার্য্যসেবনং ( আর্য্যসেবা তৌবা ) । ৪২ ।

---

অপি ( কনাগুম্বা ) গৃহস্থস্য ( গৃহস্থীগী মরিদ্দা মথক্তা হায়খিবা ধর্ম্ম অদুদগী অহেম্বা খরা তাক্লি ) ব্রহ্মচর্য্যং ( ব্রহ্মচারী ওইবা ) ঋতৌ গন্তু ( মচাগীদমক্তা ঋতু পালন তৌবা ) শৌচং ( মতুদা অপাম্বা থমদবা ) সন্তোষ ( অফংবা খরনা পেম্বা ) ভূতসৌহৃদং ( জীব খুদিংগী ফনবা খনবা ) তপঃ ( মশাগী ধর্ম্ম'দা লৈবা ) সর্ব্বেষাং ( পুম্নমক অসিনা ) মদুপাসনং ( ঐবু নিংথিনা উপাসনা তৌবা ) । ৪৩ ।

---

অমনা, মী অদুনা ইন্দ্রিয়শিংদি খুদুম চন্দনা. অপাম্বগী মথা পোন্দ্রবা ইন্দ্রিয়শিংগী সাবথি বুদ্ধিনা আত্মজ্ঞান অমদি বৈরাগ্য য়াওদনা সন্ন্যাসীগী ফিজেত্তা হিংঙি । ৪০ ।

মী মহাক্লা, পুজা তৌকম থোক্লবা দেবতাশিংবু, মশাবু, মাগী মশাদা লৈরিবা ঐবুশু বাহল্লি। মপুংফানা পাপ কোক্লিবা, ধর্ম্ম মাংহল্লিবা লম্বোইত্তনা হিংলিবা মহাক্লা, লোক অসিদগী পরলোক্তগীসু থোঃদোক্লা মাংঙি । ৪১ ।

সন্ন্যাসীগী ধর্ম্মনা-পুক্লিং লৈতানা লৈবা, পুক্লিং হকচাং বাহৈনা জীবদা অবাবা পীদবা, অবাবা খাংবা, আত্মাগী, আত্ম নত্তবগী মরীদা খাইদোক্লা খংবা উবা, গৃহস্থীগী ধর্ম্ম'না-প্রাণিশিংবু নিংথিনা হিংনবগীদমক শু-নোম্বা, ব্রহ্মচারীগী ধর্ম্ম'না আচার্য্যসেবা তৌবা । ৪২ ।

ইতি মাং যঃ স্বধর্ম্মেণ ভজেন্নিত্যমনন্যভাক্।
সর্ব্বভূতেষু মদ্ভাবো মদ্ভক্তিং বিন্দতে দৃঢ়াম্‌ ॥৪৪॥
ভক্ত্যোদ্ধবানপায়িন্যা সর্ব্বলোকমহেশ্বরম্‌।
সর্ব্বোৎপত্ত্যপ্যয়ং ব্রহ্ম কারণং মোপযাতি সঃ ॥৪৫॥

ইতি ( হায়খিবা অসুম্না ) স্বধর্ম্মেন ( মশাগী ধর্ম্মনা ) অনন্যভাক্ (পুক্নিং অমি লোংদনা ) নিত্যং ( অরেপ্পা ওইবা ) যঃ ( মী অমুনা ) মাং (ঐবু) ভজেৎ ( নিংলি ) সর্ব্বভূতেষু ( প্রাণি খুদিংদা ) মদ্ভাবঃ ( ঐগী বাখল লৈরবা) সঃ ( মহাক্না ) দৃঢ়াং ( লেংত্রবা ) মদ্ভক্তিং ঐগী ভক্তিবু) বিন্দতে ( ফংঙি ) ॥৪৪॥

উদ্ধব ( হে উদ্ধব ) অনপায়িন্যা ( লেংত্রবী ) ভক্ত্যা ( ভক্তিনা মরম ওইদুনা ) সর্ব্বলোকমহেশ্বরং ( লোক পুম্নমক অসিগী নিয়ম তৌরিবা ) সর্ব্বোৎপত্ত্যপ্যয়ং ( পুম্নমক অসিগী পোকপা শিবা অমদি লৈবা অসিগী ) কারনং ( মরম ওইরিবা ) ব্রহ্ম ( বৈকুণ্ঠদা লৈরিবা ) মাং ( ঐবু ) উপযাতি ( ফংঙি ) ॥৪৫॥

কনাগুম্বা গৃহস্থীগী মরীদা মথক্তা হাযখিবা ধর্ম্ম অমুদগী অহেম্বা খন্না হায়রি মমুদি-ব্রহ্মচারী ওইবা, মচা ফংনবগীদমক ঋতু পালন তৌবা অমুদা অপাম্বনন্টিংবা থমদবা, অফংবা খরনা পেম্বা, জীব খুদিংগী ফনবা থনবা, মশাগী ধর্ম্মদা লৈবা, পুম্নমক অসিনা ঐবু উপাসনা তৌবা। ৪৩।

মথক্তা হায়খিবা অসুম্না মশাগী ধর্ম্মনা পুক্নিং অমি লোংদনা অরেপ্পা থমদুনা মী অমুনা ঐবু নিংলি, প্রাণি খুদিংদা ঐগী বাখল লৈরবা মহাক্না লেংত্রবা ভক্তি ফংঙি ।৪৪।

হে উদ্ধব ! অসিগুম্বী লেংত্রবী ভক্তি অসিনা মরম ওইদুনা, লোক পুম্নমক অসিবু নয়ম তৌরিবা, পুম্নমক অসিগী পোকপা শিবা অমদি লৈবগী কারণ ওইরিবা, বৈকুণ্ঠদা লৈরবা ঐবু ফংঙি ।৪৫।

মতৌ অসুম্না স্বধর্ম্মনা মরম ওইদুনা নিংথিনা শেংদোক্লবা সত্ত্বগুণা ঐগী ঐশ্বর্য্যবু নিংথিনা খংলবা, শাস্ত্রগী জ্ঞান, অপরোক্ষ জ্ঞান মপুং ফানা লৈরবা, অপাম্বা লৈত্রবা, মী অমুনা ঐবু মপুংফানা ফংই ।৪৬।

ইতি স্বধর্ম্মনির্ণিক্ত সত্ত্বোনিজ্ঞাতমদগতিঃ।
জ্ঞানবিজ্ঞানসম্পন্নো বিরক্তঃ সমুপৈতিমাম্ ।৪৬।
বর্ণাশ্রমবতাং ধর্ম্ম এব আচারলক্ষণঃ।
স এব মদ্ভক্তিযুক্তো নিঃশ্রেয়সকরঃ পরঃ ।৪৭।
এতত্তেঽভিহিতং সাধো ভবান্ পৃচ্ছতি যচ্চ মাম্ ।
যথা স্বধর্ম্মসংযুক্তো ভক্তো মাম্ সমিয়াৎপরম্ ।১৮।
ইতি শ্রীমদ্ভাগবতে মহাপুরাণে পারমহংস্যাং সাংহিতায়াং
বৈয়াসিক্যাং একাদশ স্কন্ধে অষ্টাদশোঽধ্যায়ঃ ॥

---

ইতি ( মতৌ অসুম্না ) স্বধর্ম্মনির্ণিক্তঃ সত্ত্বঃ ( স্বধর্ম্মনা শেংদোক্লবা সত্ত্ব গুণনা ) নিজ্ঞাতমদ্গতিঃ (ঐগী ঐশ্বর্য্যবু খংলবা ) জ্ঞানবিজ্ঞানসম্পন্ন ( শাস্ত্রগী জ্ঞান, অপরোক্ষজ্ঞাননা মপুং ফানা লৈরবা ) বিরক্তঃ ( অপাম্বা লৈত্রবা যঃ (মী অহুনা মাং (ঐবু) সমুপৈতি (মপুং ফানা ফংভি)। ৪৬।

---

বর্ণাশ্রমবতাং ( বর্ণ আশ্রমগী মতুং ইন্না তাক্লিবা ) এবু ধর্ম্ম ( ধর্ম্ম অসি ) আচারলক্ষণ ( পিতৃলোক ফংবন্না মহৈহি ) সঃ এব ( মসিমক ) মদ্ভক্তিযুত ( ঐগী ভক্তিনা তিন্নবা ) [তৃদ্ধি] ( অহু ওইরবদি ) পর [ পিতৃ লোক্তগী ] ( তোঙানবা ) নিঃশ্রেয়সকর ( নির্ব্বান মোক্ষ ফংই ) ।৪৭।

---

স্বধর্ম্মসংযুক্ত ( মশাগী ধর্ম্মদা নিংথিনা লৈরবা ) ভক্তঃ ( ঐগী ভক্ত ওইরবা ) [স] ( মী অহুনা ) যথা ( অহুম্না ) পরং ( পুন্নমক্তগী তোঙান্নবা ) মাং ( পরমেশ্বর ঐবু ) সমিয়াৎ ( নিংথিনা ফংভি হে সাধো ! ( হে উদ্ধব ) ভবান্ ( নহাক্না ) যৎ চ (অহুম্না পৃচ্ছতি হংলিবা ) এতৎ ( মহুমক ) তে ( নহাক্কী নফমদা ) অভিহিতং হায়রবনিনি )। ৪৮।

---

বর্ন অমদি আশ্রমগী মতুং ইন্না তাক্লিবা ধর্ম্ম অসি পিতৃ লোক ফংবনা মহৈ ওইরনি, মসিমক ঐগোন্দা সমপূর্ণ থৌজনা তৌবা, মহুমক ওইরবদি পিতৃ লোক্তগী তোঙাম্বা নির্ব্বাণ মোক্ষ ফংবা ওই ।৪৭।
মশাগী ধর্ম্ম দা নিংথিনা লৈরবা ঐগী ভক্ত ওইরবা মী অহুনা, অহুম্না পুন্নমক্তগী তোঙানবা পরমেশ্বর ঐবু নিংথিনা ফংভি, হে উদ্ধব ! নহাক্না অহুম্না হংলিবা মহুমক নহাক্কী নফমদা হায়রবনিমি ।৪৮।
মতাং অসিদা শ্রীমদ্ভাগবত একাদশ স্কন্ধগী ১৮ শুবা অধ্যায় লোইরে ॥

# শ্রীমদ্ভাগবতম্

## একাদশ-স্কন্ধঃ

### ঊনবিংশঃ অধ্যায়ঃ

—:(০):—

শ্রীভগবানুবাচ !

যো বিদ্যাশ্রুতসম্পন্ন আত্মবান্ নানুমানিকঃ।

মায়ামাত্রমিদং জ্ঞাত্বা জ্ঞানঞ্চ ময়ি সংন্যসেৎ ।১।

---

শ্রীভগবান্ উবাচ (শ্রীভগবান্‌না হায়খি) বিদ্যাশ্রুতসম্পন্নঃ (সাংখ্যযোগ, তপস্যা, বৈরাগ্যগী মশক, অনুভবজ্ঞাননা তিন্নবা) [হি] (মরম অদুনা) আত্মবান্ (আত্মতত্ত্ব খংলবা) নানুমানিকঃ (অপরোক্ষ জ্ঞানবু অনুভব তৌরবা) যঃ (মী অদুনা। ইদং (ফোংদোক্লিবা জগৎ-দেহনচিংবসি) জ্ঞানং চ (মসিবু মাংহন্নবা বিদ্যা অসিবুত্ত) মায়ামাত্রং (মায়াতনি অরেপ্পা নত্তে হায়বসি) [জ্ঞাত্বা] (খংলগা) ময়ি (ঐঙোন্দা) সংন্যসেৎ (থাকহৌদনা কৎকনি) ।১।

---

শ্রীভগবান্‌না হায়খি। সাংখ্যযোগ, তপস্যা, বৈরাগ্যগী মশক, অনুভাব জ্ঞান অদুনা তিন্নবা, মরম অদুনা আত্মতত্ত্ব খংলবা, অদুনা অপরোক্ষজ্ঞান অনুভাব তৌরবা মী অদুনা, ফোংদোক্লিবা জগৎ, দেহনা চিংবসি, মসিবু মাংহন্নবা বিদ্যা অসিবুত্ত মায়াতনি অরেপ্পা নত্তে, হায়বসি খংলগা, ঐঙোন্দা নিংথিনা কৎকনি (মসিবু সন্ন্যাস কৌই)। ১।

মরম অসিদগী ঐতনা জ্ঞানীভক্তশিংগী অপাম্বনি, মশাগী অপাম্বা মহৈ, অদু ফংনবা পাম্বৈসু ঐতনি হায়বসি মথোয়গী অয়াবনি, মরম অসিনা

জ্ঞানিনস্ত্বহমেবেষ্টঃ স্বার্থো হেতুশ্চ সম্মতঃ।
স্বর্গশ্চৈবাপবর্গশ্চ নান্যোঽর্থো মদৃতে প্রিয়ঃ। ২।
জ্ঞানবিজ্ঞানসংসিদ্ধাঃ পদং শ্রেষ্ঠং বিদুর্মম।
জ্ঞানীপ্রিয়তমোঽতো মে জ্ঞানেনাসৌ বিভর্ত্তি মাং। ৩।

যস্মাৎ ( মরম অসিদগী ) অহং এব ( ঐতনা ) জ্ঞানিনঃ তু ( জ্ঞানী-ভক্তশিংগী ) ইষ্ট ( অপাম্বনি ) স্বার্থ ( মশাগী অপাম্ব মহৈ ) হেতুঃঃ চ ( মহু ফংনবা উপায়স্থ ) [ অহমেব ] ( ঐতনি হায়বসি ) সম্মতঃ ( মখোয়গী অয়াবনি ) [ হি ] ( মরম অহুনা ) স্বর্গঃ ( শিরবতুংদা ফঙ্গ-দোবা স্বর্গনচিংবগী মুঙায়বা ) অপবর্গঃ ( সংসারদগী হঙ্গিনখিবা মোক্ষ ) অন্যঃ অর্থঃ ( করিগুম্বা কান্নবা অমা ) মৎ ঋতে ( ঐনত্তনা, ) ন প্রিয়ঃ মখোয়গী অপাম্বদ্রি ওইদে ) । ২ ।

জ্ঞানবিজ্ঞানসংসিদ্ধা (শ্রীসনকনচিংবা ঋষি, শুকনচিংবা মুণিশিংনস্থ) মম পদং ( ঐগী চরণারবিন্দতবু ) শ্রেষ্ঠং ( পুম্নমক্তগী অখোইবনি হায়না ) বিদুঃ [ জান্তি ] ( খংঙি ) অসৌ ( অসিগুম্বা জ্ঞানী অসিনা ) মাং (ঐবু) জ্ঞানেন ( জ্ঞাননা মরম ওইদুনা ) বিভর্ত্তি ( য়োকখত্তুনা মপুং ফাহল্লি ) অতঃ ( মরম অসিনা ) জ্ঞানী ( জ্ঞানী অসিনা ) মে ( ঐগী ) প্রিয়তমঃ ( অখোইবা নুংশিবনি ) । ৩ ।

শিরবা তুংদা ফংগদোবা স্বর্গনচিংবগী মুঙায়বা, সংসারদগী হঙ্গিনখিবা মোক্ষ, করিগুম্বা কান্নবা অমা মখোয়গী ঐ নত্তনা লৈতে। ২।

আত্মজ্ঞান অমসুং আত্মানুভব- ( আত্মদর্শন ) অনি অসিনা তিন্নবা সনকনচিংবা ঋষি, শুকনচিংবা মুণিশিংনসু, ঐগী চরণারবিন্দতবু পুম্নমক্তগী অখোইবনি হায়না খংঙি, অসিগুম্বা জ্ঞানী অসিতনা ঐবু জ্ঞাননা মরম ওইদুনা য়োকখৎলি, মপুং ফাহল্লি, মরম অসিনা জ্ঞানী অসিনা ঐগী অখোইবা নুংশিবনি । ৩ ।

অস্মুম্বা জ্ঞানগী মরিক অমতংনা মরম ওইদুনা ফংগ্রবা ভক্তিগী মশক ওইবী সিদ্ধি অহুবু, একাদশীনচিংবগী তপস্যানা, তীর্থ কয়াগী সেবানা, ইষ্টমন্ত্র জপনা, মফম চাবদা তৌবা দাননা, মসিদগী অমুক

তপস্তীর্থং জপো দানং পবিত্রাণীতরাণি চ।
নালং কুর্ব্বন্তি তাং সিদ্ধিং যা জ্ঞানকলয়া কৃতা ।৪।
তস্মাজ্জ্ঞানেন সহিতং জ্ঞাত্বা স্বাত্মানমুদ্ধব।
জ্ঞানবিজ্ঞানসম্পন্নো ভজ মাং ভক্তি ভাবিতঃ ।৫।
জ্ঞানবিজ্ঞান যজ্ঞেন মামিষ্ট্বাত্মানমাত্মনি।
সর্ব্বযজ্ঞপতিং মাং বৈ সংসিদ্ধিং মুনয়োঽগমন্ ।৬।

যা ( অদুম্না ) জ্ঞানকলয়া ( জ্ঞানগী মরীক অমতংনা মরম ওইদুনা ) কৃতা ( মাংথবা ) তাংসিদ্ধিং ( ভক্তিগী মশক ওইবী সিদ্ধি অদুবু ) তপঃ ( একাদশীনচিংবগী তপস্যানা ) তীর্থং ( তীর্থ কয়াগী সেবানা ) জপঃ ( ইষ্ট মন্ত্র জপ্‌না ) ইতরাণি ( মসিদগী অমুক তোঙাম্বা ) পবিত্রাণি (অশেংবা কর্ম কয়ানা) অলং ন কুর্ব্বন্তি ( মতিক চাবা ওইদে ) ।৪।

তস্মাৎ ( মরম অসিদগী ) উদ্ধব ( হে উদ্ধব ) জ্ঞানেন ( আত্মজ্ঞানগা ) সহিতং ( লোইননা ) স্বাত্মানং ( নশাগী আত্মাবু ) জ্ঞাত্বা (খংলগা) জ্ঞান বিজ্ঞানসম্পন্নঃ ( আত্মজ্ঞান অমসুং আত্মানুভবনা তিল্লবা ) ভক্তি ভাবিতঃ ( ভক্তি অদুনা শেংদোক্লবা ) [সন্] ( ওইদুনা ) মাং [ এব ] ( ঐতবু ) ভজ ( নিংঙু ) ।৫।

মুনয়ঃ ( মুণিশিংনা ) জ্ঞানবিজ্ঞানযজ্ঞেন ( আত্মজ্ঞান অমসুং পরোক্ষজ্ঞানগী মশক যজ্ঞনা ) সর্ব্বযজ্ঞপতিং ( যজ্ঞ পুম্নমকী মপু ) আত্মানং ( পরমাত্মা ওইবা ) মাং ( ঐবু ) আত্মনি-এব ( মশামক্তা ) ইষ্ট্বা ( পুজা তৌরগা ) সংসিদ্ধিং [ মামেব ] ঐতবু) বৈ ( লেপ্পা ) অগমন্ (ফংখ্রে ) ।৬।

তোঙাম্বা অশেংবা কর্ম কয়ানা মতিক চাবা ওইদে ।৪।

মরম অসিদগী হে উদ্ধব! আত্মজ্ঞানগা লোইননা মশাগী আত্মাবু খংলগা, আত্মজ্ঞান অমসুং আত্মানুভবনা তিল্লবা ভক্তি অদুনা শেংদোক্লবা ওইদুনা ঐতবু নিংঙু ।৫।

মুণিশিংনা আত্মজ্ঞান অমসুং পরোক্ষজ্ঞানগী মশক যজ্ঞনা, যজ্ঞ পুম্নমকী মপু পরমাত্মা ওইবা ঐবু মশামক্তা পুজা তৌরগা ঐতবু লেপ্পা ফংখ্রে ।৬।

ত্বয়্যুদ্ধবাশ্রয়তি যস্ত্রিবিধো বিকারো
মায়ান্তরাপততি নাদ্যপবর্গয়োর্যৎ ।
জন্মাদয়োঽস্য যদমী তব তস্য কিং স্যু-
রাদ্যন্তয়োর্যদসতোঽস্তি তদেব মধ্যে ।৭।

উদ্ধব ( হে উদ্ধব ) ত্বয়ি [ জীবে ] ( জীবত্মা- অসিদা ) ত্রিবিধঃ ( গুণ অহুমগী ওইবা ) বিকার ( হোংবা নাইবা ) যঃ (হুকচাং অসিনা) আশ্রয়তি ( চংজহুনা লৈ ) [সঃ] ( মহাক অহু ) মায়া ( অবিদ্যাগী থবক্সি অন্তরা [এব] ( ময়াইতদা ) আপততি ( লৈরবনি ) আদি-অপবর্গয়ো ( ব্রহ্মাগী সৃষ্টিগী মমাং অমদি মতুং অনি অসিদা ) যৎ ( মতু-হায়বদি হোংবা নাইবা গুণ অহুমগী মশক হুকচাং অসি ) ন [অস্তি] ( (লৈতে) অমী ( অসিগুম্বা ) জন্মাদয় ( পোকপা, শিবনচিংবা অসি ) যৎ (অহুম্না) অস্য ( হুকচাং অসিগীনি ) তস্য ( হুকচাং অসিগী মরীদা ) তব [চিন্ময়স্য] ( চিৎস্বরূপ ওইবা নহাকী ) কিং স্যুঃ ( করি ওইফম থোকপনো ) ? যৎ ( অহুম্নতা ) আদ্যন্তয়োঃ ( সৃষ্টীগী মমাং অমদি মতুং অনি অসিগী ) মধ্যে ( ময়াই [ সৃষ্টিগী মতম ] দা ) অসতঃ ( হোংদোকপা নাইবা ) তৎ এব ( হুকচাং অসিতমক ) অস্তি ( লৈবনি ) ।৭।

হে উদ্ধব ! জীবাত্মা অসিদা গুণ অহুমগী ওইবা হোংবা নাইবা হুকচাং অসিনা চংজহুনা লৈ, মহাক অহু অবিদ্যা কৌবী মায়াগী থবক্সি, ময়াইতদা লৈবনি। ব্রহ্মাগী সৃষ্টীগী মমাং অমদি মতুং অনি অসিদা হোংব নাইবা গুণ অহুমগী মশক হুকচাং অসি লৈতে, অসিগুম্বা পোকপা শিবনচিংবা অসিস্তু. অস্ম্না হুকচাং অসিগীনি, হুকচাং অসিগী মরীদা চিৎস্বরূপ ওইবা নহাকী করি ওইফম থোকপনো ? অহুম্নতা সৃষ্টীগী মমাং অমদি মতুং অনি অসিগী ময়াই সৃষ্টীগী মতমদা হোংদোকপা নাইবা হুকচাং অসিতমক লৈবনি ।৭।

উদ্ধবনা হায়জখি। সংসারগী মপু- হে বিশ্বমূর্তে ! অপাম্বা লৈ-তবা অমদি অপরোক্ষজ্ঞান অমি অসিনা তিন্নবা, চাওরবা-জ্ঞানা ফাওবা থিরিবা সৃষ্টীগা লোইননা লাক্লবা অমকপা লৈত্রবা [illegible] অহুবু

উদ্ধব উবাচ।

জ্ঞানং বিশুদ্ধং বিপুলং যথৈতদ্-
বৈরাগ্য বিজ্ঞানযুতং পুরাণম্।
আখ্যাহি বিশ্বেশ্বর বিশ্বমূর্ত্তে
ত্বদ্ ভক্তিযোগঞ্চ মহদ্ বিমৃগ্যম্।। ৮।
তাপত্রয়েণাভিহতস্য ঘোরে
সন্তপ্যমানস্য ভবাধ্বণীশ।
পশ্যামি নান্যচ্ছরণং তবাঙ্ঘ্রি
দ্বন্দ্বাতপত্রাদমৃতাভিবর্ষাৎ। ৯।

উদ্ধব উবাচ ( উদ্ধবনা হায়জখি ) হে বিশ্বেশ্বর ( হে সংসারগী মপু ! হে বিশ্বমূর্ত্তে ) বৈরাগ্য বিজ্ঞানযুত ( অপাম্বা লৈতবা অমদি অপ-রোক্ষজ্ঞান অনি অসিনা তিল্লবা ) মহৎবিমৃগ্যং (চাওরবা, ব্রহ্মানা ফাওবা থিরিবা ) পুরাণং ( সৃষ্টীগা লোইননা লাক্লবা ) বিশুদ্ধং ( অমকপা লৈত্রবা) এতৎ জ্ঞানং ( জ্ঞান অসিবু ) যথা ( অমদি ) বিপুলং ( পুম্নমক্তগী হেল্লবা) ত্বৎ ভক্তিযোগং চ ( নহাক্কী ভক্তিযোগ অহুবুগু ) আখ্যাহি ( ইবুংঙো নংনা হায়বিয়ু ) ।৮।

হে ঈশ্বর ( হে মপুওইবা ) ঘোরে ( শুক্না অকিবা ফংলবা ) ভবাধ্বণি ( সংসারগী লম্বীসিদা ) তাপত্রয়েণ ( মথল অহুমগী মৈশানা মরম ওইহুনা) অভিহতস্য ( নৈহৎলবা ) সন্তপ্যমানস্য ( হুন্না হুন্না মৈশা লাংলবা জীবগী মরীদা ) তব ( নহাক্কী ) অমৃতাভিবর্ষাৎ ( মতম চুপ্পদা অমৃত শিন্থরবা) অঙ্ঘ্রিদ্বন্দ্বাতপত্রাৎ ( ছত্রগী মশক ওইরবা নখোং থম্বাল অনিদগী ) অন্যৎ (অতোপ্পা) শরণং ( চংজফম অমা ) ন পশ্যামি (উবা ফংজদে) ।৯।

অমদি নহাক্কী ভক্তিযোগ অহুবুগু হায়বিয়ু ।৮।

হে ঈশ! শুক্না অকিবা ফংলবা সংসারগী লম্বীশিদা, মথল অহুমগী মৈশানা মরম ওইহুনা নৈহৎলবা, হুন্না হুন্নগু. মৈশা লাংলবা জীবগী মরীদা, নহাক্কী মতম চুপ্পদা অমৃত শিন্থরবা ছত্রগী মশক ওইরবা নখোং থম্বাল অনিদগী অতোপ্পা চংজফম অমা উবা ফংজদে। ৯।

দংষ্টং জনং সম্পতিতং বিলেঽস্মিন্
কালাহিনা ক্ষুদ্রসুখোরুতর্ষম্ ।
সমুদ্ধরৈনং কৃপয়াপবর্গ্যৈ
বচোভিরাসিঞ্চ মহানুভাব ।১০।
শ্রীভগবানুবাচ ।
ইত্থমেতৎ পুরা রাজা ভীষ্মং ধর্ম্মভৃতাংবরম্ ।
অজাতশত্রুঃ পপ্রচ্ছ সর্ব্বেষাং নোঽনুশৃণ্বতাম্ ।১১।

হে মহানুভাব ( হে তৌঙমদবা লৈতবা ) অস্মিন্ বিলে ( অসি-গুম্বা সংসার কুহা-সিদা ) সম্পতিতং ( মপুংফানা তাদুনা লৈরবা ) [ তত্রচ ] (মচদশু অমুক । কালাহিনা ( কালগী মশক ওইবা লিন্না ) দংষ্টং ( চিক্লবা ) ক্ষুদ্রসুখোরুতর্ষং ( অরাবগী মরক্তা নুংঙাইবগী মমিংতা লৈবা ) এনং জনং (অসিগুম্বা মপোক অসিবু ) সমুদ্ধর ( নিংথিনা লন্তোকপীয়ু ) কৃপয়া ( থৌজানিবিদুনা ) অপবর্গ্যৈ ( মোক্ষবু থোকহনবা ) বচোভিঃ [বা-গমৈতৈঃ ] ( অমৃত চেল্লবা বাহৈ খিবিক্লা ) আসিঞ্চ ( নিংথিনা খিকপীয়ু ) ।১০।

শ্রীভগবান্ উবাচ শ্রীভগবাননা হায়খি ) পুরা ( অমুকৈ ) ভারতে ( কুরুক্ষেত্রদা ) যুদ্ধে নিবৃত্তে ( লান লোইরবা মতমদা ) শরশয্যাধনবিহরণ ( শাগৈ মরূপ-মপাং হাংলুবনা পুক্লিং বারবা ) অজাতশত্রুঃ ( মাগী য়েক্লবা লৈতবা ) রাজা নিংথৌ যুধিষ্ঠীরনা ) অনুশৃণ্বতাং ( তুংইন্না তাবিবা )

হে তৌঙমদবা লৈতবা ঃ অসিগুম্বা সংসার কুহা-সিদা মপুংফানা তাদুনা লৈরবা, মচুদশু অমুক কালগী মশক লিন্না চিক্লবা, অরাবগী মরক্তা নুংঙাইবগী মমিংতা লৈবা, অসিগুম্বা মপোক অসিবু নিংথিনা লান্থোক-পীয়ু, থৌজানবিদুনা মোক্ষবু পোকহনবা অমৃত চেল্লবা বাহৈ খিবিক্লা নিংথিনা খিকপীয়ু ।১০।

শ্রীভগবান্না হায়খি, অমুকৈ কুরুক্ষেত্রদা লান লোইরবা মতমদা শাগৈ মরূপ-মপাং হাংলুবনা পুক্লিং বারবা মাগী য়েক্লবা লৈতব নিংথৌ যুধিষ্ঠীরনা, তুংইন্না তাবিবা ঐখোয় পুম্নমক্কী মাংদা, নহাক্লা হংলিবা ধর্মক

নিবৃত্তে ভারতে যুদ্ধে সুহৃন্নিধনবিহ্বলঃ।
শ্রুত্বা ধর্ম্মান্ বহূন্ পশ্চান্মোক্ষধর্ম্মানপৃচ্ছত ।১২।
তানহং তেঽভিধাস্যামি দেবব্রতমুখাচ্ছ্রুতান্
জ্ঞান-বৈরাগ্য-বিজ্ঞান-শ্রদ্ধাভক্ত্যুপবৃংহিতান্ ।১৩।

---

নঃ সর্ব্বেষাং ( ঐখোয় পুম্নমক্কী মাংদা ) এতৎ ইত্থং ( নহাক্কা হংলিবা অসিমক ) ধর্ম্ম ভৃতাং ( ধর্ম্ম লৈবশিংগী মন্নুংদা ) বরং ( অথোইবা ) ভীষ্মং [ প্রতি ] ( ভীষ্মগী মফমদা ) প্রপচ্ছ ( হংখি ) বহূন্ ( ধর্ম্ম কয়ামুক ) শ্রুত্বা (তারবগী) পশ্চাৎ ( মতুংদা ) মোক্ষধর্ম্মবু ) অপৃচ্ছত ( হংখি ) ।১১।১২।

---

দেবব্রতমুখাৎ ( ভীষ্মগী মফমদগী ) শ্রুতান্ ( তাগ্রবা ) জ্ঞান-বৈরাগ্য-বিজ্ঞান-শ্রদ্ধা ভক্ত্যুপবৃংহিতান্ ( শাস্ত্রগী জ্ঞান, বিষয়গী অপাম্বা লৈতবা ) অপরোক্ষানুভব [ আত্মজ্ঞান ] ( গুরুগী উপদেশ অমদি শাস্ত্রনা হায়বদা থাজবা শ্রবণনচিংগী ভক্তি অসিনা তিল্লবা ) তান্ ( অদুগুম্বা ) ধর্ম্মান্ ( ধর্ম্ম খিবিক অদুবু ) অহং ( ঐনা ) তে ( নহাক্কী নফমদা ) অভিধাস্যামি ( হায়রগনি ) ।১৩।

---

ধর্ম্ম লৈবশিংগী মন্নুংদা অথোইবা ওইবা ভীষ্মগী মফমদা হংখি, ধর্ম্ম কয়ামুক তারবগী মতুংদা মোক্ষ ধর্ম্মবু হংখি ।১১।১২।

ভীষ্মগী মফমদগী তাগ্রবা শাস্ত্রগী জ্ঞান, বিষয়গী অপাম্বা লৈতবা আত্মজ্ঞান, গুরুগী উপদেশ অমদি শাস্ত্রনা হায়বদা থাজবা, শ্রবণনচিংবগী ভক্তি অসিনা তিল্লবা ( মপুং ফারবা ) অদুগুম্বা ধর্ম্ম খিবিক অদুবু ঐনা নহাক্কী নফমদা হায়গে ।১৩।

( প্রকৃতি পুরুষ মহত্তত্ত্ব অহঙ্কার পঞ্চ তন্মাত্র ) মাপনসিনে, একাদশ ইন্দ্রিয়, পঞ্চমহাভুত, গুণ অহুম, তত্ত্ব কুন্নিপান অসিনা ব্রহ্মাদগী হৌদুনা অচৎ চত্তনা লোম্বা সৃষ্টি অসিদা লোইনদুনা লৈরিবা অসিবু, মতৌ অসুম্না লেপ্না উপনি, অদুগী তুংদা হায়রিবা তত্ত্ব কুন্নিপান অসিদগু অমত্তা ওইবা অথোইবা আত্মা অসিবু লোইননা অদুমন্তু তোঙান্না উগনি, অসুম্না ভীষ্মনা হায়খিবা জ্ঞান অসি ঐগী অরেপ্পনি ।১৪।

নবৈকাদশ পঞ্চ ত্রীন্ ভাবান্ ভূতেষু যেন বৈ।
ঈক্ষেতাথৈকমপ্যেষু তজ্‌জ্ঞানং মম নিশ্চিতম্ ।১৪।

এতদেব হি বিজ্ঞানং ন তথৈকেন যেন যৎ।
স্থিত্যুৎপত্ত্যপ্যয়ান্ পশ্যেৎ ভাবানাং ত্রিগুণাত্মনাম্ ।১৫।

নব [ প্রকৃতি, পুরুষ, মহৎ, অহঙ্কার, পঞ্চ তন্মাত্র ] ( মাপন ) একাদশ ( একাদশ ইন্দ্রিয় ) পঞ্চ ( পঞ্চ মহাভূত ) ত্রীন্ ( গুণ অহুম ) [ এতান্ ] ভাবান্ ( তত্ত্ব কুন্নিপান অসিনা ) ভূতেষু ( ব্রহ্মাদগী হৌত্নুনা অচৎ চত্তনা লোম্বা সৃষ্টী অসিদা ) [ অনুগতানি ] ( লোইনত্নুনা লৈরিবা অসিবু ) যেন ( মতৌ অস্তুম্না ) বৈ ( লেপ্পা ) ঈক্ষেত ( উগনি ) অথ ( অত্নুগী তুংদা ) এষু অপি ( হায়রিবা তত্ত্ব কুন্নিপান অসিদগু ) একং অমত্তা ওইবা অথোইবা আত্মা অসিবু ) [ অনুগতং ] লোইননা ) যেন ( অত্নুম্না তোঙাম্নম্নু ) ঈক্ষেত ( উগনি ) তৎ জ্ঞানং ( অস্তুম্না ভীম্বনা ) হায়খিবা জ্ঞান অসি ) মম নিশ্চিতং ( ঐগী অরেপ্পনি ) ।১৪।

যৎ ( মতম অত্নুদা ) একেন ( অমত্তা ওইবা ব্রহ্মানা ) যেন ( অত্নুম্না শিন্থুংলবা ) [ ভাবান্ ] ( তত্ত্বশিং অসিবু উরি ) [ তান্ ] তথা ( উরিবা তত্ত্বশিং অসিবু ) ন [ ঈক্ষেত ] ( হান্নগুম্না উদ্রে ) [ তু ব্রহ্ম এব ] ( তৌই-গুম্বস্নুং ব্রহ্মত-মক উরে ) এতৎ এব ( ফিরেপ অসিতবু ) হি ( লেপ্পা ) বিজ্ঞানং [ উচ্যতে ] ( বিজ্ঞান কৌই ) ত্রিগুণাত্মনাং [ সাবয়বানাং ] ( মওং মতৌ লোইনরবা গুণ অহুম অসিগী ) ভাবানাং ( লৈরিবা পুম্নমক

মতম অত্নুদা অমত্তা ওইবা ব্রহ্মানা অত্নুম্না শিন্থুংলবা তত্ত্বশিং অসিবু ( জগৎ অসিবু ) উরি, উরিবা তত্ত্বশিং অসিবু ( ধাম্নগী মতমদা ) হান্নগুম্না উদ্রে তৌইগুম্বস্নুং ব্রহ্মতমক উরে, ফিরেপ অসিবু লেপ্পা বিজ্ঞান কৌই। মওং মতৌ লোইনরবা গুণ অহুমগী লৈরিবা পুম্নমক অসিগী মরীদা বিচার তৌগনি, সৃষ্টীগী অহানবদা প্রলয়দা অনি অসিগী মরাইদা কার্য্যরূপ তত্ত্বশিং অসিদগী অতোপ্পা অমা ওইরকপগী মফমদা, মত্নুগা লোইননা চৎলি ফংডি, কর্য্য অত্নুনা তত্ত্বশিংগা কোম্নুনা মাংপ্রবদা, মত্নুত-মক লৈহৌই, মত্নু ব্রহ্মনি ।১৬।

আদাবন্তে চ মধ্যে চ সৃজ্যাৎ সৃজ্যং যদন্বিয়াৎ।
পুনস্তৎ প্রতিসংক্রামে যচ্ছিষ্যেত তদেব সৎ ।১৬।
শ্রুতিঃ প্রত্যক্ষমৈতিহ্যমনুমানং চতুষ্টয়ম্।
প্রমাণেষ্বনবস্থানাদ্ বিকল্পাৎ স বিরজ্যতে।১৭।
কর্ম্মনাং পরিণামিত্বাদাবিরিঞ্চ্যাদমঙ্গলম্।
বিপশ্চিন্নশ্বরং পশ্যেদদৃষ্টমপি দৃষ্টবৎ।১৮।

---

অসিগী মরীদা ) পশ্যেৎ ( বিচার তৌগনি ) আদৌ ( স্ষ্টীগী অহানবদা ) অন্তে ( প্রলয়দা ) মধ্যে ( অনি অসিগী ময়াইদা ) সৃজ্যাৎ ( কার্য্যরূপ তত্বশিং অসিদগী ) সৃজ্যং [ প্রতি ] ( অতোপ্পা অমা ওইরকপগী মফমদা ) যৎ ( মতুনা ) অন্বিয়াৎ ( লোইননা চৎলি ফংঙি ) তৎ ( কার্য্য অতুনা তত্বশিংগা কোম্নন৷ ) প্রতিসংক্রামে ( মাংপ্রবদা ) তৎ এব ( মতুত-মক ) অবশিষ্যতে ( লৈহৌই ) তৎসৎ ( মতু ব্রহ্মনি ) ।১৫।১৬।

---

স্রুতিঃ, প্রত্যক্ষম্, ইতিহ্যম্, অনুমানম্, চতুষ্টয়ং [ প্রমাণং ] ( মরি অসি প্রমাণনি ) [ এতেষু ] প্রমানেষু ( হায়রিবা প্রমাণ মরি অসিদা ) অনবস্থানাৎ ( তত্ত্ব কুম্নিপালগী মশকপু জগৎ অসিনা মতম অতুমদা লৈবা মরম্না অনিত্যনি লেপ্লে ) [ ইতি হেতোঃ ] ( মবম অসিদগী ) সঃ [ পশ্যন্ ] ( অরেপ্পা আত্মতত্ত্ব য়েংতুনা ) বিবল্পাৎ ( অরেপ্পা লৈত্রবা সংসারদগী ) বিরক্তো ভবেৎ ( বিরক্ত=পামদবা ওইগনি ) ।১৭।

---

অপি ( অমনা ) বিপশ্চিৎ ( জ্ঞান লৈবনা ) আ বিরিঞ্চ্যাৎ ( ব্রহ্ম লোকনা লোম্বা জগৎ পুম্বসি ) কর্ম্মণাং ( কর্ম্মশিংগী ) পরিণামিত্বাৎ ( মহৈ ওইবদগী ) অদৃষ্টমপি ( উদ্রবসু ) দৃষ্টবৎ ( উবগুম্বা ) নশ্বরং ( অমাংবনি ) অমঙ্গলং ( অৱাবগী মশক্কি হায়বসি ) পশ্যেৎ ( বিচার তৌগনি ) ।১৮।

---

তাবা, উবা, মীনা হায়নবা, ভাবনা লৌবা মরিসি প্রমাননি অতুবু লংদা ফি লৈ হায়বগুম্বনি, লং য়াওদনদি ফি ওইবা য়াদে অতুনা প্রমাণ-শিং অসিদা তত্ত্ব কুম্নিপানগী মশক জগৎ অসিনা মতম অতুমদা লৈতবা মরম্না অরেপ্পা নত্তে লেপ্লে, মরম অসিদগী অরেপ্পা আত্মতত্ত্ব য়েংতুনা

ভক্তিযোগঃ পুরৈবোক্তঃ প্রীয়মানায় তেঽনঘ।
পুনশ্চ কথয়িষ্যামি মদ্ভক্তেঃ কারণং পরম্ ।১৯।
শ্রদ্ধামৃতকথায়াং মে শশ্বন্মদনুকীর্ত্তনম্।
পরিনিষ্ঠা চ পূজায়াং স্তুতিভিঃ স্তবনং মম ।২০।
আদরঃ পরিচর্য্যায়াং সর্ব্বাঙ্গৈরভিবন্দনম্।
মদ্ভক্তপূজাভ্যধিকা সর্ব্বভূতেষু মন্মতিঃ।২১।

হে অনঘ ( হে পাপ চেন্দ্রবা ) তে ( নহাক্কী) প্রীয়মানায় (পেম্নবগী-দমক ) [ময়া] (ঐনা ) পুরা এব ( অসিগী মমাংমক্তদা ) ভক্তি যোগঃ উক্ত ( ভক্তিযোগবু হায়থ্রবনি ) পুনশ্চ ( অমুক হন্নশু ) কথয়িষ্যামি হায়গনি) কারণং ( মরমদি ) মদ্ভক্তে ( ঐগী ভক্তিনা ) পরং ( অথোইবনি ) ।১৯।

মে ( ঐগী ) অমৃতকথায়াং ( অমৃত ওইবা কথাদা ) শ্রদ্ধা ( পুক্নিং চংবা ) শশ্বৎ ( অরেপ্পা থমহনা ) মদনুকীর্ত্তনং ( ঐগী নাম, গুণ, কীর্ত্তন তৌবা ) পূজায়াং ( পূজাদা ) পরিনিষ্ঠা ( য়াম্না পুক্নি চংবা ) স্তুতিভিঃ ( স্তুতি খিবিক্না ) মম স্তবনং ( ঐবু স্তুতি তৌবা ) পরিচর্য্যায়াং। সে-বাদা ) আদর ( য়ানিংবা ) অষ্টাঙ্গৈ ( অষ্টাঙ্গনা ) অভিবন্দনং ( খুরুম্বা ) মদ্ভক্তপূজাভ্যধিকা ( ঐগী ভক্তদনা হেন্না পূজা তৌবা ) সর্ব্বভূতেষু ( লৈ রবা পুম্নমক্তা ) মন্মতি ( ঐনি খন্বা ) মদর্থে ( ঐগীদমক্তা ) অঙ্গ-চেষ্টা ( শু-নোম্বা ) বচসা ( ৱাহৈনা ) মদ্ গুণেবনং ( ঐগী গুণ শকপা )

সংসারগী বিরক্ত ( অপাম্বা থাদোকপা ) ওইগানি ।১৭।

অমনা, জ্ঞান লৈবনা, ব্রহ্মলোকনা লোম্বা জগৎ পুম্বসি কর্ম্মগী মহৈ ওইবদগী, উত্রবস্থ উবগুম্না মাংবা-নাইবনি অমসুং তত্ত্বাবগী মশক্তি হায়বসি বিচার তৌগনি ।১৮।

হে পাপ চেন্দ্রবা উদ্ধব ! নহাক্কী পেম্নবগীদমক ঐনা মসিগী মমাংমক্তা ভক্তি যোগ'স হায়থ্রবনি, অমূক হন্নসু হায়গনি, মরমদি ঐগী ভক্তি-তনা পুম্নমক্তগী অথোইবনি ।১৯।

ঐগী অমৃত ওইরবা কথাদা পুক্নিং চংবা, অরেপ্পা থমহনা ঐগী নাম, লীলা, গুণ কীর্ত্তন তৌবা, পূজাদা য়াম্না পুক্নিং চংবা, স্তুতি খিবিক্না

মদর্থেঽঙ্গচেষ্টা চ বচসা মদ্‌গুণেরণম্ ।
ময্যর্পণঞ্চ মনসঃ সর্ব্বকাম বিবর্জ্জনম্ ।২২।
মদর্থেঽর্থ পরিত্যাগো ভোগস্য চ সুখস্য চ ।
ইষ্টং দত্তং হুতং জপ্তং মদর্থং যদ্‌ ব্রতং তপঃ ।২৩।
এবং ধর্ম্মৈর্মনুষ্যাণামুদ্ধবাত্মনিবেদিনাম্ ।
ময়ি সঞ্জায়তে ভক্তিঃ কোঽন্যোঽর্থোঽস্যাবশিষ্যতে ২৪।

---

ময়ি ( ঐভোন্দা ) মনসঃ অর্পনং ( পুক্লিং কৎপা ) সর্ব্বকাম বিবর্জ্জনং ( অপাম্বা পুম্নমক নিংথিনা থাদোকপা ) মদর্থে ( ঐগীদমক ) অর্থ পরিত্যাগ ( মন্দির শাবা ) ইষ্টং ( অগ্নিহোত্রনচিংবা ) চ ( অমসুং ) ভোগস্য (ভোগকি ) সুখস্য চ ( মুঙাইবসু ) পরিত্যাগ ( থাদোকপা ) ইষ্টং ( অগ্নিহোত্রনচিংবা ) দত্তং ( দান ) জপ্তং ( জপ ) ব্রতং (ব্রত) যৎ [ কিঞ্চ ] করিগুম্বা থবক অমা ) মদর্থং ( ঐগীদমক্তা ) কার্য্যং ( তৌগদবা ওই ) হে উদ্ধব। আত্মনিবেদিনাং ( মশাবু কখোক্লিবা ) মনুষ্যানাং ( মীশিংগী ) এবং ধর্ম্মৈ ( অসিগুম্বা ধর্ম্মশিং অসিনা মরম ওইদুনা ) ময়ি ( ঐভোন্দা ) ভক্তিঃ সঞ্জায়তে ( নিংথিনা ভক্তি পোকই ) অস্য ( অসুম্না ভক্তি পোক্লবা মীদুগী ) কঃ অন্য ( মসিদগী অতোপ্পা ) অর্থ ( ফংগদোবা অমা ) অবশিষ্যতে ( লেমহৌরিবগে ) ।২০-২৪।

---

মরম ওইদুনা ঐবু স্তুতিতৌবা, সেবাদা য়ানিংবা, অষ্টাঙ্গ প্রণাম তৌবা, ঐগী ভক্তদা হেন্না সেবা তৌবা, লৈরিবা পুম্নমক্তা ঐবু উবা, ঐগীদমক্তা গু-নোম্বা, বাহৈনা ঐগী গুণ শকপা, ঐভোন্দা পুক্লিং কৎপা, অপাম্বা পুম্নমক নিংথিনা থাদোকপা, ঐগীদমক্তা মন্দির লিংখৎপা, ভোগ অমসুং মুঙাইবা থাদোকপা, অগ্নিহোত্রনচিংবা দান, জপ, ব্রত, তপসা, করিগুম্বা থবক অমা ঐগীদমক্তা তৌবা, হে উদ্ধব! ঐভোন্দা মশা কৎথ্রবা মীশিংগী অসিগুম্বা ধর্ম্মশিং অসিনা মরম ওইদুনা ঐভোন্দা ভক্তি পোক্লবা মী অদুগী করম্বা অতোপপা ফংগদোবা অমা লৈহৌরিবগে। ।২০।-।২৪।

মতম অদুদা সত্ত্ব-গুণনা মপুংফানা লৈরবা, অপাম্বা লৈত্রবা পুক্লিং

যদাত্মন্যৰ্পিতং চিত্তং শান্তং সত্ত্বোপবৃংহিতম্ ।
ধর্ম্মং জ্ঞানং সবৈরাগ্যমৈশ্বর্য্যঞ্চাভিপদ্যতে ।২৫।
যদৰ্পিতং তদ্ বিকল্প ইন্দ্রিয়ৈঃ পরিধাবতি ।
রজস্বলঞ্চাসন্নিষ্ঠং চিত্তং বিদ্ধি বিপৰ্য্যয়ম্ ।২৬।
ধর্ম্মো মদ্ভক্তিকৃৎ প্রোক্তো জ্ঞানঞ্চৈকাত্ম্যদর্শনম্ ।
গুণেষসঙ্গো বৈরাগ্যমৈশ্বর্য্যঞ্চাণিমাদয়ঃ ।২৭।

---

যদা ( মতম অদুদা ) সত্ত্বোপবৃংহিতং ( সত্ত্বগুণনা মপুং ফানা লৈরবা ) শান্তং ( অপাম্বা লৈত্রবা ) চিত্তং ( মন অদুবু ) আত্মনি [ময়ি] আত্মস্বরূপ ওইরবা ঐঙোন্দা ) অৰ্পিতং [ ভবতি ] ( কৎলবা ) তদা ( মতম অদুদা ) ধৰ্ম্মং ( ধৰ্ম্ম ) চ ( অমসুং ) জ্ঞানং ( জ্ঞান ) সবৈরাগ্যং ( বৈরাগ্যগা লোইনবা ) ঐশ্বৰ্য্যং ( ঐশ্বৰ্য্য অসিনচিংবা ) অভি পদ্যতে ( ফংঙি ) ।২৫।

---

যৎ অৰ্পিতং ( অদুম্না কৎথ্রবা ) তৎ (পুক্নিং অদুনা) ইন্দ্রিয়ৈ (ইন্দ্রিয়শিংনা মরম ওইদুনা ) বিকল্প ( য়ুম-কৈনচিংবদা ) পরিধাবতি ( কোইনা চেল্লি ) তৎ ( মদুবু ) রজস্বলং ( রজগুণনা তিম্বনি ) অসন্নিষ্ঠং ( শাস্ত্রনা য়াদবা তৌরবনি ) বিপৰ্য্যয়ং ( ওন্নবা, ঐগী প্রেম য়াউদ্রবা ) চিত্তং ( চিত্তনি-থম্মোইনি হায়না ) বিদ্ধি ( খঙু ) । ৬।

---

মৎ ভক্তিকৃত ( ঐগী ভক্তি পোকপা কৰ্ম্মবু ) ধৰ্ম্মঃ প্রোক্তঃ ( ধৰ্ম্মনি হায়খ্রে ) চ ( অদুগা ) ঐকাত্মদর্শনং ( অনি গুদ্রবা আত্মজ্ঞান খংববু ) জ্ঞানং ( জ্ঞাননি হায়খ্রে ) গুণেষু ( গুণশিং অসিদা ) অসঙ্গ (সঙ্গ লৈতবা অদুবু ) বৈরাগ্যং ( বৈরাগ্যনি হায়খ্রে ) ঐশ্বৰ্য্যং ( ঐশ্বৰ্য্যনা ) অণিমাদয় ( অণিমানচিংবা অসিবু ) প্রোক্তঃ ( হায়খ্রে ) ।২৭।

---

অদুবু আত্মস্বরূপ ওইরবা ঐঙোন্দা কৎলবা, মতম অদুদা ধৰ্ম্ম অমসুং জ্ঞান বৈরাগ্যগা লোইনবা ঐশ্বৰ্য্য, অসিনচিংববু ফংঙি ।২৫।

অদুম্না কৎথ্রবা পুক্নিং অদুনা, ইন্দ্রিয়শিংনা মরম ওইদুনা য়ুম-কৈনচিংবদা কোইনা চেল্লি, মতম অদুদা মদুবু রজগুণনা তিম্লবনি, শাস্ত্রগী বিরুদ্ধদা লৈবনি, ঐগী প্রেম য়াউদ্রবা থম্মোইনি হায়না খংঙু ।২৬।

উদ্ধব উবাচ।
যমঃ কতিবিধঃ প্রোক্তো নিয়মো বারিকর্ষন।
কঃ শমঃ কোদমঃ কৃষ্ণ কা তিতিক্ষা ধৃতি প্রভো ।২৮।
কিংদানং কিং তপঃ শৌর্য্যং কিং সত্যমৃতমুচ্যতে।
কস্ত্যাগঃ কিংধনশ্চেষ্টং কো যজ্ঞঃ কা চ দক্ষিণা ।২৯।

---

উদ্ধব উবাচ ( উদ্ধবনা হায়ঙখি ) হে অরিকর্ষণ ( হে য়েরুবা মাংহনবা ) যমঃ ( যম ) বা ( অমদি ) নিয়ম ( নিয়ম-অসি ) কতিবিধ (কয়া থোক্লা ) প্রোক্তঃ ( হায়খ্রে ) শমঃ কঃ ( শম হায়বসিনা করিনো ) কৃষ্ণ হে কৃষ্ণ ) তিতিক্ষা কা ( থাংবা কম্বা হায়বসিনা করিংনো ) প্রভো ( হে প্রভো ) ধৃতি কিঃ ( ধৃতিনা করিনো ) ।২৮।

---

কিংদানং ( দান হায়বসি করিনো তপঃ কিং ( তপস্যানা করিনো) শৌর্য্যং কিং ( শৌর্য্য করিনো ) সত্যং কিং ( করিবু সত্য কৌই ) ঋতং বিং উচ্যতে ( করিবুনা অচুম্বনি হায়নৈ ) ত্যাগ কঃ ( ত্যাগ হায়বত্নুনা করিনো ) ইষ্টং ধনং কিং ( করিবু মতিক চাবা লন কৌই ) কঃ যজ্ঞ ( করিবু যজ্ঞ কৌবগে ) কা দক্ষিণা ( করিবু দক্ষিনা কৌবগে ) ।২৯।

---

ঐগী ভক্তি পোকপা থবকপু ধর্ম্মনি হায়খ্রে, অনিশুব্রবা আত্মজ্ঞানবু জ্ঞান কৌই, গুণশিং অসিদা অপাম্বা লৈতববু বৈরাগ্য কৌই, অনিমানচিংবা সিদ্ধিবু ঐশ্বর্য্য কৌই ।২৭।

য়েরুবা মাংহল্লিবা হে কৃষ্ণ! যম অমদি নিয়ম কয়া গুবগে? শম হায়বসিনা করিনো? করিবু তিতিক্ষা কৌবগে? হে প্রভো। ধৃতিনা বরিনো তাকপিয়ু ।২৮।

দান হায়বসি করিনো? শৌর্য্য করিনো? করিবু সত্য কৌই? করিবুনা অচুম্বনি হায়নৈ, ত্যাগ হায়বত্নুনা করিনো? মতিকচাবা লন করিনো, করিবু যজ্ঞ কৌবগে, দক্ষিণানা করিনো? ।২৯।

হে শ্রীমন্, হে কেশব! পুরষগী বল করিনো? ভগ অমসুং লাভনা করিনো? পরাবিদ্যা হায়বা অত্নুনা করম্বনো? হ্রী হায়বসিনা করিনো? শ্রী করিবু কৌবগে? সুখ দুঃখ হায়বসিনা করিনো। ৩০।

পুংসঃ কিংস্বিদ্ বলং শ্রীমন্ ভগো লাভশ্চ কেশব।
কা বিদ্যা হ্রীঃ পরা কা শ্রীঃ কিং সুখং দুঃখমেব চ। ৩০।
কঃ পণ্ডিতঃ কশ্চ মুর্খঃ কঃ পন্থা উৎপথশ্চ কঃ।
কঃ স্বর্গো নরকঃ কঃ স্বিত্ কো বন্ধুরুত কিং গৃহম্। ৩১।
ক আঢ্যঃ কো দরিদ্রো বা কৃপণঃ কঃ ক ঈশ্বরঃ।
এতান্ প্রশ্নান্ মম ব্রূহি বিপরীতাংশ্চ সৎপতে। ৩২।

হে শ্রীমন্ ( হে কৃষ্ণ ) পুংস ( পুরুষকি ) বলং ( পাঙ্গল হাযবা অত্থুনা ) কিং স্বিৎ ( করম্বনো ) ভগ ভগ ) চ ( অমসুং ) লাভ ( লাভ হাযবত্থনা ) কিং ( করিনো ) পরা ( অথোইবা ) বিদ্যা ( বিদানা ) কা ( কবগনো ) হ্রী কা ( লজ্জা হাযবত্থনা করিনো) শ্রী কা (শ্রী হাযবা অত্থু-না করিনো ) সুখং ( সুখ ) বা ( অমদি) দুঃখং (দুখনা কিং (করিনো) ।৩০।

কঃ পণ্ডিতঃ ( পণ্ডিত করিনো ) কশ্চ মুর্খ ( করম্বনা মুর্খনো ) কঃ পন্থা ( লম্বি হাযবসিনা করিনো ) কশ্চ ( করম্বন ) উৎপথ ( ওন্নবা লম্বিনো ) কঃ স্বর্গ (স্বর্গনা করিনো ) নরকশ্চ কঃ স্বিৎ (নরকনা করিনো) বন্ধু ( মরূপ ) উত অমদি ) গৃহং (গৃহ হায়বসিনা ) কিং ( করিনো ) ।৩১।

আঢ্যঃ কঃ ( করিবু লন লৈবা কৌই ) কঃ দরিদ্র ( লাইরবনা করি-নো ) কৃপনঃ বা ( অবীকপনা করিনো ) কঃ ঈশ্বর (ঈশ্বরনা কনানো ) হে সৎপতে ( হে সৎশিংগী মপু ) মম ( ঐগী ) এতান্ প্রশ্নান ( অসিগুম্বা প্রশ্নশিংসি ) চ ( অমদি ) বিপরীতান্ ( মসিগী ওন্নবশিংসু ) ব্রূহি ( হায়বিযু ) ।৩২।

করম্ববু পণ্ডিত কৌই ! করম্বনা মুখ নো ? লম্বি হাযবসি করিনো ? ওন্নবনা করম্বনো ? স্বর্গ অমসুং নরকনা করিনো ? মরূপ অমদি গৃহ যুম্ হায়বসিনা করিনো ? ।৩১।

করিবু লন লৈবা কৌই ? লাইরবনা করিনো ? অবীকপনা করি-নো, কনাবা ঈশ্বরনো ? হে সৎপতে ! ঐগী প্রশ্নশিংসি অমদি মসিগী ওন্নবসু হায়বিযু ।৩২।

শ্রীভগবানুবাচ।
অহিংসা সত্যমস্তেয়মসঙ্গো হ্রীরসঞ্চয়ঃ।
আস্তিক্যং ব্রহ্মচর্য্যঞ্চ মৌনং স্থৈর্য্যং ক্ষমাভয়ম্। ৩৩।
শৌচং জপস্তপো হোমঃ শ্রদ্ধাতিথ্যং মদর্চ্চনম্।
তীর্থাটনং পরার্থেহা তুষ্টিরাচার্য্য সেবনম্ । ৩৪।
এতে যমাঃ সনিয়মা উভয়োর্দ্বাদশ স্মৃতাঃ ।
পুংসামুপাসিতাস্তাত যথা কামং দুহন্তি হি । ৩৫।

শ্রীভগবানুবাচ ( শ্রীভগবান্না হায়খি ) অহিংসা ( জীবদা অবাবা পীদবা ) সত্যং ( পুক্লিং য়াহৈনা লৌনমদনা হায়বা ) আস্তেয়ং ( পুক্লিংনা ফাউবা হুদবা ) অসঙ্গ ( মচা মরণদা পুক্লিং থিংজিন্দবা ) হ্রী ( ক্বত্তবা থবক তৌবদা ইকায়বা ) অসঞ্চয় ( পৈশিন্দবা) আস্তিক্য (ধর্ম্মদা থাজবা) ব্রহ্মচর্য্যং ( মখল নিপান্দা মুপীগা তিন্নদবা ) স্থৈর্য্যং ( পুক্লিং লৈত্তাবা ) ক্ষমা ( লমন খুম্বা ওয়বস্থ খুমদবা) অভয়ং (কিদবা ) শৌচং ( মুংপান অনি শেংবা ) জপং ( জপ ) তপঃ ( তপস্যা ) হোম ( হোম ) শ্রদ্ধা ( ইকায়-খুম্নবা ) আতিথ্যং ( অতিথিবু লুনা তৌবা ) মদর্চ্চনং ( ঐবু পুজা তৌবা ) তীর্থাটনং ( তীর্থ চৎপা ) পরার্থেহা ( অতোপ্পগী মতেং পাংনবা হোৎনবা ) তুষ্টি ( থরনা পেন্না ) আচার্য্যসেবনং ( গুরু সেবা তৌবা ) উভয়ো ( নিবৃত্তি প্রবৃত্তি মার্গদা ) সনিয়মা ( নিয়ম লাইবা ) এতে (মখোই অসি ) যমা ( যম কৌই ) দ্বাদশ ( তরানিথোইনি ) হে তাত ( মুংশিরবা উদ্ধব ) এতে ( মখোই অসিবু ) [ উপাসীত ] ( সেবা তৌরবা ) পুংসা (পুরুষগী মরীদা। হি [যথাকামং] (অত্থুম্না পাম্বা, মতুবু) দুহন্তি। পী )। ৩৫।

শ্রীভগবাননা হায়খি, জীবদা অবাবা পীদবা, লৌনমদবা, পুক্লিংনা ফাউবা হুরাম্জবা, ধর্ম্মগী কাদা থাজবা, মখল নিপানগী সঙ্গ তৌদবা, পুক্লিং লৈত্তাবা, ওয়বস্থ লমন খুমদবা, কিদবা; মুং-পান শেংবা, জপ তপস্যা, হোম, ইকায় খুম্নবা, অতিথি সেবা তৌবা, ঐবু পুজা তৌবা, তীর্থ চৎপা, অতোপ্পগী মতেং পাংবা, থরনা পেন্না, গুরু সেবা তৌবা, প্রবৃত্তি অমদি নিবৃত্তিদা লৈবা, মখোই অসিবু যম কৌই। মুংশিরবা উদ্ধব! মী অত্থুনা মখোই অসিবু সেবা তৌরবদি, লেপ্পা অত্থুম্না পাম্বা

শমো মন্নিষ্ঠতা বুদ্ধের্দম ইন্দ্রিয়সংযমঃ।
তিতিক্ষা দুঃখসম্মর্ষো জিহ্বোপস্থজয়ো ধৃতিঃ। ৩৬।
দণ্ডন্যাসঃ পরং দানং কামত্যাগস্তপঃ স্মৃতম্।
স্বভাববিজয়ঃ শৌর্য্যং সত্যঞ্চ সমদর্শনম্। ৩৭।
অন্যচ্চ সুনৃতা বাণী কবিভিঃ পরিকীর্ত্তিতা।
কর্ম্মস্বসঙ্গমঃ শৌচং ত্যাগঃ সন্ন্যাস উচ্যতে। ৩৮।

---

বুদ্ধে (বুদ্ধিনা) মংনিষ্ঠতা (ঐভোন্দা লৈববু) শমঃ (শম কৌই) ইন্দ্রিয় সংযমঃ (ইন্দ্রিয় লাকশিনবনা) দমঃ (দমনি) দুঃখ সম্মর্ষ (অৱাবা থাংবনা) তিতিক্ষা (তিতিক্ষা কৌই) জিহ্বোপস্থয়ো (লৈয়েং অমসুং ঈশিংথোং অনিগী) জয় (জয়বু) ধৃতি (ধৃতি কৌই) । ৩৬।

দণ্ডন্যাসঃ (য়েক্নবা লৈতবনা) পরং (পুম্নমক্কী হেন্না) দানং (দান-নি) কামত্যাগঃ (অপাম্বা থাদোকপনা) তপঃ স্মৃতং (তপস্যানি হায়প্রে) স্বভাববিজয়ঃ (মশাগী ফত্তবা স্বভাব থাদোকপনা) শৌর্য্যং (অথৌবা কৌই) সমদর্শনং (মান্ননা উবনা) সত্যং (সত্য-নি) । ৩৭।

অন্যচ্চ (অতোপ্পা অমনা) সুনৃতা বাণী (নিংথিবা ৱাহৈ পাও-তাকপু সত্যানি হায়না) কবিভিঃ (কবিশিংনা) পরিকীর্ত্তিতা (হায়রম্মি) কর্ম্মসু (কর্ম্মদা) অসঙ্গমঃ (অপাম্বা লৈতবা) শৌচং (শৌচ-[অশেংবা] নি) ত্যাগঃ (মতু মচানচিংবদা ঐগী য়াবা ৱাখল থমদববু) সন্ন্যাসঃ উচ্যতে (সন্ন্যাস কৌই) । ৩৮।

---

অহুমক পীবি । ৩৫।

বুদ্ধিনা ঐগোন্দা লৈববু শম কৌই, ইন্দ্রিয় থুনম চম্বনা দমনি। অৱাবা থাংববু তিতিক্ষা কৌই, লৈয়েং অমসুং ঈশিংথোং জয় তৌববু ধৃতি কৌই । ৩৬।

জীবগী য়েক্নবা লৈতবনা-জীবগী মফমদা য়েক্নবা থমদবনা পুম্নমক্কী হেন্না দান-নি, অপাম্বা থাদোকপনা তপস্যানি, মশাগী ফত্তবা স্বভাব (লমচৎ) থাদোকপবু অথৌবা কৌই, পুম্নমক্কা মান্ননা উবনা সত্যনি। ৩৭।

অতোপ্পা অমনা, নিংথিবা ৱাহৈ অমদি পাওতাকপু, কবিশিংনা

ধর্ম্ম ইষ্টং ধনং নৃণাং যজ্ঞোঽহং ভগবত্তমঃ।
দক্ষিণা জ্ঞানসন্দেশঃ প্রাণায়ামঃ পরং বলম্ ॥ ৩৯ ॥
ভগো ম ঐশ্বরো ভাবো লাভো মদ্ভক্তিরুত্তমঃ।
বিদ্যাত্মনি ভিদাবাধো জুগুপ্সা হ্রীরকর্ম্মসু ॥ ৪০ ॥
শ্রীর্গুণা নৈরপেক্ষ্যাদ্যাঃ সুখং দুঃখসুখাত্যয়ঃ।
দুঃখং কামসুখাপেক্ষা পণ্ডিতো বন্ধমোক্ষবিৎ ॥ ৪১ ॥

নৃণাং (মীওইবশিংগী মরীদা) ধর্ম্ম (ধর্ম্মনা) ইষ্টং (অপাম্বা পীবা) ধনং (লননি) ভগবত্তমঃ (ভগবান্ পুম্নমক্তগী অথোইবা) অহং (ঐ যজ্ঞ (যজ্ঞনি) জ্ঞানসন্দেশ (জ্ঞান তাকপিবনা) দক্ষিণা (দক্ষিণানি) প্রাণায়াম (প্রাণায়ামনা) পরং (পুম্নমক্তগী হেনবা) বলং (পাঙ্গলনি) ॥ ৩৯ ॥

মে (ঐগী) ঐশ্বর (ঈশ্বরগী) ভাব (ঐশ্বর্য নচিংবা গুণ তরুক অদুবু) ভগ (ভগ কৌই) উত্তম (পুম্নমক্তগী হেন্বা) মদ্ভক্তি (ঐগী ভক্তিবু) লাভ (লাভ কৌই) আত্মনি (আত্মাদা) ভিদাবাধ (তোঙাম্নবা ভাব লৈতববু) বিদ্যা (বিদ্যানি) অকর্ম্মসু (মীনা নিন্দা তৌবা থবক্তা) জুগুপ্সা (ইকায়বা হঙ্গোইব পোকপা অদুবু) হ্রী (ইকায়বা কৌই) নৈরপেক্ষ্যাদ্যা (কনাগীসু মতেং য়েংবা-ভাইদ্রবা) গুণা (গুণশিং অদুবু) শ্রীঃ (লৈতেং কৌই) দুঃখ সুখাত্যয় (অরাবা, মুংঙাইবা লৈতববু) সুখং (মুঙাইবনি) কামসুখাপেক্ষা (অপাম্বা কংলগা মুঙাইগনি থনবহু) দুখং (অরাবনি) বন্ধমোক্ষবিৎ (বন্ধ মোক্ষ খংবগী মমিংবু) পণ্ডিত (পণ্ডিত কৌই) ॥ ৪০-৪১ ॥

সত্যনি হায়রম্মি, কর্ম্মদা অপাম্বা লৈতববু অশেংবা কৌই, মতু মচানা চিংবদা ঐগী হায়বা বাখল লৈতববু সন্ন্যাস কৌই ॥ ৩৮ ॥

মীওইবগী মরীদা ধর্ম্মনা অপাম্বা থোকহনবনা ধননি, ভগনা তিনবা পুম্নমক্তগী অথোইবা ঐ যজ্ঞনি, জ্ঞান তাকপিবনা দক্ষিণানি, প্রাণায়ামনা পুম্নমক্তগী হেনবা পাঙ্গলনি ॥ ৩৯ ॥

॥ ঐগী ঐশ্বর্য নচিংবা গুণ তরুক অদুবু ভগ কৌই, ঐগী ভক্তিনা পুম্নমক্তগী হেনবা লাভনি, আত্মাদা তোঙাম্নবা ভাব লৈতববু বিদ্যানি,

যুর্খো দেহাদ্যহং বুদ্ধিঃ পন্থা মন্নিগমঃ স্মৃতঃ।
উৎপথশ্চিত্ত বিক্ষেপ স্বর্গঃ সত্ত্বগুণোদয়ঃ ।৪২।
নরকস্তমউন্নাহো বন্ধুগুরুরহং সখে।
গৃহং শরীরং মানুষ্যং গুণাঢ্যোহ্যাঢ্য উচ্যতে ।৪৩।

---

দেহাদি অহং বুদ্ধিঃ ( শরীরনচিংবদা ঐ ঐগী হায়না অভিমান্ তৌ-বা খংববু ) মুর্খঃ ( মুর্খনি ) মন্নিগমঃ ( ঐবু নিংথিনা ফংহনবা জ্ঞান ভক্তি (অহুবু ) পন্থা স্মৃতঃ ( অফবা লম্বিনি হায়খ্রে ) চিত্তবিক্ষেপ ( পুক্লিং য়াম্না লাংবা সংসারগী লম্বিনা ) উৎপথ ( ফত্তবা লম্বীনি ) সত্ত্ব গুণোদয়ঃ ( সত্ত্বগুণ ফাউরকপা অহুবু ) স্বর্গ ( স্বর্গ হায়বনি ) ।৪২।

---

তমঃ উন্নাহঃ ( তমঃ গুণ য়াম্না হেনগৎলকপা অহুবু ) নরক উচ্যতে ( নরক কৌই ) সখে ( হে উদ্ধব ) অহং বন্ধু ( জীব খুদিংগী ফনবা তৌবা ঐনি, মরম অহুনা গুরু ঐনি ) মানুষ্যং শরীর (মীওইবগী হকচাং অসিবু) গৃহং উচ্যতে ( য়ুম কৌই ) গুণাঢ্য ( মগুণ লৈবা অহুবু ) আঢ্য উচ্যতে ( লন লৈবা কৌই ) ।৪৩।

---

মীনা নিন্দা তৌনবা থবক্তা ইকায় হঙোই পোকপবু ইকায়বা কৌই, কনাগী মতেং ভায়ব্রবা গুণশিং অহুবু শ্রী (লৈতেং) কৌই, অৱাবা মুঙায়বা লৈতবহু মুঙাইবনি, অপাম্বা ফংলগা মুঙাইগনি খম্বহু অৱাবনি, বন্ধ মোক্ষ খংববু পণ্ডিত কৌই ।৪০-৪১।

শরীরনচিংবদা ঐ ঐগী হায়না খংববু মুর্খ কৌই, ঐবু নিংথিনা ফংহনবা জ্ঞান ভক্তিবু অফবা লম্বিনি হায়খ্রে, পুক্লিং য়াম্না লাংহনবা সংসারগী লম্বিনা ফত্তবা লম্বিনি, সত্ত্বগুণ ফাউরকপবু স্বর্গ কৌই ।৪২।

হে উদ্ধব ! তমঃ গুণ য়াম্না হেন্নকপা অহুবু নরক কৌই, জীব খুদিংগী ফনবা তৌবা ঐনি, অহুনা গুরুসু ঐনি, মীওইবগী হকচাং অসিবু য়ুম কৌই, গুণ লৈববুনা লন লৈবা কৌই ।৪৩।

পেনবা হৈতবহু লাইরবনি, ইন্দ্রিয় খুহুম চনবা ভমদবা মহাক অরীকপনি, পুক্লিং অরেপ্পা থমজ্রবা মহাক-মনিংতম্বনি, গুণশিংদা পুক্লিং চংবহু শমনচিংবদগী ওনবনি ।৪৪।

দরিদ্রো যস্ত্বসন্তুষ্ট কৃপনো যোঽজিতেন্দ্রিয়ঃ।
গুণেম্বসক্তধীরীশো গুণসঙ্গো বিপর্য্যয়ঃ ।৪৪।
এত উদ্ধব তে প্রশ্নাঃ সর্ব্বে সাধু নিরূপিতাঃ ।
কিং বর্ণিতেন বহুনা লক্ষণং গুণদোষয়োঃ।
গুণদোষদৃশির্দোষো গুণস্তুভয় বর্জ্জিতঃ।৪৫।
ইতি শ্রীমদ্ভাগবতে মহাপুরাণে পারমহংস্যাং সংহিতায়াং
বৈয়াসিক্যাং একাদশ স্কন্ধে উনবিংশোঽধ্যায়ঃ ॥

---

অসন্তুষ্ট (পেনবা হৈত্তব) য. দরিদ্র (মহূ লাইরবনি' যঃ অজিতেন্দ্রিয় (ইন্দ্রিয় খুত্থম চনবা ঙমদবা অহূ) কৃপনঃ' অরীকপা হায়বহূ মহাক্তি) গুণেষ (গুণশিংদা) অসক্তধী (পুক্লিং অরেপ্পা থমদ্রবা) য (মহাক অহূ) ঈশঃ (স্বাথিন্নি) গুণসঙ্গ (গুণদা পুক্লিং চংবহূ) বিপর্য্যয়ঃ (শমনচিংবদগী ওম্নবনি) ।৪৪।

---

উদ্ধব হে উদ্ধব' তে (নহাক্কী) সর্ব্বেপ্রস্না (বাহং পুম্নমক্কা) সাধুঃ (মোক্ষগী মতিক চারবা) এতে (পাওখুমশিং অসি) নিরূপিতাঃ (নিংথিনা হায়খ্রে) গুণ দোষয়ো' গুণ অমস্তং দোষগী) লক্ষণং (মওংবু) বহুনা বর্ণিতেন (হেন্না হায়রগা) কিং' করি কান্নগনি) তু (তৌইগুম্ব-স্নং) গুণ দোষ দৃশি (মসিনা গুণনি, অসিনা দোষনি হায়বগী বাখল মিৎয়েংহূ) দোষ (দোষনি) উভয় বর্জ্জিত (মিংয়েং অনিসি লৈতবনা) গুণ (গুণনি) ।৪৫।

---

হে উদ্ধব! নহাক্কী বাহং পুম্নমক্কা, মোক্ষগী মতিকচারবা পাওখুমশিং অসিবু ঐনা নিংথিনা হায়খ্রে, গুণ দোষ অনিগী লক্ষণ হেন্না হায়রগা করি কান্নগনি, তৌইগুম্বস্নং মসিনা গুণনি. অসিনা দোষনি হায়বগী মিৎয়েং বাখল অহূবু দোষ কৌই, মিংয়েং অনিসি লৈতবনা গুণনি ।৪৫।

মতাং অসিদা শ্রীমদ্ভাগবত মহাপুরাণদা পরমহংস শ্রীব্যাস দেবনা লেংবা একাদশ স্কন্ধগী তরামাপন শুবা অধ্যায় লোইরে ॥

# শ্রীমদ্ভাগবতম্

## একাদশ-স্কন্ধঃ

### বিংশঃ অধ্যায়

—:(0):—

উদ্ধব উবাচ।

বিধিশ্চ প্রতিষেধশ্চ নিগমোহীশ্বরস্য তে।

অবেক্ষতেঽরবিন্দাক্ষ গুণং দোষঞ্চ কর্ম্মণাম্ ।১।

বর্ণাশ্রম বিকল্পঞ্চ প্রতিলোমানুলোমজম্।

দ্রব্য-দেশ-বয়ঃ কালান্ স্বর্গং নরকমেব চ ।২।

---

উদ্ধব. উবাচ ( উদ্ধবনা হংজখি ) হে অরবিন্দাক্ষ ( হে মাইথোং থম্বাল মান্বা ) তে ঈশ্বরস্য ( ঈশ্বর ওইবা নহাক্কী ) নিগম ( য়াথঙ্গি মশক ওইবা বেদনা ) বিধি ( অসি তৌগদবনি তাকপা ) চ ( অমনা ) প্রতিষেধ ( মসি তৌরোইদবনি হায়বা ) চ ( অমসুং ) কর্ম্মণাং ( কর্ম্ম-শিংগী ) গুণং ( পুন্য অমদি ) দোষঞ্চ ( পাপপুশু ) অবেক্ষতে ( য়েংঙি ) ।১।

---

প্রতিলোমানুলোমজং ( প্রতিলোম অমসুং অনুলোমগী মচা অনিগী পোকপদগী লোইনরক্লবা গুণ দোষবু ) বর্ণাশ্রম বিকল্প ( বর্ন অমসুং আ-শ্রমগী থেন্নববুশু ) দ্রব্য-দেশ-বয়-কালান্ ( পোৎ অহুমী, মফমগী, কর্ম্মগী মওংগী, মতমগী দোষবু ) স্বর্গং নরকং চ ( কর্ম্মগী মহৈগী মশক ওইবা স্বর্গ-নরকপুশু ) অবেক্ষতে ( বেদনা য়েংঙনা লৈ ) ।২।

---

উদ্ধবনা হংজখি, মাইথোং থম্বাল মান্নবা হে কৃষ্ণ! ঈশ্বর ওইবা নহাক্কী য়াথঙ্গি মশক ওইবা বেদনা, অসি তৌগদবনি তাকপা, অমনা মসি তৌরোইদবনি হায়বা, অমসুং কর্ম্মশিংগী পুন্য পাপপুসু য়েংঙি।১।

গুণদোষভিদাদৃষ্টিমন্তরেণ বচস্তব।
নিঃশ্রেয়সং কথং নৃণাং নিষেধবিধি লক্ষণম্ । ৩ ।
পিতৃদেবমনুষ্যাণাং বেদশ্চক্ষুস্তবেশ্বর।
শ্রেয়স্ত্বনুপলব্ধেঽর্থে সাধ্য সাধনয়োরপি ।

গুণদোষভিদাদৃষ্টি ( গুণ অমসুং দোষগী খেন্নবা মিৎয়েং অসিবু) অন্তরেণ ( থমদনা ) তব বচ ( নহাক্কী য়াথঙ্গি মশক ওইরিবা বেদগী ) বিধি নিষেধলক্ষণং ( মসিনা তৌবা য়াবনি, অসিনা য়াদবনি হায়বা মতৌসি ) কথং (করম্না ওইবা য়াবনো ) নৃণাং (মীওইবশিংগী) নি শ্রেয়সং ( অরেপ্পা মঙ্গলবু ) কথং স্যাৎ ( করম্না ওইগনি ) । ৩ ।

হে ঈশ্বর ( হে ইবুংঙো) অনুপলব্ধে ( মিৎনা উত্রবা ) অর্থে ( মোক্ষ অমদি স্বর্গনচিংবগী মরীদা ) সাধ্যসাধনয়োঃ অপি ( পাংথোক্কদবা, মতুগী প্যাম্বৈদসু ) তব ( নহাক্কী য়াথঙ্গি মশক ওইবা ) বেদঃ ( বেদনা ) পিতৃ দেব মনুষ্যাণাং ( পিতৃলোক, দেবলোক, মনুষ্যলোকশিং অসিগী ) শ্রেয় ( অথোইবা ) চক্ষু ( মিৎনি ) । ৪ ।

মথক থংবা বর্ণগী নুপীদা পোকপা মচাবু প্রতিলোম কৌই, মতুদি সুত বৈদেহকনচিংবা, অমনা মথক থংবা বর্ণগী নিপানা মখাথংবা বর্ণগী নুপীদা পোকপা মচাবু অনুলোম কৌই, মতুদি অম্বষ্ঠনচিংবা, মখোয়দা গুণ-দোষসি পোকপদগী লোইনরক্লবনি, বর্ণ-আশ্রমগী খেন্নববুসু, পোং অতুগী মক্কমগী, কর্ম্মগী মওংগী, মতমগী দোষবু, অমসুং কর্ম্মগী মহৈগী মশক ওইরিবা স্বর্গ নরকপুসু বেদনা য়েংতুনা লৈ । ২ ।

গুণ দোষগী খেন্নবা মিৎয়েং অসিবু থমদনা, নহাক্কী য়াথঙ্গি মশক ওইরিবা বেদগী, মসিনা তৌবা য়াবনি, অসিনা য়াদবনি হায়রিবা মতৌসি করম্না ওইবা য়াবনো ? মীওইবশিংগী অরেপ্পা মঙ্গল করম্না ওইগনি । ৩ ।

হে ঈশ্বর ! মিৎনা উত্রিবা মোক্ষ অমদি স্বর্গনচিংবগী মরীদা পাংথোক্কদবা অমদি মতুগী মরীদসু প্যাম্বৈদসু নহাক্কী য়াথঙ্গি মশক বেদনা পিতৃ-দেব-মনুষ্যশিংগী লোক্তা অথোইবা মিৎনি । ৪ ।

নহাক্কী য়াথংগী মশক ওইরিবা বেদ-দগী, গুণ দোষ অসিগী খেন্নবগী

গুণদোষভিদাদৃষ্টির্নিগমাৎ তে নহি স্বতঃ।
নিগমেনাপবাদশ্চ ভিদায়া ইতি হ ভ্রমঃ ।৫।
শ্রীভগবানুবাচ।
যোগাস্ত্রয়ো ময়া প্রোক্তা নৃণাং শ্রেয়োবিধিৎসয়া।
জ্ঞানং কর্ম্ম চ ভক্তিশ্চ নোপায়োঽন্যোঽস্তি কুত্রচিৎ ৬।

তে নিগমাৎ (নহাক্কী য়াথংগী মশক ওইরিবা বেদ-দুগী) গুণ-দোষ-ভিদাদৃষ্টিঃ [ভবতি] ( গুণ দোষ অনিপী খেন্নবগী মিৎয়েংসি ওই ) ভিদায়া ( খেন্নবা মিৎয়েং অসিগী ) অপবাদঃ ( অপন্বা পীবশিংবু ) স্বতঃ নিগমেন ( বেদ মশামক্না ) ন হি (ওইফম থোক্তবমক্নি ) ইতি ( মসিদা ) মে ভ্রমঃ [ ভবতি ] ( ঐগী ওন্ননা খংবা-ওই ) ।৫।

শ্রীভগবান্ উবাচ ( শ্রীভগবান্‌না হায়খি ) নৃণাং ( মীওইবশিংগী ) শ্রেয ( অথোইবা মঙ্গলবু ) বিধিৎসয়া ( থোকহন্নিংহুনা ) জ্ঞানং ( জ্ঞাননে ) কর্ম্ম চ ( অমসুং কর্ম্মনে ) ভক্তি ( ভক্তিনে ) ত্রয়ঃ যোগাঃ ( উপায় অহুমসি ) ময়া ( ঐনা ) প্রোক্তা ( হায়খ্রে ) অন্যঃ উপায় ( মসিদগী অতোপ্পা উপায অমনা ) কুত্রচিৎ ( করিগুম্বদসু , ন অস্তি ( অথোইবা মঙ্গল ফঙ্গদবা ওইদে ।৬।

মিৎয়েংসি ওই, খেন্নবা মিৎয়েং অসিগী অপন্বা পীবসি, বেদ মশামক্না ওইফম থোক্তবমক্নি, মসিদা ঐগী ওন্ননা খংবা-ওইরে ।৫।

শ্রীভগবান্‌না হায়খি, মীওইবশিংগী অথোইবা মঙ্গল থোকহন্নিংহুনা জ্ঞানযোগ, কর্ম্মযোগ, ভক্তিযোগ কোৎবা উপায় অহুমসি ঐনা হায়খ্রে, অহুম অসি মতুংবা অতোপ্পা পাইস অমনা করিগুম্বদসু অথোইবা মঙ্গল ফঙ্গদবা লৈতে ।৬।

কর্ম্মশিংদা অপাম্বা পোক্তবা কর্ম্ম থাদোক্লবশিংগীনা জ্ঞানযোগ ওই, কর্ম্মশিং অহুদা অপাম্বা কোক্লিবা পাম্লিবশিংগী কর্ম্মযোগনি, করিগুম্বা লাইবক ফবা অমদগী খৌরী বারী জন্ম-কর্ম্ম বচিংবদা শাক্তবা পোকপবা পুরুষ অমুনা অপাম্বা কোকপাদ নত্তবা, হেম্না পাম্নদুরবু তৌদবা, অসিগুম্বা পুরুষ অহুগী মরীদা ভক্তিযোগ অসিনা ভগবৎ ফংবা হায়বা মতৈং পী ।৭৮।

নির্ব্বিণ্ণানাং জ্ঞানযোগো ন্যাসিনামিহ কর্ম্মসু।
তেষ্বনির্বিণ্ণচিত্তানাং কর্ম্মযোগস্তু কামিনাম্ ।৭।
যদৃচ্ছয়া মৎকথাদৌ জাতশ্রদ্ধশ্চ যঃ পুমান্ ।
ন নির্ব্বিণ্ণো নাতিসক্তো ভক্তিযোগঽস্য সিদ্ধিদঃ ৮।
তাবৎ কর্ম্মাণি কুর্ব্বীত ন নির্ব্বিদ্যেত যাবতা।
মৎকথাশ্রবণাদৌ বা শ্রদ্ধা যাবন্ন জায়তে ।৯।

---

কর্ম্মসু ( কর্ম্মশিংদা ) নির্ব্বিণ্ণানাং ( অপাম্বা পোক্ত্রবা) ন্যাসিনাং ( কর্ম্ম থাদোক্লবশিংগী ) জ্ঞানযোগঃ ( জ্ঞানযোগনা ওই ) তেষু ( কর্ম্মশিং অদুদা ) অনির্ব্বিণ্ণচিত্তানাং ( অপাম্বা কোক্ত্রিবা ) কামিণাং ( পাম্লিবশিংগী ) কর্ম্মযোগঃ ( কর্ম্মযোগনি ) যদৃচ্ছয়া ( করিগুম্বা লাইবকফবা অমদগী ) মৎকথাদৌ ( ঐগী বারী জন্ম-কর্ম্মনচিংবদা ) যঃ জাতশ্রদ্ধঃ ( অদুম্না থাজবা পোকশ্রবা ) পুমান্ ( পুরুষ অদুনা ) ন চ নির্ব্বিণ্ণ ( অপাম্বা কোকপসু নত্তবা ) ন অতিসক্তঃ ( হেন্না পাম্লবসু লৈতবা ) অস্য ( পুরুষ অদুগী ) ভক্তিযোগঃ ( ভক্তিযোগনা ) সিদ্ধিদঃ ( ভগবৎফংবনা মহৈ ওইবা সিদ্ধি পী ) ।৭-৮।

---

যাবতা ( মতম অদুফাওবা ) ন নির্ব্বিদ্যেত ( বৈরাগ্য পোক্ত্রিবা) বা ( অমনা ) মৎকথাশ্রবণাদৌ ( ঐগী কথা তাবনচিংবদা ) যাবৎ ( মতম অদুফাউবদা ) শ্রদ্ধা ( থাজববু ) ন জায়তে ( পোক্ত্রিবা ) তাবৎ ( মদুক ফাউবা) কর্ম্মনি (নিত্যকর্ম্ম-নৈমিত্তিক কর্ম্মশিং অসি ) [অপাম্বা য়াউদনা] কুর্ব্বীত (তৌগনি ) ।৯।

---

মতম অদুফাউবা বৈরাগ্য পোক্ত্রিবা, অমদি ঐগী কথা শ্রবণনচিংবদা থাজবা পোক্ত্রিবা মতম অদুক ফাউবা, নিত্যকর্ম্ম-নৈমিত্তিক কর্ম্মশিং অসি অপাম্বা য়াউদনা তৌগনি ।৯।

হে উদ্ধব ! মতম অদুদা অপাম্বা য়াউদনা স্বধর্ম্মদা লৈদুনা, জ্ঞান্না মরম ওইদুনা ঐবু পুজা তৌগনি, মদুদা অতোপ্পা য়াদবা থবক অমত্তা তৌরোইদবনি, অসুম্না স্বধর্ম্মদা লৈরবা পুরুষ অদুনা স্বর্গ অমসুং নরক্তা চৎত্রে ।১০।

স্বধর্ম্মস্থো যজন্ যজ্ঞৈরনাশীঃ কাম উদ্ধব।
ন যাতি স্বর্গ নরকৌ যদ্যন্যন্ন সমাচরেৎ ।১০।
অস্মিন্ লোকে বর্ত্তমানঃ স্বধর্ম্মস্থোঽনঘঃ শুচিঃ।
জ্ঞানং বিশুদ্ধমাপ্নোতি মদ্ভক্তিং বা যদৃচ্ছয়া ।১১।
স্বর্গিণোঽপ্যেতমিচ্ছন্তি লোকং নিরয়িণস্তথা।
সাধকং জ্ঞান ভক্তিভ্যামুভয়ং তদসাধকম্ ।১২।

---

উদ্ধব ( হে উদ্ধব ) অনাশীঃ কামঃ (মহৈ পাম্বা য়াউদনা) স্বধর্ম্মস্থ ( স্বধর্ম্মদা লৈহুনা ) যজ্ঞ ( যজ্ঞনা মরম ওইহুনা ) [ মাং ] যজান্ ( ঐবু পুজা তৌরবা ৷ যদি ( মতম অহুদা ) অন্যৎ ( অতোপ্পা শাস্ত্রনা য়াদবা থবকপু) ন সমাচরেৎ (তৌফদে) তদা ( মহুদা পুরুষ অহুনা ) স্বর্গ নরকৌ ( স্বর্গ অমসুং নরক্তা ) ন যাতি ( চত্তে ) ।১০।

---

স্বধর্ম্মস্থঃ ( মশাগী ধর্ম্মদা লৈরবা ) অনঘঃ ( পাপ লৈত্রবা ) শুচিঃ ( অপাম্বা লৈত্রবা পুরুষ অহুনা) অস্মিন্ লোকে ( মৌগী মপোক অসিদা ) বর্ত্তমান [ সন্ ] ( লৈহুনা ) বিশুদ্ধং জ্ঞানং ( আত্মজ্ঞানবু ) বা (অমদি) যদৃচ্ছয়া ( হোৎনরুবা তৌদনা ) মৎভক্তিং চ ( ঐগী ভক্তিবুসু) আপ্নোতি ( ফংভি ) ।১১।

---

জ্ঞান ভক্তিভ্যাং ( জ্ঞান অমসুং ভক্তিনা মরম ওইহুনা ) সাধকং ( ফংলরিবা ) এতং লোকং ( মৌওইবগী শরীর অসিবু ) নিরয়িনঃ ( নরক্তা লৈবশিংনা) স্বর্গিণঃ অপি ( স্বর্গদা লৈবশিংনসু ) ইচ্ছন্তি ( পাম্লি ) তথা ( মৌওইবগী শরীর অসিগুম্না ) উভয়ং (স্বর্গগী শরীর ১দি নরককী শরীরনা) মোক্ষগী পাম্বৈ ওইরিবা ভক্তি অমদি জ্ঞানবু ) অসাধকং ( ফংবা ঙমদে ) ।১২।

---

মশাগী ধর্ম্মদা লৈরবা পাপ লৈত্রবা শেংলবা পুরুষ অহুনা মৌগী মপোক অসিদা লৈহুনা আত্মজ্ঞান অমদি হোৎনরুবা তৌদনা ঐগী ভক্তিবুসু ফংভি ।১১।

জ্ঞান অমসুং ভক্তিনা মরম ওইহুনা ফংলরিবা মৌওইবগী শরীর অসিবু, নরকতা লৈবশিংনা, স্বর্গদা লৈরিবশিংনসু পাম্লি, মৌওইবগী

স নরঃ স্বর্গতিং কাঙ্‌ক্ষেন্নারকীং বা বিচক্ষণঃ।
নেমং লোকঞ্চ কাঙ্‌ক্ষেত দেহাবেশাৎ প্রমাদ্যতি। ১৩।
এতদ্ বিদ্বান্ পুরা মৃত্যোরভবায় ঘটেত সঃ।
অপ্রমত্ত ইদং জ্ঞাত্বা মর্ত্যমপ্যর্থ সিদ্ধিদম্ ১৪।

বিচক্ষণ ( নিংথিনা খংলবা ) নরঃ ( মীনা ) নারকী ( নরক্ কী শরীরবু ) ন কাঙ্‌ক্ষেৎ ( পামদে ) বা ( অমদি ) স্বর্গতিং ( স্বর্গগী হকচাং-বুশু ) ন কাঙ্‌ক্ষেত ( পামগদবা ওইদে ) ইমং লোকং চ ( মীওইবগী হকচাংবুশু ) ন ( পামগদবা ওইদে ) [হি] (মরমদি) দেহাবেশাৎ (শরীরগী মখা পোম্বদগী ) প্রমাদ্যতি ( -তৌগদবা তৌরোইদবা খংলক্কে ) । ১৩ ।

ইদং [শরীরং] ( হকচাং অসি ) মর্ত্যং অপি ( শোইদনা শিগদৌবা) ওইদুনশু ) অর্থসিদ্ধিদং ( কান্নবা পীবনি হায়বসি ) জ্ঞাত্বা ( খংলগা ) অপ্রমত্তঃ সন্ ( শরীর অসিদ ঐ হায়বা বাখল তৌদনা ) এতৎ ( মসিবু ) বিদ্বান্ ( মোক্ষগী উপায়মি খংলবা ) সঃ ( মহাক্না ) মৃত্যোঃ পুরা ( শিদ্রিদৈদা ) অভবায় ( অমুক হন্না পোক্তনবা [ মোক্ষ] গীদমক ঘটেত ( হোৎনগনি ) । ১৪ ।

শরীর অসিগুম্না স্বর্গগী শরীর ১দি নরককী শরীরনা, মোক্ষগী থৌওং পুরি-বা ভক্তি অমদি জ্ঞানবু কংবা ওমদে । ১২ ।

নিংথিনা খংলবা মীনা নরককী শরীরবু পামদে, মতুগুম্না স্বর্গগী শরীরবুসু পামগদবা ওইদে, মীওইবগী হকচাং অসিবুশু পামগদবা ওইদে মরমদি শরীরগী মখা পোম্বদগী তৌগনি তৌরোই খংলক্কে । ১৩ ।

হকচাং অসি শোয়দনা শিগদৌবা ওইদুনশু কান্নবা পীবনি হায়-বসি খংলগা, শরীর অসিদা ঐ হায়বা বাখল তৌদনা মসিবু মোক্ষগী উপায় পাম্বৈ- নি খংলবা মহাক্না শিদ্রিদৈ অসিদা অমুক হন্না পোক্ত-নবা হায়বদি মোক্ষ ফংনবগীদমক হোৎনগনি । ১৪ ।

যমগুম্না মুংশি খংদ্রবা মখোই অহুনা শারিবা অহুম অহুবু ককথৎ পীরবদা মশাগী লৈফম অচৌবা উপাল অহুবু থাদোক্লগা। মেৎমক মদুদা পুক্লিং থমদবা ওইদুনা উচেক অহুনা মুংওাইবা ফংই ( মতুগুম্না হকচাং অসিশু ওই )। ১৫ ।

ছিদ্যমানং যমৈরেতৈঃ কৃতনীড়ং বনস্পতিম্।
খগঃ স্বকেতমুৎসৃজ্য ক্ষেমং যাতি হ্যলম্পটঃ ।১৫।
অহোরাত্রৈশ্ছিদ্যমানং বুদ্ধায়ুর্ভয়বেপথুঃ।
মুক্ত সঙ্গঃ পরং বুদ্ধা নিরীহ উপশাম্যতি ।১৬।
নৃদেহমাদ্যং সুলভং সুদুর্লভং
প্লবং সুকল্পং গুরুকর্ণধারং।
ময়ানুকুলেন নভস্বতেরিতং
পুমান্ ভবাব্ধিং ন তরেৎ স আত্মহা।১৭।

---

যমৈঃ ( যমগুম্না মুংশি থংত্রবা ) এতৈ ( মথোয় অদুনা ) কৃতনীড়ং ( শারিবা মহুম অদুবু ) ছিদ্যমানং ( ককথৎপীরবা ) স্বকেতং ( মশাগী লৈফম ) বনস্পতিং ( অচৌবা উপাল অদুবু ) উৎসৃজ্য ( থাদোক্লগা ) হি ( লেপ্পা ) অলম্পটঃ ( মহুদা পুক্লিং থমত্রবা ) খগঃ ( উচেক অদুনা ) ক্ষেমং যাতি ( মুংঙাইবা ফংঙি ) ।১৫।

---

অহোরাত্রৈঃ ( অহিং মুংথিন্না মরম ওইদুনা ) আয়ুঃ ছিদ্যমানং (পুন্সি কক্লিবা অসিবু ) বুদ্ধা (খংলবা) ভয়বেপথু ( কিবনা মশা নিক্লবা ) মুক্ত-সঙ্গ ( অপাম্বা লৈত্রবা ) নিরীহ ( থৌরাংবা কোক্লবা ) [সঃ] ( পুরুষ অদুনা ) পরং ( পরমাত্মাবু ) বুদ্ধা ( খংলগা ) উপশাম্যতি ( শান্তি ফংঙি ) ।১৬।

---

আদ্যং ( মহৈ পুন্নমক্কী মরু ওইবা ) সুদুর্লভং ( থৌরা কোটি কেটীনা ফবা ঙমত্রবা ) [তথাপি] ( অদুম ওইদুনস্তু ) সুলভং ( করিগুম্বা ভাগ্য অমদগী ফংলবা ) সুকল্পং ( হেম্না হৈশিংলবা ) গুরুকর্ণধারং গুরুনা মহাক্কী হিহোম্বা ওইর্রবা ) ময়া [প্রেরিতং] ( ঐনা ইনশিল্লবা ) অনুকুলেন নভস্বতা (ফৌরোই ইল্লবা মুংশিংনা মরম ওইদুনা) ঈরিতং ( হুন্নবা ) নৃদেহং ( মীওইবগী হকচাংগী মশক ওইবা ) প্লবং ( হি অসিবু ) [প্রাপ্য] ( ফংলগা যঃ (পুরুষ অদুনা) ভবাব্ধিং ( সংসার সমুদ্র অসিবু ) ন তরেৎ ( লাম্থোক্ত্রবা ) সঃ আত্মহা ( মহাক অদু আত্মঘাতিনি ) ।১৭।

---

অহিং মুংথিন্না মরম ওইদনা পুন্সি কক্লির্বাস খংলগা কিবনা মশা

**যদারম্ভেষু নির্ব্বিন্নো বিরক্তঃ সংযতেন্দ্রিয়ঃ।**
**অভ্যাসেনাত্মনো যোগী ধারয়েদচলং মনঃ ॥ ১৮॥**
**ধার্য্যমানং মনো যর্হি ভ্রাম্যদাশ্বনবস্থিতং।**
**অতন্দ্রিতোঽনুরোধেন মার্গেণাত্মবশং নয়েৎ ॥ ১৯॥**

---

যদা ( মতম অতুদা ) আরম্ভেষু [ কর্ম্মসু ] ( ভৌরুম্বিবা থবকশিং অতুদা ) নির্ব্বিন্ন ( অশাবা ফংলবা ) বিরক্ত ( মহৈ পাম্লক্ত্রবা ) তদা ( মতম অতুদা ) সংযতেন্দ্রিয় ( ইন্দ্রিয় লাকশিল্লবা ) যোগী ( যোগী অতুন ) আত্মন ( আত্মাগী মরীদা ) অভ্যাসেন ( থব্বা, নৈনবনা মরম ও'তুনা ) মনঃ ( পুক্লিংবু ) অচলং ( লেংদনা ) ধারয়েৎ ( থমগনি ) ॥ ১৮॥

---

ধার্য্যমানং ( লেংদনা থম্লিবা মনঃ ( পুক্লিং অতুনা ) যর্হি ( মতম অতুদা ) আশু ( থিন্দনা ) ভ্রাম্যৎ ( কোয়না চৎলবা ) অনবস্থিতং ( লেংদনা লৈরক্ত্রবা ) তদা ( মতম অতুদা ) অতন্দ্রিতঃ ( য়াম্না চেকশিন্না ) অনুরোধেন মার্গেন ( পাম্লিবহু ফংহন্দনা মরম ওইতুনা ) আত্মবশং ( মশাগী মথাপোম্না ) নয়েৎ ( পুরকনি ) ॥ ১৯॥

---

নিক্লবা অপাম্বা লৈত্রবা, খোঁরাংবা কোকথ্রবা পুরুষ অতুনা, পরমাত্মাবু থংলগা শান্তি ফংভি ॥ ১৬॥

মহৈ পুন্নমক্কী মক ওইবা, থোঁরাং কোটী কোটীনা ফংবা ভমদ্রবা, অতুম ওইতুনগু করিগুম্বা ভাগ্য অমদগী ফংলবা, হেন্না হৈশিংলবা গুরুনা মহাককী হিহোম্বা ওইরবা, ঐনা ইঙ্গিত তৌরবা ফৌরোই ইল্লব' সুংশিংনা মরম ওইতুনা হুল্লবা, মীওইবগী হকচাং হি অসিবু ফংলগা, পুরুষ অতুনা সংসার সমুদ্র অসিবু লাম্থোক্ত্রবা মহাক অতু আত্মঘাতিনি ॥ ১৭॥

মতম অতুদা ভৌরুম্বিবা কর্ম্মশিং অতুদা অশাবা ফংলবা, মহৈ পাম্লক্ত্রবা মতম অতুদা ইন্দ্রিয় লাকশিল্লবা যোগী অতুনা, আত্মাগী মরীদা থনবা নৈনবনা মরম ওইতুনা পুক্লিংবু লেংদনা থমগনি ॥ ৮॥

লেংদনা থম্লিবা পুক্লিং অতুনা মতম অতুদা থিন্দনা কোয়না চৎলবা, লেংদনা লৈরক্ত্রবা, মতম অতুদা য়াম্না চেকশিন্না পাম্লিবহু ফংহনবা মরম ওইতুনা মশাগী মথাপোম্না পুরকনি ॥ ১৯॥

মনোগতিং ন বিসৃজেজ্জিতপ্রাণো জিতেন্দ্রিয়ঃ।
সত্ত্ব সম্পন্নয়া বুদ্ধ্যা মন আত্মবশং নয়েৎ ।২০।
এষ বৈ পরমো যোগো মনসঃ সংগ্রহঃ স্মৃতঃ।
হৃদয়জ্ঞত্বমন্বিচ্ছন্ দম্যস্যেবার্ব্বতো মুহুঃ ।২১।
সাংখ্যেন সর্ব্বভাবানাং প্রতিলোমানুলোমতঃ।
ভবাপ্যয়াবনুধ্যায়েন্মনো যাবৎ প্রসীদতি ।২২।

জিতপ্রাণ ( প্রাণবায়ু জয় তৌরবা। জিতেন্দ্রিয় (ইন্দ্রিয় জয় তৌরবা যোগী অদুনা ) মনোগতিং ( পুক্লিংগী খোংচৎ অসিবু ) ন বিসৃজেৎ ( থোশাদবা তৌরোই ) [ পরন্তু ] ( থোইনতুম ) সত্ত্ব সম্পন্নয়া ( সত্ত্ব গুণনা তিন্নবা । বুদ্ধ্যা ( বুদ্ধিনা মরম ওইদুনা ) আত্মবশং ( মশাগী মথাপোন্না ) নয়েৎ ( পুন্নকনি ।২০।

এষঃ ( মসে ) বৈ ( লেপ্পা ) মনসঃ ( পুক্লিংগী ) সংগ্রহ ( মপুংফানা লাকশিন্নবদা ) পরম ( অথোইবা ) যোগ ( পাদ্বৈনি ) স্মৃত ( হায়ব্রে ) যথা ( অদুম্না ) দম্যস্য ( ফাগদৌরিবা ) অর্ব্বত ( শগোলগী ) হৃদয়জ্ঞত্বং (মবুক খংলগা ) অন্বিচ্ছন ( তুংইন্না চৎলিবা মহাক্না ) [ যস্মিনা ইব ] ( থৌরাংনা পুনশা অদুম্না মুহুঃ [ ভবতি] হন্না ওই ) ।২১।

মঃ ( পুক্লিং অসিনা ) যাবৎ মতম অদু ফাউবা ) প্রসীদতি ( লেংদনা লৈবা ) ত বৎ (মতু ফাউবদা ) সাংখ্যেন ( তত্ত্ববিচারনা মরম ওইদুনা ) সর্ব্বভাবানাং ( মহৎ-তত্ত্বদগী হৌদুনা দেহনা লোইবা, লৈরিবা পোৎ পুম্নক ) প্রতিলোম অনুলোমতঃ ( প্রতিলোম প্রকৃতিদগী হৌনা) অংলোম) পৃথিবীদগী হৌনা মথং মথং ওইনা ) ভবাপ্যয়ৌ ( সৃষ্টি প্রলয় অনিসিবু ) অনুস্মরেৎ ( হন্না হন্না নিংগনি ) ।২২।

প্রাণবায়ু জয় তোরবা, ইন্দ্রিয় খুদুম চন্নবা যোগী অদুনা খোংচৎপু থোশাদবা তৌরোই, থোইনতুম সত্ত্বগুণনা তিন্নবা বুদ্ধিনা মরম ওইদুনা মশাগী মথাপোন্না থমগনি ২০।

মসে ! লেপ্পা পুক্লিং মপুং ফানা লাকশিনবদা অথোইবা পাদ্বৈনি, অদুম্না ফাগদৌরিবা শগোলগী মবুক খংলকা তুংইন্না চৎলিবা মহাক্না

নির্ব্বিন্নস্য বিরক্তস্য পুরুষস্যোক্তবেদিনঃ।
মনস্ত্যজতি দৌরাত্ম্যং চিন্তিতস্যানুচিন্তয়া ।২৩।
যমাদিভির্যোগপথৈরান্বীক্ষিক্যা চ বিদ্যয়া।
মমার্চ্চোপাসনাভির্ব্বা নান্যৈর্যোগ্যং স্মরেন্মনঃ ।২৪।

নির্ব্বিন্নস্য ( সংসারসিদা অৱাবা ফংলবা ) [অতঃ] ( মরম অদুদগী ) বিরক্তস্য ( তৌরুরিবা থবকশিং অদুগী মহৈ পামত্রবা ) উক্তবেদিনঃ ( গুরুগী উপদেশ ফংলবা ) পুরুষস্য ( পুরুষ অদুগী মরীদা ) চিন্তিতস্য ( গুরুনা তাকপিদুনা খংলবা অদুবু ) অনুচিন্তয়া ( হন্না-হন্না খনবা বিচার তৌবনা মরম ওইদুনা ) মনঃ ( পুক্নিংনা ) দৌরাত্ম্যং ( শরীরবু ঐনি খংবসি ) ত্যজতি ( থাদোকই ) ।২৩।

যমাদিভিঃ ( যম-নিয়মনচিংবা ) যোগপথৈ ( যোগগী মতেংনা ) চ ( অমনা ) আন্বীক্ষিক্যা বিদ্যয়া ( তত্ত্ব বিচার তৌবনা ) বা (মথোয় অনিদগী তোঙানবা ) মমার্চ্চোপাসনাভিঃ ( ঐগী পূজা উপাসনানা মরম ওইদুনা ) যোগ্যং ( পরমাত্মা ঐবু ) মনঃ ( পুক্নিংবু ) স্মরেৎ ( স্মরণ তৌনি-নিংশিংগনি ) অন্যৈ ( মসিদগী অতোপ্পা উপায়শিংনা ) ন স্যাৎ ( লাকশিনবা ঙমদে ) ।২৪।

থৌরীনা পুনবা অদুম্না ওই ।২১।

পুক্নিং অসিনা মতম অদু ফাউবা লেংদনা লৈবা মতু ফাউবদা তত্ত্ব বিচারনা মরম ওইদুনা মহৎতত্ত্বদগী হৌদুনা দেহনা লোইবা লৈরিবা পোৎ পুম্নমক প্রতিলোম অনুলোমগী মতু ইন্না সৃষ্টি প্রলয় অনিবু হন্না হন্না নিংগনি ।২২।

সংসারসিদা অৱাবা ফংলবা, মরম অদুদগী তৌরুরিবা থবকশিং অদুদা মহৈ পামত্রবা, অমদি গুরুগী উপদেশ ফংলবা পুরুষগী মরীদা, গুরুনা তাকপিদুনা খংলিবা অদুবু হন্না হন্না খন্নবা মরম ওইদুন পুক্নিংনা হকচাংবু ঐনি খংবসি থাদোকই ।২৩।

যম-নিয়মনচিংবা যোগগী মতেংনা, অমনা তত্ত্ব বিচার তৌবনা মথোয় অনিদগী তোঙান্নবা, ঐগী পূজা উপাপনানা মরম ওইদুনা পরমাত্মা

যদি কুর্য্যাৎ প্রমাদেন যোগী কর্ম্ম বিগর্হিতং।
যোগেনৈব দহেদংহো নান্যত্তত্র কদাচন ।২৫।
স্বে স্বেঽধিকারে যা নিষ্ঠা স গুণঃ পরিকীর্ত্তিতঃ।
কর্ম্মণাং জাত্যশুদ্ধানাং অনেন নিয়ম কৃতঃ।
গুণদোষবিধানেন সঙ্গানাং ত্যাজনেচ্ছয়া ।২৬।

---

যোগী ( যোগী ভক্ত অহুনা ) প্রমাদেণ ( পুক্লিং চোয়বা অমদগী ) বিগর্হিতং ( শাস্ত্রনা য়াদবা ) কর্ম্মং কুর্য্যাৎ ( থবক অত্থু তৌরুরে ) যদি (.মত্থুদা ) যোগেন এব (জ্ঞান চর্চাতনা, ভক্তগীনা ঐগী নাম কীর্ত্তণতনা ) অংহঃ দহেৎ ( পাপ মাংহনগনি ) তত্র ( মসিদা ) কদাচন ( করিগুম্বদম্থু) অন্যাৎ ( অতোপ্পা চান্দ্রায়ণনচিংবা প্রায়শ্চিত্তপু ) ন [ কুর্য্যাৎ ] ( তৌগদবা ওইদে ) ।২৫।

---

স্বে স্বে ( মশা মশাগী ) অধিকারে ( তৌফম থোকপদা ) জ্ঞাণীনা ( জ্ঞান অভ্যাসতনা) যোগীনা (যোগ অভ্যাসতনা) ভক্তনা-নাম কীর্ত্তনতনা) যানিষ্ঠা ( অত্থুম্না লেংদনা লৈবা ) সঃ গুণঃ ( মত্থু গুণনি হায়না ) পরিকীর্ত্তিতঃ ( পুম্নমক্কা হায়খ্রে ) গুণদোষবিধানেন ( মসি তৌগদবনি, মসিনা তৌরোইদবনি হায়না গুণ অমসুং দোষ তাকপনা মরম ওইহ্নুনা ) জাত্যশুদ্ধানাং ( হৌরকপদগী ফৎলক্তবা ) কর্ম্মনাং ( কর্ম্মশিং অসিবু ) ত্যাজনেচ্ছয়া ( থাদোকহন্নিংতুনা ) নিয়মঃ কৃতঃ ( নিয়মসি তৌবনি ) ।২৬।

---

ঐবু স্মাণ তৌগনি নিংশিংগনি, মসিদগী অতোপ্পা উপায়শিংনা মনবু লাকশিনবা ঙমদে ।২৪।

যোগী অমসুং ভক্ত অহুনা, করিম্বা অমদগী শাস্ত্রনা য়াদবা থবক অমা তৌরুরে, মত্থুদা, যোগতনা, ভক্তিতনা, নাম কীর্ত্তণতনা, পাপ অত্থু মাংহনগনি চান্দ্রায়ণনচিংবা প্রায়শ্চিত্ত তৌরো ।২৫

মশা মশাগী তৌফম থোকপা অত্থুম্না লেংদনা লৈবা, মত্থু গুণনি হায়না পুম্নমক্কা হায়খ্রে। মসি তৌগদবনি, মসিনা তৌরোইদবনি হায়না দোষ অমসুং গুণ তাকপনা মরম ওইহ্নুনা, হৌরকপদগী ফত্তহুনা লাক্লবা কর্ম্মশিং অসিবু থাদোকহন্নিংহুনা নিয়ম অসি তৌবনি ।২৬।

জাতশ্রদ্ধো মৎকথাসু নির্ব্বিণ্নঃ সর্ব্বকর্ম্মসু।
বেদ দুঃখাত্মকান্ কামান্ পরিত্যাগেঽপ্যনীশ্বরঃ ।২৭।
ততো ভজেত মাং প্রীতঃ শ্রদ্ধালুর্দৃঢ়নিশ্চয়ঃ।
জুষমাণশ্চ তান্ কামান্ দুঃখোদর্কাংশ্চ গর্হয়ন্ ।২৮।
প্রোক্তেন ভক্তিযোগেন ভজতো মাসকৃন্মুনেঃ।
কামা হৃদয্যা নশ্যন্তি সর্ব্বে ময়ি হৃদি স্থিতে ।২৯।

মৎকথাসু ( ঐগী ৱারীদা) জাতশ্রদ্ধঃ ( থাজবা পোক্লবা ) সর্ব্বকর্ম্মসু ( কর্ম্ম পুম্নমক্তা ) নির্ব্বিণ্নঃ ( অপাম্বা লৈত্রবা ) কমান্ ( মুপীমচানচিংবগী অপাম্বসি ) দুঃখত্মকান্ ( অৱাবগী মশক্কি হায়বসি ) বেদ ( খংলবা ) অপি ( ওইহৃনশু ) পরিত্যাগে ( মহুৎ থাদোকপদা ) অনীশ্বর ( ঙমদ্রবা ) ততঃ ( অদুগী তুংদদি ) শ্রদ্ধালু [ সঃ ] ( শ্রদ্ধা লৈরবা ভক্তহুনা ) দৃঢ়-নিশ্চয়ঃ ( ভক্তিনা পুম্নমক ফঙ্গনি অসুম্না অচেৎপা থাজবনা ) প্রীতঃ [সন্] পেন্দুনা, তান্ (অদুগুম্বা কামান্ চ পাম্নরিবা পুম্নমকপুসু) জুষমানঃ ( মহুৎ ভোগ তৌহুনা ) দুঃখোদর্কাংশ্চ ( মদুগী অৱাবশিং অদুবুশু ) গর্হয়ন্ ( নিন্দা তৌরহুনা ) মাং ( ঐবু ) ভজেত (নিঙ্গনি)।২৭।২৮।

প্রোক্তেন ( ঐনা হায়রিবা ) ভক্তিযোগেন ( ভক্তিযোগনা মরম ওইহুনা ) অসকৃৎ ( হন্না হন্না ) মাং ( ঐবু ) ভজতঃ ( নিংলিবা ) মুনে ( মুণি অদুগী ) হৃদি ( থম্মোয়দা ) ময়ি স্থিতে ( ঐনা লৈরবদা ) হৃদয্যা ( হৃদিদা লৈরম্লিবা ) সর্ব্বান্ কামান্ ( অপাম্বা পুম্নমক অদু ) নশ্যন্তি (মাংগনি )।২৯।

ঐগী ৱারীদা থাজবা পোক্লবা সংসারগী কর্ম্ম পুম্নমক্তা অপাম্বা পোক্লবা, মুপী-মচানচিংবগী অপাম্বসি ৱানবগী মরম্নি খংলবা ওইহুনশু মহুৎ থাদোকপদা ঙমদ্রবা, অদুগী তুংদদি শ্রদ্ধা লৈরবা ভক্তহুনা, ভক্তিনা, পুম্নমক ফঙ্গনি, অসুম্না অচেৎপা থাজবনা পেন্দুনা, পাম্নরিবা পুম্নমকপুসু ভোগ তৌহুনা, মদুগী অৱাবশিং অদুবুসু নিন্দা তৌরহুনা ঐবু নিঙ্গনি,।২৭।২৮।

ঐনা হায়রিবা ভক্তি যোগনা মরম ওইহুনা হন্না ঐবু নিংলিবা

ভিদ্যতে হৃদয়গ্রন্থিশ্ছিদ্যন্তে সর্ব্বসংশয়াঃ।
ক্ষীয়ন্তে চাস্য কর্ম্মাণি ময়ি দৃষ্টেঽখিলাত্মনি। ৩০।
তস্মান্মদ্ভক্তিযুক্তস্য যোগিনো বৈ মদাত্মনঃ।
ন জ্ঞানং ন চ বৈরাগ্যং প্রায়ঃ শ্রেয় ভবেদিহ। ৩১।

অখিলাত্মনি ( পুম্নমক্কী আত্মা ওইবা ) ময়ি (ঐবু ) দৃষ্টে (উরবদা ) হৃদয়গ্রন্থি ( অহঙ্কারবু ) ছিদ্যতে ( ককথৎলি [ মাংখি ] সর্ব্বসংশয়া (চিং-নবা [ ওইবা হৌনদে হায়না খল্পা ] পুম্নমক ) ভিদ্যতে ( মাংখি ) অস্য ( ঐবু উরবা মী অদুগী ) কর্ম্মাণি ( মহৈ চাবা হৌত্রিয়া কর্ম্ম পুম্নমকপু ক্ষীয়ন্তে ( মাংখি ). । ৩০।

তস্মাৎ ( মরম অসিদগী ) ইহ ( মীওইবগী হকচাংশিদা ) মদ্ভক্তি-যুক্তস্য ( ঐগী ভক্তিনা তিল্লবা ) মদাত্মনঃ ( ঐওোন্দা পুক্নিং হাপ্লবা) [ ভক্তসা ] ( ভক্ত অদুগী ) বৈ ( লেপ্পা ) শ্রেয় ( অথোয়বা মঙ্গলনা ) ভবেৎ ( ওই ) জ্ঞানং ( জ্ঞাণনা ) বৈরাগ্যং চ ( বৈরাগ্যানশু ) প্রায়ঃ ( চাওরাক্লা ) নস্যাৎ ( অথোইবা মঙ্গল ওইদে ) যোগিনো [ কিম্বুত্তে ] ( কর্ম্ম যোগীগীদি অমুক করি হায়গনি ) । ৩১।

মুনি অদুগী থম্মোয়দা ঐনা লৈরবদ্বগী মহাক্কী থম্মোয়দা লৈরম্নিবা অপান্থা পুম্নমক অত মাংখি । ২৯।

পুম্নমক্কী আত্মা ওইবা ঐবু উরবদা, উম্নিবা মী অদুগী অহঙ্কার মাংখি, মসি ওইবা হৌনদে হায়না চিংনরবা পুম্নমক কোকখি, মহৈ চাবা হৌত্রিবা কর্ম্ম পুম্নমক ময়েং তাখি । ৩০।

মরম অসিদগী মীওইবগী হকচাং অসিদা ঐগী ভক্তিনা তিল্লবা, ঐওোন্দা পুক্নিং হাপ্লবা ভক্তগী লেপ্পা অথোইবা মঙ্গল ওই জ্ঞাননা বৈরাগ্যানশু চাওবাক্লা অথোয়বা মঙ্গল ফংবা ওইদে, কর্ম্মযোগীগীদি করি হায়গনি । ৩১।

অদু অদুগুম্বা কর্ম্মনা, তপস্যানা, জ্ঞান-বৈরাগ্যনা, দান ধর্ম্মনা অতোপ্পা মঙ্গল পীবা তীর্থ যাত্রা ব্রতনা, মখা ওইরুবা ফংবা পুম্নমক ঐগী ভক্তনা ভক্তিযোগ, স্বর্গ মোক্ষ অসি নত্রগা ঐগী ধাম বৈকুণ্ঠ

যৎ কর্ম্মভির্যৎ তপসা জ্ঞান বৈরাগ্যতশ্চ যৎ।
যোগেন দানধর্ম্মেণ শ্রেয়োভিরিতরৈরপি ।৩২।
সর্ব্বং মদ্ভক্তিযোগেন মদ্ভক্তো লভতেঽঞ্জসা ।
স্বর্গাপবর্গং মদ্ধাম কথঞ্চিদ্ যদি বাঞ্ছতি ।৩৩।
ন কিঞ্চিৎ সাধবো ধীরা ভক্তা হ্যেকান্তিনো মম।
বাঞ্ছন্ত্যপি ময়া দত্তং কৈবল্যমপুনর্ভবম্ ।৩৪।

---

যৎ কর্ম্মভি ( অদু অ ্হুম্বা কর্ম্মনা ) যৎ তপসা ( অদুম্বা তপস্যানা ) যৎ বৈরাগ্যতঃ ( জ্ঞান অমসুং বৈরাগ্যনা ) যোগেন ( যোগনা) দানধর্ম্মেন ( দান ধর্ম্মনা ) ইতরৈঃ শ্রেয়োভি ( অতোপ্পা তীর্থযাত্রা ব্রতনচিংবনা পীনবগী মরম ও'হুনা ) অপি [ লাভ ] ( অদুম্না ফংবা ) তৎসর্ব্বং (মদু পুম্নমক ) মদ্ভক্ত ( ঐগী ভক্তনা) ভক্তিযোগেন (ভক্তি যোগনা) কথঞ্চিৎ ( করিগুম্বা ) মদ্ধামঃ বা ( ঐগী বৈকু অদুগু ) যদি বাঞ্ছতি ( পাম্বা থোক্লবদি ) [ তদাপি ] ( মদুগু ) অঞ্জসা ( ইরাই লাইনা ) লভতে ( ফংভি ) ।৩২।৩৩।

---

একান্তিন [ অবধারিত ] ( ঐতবু খল্লবা ) ধীরা পুক্নিং চোইত্রবা) সাধব (জীবগী কান্নবতা তৌরবা ) মম ভক্তা ( ঐগী ভক্তশিংনা ) ময়া দত্তং ( ঐনা পীরবা ) অপুনর্ভবং ( সংসারদা অমুক হল্লক্ত্রবা ) কৈবল্যং অপি ( মুক্তি অদু ফাউবসু ) কিঞ্চিৎ ( করিমতসু ) ন বাঞ্ছন্তি ( পাম্বিদে ) ।৩৪।

---

পাম্বা থোক্লবদি মদুগু ইরাই লাইনা ফংভি ।৩৩।

ঐতবু খল্লবা পুক্নিং চোইত্রবা জীবগী কান্নবতা তৌরবা ঐগী ভক্তশিংনা, ঐনা পীরবা সংসারদা অমুক হল্লক্ত্রবা কৈবল্য কৌবা মুক্তি, অদুফাউবসু করি অমত্তা পামদে ।৩৪।

কনাগী মতেং য়েংদবা অসিমক অথোইবা চাংদম্নিংঙাই লৈতবা অরেপ্পা মহৈনি, মদু ফংনবগী পাম্বৈগুনি, মসি নারদনচিংবা ঋষিশিংনা হায়খ্রে মরম অসিদগী প্রার্থনা লৈতবা, প্রার্থনাগী মরম অপাম্বসু লৈত্রবা ঐগী ভক্তগী মফমদা ভক্তি পোকই ।৩৫।

নৈরপেক্ষং পরং প্রাহু র্নিঃশ্রেয়সং অনল্পকম্।
তস্মান্নিরাশিষো ভক্তিনিরপেক্ষস্য মে ভবেৎ ।৩৫।
ন ময্যেকান্ত ভক্তানাং গুণদোষোদ্ভবা গুণাঃ।
সাধুনাং সমচিত্তানাং বুদ্ধেঃ পরমুপেয়ুষাম্ ।৩৬।
এবং এতান্ ময়াদিষ্টান্ অনুতিষ্ঠন্তি মে পথঃ।
ক্ষেমং বিন্দন্তি মৎস্থানং যৎব্রহ্ম পরমং বিদুঃ ।৩৭।
ইতি শ্রীমদ্ভাগবতে মহাপুরাণে পারমহংস্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং একাদশস্কন্ধে বিংশতিতম অধ্যায়ঃ ॥

নৈরপেক্ষ [এব] ( কনাগী মতেং য়েংদবা অসিমক ) পরং (অথোইবা) অনল্পকং ( চাংদম্লিঙায় লৈতবা ) নিঃশ্রেয়সং ( তরেপ্পা মহৈনি মতু ফংনবা পান্বৈশুনি ) প্রাহুঃ ( নারদনচিংবা ঋষিশিংনা হায়খ্রে ) তস্মাৎ ( মরম অসিদগী ) নিরাশিষ ( প্রার্থনা লৈতবা ) নিরপেক্ষস্য ( অপাম্বা লৈত্রবা ) মে ( ঐগী ভক্তগী ) ভক্তিঃ ভবেৎ ( ভক্তি পোকই ) ।৩৫।

বুদ্ধেঃ ( প্রকৃতিদগী) পরং ( তোঙাল্লবা ঈশ্বরবু ) উপেয়ুষাং (ফংলবা) সমচিত্তানাং ( পুম্নমক্তা মান্নবা উরবা) সাধুনাং (জীবগী কান্নবা তৌরবা ) ময়ি ( ঐবু ) একান্তভক্তানাং ( অমত্তা ওইনা লৌরবা ভক্তশিংগী ) গুণদোষোদ্ভবা ( শাস্ত্রনা য়াব-য়াদবা কর্ম্ম তৌবদগী পোকপা ) গুণাঃ ( পাপ অমদি পুন্যনা ) ন ভবন্তি ( ওইদে ) ।৩৬।

এবং ( অসুম্না ) ময়া ( ঐনা ) আদিষ্টান্ ( তাকখ্রবা ) এতান্ ( অসিগুম্নবা ) মে পথঃ ( ঐবু ফংনবগী লম্বি অসিবু ) অনুতিষ্ঠন্তি ( তুংইন্না চৎলিবা মখোয়না ) ক্ষেমং ( অথোইবা মঙ্গল থোকহল্লিবা ) মৎ স্থানং ( ঐগী লোকপু ) বিন্দতি ( ফংঙি ) যৎ ( মতুবু ) পরমং ব্রহ্ম ( পরংব্রহ্মনি হায়ন ) বিদু ( খংঙু ) ।৩৭।

প্রকৃতিদগী তোঙাল্লবা ঈশ্বরবু ফংলবা, পুম্নমক্তা মান্নবা উরবা, জীবগী কান্নবা তৌরবা, ঐবু অমত্তা ওইনা লৌরবা ভক্তশিংগী, শাস্ত্রনা য়াব-য়াদবা কর্ম্ম তৌবদগী পোকপা, পাপ অমদি পুন্য লৈতে ।৩৬।

অসুম্না ঐনা তাকখ্রবা, অসিগুম্নবা ঐবু ফংনবগী লম্বি অসিবু তুংইন্না চৎলিবা মখোয়না অথোইবা মঙ্গল থোকহল্লিবা ঐগী লোকপু ফংঙি, মতুবু পরং ব্রহ্মনি খংঙু ।৩৭।

মতাং অসিদা শ্রীবেদব্যাসনা ইবা শ্রীমদ্ভাগবতকী একাদশ স্কন্ধগী কুন শুবা অধ্যায় লোইরে ।২০।

## লেখক্কী ফোংখ্রবা অমদি কোংগদোরীবা লাইরিক খরা।

ফোংখ্রবা :—

১। "তাইবং লোনচং" মমল লুপা (১০) তরা।

নাহুং-নারেং, মুপা মুপী অফ-ফত্ত, লুহোং কৈহোংবা মশক তাকপা।

২। "গরুড় পুরাণ" (অহানবা শরুক) মমল লুপা (১৫) তরামঙা।

৩। "গরুড় পুরাণ" (অনিশুবা শরুক) মমল লুপা (১৫) তরামঙা।

৪। "ষোড়শোপচার পুজা পদ্ধতি" " " (১০) তরা।

ইষ্টসেবা (লাংচরিবা লাইগী সেবা তৌনবা অমদি অশেং-অমাং [নিত্যাচার] তাকপা, মুদ্রানচিংবা তাকপা)।

৫। "পুজা পদ্ধতি"

মৈতৈলোন্দা খুংলোন শারোন নিংথিনা তাক্লবা। লুপা (৩০) কুন্থ্রা।

৬। "শ্রীমদ্ভাগবতম্" একাদশ স্কন্ধ: (অহানবা শরুক)

মৈতৈলোন্দা অনুবাদ, অন্বয়, মুল কোম্লরবা। মমল লুপা (২৫) কুম্মঙ:

৭। "শ্রীমদ্ভাগবতম্" একাদশ স্কন্ধ: (অনিশুবা শরুক)

মৈতৈলোন্দা অনুবাদ, অন্বয়, মুল কোম্লরবা। মমল লুপা (২৫) কুম্মঙা মথং মথং —।

কোংগদোরিবা :—

৮। "সন্ধ্যা অমসুং তর্পন পদ্ধতি" অতেনবা অশাংবা অমসুং মৈতৈলোনগী তর্পন।

৯। "মৈতৈ থৌনি অমসুং পুজা" ইপা ইপু মৈতৈনা তৌনরম্বা 'মৈতৈলোন

১০। "গর্গ সংহিতা" মুল, অন্বয়, অনুবাদ কোম্লরবা।